# মৈতৈশিংগী

## মহৌশাদগী শাগোন্নদুনা লৈজরক্লবা

## মশান্নশিং

# INDIGENOUS GAMES OF THE MEITEIS



*Published by :* DR W. BUDHA, for **Wangkheimayum Publications**, Singjamei Thongam Leikai Chhatravidyalaya Maning, Imphal : Manipur Pin 795008

**Printed at : Arunkumari Printing & Stationary Works,** Thongju Part—(II) Indo-Burma Road, Canchipur.

First Editton : December, 1992

**P. P. :** 10+I—IV+2[illegible]

Type of paper : Sunlight Bond

Size : Demy

Forword : Dr. N. Ibobi, D. M. College of Arts & Commerce Imphal, Manipur

*Cover picture :* **H Shyamsundar** Principal, Imphal Art College, Imphal.

**Price : Ordinary Cover—Rs. 160/- Ordinary Hard Cover—Rs. 170/- Special Hard Cover—Rs. 180/-**

**Copy : 1000**



মৈতৈশিংগী মহৌশাদগী শাগোন্নদুনা লৈজরক্লবা সান্নবশিং



অহানবা কোঙবা : ১৯৯২

অকোঙবা : ডাঃ ৱাংখৈময়ুম বুধ মশামক্না ৱাংখৈময়ুম পাব্লিকেসন্স সীংজমৈ থোঙাম লৈকাই ছাত্রবিদ্যালয় মনিং, ইম্ফাল-গী দমক কোঙদোকচবা।

তুংদা লাকপশিংদা লম্বী মচা অমতং লম্মাঙনফম ওইরবা লম অসিদা পীনবা হোৎনজবনি। অশোয়বা অয়ানবা য়াওরবস্থ পূকচেল শেংনা তাকপীরকনি থৈঞ্জে।

লাইব্রেরীক অসি ফোঙনবগীদমক তেংবাঙ শেল ওইনা লু: ৫০০০/- পীবীরকপা আর্ট এন্দ কলচর দিপার্টমেন্ট, মণিপুর সরকার মরুওইনা হৌজিক হৌজিক ডাইরেক্টর ওইনা পুবীরিবা অহৈবম বীরেন্দ্র বু তৌবীমল থগতবা উৎচরি। তশেংনমক শেনফম অসিমক পীবিরমন্ত্রবদি লাইব্রেরিকসি ফোঙদোকপা ঙমলমলোইদবনি। মমাঙগী চহিদা হৌজিক ডাইরেক্টর অসি লৈত্রিবঙৈদা শেঙ্কং-থাগৎ চে লানখৎপদা পীবীরক্রবনা নমগে থনবগী রাখল হল্লপ তৌরুরবনি ; পুক্লিং-রাখলদা থনখি, থম্মোয়দা চৌংনবা ফাওখি—লাইব্রেরিক অসিদগী তেম্না ফবা নাৎকী ওইবা লাইব্রেরিক ভাক্তরা চহীতুগী শেঙ্কং ফঙহনখিবা লাইব্রেরীকসিংনু। উপায়দি লৈখিদে।

শেলগী তেংবাঙবীবদা অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবশিং মরুওইনা চিরাম কাকা, ফৈজালৈতোং ( অনম্মল ), ঐগা থবক পুম্মিনরিবা এস, কেশো নারিল কোঞ্জিল ( লু: ৫০০/- ), এল, বিজয়কুমার রাংথেম ( লু: ৪০০ ), এস. ধনঞ্জয় রাংথৈ লাইশ্রম লৈরক লৈকাই ( লু: ২০০ ) এস, অচৌ ময়েংবম লৈকাই ( লু: ১০০০ ), লৈশাংথেম লেনিন, নিউ চেকোন লু: ১০০ তি আইচ শান্তি: মেমতোম্বী দেবী- লেকচর, মনিপুরী ডিপার্টমেন্দ, রিজনেল কোলেজ ওফ সোসিয়েল সাইনসেস, লিলোং, ইম্ফাল; সলাম মনিহল এডভোকেৎ অমসুং অতোমচা অয়াবা এডভোকেৎ লোয়ননা অতৈ মরুপ মপাঙশিং—পুম্নমকী লমন তোনশিল্লবনি।

নমত্রিবঙৈদা লাইব্রেরীকী ময়েক অচুম অয়ান পুথোকপীখিবা এল, জিবনকুমার, সেগারোড খ্বায়রাকপম লৈকায়, অমসুং নম্বদা শরুক

য়াবীরিবা প্রোপাইতর, অরুনকুমারী প্রেস অমদি খুৎনমগী অচুম-অরান ময়েক য়েংশিনবদা মতেং পাঙবীরিয়া প্রেসকী গৌরহরি লোইননা কম্পোজিতরশিংবুস্থ থাগৎচরি ।

মথুম য়েকপীয়ু হায়বদা হরাও হরাও অচীনবা কায়খোকপীডুনা মথুম য়েকপীরিবা হাওবম শ্যামসুন্দর প্রিন্সিপাল ইম্ফাল আর্ট কলেজ গী শীংমত্রবা লমনস্থ তোনশিনজরবনি ।

লোয়ন লোয়ননা মণিপুর ইউনিভরসিতিগী মরী লৈনবা থৌরম পুরিবশিংবু লাইরিকসি কোঙদোরবগী অয়াবা পীবীবগীদমক্তস্থ হায়নঙাই লৈতনা থাগৎচরি ।

অরোইবা ওইনা, পুন্নমকসিগী মথক্তা অইবনা হায়জরুবদগী লাই-রিকসিগী মরমদা অশুপ্পা রাফম খরা পুক্রিংতিংনা লাপ্থোকপীরকপা ডাঃ এন, ইবোবী, দি, এম, কোলেজ ওফ আর্টস এন্দ কমর্স, ইম্ফালবুস্থ হায়নঙাই লৈতনা তৌবিমল খঙবা উৎচরি ।

অশোয়বা অমদি অরানবা খুদিংমক পাঙত্রবা অইবগী হক্‌নি খন্না অইবা মশামক্তা অফোঙবা ওইডুনা, মশাগী নাৎ তাকপা অমদি মনীংতম্না শক্তম লেপতুনা লৈবা পান্না খুন্নাইগী খনবা মৈতৈশিংগী খুয়া খাদা লাইরিক অসি কোক নোম্না নোল্ক্তা কৎচরি ।

ডাঃ রাৎথৈময়ুম বুধ সিংহ
এম, এ; পি, আইচ, ডি,
রাষ্ট্রভাষা রত্ন, ডিপ্লোমা হিন্দী

শিংজমৈ,
তাং ৩০/১২/৭২ খৃঃ কুম

# বাহোল থরম্বং

শ্রীবাংথৈমম্বুম বুধ সিংহ, এম. এ, রাষ্ট্রভাবা হম্বনা M.U. গী ডোক্টোরেট ডিগ্রি ফঙনবা ইবা Thesis (থিসিস) মুম্ব পারে। লাইরিক অসিদা শাম্নবা মথল কয়াগী বাঙ্‌রোল অমদি কাম্নবা মায়েক শেংনা তাক্লি। মায়গৈ কয়ামরুমদা অচৌবা শক্তিশিংনা কোইশিনবা, চহি লিশিং কয়া মনিং-মথা তমহুনা লাকপা অমসুং মহাক্কী নাংনা মালেমগী তমজনিংঙাই ওইবা পঙচাউ চাউদবা মীতৈ কৌবা ফুরুপকী পুনসিগা থানবা য়াক্রবা মশাম্নশিং মরীক চুম্না নৈনরি। য়াম্না পীক্লিবা থেংমগী অঙাংগী মশাম্ন, পুংকক চাউবা অঙাংগী মশাক্তা, পাথং লৈশাবীগী মশাম্ন-মথোইগী হকচাংগী অমসুং পুক্লিংগী পাঙ্গল হেনগৎলবা মশাম্ন, অহল ওইরবশিংগী মশাম্ন, মুপা মুপী পুম্ন শাম্ননিম্নবা অমদি মুপী তনা শাম্নবা, মুপাতনা শাম্নবা - মথল থুনিংমক্কী মশাম্ন বাহৈ কনমনা ফঙনা য়েক্লনা তাক্লি। করম্না হকচাং ফরগা পুক্লিংগী পাঙ্গল হেনগৎহনগদগে অমসুং পুক্লিংগা হকচাংগা করম্না মরী লৈনবগে হায়বা উৎপা মশাম্ন কয়া লাইরিক অসিদা উবা ফংই। হৈন্দবী করম্না শেমগৎলগ হু য়বা মমাগা পিরিবা মচাগা শাম্নবা মশাম্ননা তাকলি। মীশিং য় মজ্জদবা মীতৈনা মশিং য়াম্বা জাতী কয়াবু করম্না তৌরগা লাম্বা পাগদগে হায়বদু Thesis অসি-গী লমায় ৬ তা য়াওরিবা 'মীতৈ অমা, অরা তরা' হায়বাসনা অহুম তাকচরে। নিংশা কাংলোন শিজিম্নবা হৈহুনা পুনসি চাওথংহন্নবী :

উম্নাউবী, হরেতুপ, থুংলোংপী, চৈতেক কোংপী, মরুম কোনবী, কৌবুল হাবী, কৈয়েন, নোমনোম শগাইতোং, লমজেল, হিয়াঙনচিংবা মুপাথোকপা মশাম্ন কয়াগীদি পূবারীগী ওইনা লিথুন কয়াগা লোয়্ননা মথোয়গী বাংউরোল নৈনবদা T·C. Hodson গী Oasis of civiliza tion হায়না মৈতৈশিংবু থাগৎলমহু নিংশিংই। শরিৎ শারাক, মুবী

লাকপী, থাঙ-তানা মীতৈ জাতিবু করম্ন হকচাং ফন অমদি মমাম্নবা মুম-থংনবা লৈবাকশিংদগী মীথোই মীহেম্ন থম্নহগ হায়বা ময়েকশেংনা উংলি। খোংজোমবগী মুংগী ওইবা রাখল্লোন অসি নৌমা থিজিন হুমজিনবগী লম্বীদা খোঙদারকপশিংদা য়াম্না কান্নগনি। লাইরিক অসি পারোল পুরেল কয়না চারোল শুরোল কয়াগী থম্বীরম্বা মুৎপা মাঙবা লৈররোইদবা পোৎশকা থল্লবা অমনি। মতম শরুগী মমাঙদা মুক্ত কাঙজৈ শাম্নবা হায়বসি মীতৈ নুপামচা খুদিংমককী তৌদবা য়াম্রবা মশাননা ওইনা তৌরম্মী অদুবু মতমগী মতুংইনন ইফালদদি মসিগী মমি শাম্লক্লে। কাং শাননবগী মরমদা পন্দূপ অমা ফজনা নৈনরি। অইবনা কাংগী রাংভূরোল ফজনা উংলি। Polo হায়না পৃথিবীদা খঙনবা মৈত্রবাক্তা হৌফম ওইনা 'শগোল কাঙজৈ'গী মরমদা নৈনবা অমা হাপ্ল অসিনা Thesis কী মগুন থঙহেন হেনগৎহল্লি মরমদি Polo তগী মতেংনা, শগোল কাংজৈনা হৈশিংবনা য়েক্লবা কয়া ডমহুনা মৈতৈনা মরোমাদোম লেপচবা ডমহৌরিবনি। অম্নকী মতিক মৈতৈনা শগোলবু নিংলমই, অরাংবা থাক্তা থাঙ্গংলম্মী মতুদি মাগী ইমুং মনুংগী মী ফাওবা য়োনথোক্লনা শগোল কৈহুনা তোংবা তমহুনা, হৈশিংবা উৎহুনা, আরাম্বাই লংহুনা মজাগৌগী নিংখা ংম্বা ভাক্তরম্মা হায়বগী খুদম পুরারীদা য়াওরী; If Manipur lives, who dies and if Manipur dies, who lives হায়হুনা R. Kipling গী রাখল্লোনদা চেংনা থাজবা মীশক কয়াগী খুদোলনি ঐখোয়না ভসি মুংভাইনা মালেমদা ভক থাঙ্গংন। হিংবা ভমলিবসি।

মশাম্নশিং অসিবু লাইহরাওবা অমম্মুং লৈবাকী কুম্মৈশিংনা য়োক-খংলি। মরম অদুনা মশান্নশিং অসি মীতৈ খুদিংমকী কাউবা য়াম্রবা, হকচাংগী ঈ-তোংদা চঙম্রবা অমগুম লৈরী। লাই হরাওবা অমদি লাইভাওবগী নাৎ অসি মণিপুরদা নত্তনা সুমাত্রা, জাভা, বোর্নিওনচিংবা

লৈবাকশিংদস্তু চৎথরি। চহি হৌবদা কোংবা লৈথোং ফাংপনচিংবা ত্তৌবগী নাং অসিন্তু হায়রিবা লৈবাকশিংদস্তু ফংই।

শ্রীবাংথৈময়ুম বুধ সিংহগী 'মৈতৈশিংগী মহৌশাদগী শাগোম্রহুনা লৈজররক্লবা মশাম্লশিং' হায়বা Thesis অসি পাবদা পুক্লিংদা ঈহল অমা কাওই - মশাম থর অমদি International (মালেম পুম্বগী) থাক কাওবা য়োনা শাননরকলি। মশাননা ময়াম অসি খোমজিন্দুনা, নৈনহুংনা মাঙদনা Ph· D গী Thesis ওইনা থম্বসি থল্লুবদা অইববু য়াম্না থাগৎনিংঙাইনি। তুংলমচৎকী মীওইশিংনা পারমচৎ পুরমচৎ থিরকপদা কাননবা য়াম্না ফংগনি। ঐথোয়গী মশাননা ময়াম অসিনা মাঙলমচংকী অথোবশিং মরৈবাক নীংবশিং পুথোকখিবগুম তুংদস্তু মথোয়গী মশাং হেনগংপা ওইসনু—মরমদি Socrates না হায়, "Crito, নথোয়না ঐবু ফুমনিংবা মওংদা কুপ্পু-তৌবদি ফুম্বা মতমদা Socrates কী হকচাংদমক ফুম্লবনি, মহাকী spirit পুদি ফুম্বা নতে' হায়য়ু।" মশাকবা নহারোলশিংতনা বাথলৈবা অহললোনশিংগা তা-নরগা মশাকবা মণিপুর অমা শেম্বা ঙমগনি। অইবনা হিরমসিদা নিংথিনা উৎলে।

ডাঃ এন ইবোবী
দি : এমঃ কোলেজ
অফ আর্টস অমসুং কমর্স ইম্ফাল,

ইম্ফাল,
তাং ১ । ১১ । ৭২ ইং,

Dr M. Kirti Singh
M. A , LL. B, PH. D., D. LIT,
Head/Senior Lecturer,
D.M. College of Arts and Commerce,
Life Member ISBA, AIOC and
The Asiatic Society, Calcutta,
.Council Member, BCRI ( Poona )

Imphal,
Dated 30th Dec., 1988.

This is to certify that the subject matter of the thesis entitled "Indigenous games of the Meiteis with special reference to Kang and Polo ( 19th century A.D.)" is a record of work done under my guidance by W. Budha Singh, M. A., Rastra Bhasa Ratna. The contents of the thesis did not form the basis for the award of any previous degree to him or to the best of my knowledge to anybody else.

He has fulfilled all the requirements of the University ordinance as a registered student for about 4 years. I am satisfied with his work and want to place the same for a board of examiners for the award of the degree of PH. D. of Manipur University.

( Dr M. Kirti Singh )
Research Guide ( Main )
Imphal, Manipur

30.12.1988

This is to certify that the thesis entitled, Indigenous Games of the Meiteis with Special Reference to Kang and Polo ( 19th Century A. D. ) submitted by Sri Wangkheimayum Budha Singh for the award of Doctor of Philosophy of Manipur University is an original piece of work. It highlights the tradition of games and sports of the Meitei people, which, among others, markedly characterises the culture of the people.

The thesis, or any part of it, has not been submitted elsewhere for any degree.

( DR. CH. BUDHI SINGH )
( Research Co-guide )

Department of Anthropology
Manipur University
Canchipur : Imphal

Dated, 30/12/88

# য়াওক্রম



---

# হায়াঙ হানবা

মালেম শীনবা থুংনা লৈরিবা অয়াম্বা মীওই-যুরুপশিংগী মখোয় মখোয়গী ওইবা মশামা কয়া লৈনবগুম মৈতৈ হায়বসিগীসু লৈজরিবা মশামশিং অসিগী তোপ তোপনা লৈজবা মওং কয়া লৈ। তঙাইফদনা মশামশিং অসি নৈনদ্রবদি মৈতৈ খুমাই মশক তাকপদা মরীক চুমবা ইরাং রাংপগুম তৌই। মশামশিংনা খুন্নাই শেমগৎপদা লৌরকপিবা থৌদাং অমসুং মখোয়না নাৎ অমসুং শক তাকপদা চঙজবা য়াজবা মচল অমা ওইনা লৌরিবা থৌদাং মীয়ামদা ফোংদোক্লিংবা অইবগী বাখল অমসু পোকখি।

হৌজিক হৌজিক ফাওবদ, মচেং মচেং থরা ওইনা মশামশিংগী মরমদা ইবা থেংনরবসু মপুঙওইনা চুং-ফিরাল চাবা হৌরম অসিদা রিসার্সগী ওইনা ইবদি লৈত্রি; শরুপচিন্না হায়বা তারবদা মৈতৈ মশামশিংগী ওইবা অপুনবা রারেং অমগী শক্তম কনা অনত্তনসু উবা ফংনদ্রি। অসিগুম্বা অতোবা অমদি অরাংপা মেনশিন্দুনা থমগী তঙাইফদবা লৈ। রাকম অসিনা অইবদা থিজিন-হৌমজিন্দুনা মপুং ওইবা রারেং (থেসিস) অমা ওইনা পুথোক্লবগী শাফু অমসু পীখি। মশামশিং নৈনরকপদা, তঙাইফদনা 'কাঙবরোল' 'কাঙজৈরোল' 'থেঙৌরোল' 'ইরেং পুরম্বি', 'লৈশেমলোন' 'পুদিন', 'থাঙলোন থাঙচৎ' নচিংবা ফোঙঙ্খিবা পুয়াশিং (অরিবা খুংই লাইরিকশিং) তঙাইফদনা লৌথংতবা য়াদে; ফোংলক্লবা পুয়াশিংগী মরক্তু 'চায়নরোল' 'চাদ-লাইহুই' 'খুমনলোন' 'চৈথারোল কুম্পাবা' 'নিংথৌরোল লমবুবা' মোইরাং নিংথৌরোল লমবুবা' অমসুং 'চেংলৈরোন' নচিংবা তঙাইফদনা নৈনবদা য়াওদবা য়াদে।

মথক্তা পল্লিবা ফোংলবা অমসুং ফোঙজিবা পুয়াশিং অসিদা মৈতৈশিংগী মশামশিং হৌরকফম অমসুং মশামগা মরী লৈনবা বারী কয়া

মতেক মতেক পল্লগ্গা থেংনৈ। হৌজিক হৌজিক অইবনা চৎতুনা খিবদা ফংজবা মচাকশিং অমস্তুং মীৎনা উবা পাউদম কয়াস্থ হাপচিন্দুনা পাণ্ড থোক্লিবা থৌরমশিং (কনেকতেৎ একাউন্ত) অমা শাগৎচবনি। হৌজিক হৌজিকমক পাংথোক্লিবা থৌরমশিং অমস্তুং থাজনবা রাখল্লোন কয়াস্থ তঙায়ফদনা অইবনা লৌথৎচৈ। থাজনবী রাখল্লোন অমস্তুং মতম মতমগী ওইবা থৌরম পরেংশিংনা অইবনা পীজরিবা রাফমশিংগী হুমকম চেংশিলহল্লি।

য়ারিবমথৈ চুং-ফিরাল চানা পুথোকপদা কনাগা তানরগা অমদি কনানা লমজিংবিরগা ফগদগে খনবদা ডাঃ এম, কীর্তি সিংহ এম এ, এল, এল, বি; পিএইচ, ডি; ডি লিৎ সেনিয়র লেকচরর অমস্তুং হেড ওফ দিপার্টমেন্ট. ডি, এম, কোলেজ (আর্টস এণ্ড কমর্স) না লমজিংবিরগা ফগনি খন্দুনা ঐখোয় গী য়ুমদা চৎতুনা হায়জরুবদা ঐ সিনা হরাও হরাও য়াবীরকপদগী মনিপুর ইউনিভরসিতিদা রেজিসত্রার তৌনবা থাগৎখি। তশেংনমক ঐখোয়গী মপান নৎলমদ্রবদি অইবগী অনীংবা রাখল অমস্তুং অপাম্বা অরেম্বদা মাঙলমগদবনি. ঐখোয় অসিগী লমন অইবদা মতম কুইনগী ওইনা তোনশিন্দুনা লৈরগনি।

অফবা রাখলগা লোয়ননা. মতিক লৈবা থোসিস অমা ওইনবা হায়দুনা এম, ইউ, গী অথোরিটিনা ডাঃ চোংথাম বুধি, এম, এস, সি, পি. ইচ, ডি. এসোসিয়েৎ প্রোফেসার, এনথ্রোপোলোজি ডিপার্টমেন্ট, এম, ইউ, বুস্থ তেংবাঙবা লমজিংবা অমা ওইনবা তাকপীরকখি। অইবনস্থ ঐখোয়সিগী য়ুমদা চৎলগা হায়জরুবদস্থ হরাও হরাওনা মচা-মনাওমকনি খন্দুনা য়াবিরকখি মমল য়ামখ্রবা ঐখোয়সিনস্থ অইবগী রাখললোনবু ময়েক শেংহনবা হোৎনবদা হায়নিংঙাই লৈতনা মতেং পীবিখি। তশেংনমক শন্না হায়বা তারবদ; ঐখোয় অনি অসিগী মপান্না থোসিস অসি পুথোকপা ঙমজবনি. অনিমকী কান্নরবা পাউতাকশিং অইদনা ফংজখি।

মারেং অসি মপ্‌ঙফানবা হোৎনবদা মতেঙ পাংবিখিবশিংগী মরক্তা লৈখিদ্রবা চনম্বম বীরহরি, উরিপোক, লৈখিদ্রবা ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ, ভারিয়ানবম কুলচন্দ্র সিংহ, য়াইখোংবী ওঝা থম্বৌ, রাজকুমার সনাহল্‌ বি. কম, লৈতানখেম হেরামোৎ, ময়াংলম্বম থাবল, ডি. গৌরকিশর শর্মা; অসিনচিংবা কয়াগী লমন অইবদা তোনশিল্লবনি। চিশল্লক্রবা মতমদা তেঙবাঙবীখিবা কেঅাইচ, যুগেশ্বর সিংহ, এসিষ্টেন্ট স্পোর্টস ডাইরেক্টর, মণিপুর ইউনিভরসিতি অমসুং মুতুম বহাদুর, ডাইরেক্টর মুতুম মুজিয়ম বুসু তৌবীমল খঙবা উৎচরি।

অসিগী মথক্তা, মরুওইবা চেফোঙ কয়াবু শীজিন্নবা শীন্নবীরক-পশিং অমসুং থোইদোক হেন্দোক্না মতেঙ লৌজরিবা লাইরিক লোয়ন লোয়ননা মরী লৈনবা চেফোঙ কয়াবু শীজিন্নহনবীরিবা ডাঃ নোংমাই-থেম ইবোহল সিংহ, এম, এ, এল বি,; পিঅাইচ, ডি, অসিদগীসু হেন্দোক্না মরী লৈনবা লাইরিক কয়াবু খোমজিন্দুনা থমলিবা পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহগী লমনসু অইবদা মতম কুইনগী ওইনা লমন তোন্দুনা লৈরগনি। পনফম থোকপদা, সেনট্রেল লাইব্রেরী, গোভর্নমেন্ট ওফ মনিপুর, ইম্ফালগী মরী লৈনবা অথোরিতিশিংবুসু তৌবিমল খঙবা উৎচরি। পুম্নমকসিগী মথক্তা থোইদোক হেন্দোক্না মতেঙ লৌজরিবা মনুং অমসুং মপানগী লাইরিক অমসুং চেফোংশিংগী অইবা অমসুং অফোঙবশিংগী লমনসু অইবদা তোনশিল্লবনি।

অরোইবা ওইনা, মারেং অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা তৌকম থোকপা থবক পায়খৎশীবগীদমক মণিপুর ইউনিভরসিতিগী মরী লৈনবা অথোরিটিবু লোয়ননা তেঙবাঙবীরকপা থুদিংমকপুসু থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

পোইশু ১২ নি পানবা.	থাংথৈময়ুম বুধ সিংহ

তাং ৩০ : ১২ । ৮৮ ইং

# মৈতৈশিংগী মহৌশাদগী শাগোম্দুবা

## লৈজরক্লবা মশাম্নশিং

### মক্লওইনা 'কাং' অমসুং 'শগোল কাঙৈজে'

(১৯ শুবা খ্ব : চহী-চা)

অহানবা তাঙ্কক

## বাহৌদোক

মালেম শীনবা থুংনা লৈরিবা তাইবঙমী খুদিংমক্কী মখোয় মখোয়গী ওইবা কাংলুপপু মশক তাকপা মশাম্না কায়ামুক লৈনৈ। মশাম্নশিং অনিনা হন্বা মুংশিং, লমদমগী ওইবা অতোপ্পা অকুংকী ফিভম অমদি অইং-অশানা তোঙান তোঙানবা মীওই, ফুরূপশিং লেমগংলকপগা নকশিন্ননা অমদি মরী লৈননা হৌগৎ-চাউখৎলকপা মশানা তাবা থংকমনি। লৈবাক মচা তাবা থুনাই অমা ওইরক্পদা চঙবা মচলশিং মশক লেপ্পদা মশাম্নশিংনসু চাউরবা শক্লক অমা য়াকম খোকই। কাঙলুপ অমগী মনাং চাংথংলি নত্রগা কাঙলুপ অদু চাওখৎপা ফুরূপ অমনি তাকপদা মশাম্নসিংনসু চাউরবা থোদাং লৌই। মরম অদুনা মশাম্নশিংবু য়োকখৎতুনা চাওখৎহন্নবা হোৎনবগী মরম অমসু ওসিগী সাইনকী মতম অসি কাওবদা ওইরি।

শাম্নবু চুম্না হকচাং কননবগীদমক্তা নত্তনা ফুরূপ অমগী লুংতোংদা চঙতুনা লৈরবা মনাং অমা ওইনা চোংথোকচরকই; মসিগী মহৈনা লৈবাকী বাক্লেন থোরমদা, শেল থুম চাওখৎপগী লম্বীদা অমসুং লমচৎ কজনা থকসি খাসি ভাক্লা চৎপা লৈবাক অমা ওইহনবদা মতেঙ পী। নিংথৌমক পানবা মতম ওইরবসু থকসি খাসি হাম্নখসি থমদবদি মাদে,

মসি থম্বনা লৈবাক বায়েনদা অপনবা থোকহনলমদে। হকসি খাসি থম্বদা মশানলশিংনা লৌরিবা থৌদাং য়াম্না চাউই। মশাংশিংগী তৌবকফম অমসুং চাউখৎলকপা মওং য়েংলগা রাকম অসি চুম্মী হায়বা উবা ফংই, তাশেংনমক স্বরূপ অমা শাগৎপদা নীংশিংবা থোকল্লা মতমদগী হৌনা মশান্নশিংনা, লৈনবা লোইবা থম্বা লৈতবা মওংদা, শরুক য়ারকই হায়বসি মশাংশিংনা স্বরূপ অমগী মওং শেমগৎপদা লৌরিবা থৌদাংনা তাকই।[1]

মুংখিবা যাবা মতাং লৈরবা ফাউবদা খুনাই অমা তিংজনা লৈরকপদা মশান্নশিংনা হায়নতাই লৈতনা থৌদাং লৌনা ওক্তা লেংফম থোক্লবা মতাং তাক্কা লৈ। ভুক্তিউ মতমদদি মশান্নশিংনা স্বরূপ অমব মশা লিংচনবা মতিক ময়াম অমসুং মওম পীবা তোইনা থোকই। মরৈনাকপ মুংশিবগী ইৎতী শাগৎপদা মশাক্লনা মাতেং পী অসুং অমাংমদা আতোপ্পবুসু মুংশিবগী ইল্লল পোকহনকপসু তোয়না থোকই। মীওইনদা লৈবা মীয়ংশি অত্ত লৈবাককী ওইনা পুনসিননা থম্দা মাতেং পী। মসিং চংলবা ফুটাবোলগী শাম্নরোইশিং পেন্ন অমসুং মখাদাননা মাখায় মথোম্নগী লৈবাককী মীওইদা অপুনবা রাথক্লগী লিচিং অমা পোকহনবা ঙম্মী। অথোই অতেন তাম্নবদা মায়পাক্লবা লৈবাক অমগী মীওইশিংনা মথোয় মথোয়গী পুক্নিংদা মুংভাইবা ফাওবসিমক্তা লৈবাক অমগী অপুনবা শক্তম কোংদোকপদা মাতেং পী অমসুং লৈবাক অমগী মঙ্গুংদা কাংলুপ নাইনবগী রাথল মীংকুপতা কাউথোকনৈ।

রাকমশিং অসিগী মথক্তা মৈতৈগী অপুনবা স্বরূপতদি মালেমগী মফম অতৈদা তৌবদগী হেন্দোক্না মশান্নশিংনা লাইনিংবগী মওং নত্তগা লাইবু থাজবগী ওইবা নাংকা য়াম্না নকশিন্নবা চৎপনা অয়াম্বনি। অপাম্নবা নল্লগা নাকোয়নবা লাইগী থৌরমগা মরী লৈনবা ময়েক

---

১। রাকম অসি থাইনা য়ানরবনি।

শেংনা উবা ফই , য়াম্না হেনজনবা মওংদা লাইগী থৌরমগী মরী লৈনরিবা মশাম্না থরদি শাগোল কাংজৈ, কাং, মুক্না, লমজেল, ফীবুল হাইগী, মুক্না-কাংজৈনচিংবা নৈনবদা থেংনৈ। মথাগী মরী লৈনবা তাঙককশিংদা পনবা য়াবা পন্দুনা নৈনজরি।

মুপা মুপী অনিমককী ওইনা ফুরুপ অনিগী মশক তাকপা মশাম্না কয়াম্মুক লৈ। মুপাগা মুপীগা পুম্না শাম্নমিন্নবা মশামশিং য়াংপা নত্তে। মৈতৈ খুন্নাইদা মুপাশিংনা মুপীশিংবু নমশিন্দুনা থম্বগী মওং লৈতে তাকপা মশাম্না য়াওদবা নত্তে। মুপীগা মুপাগা লাইনিংথৌ অমসুং লাইরেম্বী অনৌগী মহুং শিন্দুনা লাইগী ফানথোং য়ৌনা চেনবগী মওং অমসুং লাই হৈরাওবগী থৌরমগী থৌরম মহুংদা য়াওরি। মরিওবা তাঙককী 'লমজেল' মশাম্না নৈনরকপদা নৈনরকথিগনি। মুপীনা খুৎ অমসুং মুপানা খুৎ অমা শেমহুনা মুপা মুপী লাম্বা তৌহনা শাম্নবসি মুপামচা অমসুং মুপীমচা পুমকক চাউরবা চাউরবীশিংনা কাং, উরাউবী মশাম্না অনৌসিদা মরুওইনা উবা ফংই। মুপা মুপী লাম্বা তৌনবা অনেম্বা থাককী লমচৎ নত্তে; খুন্নাইনা য়াবা মীওংনি উংলি। মুপাগা মুপীগমক লাম্বা তৌনবসি মালেম পুম্বদা লৈবা মশাম্নশিংদগী তোপ তোপ্না তাবা মওংনি।

তশেংনমক মৈতৈগী মশাম্নশিং নৈনরগা ফুরুপ অসি ভসি-ভরাংতা লমদম অসিদা লৈরকপনি হায়বা লুনা থোকই; শাংলবা নীংশিংবা থোক্লবা মতম কয়াগী মমাংদগী লৈরক্লবনি হায়বসি মশানা তাজরবা য়াফম ওইনা চোংথোকচরকই। অহুম ওইনমক লৈবাক নিংথৌ তাম্নরগা মতম মতমগী ওইনা শেমদোকপম্ন ফংই।

---

২। ডাঃ এম, কীর্ত্তি সিংহ, 'রিলিজীঅস দিভলপমেন্ট ইন মণিপুর' ইন দি এংতিন এণ্ড নাইনতিন সেনচুরিজ, ইম্ফাল, ১৯৮০, লাঃ ৯৯-১০১

মশাম্নশিং অসিদা মৈতৈগী রাংউরোল (কিলেংলোফি) কয়া অমম্ভ মুংদা য়াওহুনা লৈরি। কনাগুম্বা অতোপ্পা মীওই কাংলুপকী মী অমত্তদগী তম্নকপা নত্তে। তম্নবা ফাওবদা মৈতৈশিংনা মশোয়গী মনাং পুশিন্দুনা মখোয়গীতা ওইবা মওং অমদা পুথোকই। অতোপ্পা কাংলুপ অমগী চংনবী মতৌ তম্বা পামদে হায়বসি মৈতৈগী রাস লীলাদা থুদম পীরি। মুংগী রাহনথোক পীবদা পুয়া কয়া অমম্মুং পণ্ডিতশিংগী মত্ত তোঙান তোঙান্না লৈরবম্মু লমদমসিগী তোপ তোপ্পা মশক উংলি।

অঙাংগী শান্নরোল কয়াদম্ভ রাংউরোল য়াংদনা তোপকপা নাত্ত। রাংউরোলশিং অসিনা মৈতৈনা শান্নবু চুম্না শান্নবগী ভাব্দা ওইনা লৌদে হায়বগী থুদমনি। লিশাং শীংনা চহী চা কয়া কয়া লাক্রবা মীওই কাংলুপ অমনা লৈফম থোকপা রাগললি। মুংখিবা যাদা মশান্না কয়াবু ঙসিম্ম মুংতনা লৈরকলি; থুনাই অসিগী লুপ্তোংদা চঙ্হুনা লৈরি। মশান্না অয়াম্ববু লাইগী হাক্তুগী শাকরকলবনি থাজনৈ। মপা মপুবু অমস্তুং মীথোই মীহেনবা মীবু লাইনি নীংনবা, থোইদাবপা মতিক-মঙম লৈবা অহিংবা অমস্তুং হিংদবা পোংশিংবু লাইনী হায়না থাজবা, অমস্তুং পুম্নমকপু শেম্বীবা লাই অমা লৈ হায়নম্ম থনবা রাকম মৈতৈ থুম্নাইদা লৈ।

নৈনরিবা মশান্নশিংগী মরক্তগী মৈতৈগী 'শগোল কাঙজৈ' মালেম শীনম্রে। মণিপুর অসি মশান্নসিগী হৌরককম ওইনা লৌনয়ে। হৌজিক মালেম শীনবা থুংনা 'পোলো' হায়না খঙনরবনি। মশান্নসিগী মরমদা কুপ্পা মরী লৈনবা তাঙকক (চেপতর) দা মমুং তানা নৈনরি। ভশেংনমক মশান্নসিবু নৈনরকপদা মৈতৈশিংগী থৌদাং অমম্মুং মনাংপু হুন্দোকপদি মপঙ্ ফাদে।[৩] মরম অহুনা কুপশিন্না নৈনরকপদা মৈতৈশিংনা লৈরিবা লমদম অসিবু খোঙ্গুল লীনরকপনি।

---

৩। তাঙকক চণ্ডবদা রাকমসি নৈনজরি।

লমদম অসি অহৈং মশা চাং চা-বনা মৈতৈ ফুরুপকী মীওই অসি মশা মউ কনা লৈহল্লি। থাকম অসি লৈমায়গী অতোপ্ত-অকুং ( তোপো-গ্রাফি ) অমসুং কংলিবা শাংঙা অমদি মনা-মশিংনা শোগংলি। ভম্পাক অসিমক চাউখংত্রিবৈ মতমগী মীওইশিংনা অকনবা নোংলৈ-নুংশিং অচৌবা ঈশিং ঈচাউ কয়াদগী মশাবু কনজবা ওমবা মফমনি অমসুং মালেম শিনবা থুংনা লৈরিবা লমদমশিংগা চাংদম্নবদা থ্বাইদগী কোমনা অমসুং লায়না হিংবা ওমবা মফমনি। কোম্না, লায়না হিংবা ওমবা অমসুং মনীং ভমনা লৈজরকপা হায়বসিস্ত নাং অমনি। য়েক্নবদগী কয়ম তৌনা থুম্নাই কলহৌগদগে হায়বগী মওংসু মশাম্দা হাপতুনা মওং তানা শেমজকই। মসিনক্লা মৈতৈশিংনা মথল কয়াগী মশান্না শাগোম্নহুনা চুঙ-ফিন্নাল চাবা মওংদা থম্নবগী মনুং হনক্লিন্না চেকশিন্না থম্নবা মচাক-শিংগী মরক্তগী অমসুনি। লমদমসিদা মশান্না কয়া অনদি শান্নরোল চাউখৎপা ঙকনিংঙাই ওইদে। মশান্নশিংবু মক্কওইনা লাই হরাওবা অমসুং হরাউ-কুম্মৈশিংনা য়োক্নুনা থম্মী।

অপিকপা লম মতেক অমা ফংবদা শান্নবা য়াবা মীওইবনা লৈকুং-লৈরাইদা লৈরিবৈদগী হৌনা লোয়নরকপা য়াবা মশান্নশিংগী মরক্তা মৈতৈগী 'মুক্না' খোইদোক্না নৈননিংঙাইনি। মুক্নাগী লৌরোল মথল-শিংনা মশান্নসি য়াম্না লিরবা মশান্ননি ত্তাকচৈ। লমদম অসিদা হৌজিক্কী থ্বামত্রবদা চহি ২০,০০০—৪০,০০০ সিবাইদা মুঙগী যুগকী মী লৈরে হায়না আর্কিওলোজিষ্টশিংনা থুদম পীহুনা তাকলিবা[৪] অমসুং মৈহৌরোলগী

---

৪। (অ) কয়াম্নুদিন পুখ্রিময়ুম, 'মিংশেল', ভোঃ ৭, ইসু নং ১৬। ১৭ ইম্ফাল, ১৯৮৬, লাঃ ১৯

(আ) ও, কুমার সিংহ, প্রি-হিষ্টোরিক আরকিওলোজি ওফ নোংপোক কৈথেল মানবী, ইম্ফাল, ১৯৮৬, লাঃ ৫৭-৬৪

(ই) নাওরেম সনাজাওবা, মণিপুর পাষ্ট এন্দ প্রেজেন্ট, লাঃ ৬৪-৬৫

মরমদা ইবা মৈতৈ পুয়া কয়ানা শীবা লীখুনবু চুম্মী হায়বসি মশাইসিনমক অত্তমক উৎলি। মসিগী মশাইসিনা ম্যাখলদা লৈরিবা অরিবা ফুরুপশিংগী মরক্তা মৈতৈ ফুরপস্ত য়াম্না লিরবা ইরুপ অমনি হায়বা অদুম তাকচবা রাকমনি। হায়রিবা মশাইসি মৈতৈগী 'শরিং শারাং' হায়বা খুৎলাই য়াওদনা হকচাংবু য়েক্কবগী লাম্বা লৌরকপদা কয়বা অমস্তং অত্তোম্পবু মায়থীবা শীনবা হোংনবা মহৈ অসিগা য়াম্মমক নরন চংলি। মুক্কা হৈবা নীবু অকনবনি লৌনৈ। ডাকু নিংথৌ হায়বা শিংথোল ফংখ্রবা। হরাচন্দ্র শরিং-শরাং, মুক্কানচিংবা ফুন-কাংজোনগী মহৈ নীংথিনা শীজিন্নরম্বগী বাফম অহল-লমম্না হাযনরকই।

অসিগীম্ত মথক্তা শেংকপা যাবা খুৎলাই থাঙ অমস্তং তনচিংবা পায়দুনা লাম্বা তৌনরকপদা হকচাং হাকথোকপগা লোয়ননা অত্তোঙবু শোকহম্বা কাংলোন কুপ্পা শীজিন্নবা শাজল তৌফম ওইনা মশাংখা থাঙ-তা থোইদোক্লা মৈতৈগীতা ওইবা মনাং অমস্তং চৎনরোকপা চাউথৎলকখিবনি হায়বা রাফম থাঙ-অমস্তং তাগী মতাং নৈনরকপদা থঙবা ঙমগনি।

লৈঙাকলোন্দা শান্নবগী মমি তাপবা নত্তে। হি তোংদুনা ঈশিংগী লমদা হৈশিংবা তঙাইফদে হায়বসি মৈতৈ নিংথৌশিংনা খঙকই। কুম্মৈ ওইনা মপানথোংদা উবা 'হিয়াং' মশাম্না অসিদগী রাফম অসি নৈনকম থোকই। হৈ শিংলবা শান্নরোইশিংবু লৈবাককী ফম ইবা ওইহন্দুনা ফম শীবা তোয়না থেংনৈ। মথোয়বু লাঙ্গুপ কাবদগী কোকপী। মরম অদুনা মশান্নশিংগা মৈতৈগী ফুরুপ শেমগৎলক্কবগী মচলশিংগা অনীগী মরক্তা তৎন থানবা য়াদবা মরী লৈনরম্মী।

য়ুমগী মপান্দা শান্নবা মশান্নশিং মুপানা শান্নবদা মতিক মথৌনা কা হেম্না ফুদোকপা উই অমস্তং মুপীশিংনা শান্নবা মশান্নশিংদা থোংপা নৌবদা উহল্লী। শুপচিন্না য়েংবদা, মৈতৈগী মুক্কা, মুক্কা কাঙজৈ, শগোল কাঙজৈ অমস্তং হিয়াংনচিংবদা লমদম অসিদা লৈরম্বা ফুরুপশিংনা

মখোয় মশেল অমগা অমগা লৈনরম্বা মরী অমসুং যুমলোম্নবা বর্ম লৈবাকক্তা তোয়না লানথেংনরম্বগী শাস্ত্ররোলশী থম্বা ঙমী।[৫]

তম্পাক্তা লৈরম্বা য়েক-শলাইশিং অসি নিংথৌচাগী নিংথৌ নোংদা লাইরেন পাংগবা ( ৩৩-১৫৪ এ: ডি: ) অমসুং মাগী মখাদা লাকপা নিংথৌশিংনা মপুং ফানা পুনশিন তাশিল্লিহৌদা তোয়না লাল থৌরম্মী। মরম অদুনা পিশক পীকলিহৌদগী মুপা ওইবনা হকচাং শাহেল অমসুং লানগী থবক অসি তৌদবা য়াদবা শিনফম ওইরম্মী। অঙাংশিংনা শান্নবা মশান্নশিংদা ফাওবা মসিগী মমি ভাদনা তোকহে।

নিংথৌশিংগী মচাইবেম্মা অমসুং মহারানীশিংনা থাঙ-তা, শগোল নিংথীনা থোবা হৈরম্বগী খুদম ফংই। শাপোৎ লানপোৎ শেংতুনা শগোল তোংদুনা খংলাই পায়দুনা লানফম চঙখিবা মৈদিংগু নিংথৌখোম্বা ( ১৪৩২-১৪৬৭ এ. ডি. ) গী মহারাণী লিনথোইঙম্বী মৈতৈ লৈমা তথেম্বী অমসুং খুম্বাই লৈমা মা খোনবী পনবা য়াই। মৈতৈ লৈমা তথেম্বী অমসুং খুরই লৈমনা ১৫৫৪ দা কুয়োং নাবা চংলি।[৬]

মৈতৈ ফুরুপপু ঙসি মালেমদা হিংদুনা লৈহল্লম্বসি মশান্নশিংনা অচৌবা থৌদাং য়াম্নকপননি। মীশিং য়াম্না হেম্নবা অপুনবা অৱাবু মায়োক য়াবা ঙমখিবসিনা মসিগী খুদম পী। চহী তরেৎ খুনতাকপা মতমদা অৱানা তম্পাক অসিবু মপুঙ ফানা লৌশিনবা মঙংদা লৈরবদা অৱাগী মথুংতগী মমা লৈবাকপু কন্নবা অমসুং অৱাবু তানথোক্লবা হোৎনবদা মায় পাকখিবগী মরম মৈতৈশিংগী তোপ তোপ্পা লৈজবা মশান্নশিংদা য়াওদুনা লৈরিবা অমসুং শীজিন্নরিবা মহৈশিংননি। মীশিং য়ামদবা মৈতৈশিংনা মৈতৈ অমগা অরা তরাগা লাম্বা তৌনবা পাঙরৌনরকই।

---

৫। তাক্কক অনীশুবদা অঙাংগী মশান্নদা লৈনরী।

৬। লাইরেনমযুম ইবুংতোহল সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা.), "চৈথারোল কুম্বাবা", ইম্ফাল, ১৯৬৭, লাঃ ৩১

মরম অতুনা অঙাংশিংনা শাম্নবদা অরা শগোলতোংবা মমি তারকই।

নৈনতুনা পুথোকচন্নিবা ৱারেং লাইরিক (থেসিস) অসিদা শীক্লবু শীক্লা লমদম অসি মতোমতা মরোমদোম লেপচন্নকপনি অমসুং মালেমগী মফম অতৈদা ফংলিবশিংগা শাম্নরোলগী ৱাখল্লোন অমদি শাম্নমওংদা তোপ তোপ্পা থেম্নবা ফংই হায়বসি উবা ফংগনি। অসিগুম্বা তোপ তোপ্পা তোঙানবা মনাংকা লোয়ননা লৈজরকপনা ঙসি মালেম শীনবা থুংনা ফুক্লপ অসিবু মশক খঙলকপনি।

তাঙ্কক খায়দোক্লনা মশাম্নশিং অসি নৈনবদা মরুওইনা মথাগী ৱাফম থরসি লৌথংচৈ—

১) তাঙ্কক (কয়াৎ) থুদিংমক্তা মশাম্নশিংগী হৌরকফম য়ারিবমথৈ পুরারি (হিস্তরিকেল) ওইবা মওংদা নৈনবা।

২) পুরারি ওইবা মওংদা চহী মশিং অককনা শীবা ঙমজ্রবদা মৈতৈ থুম্নাইদা চীনবুং ওইনা চংথরকপা মওং।

৩) য়ারিবমথৈ অশম্বা ৱারোল (দিফিনিসন) শীবা।

৪) ৱাহৈগী শীঞ্জিন্ননিংবা মওং য়েংদুনা ৱাহন্থোক চপচানা থঙবা ঙম্নবা ৱ হৈ থুগাইবা।

৫) চংথরকপা মতাং কয়াদা হায়নীংবা ৱাফম অতুগী ঈচেল মাঙ-ইন্দনবা অমসুং লায়না লৌশিনবা ঙম্নবা হাপচিনবা ৱাফম (ফুটনোট) শীবা।

৬) মশাম্নশিং শাম্নবগী মওং অমসুং শাম্নরোল উৎপা।

৭) মশাম্নশিংদা থুম্নাই অসিদা লৌন্নিবা থৌদাং কন্নিনো তাকপা।

৮) মশাম্নশিংগী ৱাংউরোল (ফিলোসোফি) য়ান্নিবমথৈ শীবা।

৯) মতাং চাবদা অতোপ্পা কুক্লপশিংনা শাম্নবা মশামগা চাংদম্নবা।

১০) মীয়ামগী ওইনা লৈবা (ওবজেক্তিব) মীৎয়েংবু অইবগী লম্নাই ওইবা (সবজেক্তিব) মিৎয়েংদা পুথোক্লবা হোৎনবা, অমসুং

১১) ৱাহৈনা ফোংদোকপদা অপাবশিংদা থঙবা ৱাগদবা মশাম্বগী মগুং মতৌ মতাং চাবদা হাপচিনবা।

ৱাফমশিং অসিদা মপান তাংলগা নৈনবদা থুদোংচানবগীদমক পুন্না তাঙ্কক মাপল থোক্লা পুথোকচরি :

অহানবদা, ৱাহৌদোক ; অনীশুবদা, অঙাংশিংগী মশাম্না থৱা ; অহুমশুবদা, 'লমজেল' অমস্তুং 'হিয়াং'; মরিশুবদা, 'শরিৎ শৱাক'; 'য়ুবী লাকপী'; 'থাঙ' অমস্তুং 'তা'; মঙাশুবদা, 'মুক্না' অমস্তুং 'মুক্না কাংজৈ' ; তরুকশুবদ , 'কাং'; তরেৎশুবদা, 'শগোল কাংজৈ' (পোলো); নিপালশুবদা, মশাম্নশিংবু য়োক্লিবা 'লাই হরাওবা' অমস্তুং লৈবাককী কুম্মৈশিং অমস্তুং মাপলশুবদা, ৱারোইশিন।

---

## অনিশুবা তাঙ্কক

## অঙাংশিংগী মশান্না খরা

### ক) পীক্লিবা অঙাংশিংগী মশান্না :

মশান্নশিংনা খুন্নাই অমগী চংনরোল অমস্থং মনাংতা থোইদোক্না অচৌবা মকম অমা য়াহনা লৈ। অঙাংশিংনা শান্নবদা শরুক য়াব্রিবা মশান্না খরদি পীকভ-পীক্লিবা অঙাংশিংনা মমা ওইবীশিংগা শান্নরিবা মশান্নশিংনী। মশান্নশিং অসিগী মম্নুংদা মমা ওইবীশিংনা মচা'বু খোম কাউনবা মচাদা হৌদোং কৌহনা অমুকস্থ মমানা নঙ্গা মচানা থুমহনা শান্নবা মশান্ননি। শান্নবগী মওংদি মমানা হৌদোং হায়না মচাগী মথুং (খোম থিরিবা মচাগী মথুং) পায়হনা হৌদোং হায়না কৌহনা হৌরগা মচাবু 'ঙ্যাও' হায়না থুমহনবনি থুমদ্রগা মমানা অহুমক থুগ্ননি। অরায় অথুমগী মওংদা 'হৌদাং ঙ্যাও; ইমা কৈথেল কাক্লগেকো, ঙ্যাও; কবোক লৈবিরককে, ঙ্যাও ··· নি মো মি মো।' অস্নমনা হায়হনা শান্নবা মশান্ননি।

মচাগী শেগ্রাক তান্না মচাগী পাম্বোম মথক্তা নম নমহনা চংলগা তিক্রি হোংহনা মচাহ্ন মপুকনিং হন্নাউনবা অমস্থং খোম কাউনবা শান্নবা মশান্ননি ইকায় খঙদবদা হৌদোংশুম্ননি হায়বগী পাউন্নোবু নিংশিংহনা মচানা নৈবদগী কন্নবা হোংনবদা মমা মচানা শান্নবা মশান্ননি। মচানা হঞ্জিন হঞ্জিন মমাদা নৈবদগী মচাবু হৌদোংগা পাদম লাক্ক্না হায়রগা শান্নবা মশান্ননি।

অতোপ্পা মৈতৈ খুন্নাইগী মশান্ন অমনা তোংত্র্মবাল কৌই। মমা ওইবীশিংনা পীক্লিবা মচাশিংবু কৌশিল্লগা মমাংদা কোয়না কমহল্লগা অঙাংশিংগী মথুং অনীহ্ন লৈপাক্তা উপনা থাহনা থমহল্লি। লৈবাক্তা

থম্লিবা অঙাংশিংগী মথুংশিং অতুদা মমানা খুতুমনা তপনা তপনা থাই। খুদম থাবা খুদিংগী ৱাহৈ অমমম শীজিনৈ। ৱাহৈশিং অতুদি—

তোং তোং তোংত্রু্ষান
চক্কক নাক্ক চাকৱায়বা
লাই মরোল মচিন্থি,
থাদোই কোইনা
তেমু তেমু মতোন সনা
চি চৌ

মশায়সিদা 'চৌ' তাবা অঙাংগী মথুং অতু শস্তোকহন্দুনা অঙাংগী খুং পুম্নমক শংপা লোইত্রিফাও শানৈ।

মশায়সিদা প.উরৌ পাউতাক পীবা মুংগী ওইবা ৱাকম অমা য়াওরি লৌনৈ। তাইবঙ পানবদা মমানা মচাগীদমক থন্দুনা মচাগী অম্রাবদা শরুক য়াহুনা মচাগী য়াইফনবতা থনবী মচাবু ভাকশেন্দুনা লৈবগী মওং তাকই। তাইবঙগী অমম্তগী পঙথৈহুংদা লৈরিবা ঐখোয়না মপানথোংগী মুংঙাইবদা তাউহুনা লৈথোকপগী অরোইবা পুনসিগী মতমদা পুনসিগী অশেংবা থৌদাং পাঙথোকপা লোইরমদনা পুনসি পীথমনৈ হায়বা থঙহনবা মওংনি।

মৈতৈ খুম্নাইগী অতোপ্পা মশায়া অমদি 'মৈ লৌবী কারৌবী হাও মৈ তোং চাক মৈ' হায়না হায়রগা মুপামচা অমসুং মুপীমচাশিংনা কোয়না ফমহুনা শান্নবা মশায়নি। ফম্নবা অঙাংশিংগী মরক্তগী অমনা 'মৈ' হায়না হৌরগা মথং মথং 'লৌবী', কারৌবী ... হায়না খুমলগা থীরিবা অঙাংহুনা লোইত্রিফাওবা থীহুনা শানৈ।

মশায়া অসি মমানা অঙাংশিংবু মমাংদা কোয়না ফমহন্দুনা মখোয়গী মথুংনা য়ুম মওং শাহন্দুনা মথককী 'মৈলৌবী ....' শায়রোল অসি কোংহুনসু শানৈ। অরোইবা মরোল তাররবদা অঙাংদা 'মৈ সিদা লৈরে'

হায়ছুনা অঙাংতুগী শেগ্রাক, পুকনোপ য়েংছুনা তিক্রি হোৎপদা তুক্তবা মফম অমদা মমাগী খুদোম্বীনা হৎতুনা অঙাংশিংবু হন্নাউনবা নোংকাখছুনা শান্নবনি। অঙাংশিংগী মমা ওইবীশিংগা শান্নবতা নত্তনা মপা পোকপা মপুশিং (করিগুম্বদা মপা) গা লোয়ননা শান্নবা মশান্নস্তু লৈরি। মশান্নসিগী মরোনদি, 'ইপা, ইপু সোন সা, সোন সোন সোন' [1] হায়বসিনি। শান্নরোল অসি হায়ছুনা অহল-লমন্না হাক পোৎথাবা মতমদা লোংনা হিপলগা খোঙ কোনশিন্দুনা খোঙনম নত্রগা খোঙনমগা তাইনবা মফমদা মণ্ডবু (নত্রগা মচাবু) তোংহন্দুনা নোম নোমছুনা শান্নি। লেংইশিনবদা 'সোন সোন' হায়ছুনা অঙাং অদুবু মথক মথা ওন্দুনা মথাদা পুথৈ।

মশান্নসিনা মমাংথৈগী মতমদগী হৌনা মচা ওইবশিংনা মপা-মপু ওইবশিংবু লৈখা তাহন্দনা থম্নবা হোৎনকম থোকপা অমা ওইনা হোৎনরকই হায়বা তাকই। মশাগী ভাক্তা খন্দুনা হিংগদবা মীওইবগী তাইবঙ নত্তে; হৌখ্রবা পারোন পুরোন অমসুং লাকদৌবিবশিংগা লোয়ননা হিংলিবা মশাগা পুন্না অহুম্ককীদমক হিংগদবনি হায়বদু খঙনা শান্নরোল পুথোকতুনা মশান্না অমা ওইনা লৈরম্নবনি। মরুওইনা মপা-মপুশিংবু মীংচৎ থীহন্দনবা হোৎনগদবনি তাকপা মশান্ননি।[2]

মপা পোকপা মপু ওইবশিংনা পীক্লিবা মচা ওইবশিংবু কৈবম্নছুনা পম্নগা হাইছুনা শান্নবা মশান্ন অমসু পনবদা মতাংচাদবা ওইরোই। শান্নরোলদি 'হাও মচা তুনালবোই, থুম্বোন নম্বগা "শিংসে।' হায়বসিনি।

---

১। লম লমগী মতুংইনা নত্রগা খুন খুনগী মতুংইন্না অতৈ মরোল খন্না হাপচিন্নবসু অহুমক য়াওই।

২। মচা কত্তবদি মপা পন্দুনা চৈনবা খুনাই অসিদা মরুওইবা বাকমনি। মপা মপু অমসুং মমা পন্দুনা চৈবা য়ান্না লুনা লৌনৈ।

৩। থুম্বোন নাম্মগা থুম মপাক চাম্মগা মান্নৈ।

লৈমায়গী অতোপ্পু অকুংকী মওংনা লমদম অসি সমুদ্রদগী থাগ্না লৈরম্বনা থুম্ব, য়াম্না নুনা থররম্মী। চীংগী শরুক্তদি থুম কংবা য়াবনা তমদা কংদা থুমখোংদগী তাঙাইফদনা শীজিন্নবা তাই. চঙদবা য়াদবা পোৎচি ওইবা তাঙনদি কংবা মরমনা মৈতৈ চীংমীশিংনা মখোয়না লায়না কংবা চীংগী লোংখোকশিংগা থুমগা তাঙনা শিন্নবা তঙাইফদবনি। অসিগুম্বা মওং অসি মশাগ্না অসিদা মমি তাবনি। মসিনা তঙাইফদনা চীং অমসুং তমগী মরী তেংনবা য়াদনা মমাংতৈগী মতমদা লাকই হায়বগী থুনম চাংদম অমনি।

## খ) পুংকক চাউবা অঙাংশিংগী মশাগ্না :

কাক কাক – মশাগ্নসি কাক শাবি, মপী শাবী অমসুং অঙাং ৫। ১০ পুন্দুনা শান্নবা মশাগ্ননি। মপা, মপী অনীমক শরুক য়াম্না মশা পুবা ওন্নদা চেন চোংলুনা শান্নবা হৈশিংলবা অঙাংশিংনা শান্নবা মশাগ্ননি। শান্নবগী মওংদি মপী শাবী অঙাং ময়ামদগী থগ্না চাউবী কুপীমচা অয়াম্বা মতমদা মকোক চীংলুনা অঙাংশিংনা মাগী মখাংগী ফিদা পায়লুনা মথং মথং পায়লুনা পরেং ওইনা শাই। কাক শাবি অঙাং অমনা খাইগী মতুং থ লিবা অঙাং অহু শোক্লবা তোংনৈ। কাক শাবীবু মপী শাবীনা থংলী অমসুং মাগী মতুংদ লৈবা অঙাংশিংনসু কাক শাবীন লাকপা মায়কৈগী ওন্ন-তৈতেনবদা চেনখক চেনশিন ভোলুনা থৈদোক্কই অহুমনা তৌবা মতমদা পরেং তংপদি য়াদে।

কাক শাবীনা, মমৈ ইথং থংবা অঙাং শোকলুনা 'নং চারে, নং চারে' হায়লুনা শংশোকপা অঙাংসু পরেংলুদগী লৌথোকই। অহুমনা অঙাং খুদিংমক চাঞ্জি কাওবা শান্নবা মশাগ্ননি। মশাগ্নসিগী শান্নরোলদি কাক শাবী অমসুং মপী শাবী অনীগী শরায় অথুমনি—

কাক ক্লাক
কদি পাউনো ?
ময়াং পাউনে।

চাক চখোম মন্তা চাগে।
চাকদে
ঈশিং খুয়ামতা থকে।
থককদে
তুংদা লৈরিবা অসি কনানো?
ইচা খোমদোম্নি।
নচা খোমদোন পীয়ু।
পীকদে
ঐদি লৌনি।
লৌকদে
নাকন চত্তগে?
লাই লৈ।
নথক লানগে
কোয়ৌ লৈ।
মক্রোং লিংক
মালেম লৈ।
শা:

শামরোলসি হায়রবা মতুংদা অঙাংশিংনা কোয়লৈ লৈহুনা কাক শাবীনা শোকদবদগী কম্নবা হোৎনৈ। মমা শাবীনস্থ কাক শাবা বু থংতুনা থম্বী।

মশামনি মৈতৈনা থায়নদগী হৌনা শামরকই হায়না থাজনৈ। মক ওইনা অহানবা তাঙকক ওইনা নোংচুপলোমদগী মীনা লমদমসিদা হাই-জিন্নরুবা মতমদনি। মরুওইনা ময়াংশিংনা হাইজিন্নকপবু খিংনবা অমত্তুং তানখোক্নবা হোৎনরকপগী মখি তাই। অরাকপা মীশিংনা মখোয়গী খুভম কৈৎনবা হোৎনরকপদগী হায়না লৈরব্বা মৈতৈশিংগা য়েথায়নরকপা মওং অমা লাকখি হায়বহু উৎলি।

বৈষ্ণ ধর্মনা চঙলকপা, গরিবনিবাজ মহারাজনা শান্তিদাসনা লাকপা, মমাংগী ধর্ম শন্নোকপা, নিংথৌনা লৈবাককী ধর্ম ওইনা লৌশিনখ্রুনা চংনবা হোংনরকপদগী হায়রা চংলবা লাইনিং মওংবু শোংলপা কাংবুগা মুকথায়নবা অনৌবনা অরিবগী মথক থংখিবা কয়াগী মমি তাবা মশামনি। মশামসিনা ঙৈতে খুমাইদা মমাংঙৈগী মতমদা অমমুং বৈষ্ণব ধর্ম চঙলকপা মতম অনীমক্তা থোকখিবা থোদোককা মরী লৈনবা উংলি।

মরুওইনা মুপীমচাশিংনা শামবা মশামশিংগী মরক্তা 'সেবোত্তি' কাওনবা হায়বসিমু শামরোলগা কোমবা মশামনি অপিকপা মুপা-মচাশিংমু কৱিগুম্বা য়াওই; অদুবু মশামসিমকত্তি মুপীমচাশিংগীনি। শামরোলদি—

'সে সে সেবোত্তি
লাইশ্রম মচা ভবনী
নংগা ঐগা কাওনসি
কনানা ওমগে য়েংনসি
কৌনা ফুক্রুম ফুক্রোকে,
থম্বৌ থককুম থেক্রোকে,
লৈশাবী ফিতুপ শীংনসি,
পাখঙ খুদেশীংনসি। — খা॥

শামরোলসি হায়রগা নিঙংননা খুৎ হাইদোক্লগা খোঙ নাম্বা নাম্বা তিংথোক তিংশিল্ল থুপতোক থুপচিন তৌরগা শামরনি। 'খা' হায়বা মতুংদা চোংহনা শানৈ; খা থাদ্রিঙৈদদি শামরোল নিঙাংননা ফম্বগী মওং নত্তনা অতৈ য়াদে। চোংহনা ইকোন কোম্না লৈহৌবা অঙাংহনা পাঙ্গল কাবা শকনৈ। ওমাং মাঙোন্দা অমমুং শন্নোইদা অয়াম্বা মতমদা শামৈ।

মশাক্নশিংগী ফিজেৎতা মুপাশিংনা মাংলোমদগী ফুংলোমদা ফিজিন পুহনা নাথৈ য়েৎপগী মওং অহু চংনরে। ফুংলোমদগী মাংলোমদা পুক্তনা পুক্তা য়েপগী। ময়াংচু অমমতুং মৈতৈ চহু অনীগী ফিঃজং চাকচা, শাজং-সুংচং খেন্নরকপদগী য়ৈখাক্লবা অমত্তি য়েংশিন্নরকপা থোক-লকপা মওং পন্থুনা অহানবদা শান্নরগী। ফুংদা মুক্তি লাংগগী চংনবী শক্তি ধর্মনা চঙলকপদগী ওইরকপ মওং অমসুং হান্নবি পোংশক্তনা ইমাবু মিংনরম্বা মওং-অনীগী লাংদাইদা থোরকপা মওং পাম্হনা শাক্লবা মশাক্ননি।⁴

"সেবোত্তি কাওনবা" মশাক্নসিগী তোপ তোক্না কাক্লবা মওং অম্দি ন্যগী মচাশিংগী হকচাংগী ফিবম চাউখৎপদা মতেং পাংবা মওংনি। মশুং মরৈ ফারক্লবা মতমদা অমসুং মুখৈ পানবগী লাংমৈল থোঙদারকপদা মশাক্নসিনা চাউরবা থৌদাং লৌই হায়না অহল লমম্না হায়রৈ। ফিবম কনা নীঙ অমসুং কৈগনবু মরুওইনা ফগৎহনবদা মশাক্নসিনা মতেং য়ুম্না পীহনা চাবোকপগী থৃদোংথীবা কয়াদগী কনবা ঙমবগী মচাক অমা ওই হায়বসি মৈতৈগী মাইবশিংগী রাখননি ন্যগী হকচাং শাগৎনবগী খুাইদগী মরুওইবা শাক্সেলশিংগী মরক্তা মশাক্নসিসু অমনি।

---

৪। 'ময়াং' ব হৈ অসি মরুওইনা মৈতৈশিংনা কছাড়দা লৈবা মীশিংদা শীজিনৈরগী। অতুবু মসি পাঙল নত্তবা নোংচুপলোমগী মীশিংগী মায়খোংগী শক্তম অমসুং ফিবম য়েংহনা শীজিনরমনি, য়ৌজিকসু মণিপুরগী অমসুং মপান্দা লৈবা মরুওইনা ভারতকী মৈতৈ নত্তবশিংবু খঙনরি।

৫। সনামহী নিংবা মৈতৈ অয়াখনা লৌবা হাকমনি।

## অঙাংশিংগী মশাম: থরা

**উরাউবী :—**

সুপীনচা অমসুং সুপানচা পুম শাম্নদা য়াবা মশাম্নশিংগী মরক্তা 'উরাউবী' হায়বশিস্থ অমনি। সুপীমচা ডাক্তা শাম্নবদি তোয়না উবা ফংই; সুপানচা ডাক্তা শাম্নবদি ইউ উ:ত্র অহু:কপু উম্লিটৈ মতমদদি সুপামচাশিংনস্থ মরু ওইনা শাম্নরবা মশাম্ননি। মশাম্নসি লালগী মওংদা শাম্নে অপ্নবা মৈতৈ সমাজ পোকত্রিকগী মমাংদা ওইরম্বা জীবম তাকই। মশাম্নসিনা মীচং নাইহনা শাম্নবগী চংনবী লৈ। মীচং অমগী শাম্নরোইশিংনা অতোপ্পা মীচংগী কোর অমগী মমুংদা লেপহল্লিবা বল্লিগী মওংদা থল্লিবা শাম্নরোই অমবু ডাক শেন্দুনা থমী। মসিগী এম-তৈনবা মওংদা অতোপ্পা মীচং অমগী শাম্নরোইশিংনস্থ অহানবা মীচংগী মীওই অমা বল্লিগী মশক ওইনা থল্লিবস্থ শেরৈ। মীচং অনীমককী বল্লিনা লৈরিবা কোর ওইনা কোয়শিন্দুনা থল্লিবা মকম অহুগী অথাপ্পদি মীচং অনীনা য়ানবগী মতুংইন্না লেপ্পী। ডাকশল্লিবা শাম্নরোইশিংনা কোরগী মাংমদা হল্লোক্লা লৈ, মরমদি বল্লি ওইরিবা শাম্নরোইনা শোক্রবদি শি। বল্লিগী মাকোইবদা লৈরিবা শাম্নরোইশিংবু বল্লিগী মীচংদগী শাম্নরোই অমনা 'উ' হায়দুনা নিংশাবর তংতনা নল্রগা মরোল অতোপ্পা লোল্লবস্থ থরদি তংতনা তানথাম্নবগী থবক তৌই। মীচং অনীমকী মীওইশিংনা অমুক অমুক তানথায়বগী থবক অসি তৌই।

মসিনা তানথায়রিডৈদা থর তংশনবদি শোয়দনমক মহাকপু বল্লি শডলিদা শাম্নরোইশিংনা শেংকপা য়াশনা থর তংত্রিডৈদা মাগী মীচংনা শেল্লিবা বল্লিগী থায়ৈকঅদ। হায়বদগী হম্নগী হৌকমদা হল্লিম্নবা হেংনৈ।

উরাউবী মশাম্নসিগী মপুঙ ওইবা উরাউলোনদি 'উ লাউনা তানগে বল্লি মকম লেংগে' হায়বশিনি ; মসিগী মথক্তা অঙাংশিংনা মানা মানা উরু-থঙলূবনা মরুম কয়া পান্দুনা শাম্নবস্থ অহুমক চংনৈ। উরাউলোন ওইনা হান্নৈ 'ঊদগী চাউবা খোংনাংনি মনা পুংবা হৈনৌনি'

কৈখামপাংকী তেনবা তে তে তেনবা...।

উবাউবী শান্নরোলগী মথল মথেল লৈন্নবস্থ মশাম্নসিনা হৌখ্রবা মতমগী মৈতৈশিংনা তোঙান তোঙানবা লমতুপতা মরোম মরোমদোন লেপ্পবা হোৎনবা মরমদগী লৈবাককী নিংথৌশিং অমস্তুং অঙম অথৌশিংনা তোম্ননা লান তৌনরম্মী হায়বা তাকই। ১ সিগী মথক্তা লানকম্নশিংবু কম্ননবা হোৎনরম্মী হায়বস্থ তাকই। অসিগুম্বা লালগী লৈবাক ওইনা লৈবনা মীশম্ম থুদিংমক লৈবাক ঙাকপগী থৌরম পব্বা তঙাইফদবনি শম্না হায়রবদা মশাম্নসিন মমাংদৈ মতমদা অমগা অমগা লান তৌনহনা অঙম অঙম্বা মী কানহনা থম্ববু লৌথোক্লবা হোৎনরম্মী হায়বগী মওং তাকই।

অতোপ্পা হকচাং কাংলোনগী কান্নবা মচল অমদি নিংশা কাংলোন শীজিন্নবগী মওংনি। নিংসা শাংনা থিংদোক থিংজিন তৌবনা নিংশা হৌফম কয়াৎ কগৎহন্দুনা পুন্সি মুংশাংবদা মতেং পী অমস্তুং হকচাং কনা থম্নবগী শাজেল ওই মরম অতুনা মশাম্নসি নিয়ম চুপ্পা মওংদা মতমগা চুননা শান্ননবা হোৎনফম থোকই। অমরোমদা "নিংশা কাংলোন শান্নবা হৈবা হায়বা অসি পুক্নিরোল শায়বা মীওইশিংদা চঙ্গ্রবা য়াত্রবা কাঙ্গলোন অমনি।" ৬

হয়েতুপ :-

মশাম্নসি অঙাংশিংনা মানা মানা শাম্বা ঙা অমমমগী মমিং থোম্নবা মচুংদা মথোয়গী মরক্তগী অমগী মমিং কিনা চেৎনা উদনবা য়েৎহুনা খুমজিন্নগা মহাকপু অতোপ্পা অঙাং অমনা মশা উরু উরু লৈন্নগা লেমহৌরিবা মথোয় ময়াম্বু কোয়থি থিহন্দুনা মশক তাকহনবনি। কব্রিগুম্বা মমিং খুমলিবা অঙাংনা ফান্নবা অঙাং অমবু মশক তাকপা ঙম্নবদি হায়বদি

৬। নাওরেম ইবোবী, "মতম থোঙলৈ পাউথোক", ইম্ফাল, ১৯৮৭, লাঃ ২১

নঙ ঙা অহুনি হায়বা শেংনা হায়বা ওমলবদি মহাক্না ‘ঐনা নওবু চারবনি’ হায়দুনা আকবা অঙাং অহুবু অশিবগী মমুংদা চলহল্লম্মী; শিরবনি হায়দুনা মহাকপু শাম্নবদগী থস্রোকই . অদুম্না মথং মথং ক’হুনা মশক তাক্নবা হোংনরবদা লোয়নমক ক’বা ওমলক্তবদি অতোপ্পা অঙাং অমদা অমুক মাগী মহুং শিনজিন্নি অমসুং হাঙ্গী মওংদা শামবা চংথে ।

শাম্নরিউ মরক্তা মমিৎ পুন্দবা অঙাংশিংনা মচোই মচোই লৈরগা থুবাক থুকই অমসুং মখোয়না হয়েন্তুপ হায়না কৌ কৌদুনা মখোয় মখোয়-মখোয়গী লৈকম তাকই। মমিৎ পুল্লিবা অঙাংনা মখে য়বুথি অঙাংশিংগী মরক্তগী হৈশিংবা অঙাং কনা কনাগুম্বনা লোম্না তপা হয়েন্তুপ শাব্রিবা অঙাং অহুবু ক’হুনা হয়েন্তুপ হায়দুনা মাগী মশা লৈরম্মী অহুগা হয়েন্তুপনা শোক্নবা চেনথোকখি ।

মশাম্নসি অথঙ অহৈশিংগী মতুংইন্না ঙা অচৌবনা ঙা মচাবু চায় হায়বা চংনবীগী মওং পুথোক্নুনা শামবনি ; অচৌব অঙম্বন’ অতোনববু অমসুং অশানববু নৈহংলি অমসুং শদংপী হায়বা তাকপনি হায়না লৌই। নিংথৌ পল্লিংঙদা নিংথৌশিংনা অমদি অঙম্বশিংনা মহাক মহাক্না পয়রিবা ফনগী মতুং ইন্না থুম্রাই অমদা ফংলিদা থুদোংচাবা কয়াবু উৎপনি। অমরোমদা অকনবা অমস্তুং অশিংবনা অচুম্বা শকই হায়বা মৈতৈগী বাবু শৌগৎপা মশাম্না অমনি।

থুংলোংপী :—

পুক্নিং লৌশিং লৈরবা পীক্লিবা অঙাংশিংনা শামবা মশাম্নশিংগী মরক্তা ম্নুপামচা অমসুং নুপীমচা অনীমক্কা থুংশা লোৎতুনা শামবা মশাম্না অমনি। মসি থুংশা ১০ লৈবগী মমুংদা থুং ওয় নত্রগা য়েৎকী থুংশা ৫ গী মমুংদগী ময়ায়থংবা থুংয়াইবু অতোপ্পা থুংকী থুবাক অমসুং থুংশানা পায়শিন্দুনা থন্নগা থিদুনা মশক তাকহনবগী মওংনি। অঙাং অমনা

অতোপ্পা অঙাংশিংদা মাগী খুৎয়াইগী খুৎশা অহু মশক তাকউ হায়রহুনা হায়। অঙাংশিংগী মরক্তগী চুম্না হায়বা ঙম্বা অঙাংশিংদা মানা মানা পায়বা খুৎশাশিং অহু খুমজিন্নিবা মাগী অতোপ্পা খুৎতু লৌখোক্তুনা অচুম অরান য়েংহন্দুনা শান্নবা মশান্ননি। খুৎ লোৎপীশি অঙাং খুদিং-মক্তা অমমমতা ওইনা লোৎলগা লেমহৌবশিংনা মথক্কী অসিগুম্না অচুম্ব মশক লেপই।

মশান্নসি থবাক ৫ (অমম্বুং মিগা থানা ৬) নৈনবু করনা খাইদগী মক ওইবনো মক ওইবহু তাকউ. মশক খঙনবা খুৎশা ৫ না মৈ. ঈশিং. মুংশিং, মালেম অমম্বুং অতিয়া খঙহল্লি। অমরোমদা থবাই ৫ অসিদগী হেন্না মরুওইবা অমা লৈ মহু খঙনবা খিধু হায়রবা উৎপা মশান্ননি। শগা হায়ররবদা মশান্নশি পুম্নমকপু শেম্বীবা অথোইবা লাইনিংগী অথুপ্পা মওং লৈ তাকপা মশান্ননি।

চৈতেক কোৎপী :—

লৈপাক্তা শাংতক তৌবা মতোন হুইথবা উগী উনাঙপা মওংদা তৌবা অপিকপা কোমকুং মচা অমদা চউরাক্তা ইনচি ৬ তগী ৮ ফাউবা শাংবা মতুম তাবা বা নত্রগা উগী চৈ অমবু অসিগুম্বা অতোপ্পা ফুট অমা মথ য়দগী ২ ফাউবা শাংবা মতুম তাবা চৈ অমনা কোৎতুনা অমম্বুং খোমহুনা শান্নবা মশান্না অমনি। মশান্নসি মরুওইনা মুপা মচাশিংতনা শান্নে। কাংসুপ থায়দোক্তুনা নত্রগা অহৈবা হৈত্রবা চাং মান্নবা মওংদা কাংসুপ শেমহুনা শান্নবা মশান্না অমনি। খুৎ অমগী নত্রগা কাংলুপ অমগী শান্নরোই অমনা কোৎলিবা নত্রগা খোমলিবা চৈ মতেক অহু অতোপ্পা খুৎকী অঙাং অমনা ওক্লবদি থোম্নিবা নত্রগা কোৎলিনা অঙাং অহুশি। কোমদগী কোৎলকলিবা চৈ অহু ওক্পা ঙমত্রবদি চৈ অহুনা তান্নিবা মকম নত্রগা মহুগী মপাদগী অতোপ্পা খুৎকী অঙাং অমনা কোমদা

৭। লৈশ্রিম্রবা পণ্ডিত ওইনাম ভোগেশ্বরগী মত

অমুক হৌরকই অমঙ্গুং কোমদা কৈনা থম্বিবা চৈ অহু পাল্লবগি নম্রগা পানরবগি চৈ অহুগী অশাংবহুনা কোম্বান্সগী ওনবদা চৈগী অশাংবনা কোম্বান অমগুং লঙলকলিবা চৈ অহুগী তাকম অহুদগী হেন্নবগি শিবা হায়না থঙৈ। অহুগা থোম্বা মতমদা কোংকুংতা কেরপ্পা মুংনা থমলগা থোম্বক-পদা কোমথকতগী মনা ওনা চেংথংলকলিঙৈদা অমুকগী তাদনা থোমবা ভম্‌হোত্রবগি অঙাংদু শিরবগি লৌই। অন্নুগা খুৎ অমগী অঙাং খুদিং লোইনা শিত্রিক ওগা চ'থৈ; লোইনা শিরবদা কাংলুপ অতোম্বহুনা হায়গী মতোঙম চৎথে।

অশিবগী ফিবম অসি নৈত্রবগি কোম্বাসদগী চৈগী অশাংবগী মশিং থী। মশীং থীবগী মওং অসি চৈ অনীমককৈনি। অতেনবনা থিবগি কোমদগী চোংথংলকপহুদা অনিরকগী তামা থোমদবা য়াদে। শাম্নবগী মওংসি খুল নম্রগা লৈকায়গী মহু ইন্না থর থরা থেনবা লৈ। মশিং থিবগি অয়াম্বা মতমদা মনাউনা থীবগি তুনা ওনা থোম্নবতদা থী অহুগা তুমাদগী অমা থোইগা খুদিংগী অশাংবা চৈ মচৈনা থী। মশীং থীবদা হায়না লেংগ্রবা মশীং ওবা হানগা কাংবুনা পাঙ্গল থোইবা শকই।

মশাগসি মশীং শীজিন্নবগী মহৈ অঙাংশিংদা চাউথংলকুবগী থ্বাইদগী ফবা উপাইশিংগী মরক্তা অমনি। মৈতৈ খুন্নাইদা অঙাংশিংবু শাম্নবা মতমদা ভংচায়ক্কনা মশীং থীবা ওয়বা য়াংহুনা থম্বিবা মশাম্না অমনি।

মরুম কোনবী :—

মুপামচাশিংনা শাম্নবা মশাম্নশিংগী মরক্তা মরুম কোনবী হায়বা মশাম্নসিসু য়াম্না মরু ওইবা মশাম্না অমনি। লৈবাক্তা কোম মচা তরুক হম্বন° কোম খুদিংগী মরু° মঙা মঙানা মরুওইনা হাপ্পী অমম্মং কোম

৮। লৈবাক্তা কোম তৌদনা চেদা লাইয়ুম ওইরগা শাম্নবম্ব য়াই। চাউথংলকপগী মহুংইন্না চা নত্রগা উনা লাহুম শাহুনা ( লৈবাক্তা কোম হনগদবহুগী মহুংতা অসিদা হনহুনা ) শাম্নবা য়াগনি।

৯। মহুম তাবা লৈবাক, হৈত্রোই, শৈজ্যাক, নিমনচিংবগী মহৈ অমম্ভং মুং মচা মচানা অয়াম্বা মরুওইনা শীজিমৈ।

অনি অমদি মরু তরুক তরুক হাপই। মরু তরুক হাপলিবা কোম অসিবু "মপী" হায়না খংনৈ। কোমশিং অসি মপী অমমমনা শাম্নরোই অমগী য়েংতা লৈহন্নগা কোম তরুক তরুক খত্রাংননা থম্মী। কোম তরুক অমনা শাম্নরোই অমগীনি অহুগা অতে গা কোম তরুক অমহুনা অতোপ্পা শাম্নরোই অমগীনি। মশাম্নসি শাম্নরোই অমীনা শাম্নৈ।

শাম্নরোই অমনা মাগী নাকল্লা লৈরিবা কোম মরুশিং অহুক নত্তনা অতোপ্পা মাগী লাম্বীগী নাকল্লা লৈরিবা কোমশিং অমগী মরুশিং অহুম্ব পায়হুনা শাম্নবা য়াই। মরুনশিং হেম্না লৌহুনা শাম্নরোই অমনা অতোপ্পগী মরু মশীং য়াংহন্দুনা অহাংবা কোম মশিং য়াম্ন লৈহন্নবা হোংনবা মশাম্ননি। মরু নশিং য়াংহুনা হাংলবা কোমশিং অহু 'লুন' কৌই। লুন মহৎদগী হেম্না নাকল অমদা লেবা য়াদে। নাকল অমগী কা অনিগী মরুতমক ঙাইরবদি লুন হেন্না থম্বা য়াদবনা নাকল অনীমক কোম অনী অনীতা মরু হাপহুনা শাম্নৈ। মসিবু 'পী-পা' শাম্নবা কৌই।

শাম্নবা হৌবদা শাম্নরোই অমনা কোম অমদগী মরু লোইনমক লৌখংলগা য়েং-ওইনা থানবা কোমশিংদা মথং মথং কাম্নহন্দনা মরু অমমম হাপচিল্লি। থুংতা পায়বা মরু অহু লে য়থোকপ্রবা মথংগী কোমগী মরুশিংহু লৌথংহুনা অমুক হাম্নগুম অতোপ্পা কোমশিংদা মথং মথং হাপ্পী। অম্মুন্না মথং মথং চংথরকপা মতমদা মরু লোম্নখিবগা মপা চান-না থংনবা কা হাংলবদি নত্রগা কাংলবদি অকাংবা নত্রগা অহংবা কোমগী মথংদা লৈব. মরুশিং অহু শাম্নরোই অহুনা লোইশিন্দুনা মাগী ওই। মসিগী মথংদা অতোপ্পা শাম্নরোইহুনা অমুক অহানবা শাম্নরোইনা তৌখিবগুম তৌই অমমুং নিয়মগী মতুংইন্না মাগী মরুশিং লৌখিল্লি। অম্মুন্না মথং মথং চংথবনা কল্লিগুমদা মরু অমতমক কোমদ লেমহৌরবদি মহু সুংকাং[১০] য়ৈনরগা অতম্বনা লোই। মতং অসিদা কাংনবগী অহান-

১০। সুংকাং কল্লিগুমদা 'কাওশি' হায়নবসু য়াওই। সুংকাং য়ৈনবসি মরু অমনা লেমহৌবদা কোমদগী মপানদা য়ৈথং খোমখংপগী মওংনি।

থনিঃ কার্স য়াউওদ্রি। সুংকাং থৈবা ওগ্নী শাম্নয়োইদা অত্তোমক্তনা "মিনাই" মি হায়র্না মক্ত অমা পীবস্তু চৎনৈ।

মসিগী মতুংদা লৌশিন্নরবা মকুশিং মাগী মাগী নাকনদা শামরোই-শিংনা হাপতুনা শাম্নবা অমুক চৎথে। শাম্নরোই অমনা মাগী নাকনগী কোম মশীং শুনবা মাগী মক্ত মশিং শুনতুনা মক্ত হাপ্ন ওমত্রবদি অহাংবা কোম নত্রগা কোমশিং অহু অতোপ্পা শাম্নরোইগী লুম নত্রগা লুমশিংনি। অতোপ্পা লুমদা লৈবা মক্ত শোকপ য়াদে অমসুং লুম মপুগী ওই।

অসুম্না মথক্ত পনখিবা পী পা শাম্নবগী মওং শাম্নরবা তুংদা অমুক মক্ত হাপকংনবদা শাম্নরোই অমনা মক্ত শুনা হাপ্না ওমত্রবদি অপোবা শকই। করিগুম্বদা মপী মপীশুনক হাপতুনা কাউবা শাম্নবশু য়াওই। অসুম্না শাম্নবা মতাংদা পী-পা শাম্নবা হায়না কৌই। 'পী-পী' শাম্নবা হায়নবশু য়াওই।

মশাম্নসি বাঙ্গুরোল অমা পুথোক্লুনা শাম্নরশনি হায়নৈ; মৈতৈশী ওইনা চৎনবী অনদি করিগুম্বা থবক থৌরম অমবু ইচম চম্না লৌহুনা হেক্ত পাংথোক্লবে। মৈতৈগী ওইনা বাথক্লোন অমদা শাগোমহুনী মশাম্নশিংসু তোপ তোপ্না মওং অমদা লৈ। মশাম্নসি মতম পা-নবা ওইনা উৎপনি হায়নৈ। মক্ত ওইনা তাখক্লম বোকুসনা মরুমকোনবী শাম্নংসি কুপগ্রবা বাংগ্রবা বাংগুরোল অমগা লোয়ননা শাম্নথনি হায়না লৌই।

শাম্নবদা চংলিবা কোম ১২ না থা ১২ গী মশাক্তি তরুক অমনা কাঞ্জেন, তরুক অমনা কুপ্নী মণী অমনা শজিবু অতোপ্পা মণী অমনা মেরা, কোমদা হাপলিবা মকশিং অহুনা সুমিংকী মশক ওইনা লৌই। থাগা পান্নথংলকপা অমসুং শিথরকপা অনীগী সুমিং মশীং ৩০, পুম্না থাগী চহি অমদা সুমিং মশীং ৩৬০ অমসুং সুমিংকী চহি ৩৬৫ অনীমককী মতম

পাবগী মওং তাকপনি। নাকল অমদা লৈরিবা মক্ল মশীং ৫ x ৫ + ৬ পুন্না ৩১ না মুমিংকী থাজং ৩১ না শাবা য়াওরি হায়বনি। মক্ল অমমম য়েনবনা থাগী থাজংকী মুমিং মশীং ৫ তাখিবচু মুমিংকী থাজংকা চাম্নবা হাপকৎপনি; মক্ল য়েন্নকপদা অহাংবা কোম অমা লৈরগা মথংগী কোমগী মক্ল লৌশিল্লিবচু মুমিংতগী মথং থাবু লৌশিন্দুনা থাননবগী মওং তাক-পনি। লুম শোকপ' য়াত্রে হায়বদি থাদা ব্রাথহৌবা মশিং অচু মুমিংকী মশক ওইখিচুনা হাপকৎথরে; শোকঅরোই হায়বনি। লুম অহুমদগী হেনবা য়াদে হায়চুনা মশক অমা নাইরিবচু চহি অহুমদা থাননবা থোকপগী মরম তাকপনি।[১১]

মুমিং ৩৬০ নিনা শাবা চহীগী অথাংপ মুমিং মশিংবু মুমিং 365¼ শাবা চহিগী মাগ্নন পুরক্লবা চহিগী মশক ওইবা কোমশিং অচুনা মপী ওইচুনা পুংথহৌবা মরুমগী মশক ওইবা মুমিংশিং অচু কোল্লগ' থা এল্লকই হায়বগী মকম কোনবী কৌবনি। মরুন কোলবী শাম্নবদা মাগী মাগী য়েংলোমদা পো চৎপনা মালেমনা মুনিংকী অকোয়বদা য়েংওইননা কোয়চুনা চংলি হাযবা অচু উহল্লী। কোম অনী কাংলগা চাবা য়াদবনা তাকলিবদি মুওকাং লৈরে হায়বদি অহেনবা থা অমা লৈরে হায়বা তাকপনি।[১২]

. ফীবুল হাবী :—

মশাংশিন্থ থুনাই হুসিদা তোঙানবা শক্তম অমা লৌচুনা লৈ। 'ফীবুল' হায়বসি 'ফি' অমসুং 'মপুম' পুন্না 'ফিপুম' হায়বদগী ফীবুল হায়নরকপনি' হাবী হায়বা রাহৈসিনা রাপু অসিদা পুরিবা রাহনদোকতি অতোপ্পা মীদা পোং অমা লৌহন্নবগীদমক শীজিন্নবা রাহৈনি। থুদম ওইনা

১১। টি. বোকুল, শনেবাংলোন, ইম্ফাল, ১৯৬৪. লাঃ ১২
১২। খুন্নাবা তম্ফাজাউ, খেনচওলোন, কৈশামপাং মীতৈ থোগল মরুপ, ইম্ফাল. লাঃ ৭৮

'পোং হাবা' হায়বসিনা মীওোন্দা পোং অমা শীবগী মওং তাকই। ফিবুল হাবী হায়বসি ফিবুল অমবু অতোপ্পদা মথং মথং পীখিবগী মওংনি। 'হাবা' ৱাহৈনা মশান্না থঙনবা ৱাহৈশিংদা হাবী হায়বসি ওই ; অতৈ মশান্নশিংদসু 'অ' নত্রগা আ না 'ই' নত্রগা ঈ ওইবা চংনবী অমা লৈশোনবোংতী কাওনবী, উন্নাউবী, খুংলোংপী, খুংলোকপী পনবা য়াই।

ফীবুল হাপী ফীমকুম তাবা ফি লংহুনা শান্নবা মশান্ননি। করিগুম্বা অতোপ্পা পোং নবাবনচিংবা থোংহল্লগা ফীবুলগী মহুৎ শিন্দুনা শান্নবসু য়াওই। শান্নবদা তোঙান তোঙানবা মওং লৈন্নগসু ফীবুল অসি লংলগা ওক্নুনা অঙাংশিংনা মথং মথং লংহুনা শান্নবা হৌই। করিগুম্বদা অঙাং অমনা লংলকপা ফীবুল অহু অতোপ্পা অঙাংনা ওকপা ঙমদ্রবা মতমদা লেমহৌরিবা অঙাংশিংনা ফীবুল অহু থুন্দুনা, ওকপা ঙমহৌদবা অঙাংদা মশা পান্নবা লংই। পান্নবদা শিরে হান্নহুনা অমুক হান্নগুম হৌহুদা শ নৈ মশান্নসিগী অতোপ্পা মশক মওং অমদী শগোল তোংবী হায়বা মশান্নদসু লৈ। মতাং লাকপদা চাউরাক্না নৈনজরি।

ফীবুল হাবী মশান্নসি করম্বা মতমদগী হৌনা শান্নরকই হায়বা তঙ তাবা থঙবদা ৱাররবসু লাই হরাউবদা মসিগী মওং অমদি উবা ফংই হায়বসি নিংসঙ্গা তাঙককতা পল্লকখিগনি। লাই হল্লাওবদা হরাওবগী শরুক অমা ওইনা য়াওই হায়বগী খুদম-চাংদমদি মাইবীনা চোঙথোঙ লীংলগা ফিবুল অনী পাহুনরিবা অহুনা তাকই; মহুংগী ৱাহনথোক লৈবা মওংনি হায়না পণ্ডিত ওইনাম ভোগেশ্বর না অকনবা মত পী।[১৩]

১৩। লাইরেম নীলবীর, 'মতমগী খোঙথাং, ৪৫ শুবা চেকোঙ, ১৯৮৪ লমাঃ ২৪-২৫

লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনৌগী মহুৎ শিন্নগা শান্নবদা শকলিবা ঈশৈহু পৌরগ্না মখাগীসি লৌথৎপা য়াই —

" মুরানা ফিবুল ভাইবোং চীং
লাইপুংথৌনা হুন্নগা
লাইমুরানা ওকলোচীং
লাইমুর' তরেৎনা হুন্নগা
লাইপুংথৌ মাপন্না ওকলোচীং"

চোংথোঙ লিৎলগা শান্নবসি লোয়রগা ফিবুল পাচুনবগী ঈশৈহু লৈ। ঈশৈ অসি খরা অমুক চংথরকপা মতমদা মথককী ঈশৈ অসি চংনবা মতমদগী খরা থেংথরগা চংনরকপা মওং ওইনা তৌই-অহানবা মথক্কী ঈশৈ অসিবু শকপা মতমদগী কোন্না লাকপা মতমদা চংনরকপা ঈশৈদি মখাগীসিনা চাউরাক্লা তাক্লি -

থং থং থংনরো
র স থংনরো
নোংমাইচীংদা উ য়ান্লে
— . — — — — . .
মুন্নাবীগী পামলো
হাওরৈনা ভাঙ ভাঙ শাংপদি
.... অসিনচিংবা

ফিবুল হাবী মশান্নসি হন্নাওবদা ন্নান্নিবা চোংথোঙ লিৎথুনা শান্নন্নিবসি বাথক্লোন অমা লৈন্নি। " চোংগী পাকল মথক্কা মাইবী অনৌনা ফিবুল অমা হুন্নৎ হুন্দা হুন্দুনা অওক অথোং তৌথুনা শান্নৈ। মসিনা তাকলিবদি ফিবুল অহনা খোয়দৌ থম্বাল লৈহি ওইনা লৈন্নিবা তঙ্কা

ফম্নী মরিকনি। হুঙ্গং হুন্দা কিবুল হনবী শান্নরিবা মাইবী অনী অহুনা পী, পা অনীগী পান্দমনি। মরম অহুনা মপুগী লাংওন শক্তমনা তম্না মরিক অহুনি, লাংওনফম্না পী পা অনীগী তাইবঙ কুমহৈনি হায়বা তাকলি।[14]

অংতোম্বা অঙাংশিংনা শান্নবা মশান্নশিংগী মরক্তা 'শগোল থৌবী', 'শগোল তোংবী", থবী ফুকপী মাইরেল ফুকপী পনফম থোকই। অঙাংশিংনা করাংদা বাংতান উংতান নত্রগা য়েংথৌনা লোনশিন্দুনা মাংলোমদা থরতমক হেন্দোকনা থম্মী। হেন্দোকপ শরুক্তা ওয়থংবা খুৎনা শগোল খুজ্জী পায়বগুম পায়রগা খুং য়েৎনা চৈ মচা অমা শগোল শাজেগী মহুৎ শিন্দুনা পায়বগা অঙাংশিংনা শগোলনা চেনবগী মতৌ তমহুনা চেল্লী, মরক মরক্তা খুৎ য়েংনা পায়বা শাজেনা করাং ফাওহুনা শাংনা হেন্দোকপ্রিবা চৈ অহুদা শগোল থৌবা মীনা মাগী তুংদা শগোলগী মনম অমদি মফৈদা কনবগী মওংদা কল্লী। মথোয় মশেল য়াঙবা তান্নৈ। অম্বুম্না শান্নবা মশান্নসি 'শগোল থৌবী' হায়না চম্না অয়াম্বা খুন্নাই অসিনা লৈরিবা মীনা থঙনৈ।

মশান্নসিদা মৈতৈশিংনা শগোলদা পামজবা মুংশিজবা অমদি শাগোম্নবা শীজিন্নরকপগী মমি তাই। মমা মপা ওইবশিংনা শগোলবু পুন্সিগী তংনবা থানবা য়াদবা মওংদা শীজিন্নবহু মচাশিংদা তাবনি। মৈতৈ খুন্নাইদা হায়নৈ—"শগোল অমা লৈরবদি হুরান্নবা ফাউবা চঙবা কি"। অম্বুমনা মৈতৈশিংনা 'শগোল অমতুং লৈজরম্নবদি ইপা শিবা নংলমগদবনি' হায়না শগোলবু খুদককী পাইরক পাইথুগী শাদোং অমা ওইনা ঙক্লিহৈ মতমদগী হৌনা হৌজিক মতমগী খুৎশেম্না পুথোকপা

১৪। য়ুম্নাবা তম্ফাজাও, মীতৈ লাই হরাওবগী বাংউলোন, ইম্ফাল, ১৯৮৮, ১০–১১

থাউনী শাদোংশিং লৈত্রিনৈদা শীজিন্নরম্মী হায়বা উৎলী। 'শগোল কাংজৈ' গা মরী লৈনবা তাঙকক্লা শগোলনা মৈতৈ খুন্নাই মাঙদনবা খবদা কদায় কাওবা মতেং পীরম্বা য়াবগে অমদি শগোলবু কয়া কুপ্পা থঙনা শীজিন্নরম্বগে হায়বছু লৈনরি।

'শগোল তোংবী' মথক্তা পনখিবা' ফীবুল হাবী'' মশাম্নগুম্বনি। খেন্নবদি, মশাম্নসিদা অন্তাঙ অনী অনী লাগ্না শেন্নগ', অনীগী মরক্তগী অমনা শগোল শাহুনা হকচাং কোন,থহুনা খুংনা মাগী খুকউদা শোণ্ডন লৈরগা অতোপ্পা অঙাংহুনা শগোল শারিবা মাগী মথক্তা শগোল তোংবগুম তোংই। শগোল তোংলিবা অঙাংশিংনা খুৎ অমনি অহুগা অতোপ্পা শগোল শারিবশিং অহুনা খুৎ অমনি। তোংলিবশিংনা অমগী মথংদা অমা য়েৎলোম য়েলোমদা মথং মথং ফীবুল লংই; মথং মথং ওকনৈ। ওকপা ঙমত্রবদি তোংলিবশিংনা চোংথহুনা চেপ্পী শগোল শারিবা অঙাংশিংগী খুংনা তোংলম্বশিংবু ফীবুলনা লংহুনা থাই, পাম্ন-বদা খুৎ অহু শিরে। অম্নম্না শিরবদা খুৎ অমগী মথংদা অমনা অমুক শিন্দোক শিনজিন তৌহুনা অতৎ অথম লৈতনা শাম্নৈ।

মশাম্নশিনা য়েক্লবনা খঙহৌদনা শগোল তোংলিনৈদা লান্দারকপা মতমদা শগোলদগী চোংথহুনা হকচাং কয়াৎশিংবু লৈমায়দা য়ৈশিন্দুনা তাবদগী ফংগদবা অশোকপদগী কম্নবা উপাই ওইনা শীজিন্নবদা নত্তনা মিৎনা শিংনা শগোল তোংবগী মওংম্ন উৎলি। চিরবা মতম ভানজাদা পীক্লিবা চহি নিপাল মাপন ফাওবগী অঙাংশিংম্ন শগোল তোং-হুনা পাউ চৎপা ঙম্নবা অমদি মশা লিংনবা হোৎনজমল শাজেল ওই-নম্নু শীজিন্নরম্বা মশাম্ননি। মপা-মপুশিংনা মখোয়না খেংনরকপা শাফম লানকম কম্নাদা শগোল শীজিন্নবা হৈবগী তঙাই ফদবা লৈবছু তশেং-

অতোপ্পা মুপীমচাশিংনা শান্নবা লাইকদিবী, চাকথোংবী, কৈথেল কাবী, য়ুমশাবী অশিনচিংবা কয়ামঙ্গু লৈ। তন্দন ফাইবোক, পোরোম কাউনবা অসিনচিংবনি :

অঙাংশিংনা মুপা মুপী থাক্না শান্নবা মশান্নশিংগী মরক্তা 'লফু কুকপী, মাইরেল কুকপী হায়বা মশান্নমু'সিনি হকচাংগী পাম্বোম য়াঙ, অমসুং কপ্পাক কন্নবা মশান্ননি। অঙাংশিংনা, শান্নবা মতমদা মথোয় অমগী মথংদা অমা মথং মথং লেপ্পী। থুং অনীনা থুাংদা অমগী মথংদা অমা পায়। থুাইদগী মমাঙ থংবা অঙাং অহূনা উথোং অমদা কোল্লি। 'সা; হায়না হায়রবদা অঙাংশিং অহূনা তান নাইনা লফু ফুকপী মাইরেল কুকপী হায়না চীন্না হায়হূনা তান নাইনা কন্না চিংনৈ। চিংনরিবৈ মতমদা নানথোক্লবা হোংনৈ। মমাঙ ইথং থঙনা লৈরিবা অঙাংনা উথোঙ কোল্লিবমু নানথোক্লবদি অতোপ্পা অঙাং অমনা অমুক মকোক থঙই। অসুমনা হশ্চিন হশ্চিন শান্নৈ।

মশান্নশিং অসিগী মপক্তা, থোঙবী মাঙজোং, থুবৈ চোংবমচিংবা মশান্না কয়ামু লৈরি। মশান্না অহূমক খোঙ অমসুং থোঙবী থুংনা পায়হূনা চোংবা ঙাক্তনি। থুবৈ চোংবা মশান্নসিদদি খোঙ নামস্তনা লেপথংলগা খোঙ অমসুং থুং অহূ লান্না, লেপলিবা খোঙ অহূনা লানথোক্লনা মাঙলোমদা শান্না চোংহূনা শান্নৈ খোঙবী মাংজোংদি খোঙ অনামক পুন্না থুং নামনা খোঙবীদা পায়শিল্লগা চোংই।[15]

কৈ-য়েন :—

মুপামচা অমসুং মুপীমচা পুন্না শান্নবা য়াবা লাইরোল নৈশকক্তা মরী লৈনবা মশান্না অমনি। মসিদা কৈ শাবা অমগা য়েন শাবা অমগা

---

১৫। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, "মণিপুরী টু মণিপুরী এন্দসু ইংলিস ডিকসনরী", ইম্ফাল, ১৯৬৪, লাঃ ১১৫ অমসুং ১৭২

লোয়ননা অতোপ্পা অঙাং থরগা শান্নবা য়াওই। মশান্নসিগা মরী লৈনবা ৱান্নীদি মসিনি—শিদবা অমসুং শিদবী অনীগী মচানিপা সনামহী অমসুং পাখংবা অনীদা শিদবনা লৈরোল তবেংমক নোংলোন তবেংমক কোয়বা হানবা তান্নৌ হায়বা য়াথংগী মতুংইন্না সনামহীনা লৈরোল নোংলোন কোয়খি. অমসুং মনাও পাখঙবন' মমা শিদবীগী য়াথং লৌ-হুনা লৈরোল নোংলোন কোয়বগা মান্নবা মপাগী ফানখোং কোয়খি, ক ঙাখোঙ লৌহুন কম্বাল কাখি। ময়াম্বা সনামহীনা হুন্নকপদা কম্বালদা পাখঙবনা ফমহনা লৈরম্বা উবদা শাউখি। মহাক্কী মতৌ উবদা পাখঙবনা কিহনা চেনখি, সনামহীনা তান্নে। পাখঙবনা য়েন ওন্ন, সনামহীনা কৈ ওন্দুনা তান্নরে। পাখঙবনা খাঙবা ঙমদহুনা কেক্রে কে কে মোমো খোঙই। সনামহীবু লাই মুরা তান্নবনা মাগী মতিক মগুন শীবা মহাককী চারনি হাৎহৈদে হায়না খন্নবা হোংনহুনা পাখঙববু মখোয় ময়ানগী ময়ায়দা থুংশন্নরা কোয়শিন্দুনা কন্নবা হোংনখি। মসিগী মতৌ তমহনা কৈয়েন হায়বা মশান্নসি শান্নরকখিবনী; মশান্নসি পোকখিবনি।[16]

মশান্নসি শান্নবা মতমদা অঙাং ময়ান্না ঈকোয় কোয়শিল্লগা মথুং শন্নহুনা কোয়লৈ লৈ। য়েনবু ঙাকপগী মওংনি। কৈনা য়েনবু ফাননবা হোৎনৈ। য়েন শারিবা অঙাংনা ময়ায়দা লৈরগা কৈ শাবা অঙাংনা কোয়শিল্লিবহুগী রাংমদা লৈ; মানা য়েন শাবা অঙাংবু ফানবা লিংশিন্নবা হোৎনৈ। লিংশিনব' ঙমগ্রবদি থুংশন্নরিবা অঙাংশিংনা মখোয়গী ময়ায়দা লৈরিবা য়েন শাবম্ন মপান্দা চেনথোকহল্লী। অন্নমনা তৌবসিদা হৌগৎ-কমথা, লৈথোক লৈসিন কয়া তৌই। শম্না হায়বা তান্নবদি কৈবু চঙহন্দনবা, চঙলগনা ফাহুনা থন্নবা অমসুং য়েনবু কৈদগী কন্নবা হোংনবা মশান্ননি। অহুবু

১৬। রাজকুমারী তম্ফাসনা দেবী, মণিপুরী লোক সাহিত্য', ইম্ফাল, ১৯৭৭; লা: ৬৬

কৌবয়েননা তোকপা ওইরগা থাংহিনা কাম্বা শাহুনা কৈয়েন শান্নবি হ'য়বম্নু কংই [১৭]

মশান্নসিদা শাগোম্নবিবা শৈরোলদি অসিনি – " কেক্রে কে কে কে মো মো' ( শন্না কেক্রেক কে মো মো ), য়াঙ্গেন শম্বা শ্যাও শ্যাও, তোকপগা কাম্বগা, কৈগা য়েনগা য়েনথোঙ কত্তে চাশিল্লো "( নত্রগা চাশিল্লু ), লাইগী য়েননী চাকদে। " মশান্নসিগা মরী লৈনৈ লৌবা য়াবা মশান্নদি ' পো' শীঙ্গিনহুনা লাইয়ূমদা হান্না হাপ্লগা, কোন্ন; শীন্দুনা শান্নবা অমসুং অতোপ্পা অমনা কৈগী মহুৎ শীন্নিবা থন্নিবা পো। অনী অহু হান্না থম্নগা, পো থা থাহুনা শান্নবা মশান্না অনী-সিনি। অহল-অঙাং থাক্লনা ঙসিকাও শান্নরি। অসুম সুমদ কৈয়েনসু লৈ। পো থাহুনা শান্নরিবা কৈয়েনগী মশান্নশিং অসিদা শৈরোল য়াওদে। পনখ্রিবা শৈরোল অসি অথঙ অহৈ খরগী রাখল্দা মহী পুন্নমককী অথোইবা 'য়েন' কম্বীনা কোককী মতেঙ লৌরগা মাঙখিগদবহু রাখলনা য়াঙলেন্দা থামহুনা লমখাঙদা থিংশদবনি, অরেম্বদা মাঙ-হল্লোইদবনি হায়বা রাখল্লোন অমা তাকপনি হায়না লৌই।

শান্নরোলশিংনা লোল অমসুং সাহিত্তগী মচাক অমা ওই হায়বদি মথক্কা নৈনখ্রিবা মশান্নশিংগী শক্তম মসিনা তাশেংনমক চাংয়েংগী মহৈ ওইনা পীরি। অসুমনা খুবাই শেমগৎপদা মশান্নশিংনা অচৌবা থৌদাং য়ারকই।

নোম নোম শগাই তোং :-

মশান্নসি অঙাংশিংনা উশা বাশাদা তোংহুনা নোম নোমহুনা শান্নৈ। মসান্নসিগী শৈরোল ওইনা ' নোম নোম শগাইতোং চা'নবা

১৭। ওইনাম তোংগেশ্বর সিংহ, " নিংথৌরোল লৈরেং" ইম্ফাল, ১৯৬৭, লা: ৩৮

লৈতে তাখেল থাঙ' হায়চুনা খোন,খোক মতম নাইনা ঈশৈ ওইনা শকই। শৈরোল অসি অহল-লমনশিংনা পাউখোঙ ওইনা থম্মি। মশাগী মরোশিং শীজিন্নবা ঙমজন্নবা মীখিবোং মীতম্বাল ওইরবা মীগী মীতৌ তমচুনা পান্নবা হোংনবদা ওইবক্কুরা অমম্বং নোম্মা নোম্মা গুনা গুনা তৌফম, থঙজিললক্কন্দুনা নোংমগী চারা ফাওবা তানবা ঙম-শিল্লক্কবগী শগাই মথক্তা তোংবদা হাইবগুম ইতাউ তাউনা লৈরে। অসিগুম্বা মওং অসিদা লৈগদবগী শরুকপুক্তি শিখিবনা ফরে থম্মুনা থাঙ পায়চুনা যান্নবা হোরক্লগনি হায়না হুংদা খোক্লগদবনু উবিরমচুনা শৈরোল ওইনা অহল-লমনশিংনা থম্বীরম্মি।[18] মীগী মতৌ তমচুনা মীগী পোৎনা ইপোৎ শাবগী কান্নবচু থনথচুনা য়েংউ হায়বা তাক্লম্মী।

মথক্তা পনথ্রিবা মশানশিং অসিনা মৈতৈগী লুতোংদা হকচিন্না উচন তৌচুনা অহল-লমনশিংনা থম্বীরম্মী হায়বগী মযেক শেংলবা খুদম-নি। অঙাংশিংনা মশা-মউ ফংহনবা হোংনবদা মশানশিং অসিনা লৌরিবা খোদাং অসি শীংথাচুনা লোইহোক্তা হায়বদা হেনজনবা থাফম নাত্তে।

---

১৮। নাওরেম ইবোবী, মতমগী খোঙচৈ পাউখোঙ" (চুকশংলোন), অহানবা শরুক, ইম্ফাল, ১৯৮৭, লা: ২৭-২৮

## অহুন্থমবা তঙ্কক

## 'লমচেল' অমস্নুং হিয়াঙ'

### (ক) লমজেল

'লমজেল' হায়বা বাহৈসি লমচেল হায়নস্নু খঙনৈ। 'লম' অমস্নুং 'চেল' হায়বসি মথঙশিংনা বাহৈগী অহানবা থাক্তা শীজিন্নবদা নাউন অমস্নুং ভর্ব ওইনা শীজিল্লে; 'লমবী' অমস্নুং 'চেনবা' (নত্রগা চেনবা) হায়বা বাহৈ অনীসিগী মরু ওইবা অমুকহন্না থুগাইবা য়াত্রবা বাহৈন খোক লৈবা কয়াংশিংনি, রুংনি। হায়রিবা 'লম' অমস্নুং 'চেল' হায়বা অনিসিনা পুনশিল্লগা লম্বীদা নত্রগা লৈমায়দা চেনবগী মওংবু নত্রগা থবকপু খঙনৈ। 'লম্বী' মতাংসিদা খোঙনা চংকম লৈমায়নি অমস্নুং 'চেন-বা' খোঙনা থুনা থাংহনা চংপনি। মরম অহুনা 'লমজেল' হায়বসি লম্বী মথক্তা খোঙনা পাঙ্গল অমস্নুং মতিক-মহম পুথোকুনা চেনবনি। লোয়ননা মী অনী নত্রগা অনীনগী হেনবনা পন্থুংকম য়োবা হানবা তাল্লবনি। শন্না লমজেল হায়বসি মশান্না অমা ওইনা হায়বা তারবদি মী অনীদগী তাদনা লমথুংকম হান্না য়োনবা লমথাকমদগী খোঙনা পাঙ্গল শীজিন্নহনা চেনববু 'লমজেল' হায়নস্নু কৌবা য়াই। মসিবু 'লমজেল' হায়নস্নু হৌজিককী মৈতৈরোনগী খোনথোক্তা খঙনরে। খোঙনা চেল্লি হায়বগী 'খোঙ লমজেল' হায়নস্নু খঙনৈ।

মৈতৈ কাঙলুপ অতৈ তাইবংপানবগী অতোপ্পা মীওই কাঙলুপশিংনা হৌগং-চাওখংলকপগুম মৈতৈগী ওইবা মওং অমদি মনাংতা চাওখং-চরকই। মতমগী য়াওন অমস্নুং খোঙচংকা লোয়ননা ওসিন্ন লৈরি। হৌগংলকপদা মীওইবা কাঙলুপ অমা, কাঙলুপ কয়া, মুংদা থায়দোক্নু-চরবস্নু, পুম্না লৈবাক নিংথৌ পানবগী মওংদা থুন্দা লৈতারকপগী

ফিবম মতাং য়েৌরকপদা লমচেলগী মফম লৈখিদে লৌবা ওয়োইদবা য়াক্কমনি। খুন্নাই অমনা চাউখৎলবা মতম অমা য়েৌরক্লবা মতাংদা ওন্নিডৈ মতমদগী হৌনা লাইনীং লম্বীবী মওংদা খুনাইগী ওইবা ব্লাং-ওয়োল, রাখল্লোননচিংবা লৈরকই। মৈতৈ খুন্নাইদা হায়ব্লিবা রাকমসি পুন্নমকপু শেম্বীবা লাই অমগী মচা মত্তশিংনা তাইবওপানবা ওইরিবনী অমস্তুং শেম্লিবনি হায়বা য়াকম্না শোগৎলি। পুন্নমকপু শেম্বীবা লাইগী মচা 'সনামহি' অমস্তুং 'পাখংবা' না মপাগী খুভম তান্নবদা মালেম শিনবা থুংনা কোয়রুন্নগা হন্নকপা হানবনা মপাগী খুভম ফংগদবনি হায়বা রাফম অমস্তু, ব্রান্নীদা পাখওবনা মপাগী ফানখোং তন্নেৎলক কোয়চুনা মালেম কোয়বগা মান্ননা লৌচুনা খুভম ফংখিবা সনামহিনা মালেম থুংনা কোয়রুন্নগা হন্নকপা ব্রান্নী মৈতৈগী লাইওন্নবা অখও-অহৈ কয়াগী কোককী মহৈনি।[১] তংশংবমক মপানা মচাশিংবু লমথাকমদগী লমথুংফমদা য়েৌবা হানবা তান্ননবা শীনখিবগী ব্রান্নীনি। হৌজিককী লমজেলগা খেন্নবা হায়ববু ব্রান্নী অসিদা য়াওরিবা অখওবদা হংচুনা অথাপ্নদা থংলুবদগী মহুৎতা অনকপদস্তু লৈ হায়বা রাকম অমা পাউখোও তৌচুনা হাপ্লিবসিনী। মৈতৈগী লমথাকমদগী লমথুংফম য়েৌবা ফাওবা লমথাকমমক্না লমথুংফম ওইরগা য়েৌবা হানবা তান্নখিবা 'লমজেল' গী মশক ইহান হানবদি সনামহী অমস্তুং পাখওবগীনি। লাই হন্নাও-বদস্তু লমজেল য়াওই হায়বা মন্নী লৈনবা তাওককতা নৈনরি। চীংওু নোংপোক্ন পানখোইবীগা কোপ্তিনলাংবগা লমজেল তান্নখি; কোম্তিল লাংবনা খোইখি হায়বস্তু লৈ।[২]

১। লৈথক লৈখারোল, ইরেং পুব্রান্নী, পুদিম্নচিংবা পুয়াদা য়াওবা ব্রান্নী।

২। ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ, "নিংথৌয়োল শৈরেং, ' ইম্ফাল, ১৯৬৭, লা: ৩৪

লমজেল মোইরাং কংলৈরোন্দসু মকম চাউনা লৈ। খঙ্বা নোংবান অনীগী লমজেল কংলৈরোনসিদা মমিং চংলি। খঙ্বা অমসুং নোংবানগী মতিক মঙম খাবদা লমজেল য়াঙবা খঙ্বা অমসুং লমজেল য়াঙবা নোংবাননী হায়বা খঙই। মতম অদুদা লমচেল য়াঙবা মীবু লৈবাক্না শকখঙনবা থাগংনবা লৈবা উই। লৈবাককী অকনবা খনবদা লৈকায় নম্রগা থুনশিংগী অকনবশিংবু লাম্বা তৌনহনবা চংনরম্বী। খঙ্বা নোংবান অকনবা অনীগী মতাংদসু খুনথক খুনখা পনবা থেংনৈ। থোইদোক্না পেনাগী অশৈবশিংনা থারকপদি মকা য়াম্না লামই। অতৈ অতোপ্পা লমজেলগা থেন্নবা মশক অমদি মতম অসিদদি অঙম অঙম লংনদুনা মুক্‌না থাদনদুনা অঙম্বনা মাঙ হেনগংনা চেনখৎপসু তৌনরম্বী।

অথঙ অহৈশিংগী মতস্তা খঙ্বা নোংবানগী মতম অসি ১১ শুবা অমসুং ১৫ শুবা চহী চারোনগী মরক্তা পীনৈ। শাগৈ সলাইরোন[৩] অমসুং খুমনলোন[৪] নৈনবদগী ৎংবদি খঙ্বগী মতমসি থেংলবদা ৭ শুবা চহি চরোনগী তংথায় লোইবনি। মরমদি মী ময়ুম পান্দুনা মচা লৈবদা চহি ২৫ নি হায়না পারগা মীরোল ময়িদা চহি ১০০ নি। মোইরাংগী খঙ্বা হায়বসি হাওরম নীংগোয়য়াইদগী হৌরগা মথং মথং পলেমকোই, পুরেম্বা অমসুং খঙ্বা হায়না মীরোল মরি ৎংলিবসিদা মরিশুবনি। নীংগোয় য়াইমা পোকপদগী খম্বনা পাখঙ ফাবা ফাওবসি চহি ১০০ নি। নিংগোয় য়াইমদি খুমনলোন, অমসুং শাগৈ শলাইরোনগী মতুংইন্না হাওবমতোনগা পোকমিন্নবনি,। খুমন নিংথৌ য়োইথোঙাইনা ভাম্বুরোন কাইরেমা

৩। শাগৈ শলাইরোন. মণিপুর ষ্টেট কলা একদামি, ইম্ফাল, ১৯৮২, লাঃ ।।—।। অমসুং ১-২

৪। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা.) খুমনলোন, ইম্ফাল, ১৯৭০, লাঃ ৪-৫

পাম্নবুনা পোকপনি। য়োইখোঙাইদি পুনসি য়ুমোইবগী মচানিঃ মৈতৈ নিংথৌ উরা কোনথৌবা (৫৬৮-৬১৮) গী মচা নাউথিংখোং (৬৬৩-৭৬৩) গী পোকপা মতমগী চাউরাক্না চানকম থোকই। উরা কোনথৌবনা নিংথৌ ওইরবা মতম ৫৭০ শিগ্রাইদা পুন্সি য়ুমোইবনা মচাম্নুপা য়োইখোংঙাই পোকএ লৌরবদি খণ্বনা চহি ২৫ শুবা মতমসি ৬৭০ দা ওইকম থোকই। চহি ৪০। ৪০ লৌবুনা পারগা পুন্না মীরোল মরিগী চহি ১৬০ নি। ৫৭০ দা তিনশিন্নবদা খুঃ চহী ৬১০ তা ওইগনি। মরম অবুনা মরক্তা লৌরগা খণ্বগী মতম অসি থেংলবদা খুঃ ৭০০ তনি। মণিপুর ইতিহাস অমসুং বিজয় পনচাশিনচিংবা নৈনবদদি খগা থোইবী-গী লিসা অসি নৈদিংঙু লোয়ুম্বা নিংথৌনা মৈতৈগী নিংথৌ ওইবা মতমদা থোকথিবনী হায়না চেংন থাজনরকই। চপ চানা ইতিহাসকী মতম লেপ্পশিদি খিজিন্নৗংঙাই মরম খরদি লৈরি। শলাই অতৈগী নিং-থৌরেলশিংগী চহিনা লেপনৈ। মেইরাংদা থোকখ্রিবা থৌদোকশিং অসি চপ চানা থোকখিবরা নত্রগা ভাবনা শাজিনবরা হায়বহুগী তোঙান তোঙানবা ৱাফোংদোক লৈনৈ। ময়ামনা য়ানবা ৱাক'দি চপ চানা থোকখি হায়ব'সিনি। মুক্ষন অসিদা য়েংহুনা মতম লেপ্পগা মশাম্নশিং চাউখংলকপগী মওং খরা নৈনজবনি।

নৈনবসিদা ফংবদি লমদম অসিদা হিসতখ্রিনা শকখঙলবা মতম ৭০০ দদি লমজেল অসি য়াম্না নীংখিনা পাঙথোকলে হায়বসি খঙবা ঙমই। মতম অসিদা নিংথৌগী মাঙদা লৈবাককী ওইনা লমজেল তা-বদা নীংখম শনজিন থোন্দুনা পাঙথোকপা চংনরে হায়বসি মৈতৈগী অহল-লমনশিংনা লৌই।

অইবা খুদম ওইনা চৈথারোল কুম্বাবদা মুপাগা মুশীগা কাওবা লমজেল তামহনবগী তাইবঙ মীওইবা কাংলুপ খুন্দিংমক্কী ইহান হানবা ৱাকম ওইনা লৌবা য়াবা ৱাকম থেংনৈ –

শক ১৫৭০ (১৬৮৮) তা ••• সোমজোক লাইবারগা ময়াং নাইমুবীগা লমচেল নাহলএ। লুপীনা থোইএ।' [৫]

অসুম্না চংথরকপন্না ১৭৮৮ লুপী মশেল লমজেন ভারবগী বাকন ফংই "শকাব্দ ১৭১০ শ্রী লমদা ••২৭ নি শগোলশেনদা ••• লুপী মশেল লমজেন নাইএ। কাংগমুং লুপীনা হৈক্রূজম লুপীবু থোইএ। ••• ১১ নি মুমশকৈশাদা হৈক্রূজমগা কাংগমুংগা নিংথেম মমাঙদা ••• লুপী মশেল লমজেন নাইএ। কাংগমুংগী লৈহাওনা থোইএ।"[৬]

মশান্না অমা শাররদা অতোপ্পা অমসু শারদুনা নোংমদা মশান্না অনী শারখিবগী বাকম থেংনৈ।

"শক ১৭৭০ (১৮৪৮) ইঙেন" ২০ নি ইরাইতা লমচেলএ। লমচেল চেনবদা কাঙচৈ শারবসু হৌএ"[৭]

লৈবাক অসি লৈবাক ভাক্লোনদা অতোপ্পা লমগী সিকাই লৈরে ছারবা বাকম লমজেলগী মতাং লৈনরকপদা ফংবা ঙমই। মৈতৈগী সিকাইগী মথক্তা অতোপ্পা সিকাইসু লৈরবনা মতম অমদা লৈঙাকলোন্দা চয়েৎনবা বাকম লাকপা হৌরে লৌবা য়াই। মীরৈবাককী সিকাইগা মৈতৈগী সিকাইগা লমজেল ফাওবা ভারদুনা সিকাইগী মতিক-মঙম লেপদুনা কাংলুপ অসিগী মতিকচাবা মীওই কয়া লৈতবা নত্তে থঙবা ঙমই। মৈতৈ নিংথৌ চুরাচান্দ মহারাজনা শানবা মঙম ১৯১৫ দা মেরা থাদা "২৫ নি লৈপাকপাকপদা শ্রীযুক্ত নর সাহবকী

৫। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ অমসুং লাইরেনমযুম ইবুংঙোহল সিংহ (সম্পা:), "চৈথারোল কুম্বাবা", মণিপুরগী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৬৭, লা: ৩০

৬। মথককী সিমকুপদগী, লা: ১০৯৮

৭। মথককী সিমকুপগী, লা: ২৮৫

কাংজৈশ্রুংদা লোংথাক্লুনা মীরৈবাক সিকাইগা মৈতৈ সিকাইগা লমজেল তান্নহল্লে। মেইতৈনা থোই ... ২৬ নি য়ুমশকৈশদম্বু তাল্লৈএ। মৈতৈনা হান্না থোই। ময়াংনা কান্না থোইএ। ৮

১৯ শুমা চহী চাংরেংগী ময়াইচল্লকপা মতমদা লমজেল হায়বা মশান্নসি মৈতৈশিংগী মরক্ত পান্নাশিংগী ওইনা য়ান্না মরুওইনা শান্নরে। পণ্ডশিং য়াওহল্লবস্তু মৈতৈ বামনশিংবু য়াওহনলমদে হায়না ব্রাউনগী রাইহদা অস্তুমনা ফংই -

" The Lumchel is a competition between the different 'Pannahs' or classes among the Manipuri population. Brahmans, as also the lowest class of Manipuris, the Lois, are not allowed to compete, but Mussalmans may " ৯

ব্রাউনগী বাক্ষম অসিদগী নৈনবা য়াবদি লোইশিংবুদি, পাণ্ডলনা লমজেল য়াওবা য়াম্নবস্তু, য়াওহন্দে হায়বনি। মসিমকতি চান্নদবা রাকম-নি। পানা থোকপা হায়দুনা কনাগুম্বা মুপা অমনা কনাগী মচানো কয়ি য়েকনো হায়দুনা মীয়ামগী মমাঙদা অমদি নিংথৌগী মমাঙদা হায়জ-রগা য়াওহনবগী চৎনবী লৈ। অমরোমদা পাঙলশিংগীদি য়েক-শলাইগী মঙ্গংদা চনদে; য়েক শলাইগী মঙ্গংদা চনবা লোইশিংবু য়াহল্লগা লাইনিং লমবেল তিন্নদবা পাণ্ডলশিংবুদমক য়াহন্নম্বা অচুম্বা রাকম নত্তে। ব্রাউনগী ওবজার্ভেসন লানকম থোকই। লোইশিংগী মরক্তগী পানাগী চৎনবী লৈ। অমরোমদা লমজেল থোইবশিংবু

---

৮। মথককী শিমক্তদগী, লঃ ৫৬৮

9. R. Brown, Statistical Account of Manipur, Calcutta 1873, p. 81

লাম্লুপ [১০] কাবদগী কোকপীবগী চৎনবী লৈ। মসিদি মীপুম খুদিংমক্তা পীবা খুদোংচাবনি। মরম অদুনা খুন্নাই অসিদা, অকনবা পনথেম্মুংদা হায়বদি য়েক-শলায়গী মপুংচন্দুনা লৈরিবশিংদগী পীকম খোকপনা লমচেলদা মখোয়গী থৌদাং য়াদে হায়বসি নাত্তে চাদে। খুন্নাই, ব…থৈ, খুন্নাই, য়াইস্কুল হায়না লৈরিবা পানাশিংগী মরক্তা চনশিন্দবনা মখোয়বু হায়রিবা পানাগী মীওইশিংগা লম্বা তৌবহল্লমদবা ফাওবদি য়াই। হিন্দুগী লাইনিং লম্বী মৈত্রদা তোংশিল্লবদা মখোয়বু হনখবা থাককি মীনি হায়না খঙ্লবা মতমনী হায়নদি লেপ্পা য়াবা থাকমনি। মৈতৈ বামনশিংনা য়াওদবদি হনথৈ হায়দুনা য়াওদবা ওইকম থোকতে, মখোয়বু য়াওহনবা য়াহল্লমগনী হায়বসি অইবগী থাগলনি; অতুমকপু মখোয়না য়েক শলাইগী মপুং চন্না লৈরগা মৈতৈশিংনা লাম্বা তৌবদা মায়থীরগা মখোয়গী থাক হনখনা উশিংতনা মৈতৈশিংনা লৌথিগনী হায়বদগী ওইরম্ব য়াই শগোল কাংজৈ শান্নবদনি মখোয়সু য়াওই। অমরোমদা মখোয়সি য়েক শলাইগী মপুং চন্দবদগী পানাগী ওইনা লমজেল চেনবদা য়াওরমদবা য়াই।

পানাগী লমচেল তান্নবদা য়াওদ্রগনু মৈতৈ খুদিংমক লমজেল য়াওই লৌফম থোকই; মরমদি মীরৈবাক সিফাই, সোমসোক লাইবার ময়াংনাইন্নবীনচিংবা লমজেল চেনবা য়াওবগী থাকম মথক্তা পনথ্রিবহনি মরুওইবা লমজেল চেনফমদি মোইরাং লমগী তোর্বুং, ইম্ফালগী থোঙ নম্বোনবী মপাদগী কংলা উত্র। য়োবা লম্বেল কৈবুংদগী ক নচিপুর কোম্নুং তাবা লম্বী অহুম অসিনি। লমথুংফম য়োবদা লৈবাককী ওইবা লমজেল তান্নবদা হান্না থুংবা মী অহুনা পনথুংফমদা লৈরিবা কংলা শা অহু চোংখৎতুনা পায়বা চহি কয়াগী মমাঙদগী খুদম ওইনা, খম্বা-নোংবানগী মতমদগীসু ) হৌনা চৎনরম্মী। মসিবু মৈতৈনা " শা পায়বা " হায়না খঙনরম্মী।

---

১০। লাম্লুপকী মরমদা শিপালজবা তাঙকককী ফুটনোট ১৫, ১৬, ১৭ কা মরী লৈনবা থাকম য়েংবীয়ু।

শানাদা লমজেলগী তাঙকক অনী লৈ-অহানবদা শানা অনী অনী হান্না তান্নহল্লগা অনীশুবদা খোইরক-খোইরকপা শানা অনীম্ন অমুক তান্নহন্নি। মিংশৌ য়াওনা তৌবা লমজেল অসিদা অহানবা শাঙখোকপা লমজেল অসি য়াম্নমক মরুওই। মরমদি মখোয়মু থা অহুমগী লাল্লুপ কাবদগী কোকপীরম্মী -

"The first in at the preliminary races between Paunahs are allowed three months exemption from Lallup" [11]

মসিগী মথংদা অনীশুবা ওইনা অহানবা তাননবদগী খোইরকপশিং তান্নহন্নিবা অসিনা অনীশুবা লমজেলনি। অনীশুবগী অখোইবনা চহীগী খাইদগী লমজেল য়াঙবা মীনি হায়না লৌই। মরম অদুনা লমচেলগী তাঙ্কক অনী লৈরম্মী।

চৎনবী অমা ওইনা খুয়দগী লমজেল খোইবা মীবু মহাককী মপুন-সি হুপ্পা লাল্লুপ কাবগী মখৌ তৌহনলমদে; কোকপীরম্মী। মিংচৎ-কীদমক হান্ন। অখোইবগী মিংচৎ কাংপ্রবশিংমু অমুকহন্না লমজেল চৈনবা য়াওহনবা য়াবগী চৎনবীমু লৈরম্মী। অমুক হন্না খোইবা ওন্নবদি মখোয়-দমু মনা পীরম্মা মখোয়দা পীবা মনাশিংগী মরক্তা 'খামেন চৎপা', লোকম পীবা নঙ্গগা 'পরিকি' [12] পীবা চৎনরম্মী। খামেন চৎপা হান্নবা কি অসি মীচম্না লেংপা য়াদে, মসি কঙলবা মীওইশিংবু লৈবাক্লা য়াম্না লুনা খম্নরম্মী। কি অসিগী মৈতৈগী ওইবা মঙংদা উনুম শাম্নগা লৈরোং নমহুন শীজিন্নৈ। মসিগী মশক অমা মণিপুরী আর্টকী বারী শীংবুনদা উৎলি [13]

11. T.C. Hudson, The Meitheis, Delhi, 1975, p. 53

১২। লৌগী মহুৎশিন্দুনদি ওইনা পীরকপদগী 'পরিকি' কৌনরুরুই।
খাগেম্না হাঙ্কক্তা লৌগী মহুৎ হিন্না শিনবা চৎনবা হৌখি।

১৩। মুতুম্না বহাদুর, "মণিপুরী আর্টকী বারী শীংবুন, ১বা শরুক, ইম্ফাল, লাঃ ১৬ অমসুং ১৭ কী মরক্তা হাপ্পা চেনা।

মশামশিংবু কুম্মৈ ওইনা লৌনহনা চহি খুদিংগী ওইনা পাঙথোকপা থৌরম ওইনা লৌনৈ। পানাগী লমচেল তৌত্রিডৈদা অথোইঅহেন তামবা য়াওগদবশিংনা থা অময়োম বাংলিডৈদগী শেম শাইঃ কমা হোৎনৈ। কি কৌনা শেৎতুনা লমচেল য়াওনবা হোৎনরিবা মীওইশিংগী মরমদা 'দন' না অস্থমনা কোঙদোকই —

" . . . . for months before they came off various lanky looking men, with scanty proportion of clothing, may be seen morning and evening trotting along the road, getting themselves into training for the important event " [14]

নিংথৌ পাল্লিডৈদা অস্থককী মরুওইনা শায়না পাঙথোক্লম্বা মশামসি থোঙ লমজেল হায়না খঙনরবসি, চাউখৎলকপগী মতুংইদা সাইকল লমজেল, শগোল লমজেল, শামু লমজেল, হি লমজেলনচিংবা হায়নরকপদগী মরুওইনা থোরকপনি। মুপী লমজেল, অঙাং লমজেল, মুপা লমজেলনচিংবসি লমজেল মশামগী মথুংদা লৈজবা ডাক্তনি।

অস্থুমা লমজেল হায়বসি মথককী অনীশুবা তাঙককতা লৈনখ্রিবা বাকমশিং অমস্থুং লৈনরিবসিদগী ফংবদি মশামসি মৈতৈগী কৈরিবা লাইনিং মওংগা শাগোমনা চৎপা, লৈবাক বায়েনগস্থু মরী লৈনবা লমদম অসিদা লৈরিবা মশামশিংগী মরক্তা নাংপু মশক তাকচবা মশামা অমনি। মহৌশা নিংথৌ পাল্লিডৈ মতমদা অথোইবশিংবু ইকায় খুম্নবা উৎতুনা লাম্পূপ কাবদগী কোকপনচিংবা তৌরম্লিবসিগুম হৌজিককী মতমদস্থু লৈবাককী ওইনা থ্বাইদগী অথোইবশিংবু সরকারগী থবক হাপ্পনচিংবা তৌহনা পুক্লিং থোৗগৎপা অচুম্বা ওইগনি।

---

14. E.W. Dun, Gazetteer of Manipur, Delhi 1975, p. 53 also R. Brown, ibid, pp 81-82

## (খ) ি়য়াঙ

'চিয়াঙ' হায়বদি কুম্মৈ অমা ওইনা লৌবা তারবস্থ চহি চহীগী ওইনা অচম্বা লৈবাকমচাশিংনা খুন্নং খুনংশিং শীনবা থুংনা পাঙথোক্লবস্থ নিংথৌ অমদি অঙম-অখোশিংনা অমস্থুং মথোয়গা নক্নবা প্রানাগী মরী-মত্তাশিংনা শরুক য়াবা মশাক্না অমনি লৌখদা অকায়বা লৈতে। নিংথৌ পাল্লিদৈদা চাউরবা কুম্মৈ অমা ওইনা পাঙথোক্লমী ; মহৈনা তিল্লিবা হিয়াং তাম্নবা য়েংলিবা মীয়াম্না, উরগা হিয়াংগী মীয়াম্না শীংথানৈ অমস্থুং মীয়াম্না য়াম্না পাম্নবা য়েংবগী মমি 'হিয়াঙ য়েংলিদৈদা তুম্বাগী শেল থৌবা" হায়বদি চম্না হায়বা তাম্নবদা য়াম্না মুংঙাইবা কুম্মৈ য়েংলিদৈদা তানজা অমদি মতাং চাদনা শেল থৌবা হায়বা পাউরৌ পাউতাবকী মশক ওইনা মৈতৈশিংনা খঙনরি। অমরোমদা হায়রগা হিয়াং ভিগী লমজেলনী। হি তোংদুনা লমথ কমদগী লমখুংকম য়ৌবা হানবা তাম্নবা মশাম্ননি।

'হিয়াঙ' 'হি" অমস্থুং 'য়াঙবা' হায়বা ৱাহৈ অনীনা পুল্লগা শেম্বনি। হিয়াঙ তাম্নবা খঙনবা ৱাহৈনী। মরম অদুনা হিয়াঙ 'হি য়াঙনা থৌবা তাম্নবা' মশাক্না অমনি লৌনরিবনি। হিয়াঙবু 'হিয়াঙ তাম্নবা' হায়নস্থ খঙনৈ। অতোপ্পা ৱাহনথোকতা হিয়াঙ 'হি'গুবু খঙনৈ। নিংথৌগী অথোইবা হিবু হিয়াঙ হিরেম (হি অথোইবা) হায়নস্থ খঙনৈ। অহিবা লোন্দা হিবু "ৱাকরৈ' কৌই। [১৫] মহৌশা ওন্নিদৈ মতমদগী হৌনা লমদমশিদা হি শীজিন্নরকই- "থাঙমি তাউবুং খোংদৌবনা ৱাকয়ৈ খোঙওইনা লাংবন শাত্তানগে লাকপদা মবোয়

---

১৫। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র (সম্পা০), "চাদ-কাইহই', ইম্ফাল, ১৯৬৬, লাঃ ১৩

শোংতাইরাবনা চাকমোম থাম্বী মৈরোবদা ইমেম তোইবীরৈমবু মিৎয়েং শানখৈরকএ কেংদৌ মিংমিংলকএ "[১৬]।

থাঙয়ি তাইবুং খোংদৌবদি মৈতৈ নিংথৌ নাউথম্বা (৪১১-৪২৮) মতমগী চেংলৈ নিংথৌ থাঙয়ি খোঙ্জোম্বগী মচানি, পেম্ব লৈনয়েননা পোকপনি।[১৭] মরম অহূনা চাউরাক্পা মচাগুবা খুইগী চহিচারোন অথায় চৎকপদা হি শীজিনরে।

লাই হাক্তক্পী হি য়াঙবা তাম্নরকই। হি য়াঙবা তামখিবনি মক্ক ওইনা চাইরেন লাকপা চৌং নিংথৌ অনীনা পাঙথোকখি। থাঙ লাইরেম্মখোঙজোমকবীনা তাকপা মতুংইন্না লম অতেনবদা হোনবদগী থাঙ চৌংনিংথৌনা থাঙ চৌংগোলদা হান্না থুংখিবা থাঙ চৌংগোইরোইদা য়াওই। লমথাবদি লাইনিংথৌ সনামহীনা লমথখি [১৮]

নিংথৌ পাম্লিংৈঙ মতমদা হিয়াঙ তান্নবা মতমদা তান্ন-হি অনীনা মাঙ থারগা হিয়াঙ হিরেল অনীদা নিংথৌ অমম্বুং লাই তোংলগা তান্নহি অনীগী তুংইন্দুনা চৎনরম্মী হিয়াঙ হিরেলগী হিক্কদা শক্তি মকোক অমম্বুং হিনাওনা মী মকোক অমা হাপ্পী। হিয়াঙ হিরেলগী হিক্কদা হাপলিবা শক্তি মকোক অসি লুরাং পুদাংকোয় থুংকোইবগী মকোক্নি। মনাও ইবুংঙো হোঙনেম লুরাং পুশিনবা মহাক্না চৎপদা ময়াম্বনা মথাঙ থানা চৎপগী বাখল্দা হিক্কনা খিনহূনা থমবদগী হাপখিবনি [১৯]

---

১৬। মথককৌসিমক্তদগী, লা: ১৩

১৭। মথককী সিমক্তদগী, লা: ১৩

১৮। খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ (সম্পা:), উমং লাই থুন্দা, ইম্ফাল, ১৯৮৬, মশীং ২৩। ২৪, লা: .৮-১৯

১৯। মণিপুরগী সাহিত্য পরিষদ, "সাহিত্য," ২১ শুবা মশীং ১৯৭৪, লা: ৮

লুরাং পুংদাংকোই পুংকোইবনা ওনখিবা শঙাই মকোক্কি " অহুপা হিনাউদা হাপলিবা মী মকোক অসিগী মরমদা রাখী. অনী থোক্লা লৈ। অমনা মৈতেভঙ্ খাগেম্বনা নিংথৌ অখুবা ওইরিবৈদোঃ তায়্দা হিয়াল তম্বা চংপদা মখা ওয়রোক্তা লাললুমনবা মখাউ খুক্লাকপগী মকোক কক্লুনা হিনাওদা খিল্লগা পুরকপদগী হাপখিবনি। অহুগা অমনা খুমন নিংথৌনা মচাম্বুগী হাংখিবগী লমন শিংনবা মৈতৈভঙ্ খরানথাববু হাংনবা শরৌ শিমহুনা হৈরেম খুনজাল লাল পাংবিনবা কৌরগা মহাকপ্ হাংনবা লানলম শিল্লিবা অহু খঙলক্লুনা লমখাঙদগী হল্লকপদা খুমন কাকপা অথৌবগী মকোক কক্লুনা হিনাওদা খিন্দুনা প্রকই। মহুদগী ওসি কাওবা হাপখিবনি.[২১]

হি শাবা হৌবগী মতাংদা লুরাং গুরু প্লিবগী মথিং হিজন হিরাউ শৈরেংদা ফংই। খৃষ্টগী মঙাগুবা চহিদা লৈরমলিবা প্জিবনা লম য়েংবা চংথোক্লকপা শীংখা খম্বোম-য়ি তুমেন ঈশিং চাউরম্বা, ভীল কাঙ, ককচেং-থোইয়া প্খনা মালেম লৈমায়থক্তা লৈবা য়ারক্লহুনা তৌ অমম্বুং শীংনাং মতোম্দা শরোম শানা পৈহুনা লৈরগা খাঙলম্বা থেংনরুই। মতম অসিদা লাংবনথাগী কৌজেংনা চয়োং লাংমা ময়ানা চীক্লুনা ঈরাল্লম্বা অহুপা মথৈ পানবা তাইবঙ মীয়োল থোক্লবা চুমা শীকলোয় মনা মতাঙ অমা ময়াদা চীক্লগা মথৈনা ঈশিংদা হোক্লুনা ঈয়ানখিবা মতৌ উরুবদগী উজাও অমা য়াল্লগা মমুং কুংহন্দুনা লোয়বদি

২০। এন, খেলচন্দ্র সিংহ, " মণিপুরী টু মণিপুরি এন্ড ইংলিস ডিক্সনারী, লাঃ ৬২০, ৩৪০, চাংদমবা China Reconstruct Vol. XXXIII No. 84 August 1984 P. 20 দা উংলিবা হিকোককী মওংগা চাংদমবদা থেমবা উবা ফংই ; মুংদা মীমকোক হাপ্লম্নু য়াওদে

২১। মণিপুরগী সাহিত্য পরিষদ, " সাহিত্য" ২১ শুবা মশীং লাঃ ৮ অমম্বুং মথককী লাইরিক, লাঃ ৭৩-৭৪ অয়াম্বা লৈবাককীদা মী-কোক হাম্বা থেংনম্রি।

ভাউবং ওইবা ঐখোয়গী ঈশিং অচৌবা ঈপাকশিং লায়বা য়ারুপনি নিংখি। মধুমদা হয়রগা, মথুং মথা তৈবা য়াংমিংথু অভুগা য়াংমনাউ শিনহৈনা মচিল-মনাও অনিদা খৌনাহন' কৌবা ইংলেন চীংগী লোক-মায়নগী উঙাও অমা য়ানহন্দুনা পুরকপা হি শাহনখি।"

মৈতৈ নিংথৌ কোইরেম্বা (১৫০৭-১৫১২) পানবা মতমদা হি-য়াঙ্গ খালা হিয়াঙ ভায়বা হৌই।" চৈথারোল কুম্বাবদা ১৫১৪ 'মৈদিংঙু লমকাম্বা হি ভোংএ লমংথোকএ' হায়না চনশিল্লী। " মসুমনা খৃঃ ১৬ শুবা চহী চাংদা ঙকী দি য়াম্ম য়হাং কায়ন কুম্বাদা চংশিনবা থোং-নরে। মৈকক হিদোংবদা ভায়বা হিদি নিংথৌ ইরেংবা (৯৮৪-১০৭৪) গী মতমদগী চংনরে চায়বা মকম কংই; মথা চংথরকপদা নৈনরক-খিগনি।

লাই য়াওবা নিংথৌগা হি ভোংবা খাংগম্বগী মতম ১৬৩৮ দা হৌরে।" য়াওরিবা লাই অসি চৈথারোল কুম্বাবদা মমিং পম্মমন্ত্রবস্থ বিফুনি হায়না অখণ্ড অহে থরনা ফোংদোকখ্রে থোংনৈ। য়াম্মক ভোং-না খোকত্রিবস্থ করিগুলা মতমদা হিয়াঙ ভায়বদা থংনবা চৈনবা খোকপা ঙাওই। ১৬৫০ দা অহল্ল পকা নাহাক্লপকা হিয়াং ভায়বদা মৈনৈ। ১৮৫৩

২২। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র (সম্পাঃ), 'থায়নগী শৈরেং, ' ইম্ফাল, ১৯৬৬ লাঃ ২১-৩৬

২৩। রাজকুমার সনাহল সিংহ "মণিপুর ইতিহাস," ইম্ফাল, ১৯৪৭, লাঃ ৩৯

২৪। চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ১২, মী মকোক হাপ্পগী অতোপ্পা কুরুপ-শিদা উবা ফংজি।

২৫। মথককী লাইরিকশিমক্তনদগী, লাঃ ২৮

দম্ন খৎন চৈনবা থোকপগী বাকম কহই [২৬]

হিয়াঙ তান্নবা পানাগী ওইনতা তান্নবা নত্তে। ১৭৩৯ দা পোং নিংথৌম্ন হিয়াঙ তান্নবা য়াওরে। ইঙা শাংসি ইরাইদা লাইনা হি অমা গুরুন হি অমা নিংথেম্ন হি অম পোং নিংথৌনা হি অম চেং হুনা হিয়াঙ শাৈনএ [২৭] গন্ধৰ্বনিৱাৰকী মতম অসিদা পোংগা মৈতৈগা য়াম্না নকশিন্নৱবগী মওংনি।

১৭৮১ দা মীতৈ-চৈংমীশিংম্ন হিয়াঙ শাম্নবদা য়াওরে। মৈতৈ তমী ভাক্তগী মশান্না ওইরে। মশিনা তকই গৌং অমম্নং তম অগী থোইদোক্না হীরমশিদা মুংশিনৈ থুদম লৈনা লহুম্না হাওগা থারম হাওগা হিয়াঙ শাহহনও। [২৮] ১৮০৯ দা মৈতৈ চৈংমী মবীংম্ন হিয়াঙ তান্নবদা য়াওরে ‘১৭ নি থাংম্ন ০০০ মুমিত্রা হাও হিয়াং নাহনএ মরিংনা থোইএ।’ [২৯]

অম্নমনা ১৯ শুনা থুং চহি চানেন্দদি হিয়াঙ থোইদোক্ন মকা য ম্না লান্না চাউথংল থকম খুদিংগী মথল খুদিংগী মৈতৈ তমী মৈতৈচৌ মী য়াওরে। “১৮৬৮ লাংবন ২৫ নি ইরাইদা থাংগা লৈমনাই নিংথৌনাই ২ মানা ননাই ঐখোয়গী হি তান্নজপে হান্নছনা তান্নহল্লে।” [৩০]

১৯০০ গী মেরাগী ৭ নি নিংথৌকাবা তুমিংতদি পুলিস পলতোনবুম্ন হিয়াঙ তান্নহল্লে [৩১] অসিগী মথক্দা শকচুদ পুমতোপ তান্নবা সাহেবশিং

---

২৬। মথককী লাইরিকসিমক্তদগী, লাঃ ৩১৯

২৭। মথককী লাইরিকসিমক্তদগী, লাঃ ৮৮

২৮। মথককী লাইরিকসিমক্তদগী, লাঃ ১১৫

২৯। মথককী লাইরিকসিমক্তদগী, লাঃ ২০২

৩০। মথকী লাইরিকসিমক্তদগী, লাঃ ৫৮৪-৫

৩১। মথকী লাইরিকসিমক্তদগী, লাঃ ৫২৪

"কাওবদা হিয়াঙদা পুক্লিং শুপ্‌ত্রপা মতম থইরবনী। মসিগী মতৌ ১৯০৭ তা নিংথৌ য়াওনা লাম্বা তৌনবা মতাং কাওবা লাক্লে। "ধাইরেল ২ নি লৈবাকপোকপদা ••• মহারাজ, লাং লাহেব (সেকসপিয়ার) থোক্লুনা শিংজমৈ হু রনদা পানা হি তান্নে। " পানা হি তান্নবদা ইউরোপ মচা য়াওনা তান্নবগী ইহান হানবা ইশিন্দুনা থম্না লৌবা য়াবা রাকমনি।

মৈতৈনা হিগী লমজেল পাঙথোক্লম্বসি লমদমসিদা থোঙদান্নক্লিবা অতোম্পা মীরমচাশিংমা ওক্লা লৌগদবা রাকমনি। মথোয়না থনগমি অরাং নোংপোক ভারতকী লমশিংদি মক্লুওইনা নাগাকেণ্ড, মণিপুর, চীংগী লমনি, মতিক চাবা হিদামবা য়াবা মফম লৈরমকোই। অতুব্‌ মৈতৈ লিরবা জাতিনি; মথোয়না লৈরিবা লমদম তম্পাক অসি মশাম্না কয়াগী তৌকম ওইকম থোকপা মরম কয়ামুক লৈ। মমাঙগী তাঙককশিংদা পনবা য়াবা অনস্রে। অমরোমদা পীক্লবা মীশিংমু য়ামক্রিম্রবা তম্পাককী লমদমসিদা মথল কয়াগী থুংই লাইরিক কয়া থনমহুনা মতমগী য়াওনদা ইথাই জীগী পীহন্দনা পাক চাউরবা নাংপু য়োক্লুনা ওলিকাও থম্নি।

ওল্লিভৈ মতম খুইনা পোকত্রিভৈ অমম্বুং তুং মঙাওবা অসিবু'ই কাওবা লৈবাক অসিদা মনিংতম্বা লৈবাক মচা মচা লৈরমী। পুঃ ৩৩ সিরাইদা য়েক শলাইশিং অসি য়াম্নগ্রবদা মশীং ৭ গুরমী। অতঃ অথম লৈতনা লোংমা কাংদনা অমগা অমগা লান তৌনরমী। অসিগুম্বা লান কয়াদা মায়পাকতুনা নিংথৌজা শলাইনা পুরমককী মথু ওইরকখি। অসিগুম্বা থাক অমদা য়োরক্লবা হোৎনবদা 'হি' গী মথৌ তারকই। পাংপাল্পা তাবনা তেম্না ইয়োইবা হৈবা, হিগী লমদা খুমাঙ চাউশিনবা মশানা তাজবা রাকম লৈ। লৈমায়গী কিবমগী মতুংইমা মোইরাং অমম্বুং খুমমা হিগী লমদা চাউথংলম্মী অমম্বুং হিগী

লান্দা থোইদোক্লা হৈশিংবা ওইরকই। মোইরাংনা নিংথৌজাগী নিং-থৌদা হিগী লান শীংনরকপা মখানা তাবনী, খুমন্নু অহুমশুবাই। খুমন অমসুং মোইরাং থোইদোক্লা হিগী লান তোয়না শোক্লম্মী।

মরমসিমক্লা নিংথৌজাগী নিংথৌশিংনা হিগী লান মায়োক য়াবা ওইবা ঈশিংগী লম্বী ফগৎহনবা তাখি, হিগী লানসু হৈবা তারকই। হিগী লানদা হুকথেংননা য়াগরকপদা ইরোইবা হৈবা, হি থৌবা হৈবা তশাই ফরক্লে। মরম অহুনা অকল অথৌগী ওইবা মতমসিদা হিগী মকম য়াম্না কনবা তারকই। ইশিনহন্নুনা থম্বা বাকম ওইনা হি শীজিন্নবসি ৯৬৯ দা মপুং ফারে লৌবা য়ারে। চেংলৈ ইশান লানথাবা (৯৪৯-৯৬৯) না পানবা মতমদা "লুরাংয়িদা হি তোংলকপা লুরাংগী কাংবু মথৈ ওয়া কারকএ" ৩২

নিংথৌজাগী নিংথৌ থৌবান থাবনা (১১৯৫-১২৩১) খুমন নিংথৌ পুনসিবা পুয়াম য়িমলেনবগা লোয়ননা হিগী লান চৎমিনৈ নিংথৌ অনীসি চারৌ মোরৌনরম্মী মৈতৈ নিংথৌনা খুমন নিংথৌ মচাম্নুপী লোয়রম্মী অহুপা মৈতৈ নিংথৌগী মচাম্নুপী চীংথৈ থানবীবু খুমন নিংথৌদা থাজ-হনা খুমন অমসুং মৈতৈ অনীগী মরী চেৎশনহনখি। খুমনবু হৈরেম খুজায়া উসিং থৌওইদে, হৈরেম খোংঙা খোংতেকচা খুজান খোঙঙা খোঙতেকচানা মখোয়গী মরমদা মীতোপ তাবা য়ারোই হায়হুনা হয়েন লানগ্রেমনখি। মসিদা খুমন নিংথৌনা য়ুংঙাইফবা য়ায়া হেন-গৎখি অমসুং মৈতৈ নিংথৌ থৌবানথাবদা হৈরেম খুজান লান্দাখিরসি হায়না লান নেকখি। মৈতৈ নিংথৌনা সনা খুৎনেৎহি "কবুই ওয়া' তোংহনা তারিয় য়েজাংবা, নহা শজাই শাম্বা, খুবাই নহা বাইরং-বানচিংবা মনাইশিংগা লোয়ননা খুমনগী লান শাংবা চৎলম্মী। ৩৩

৩২। চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ৪
৩৩। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পাঃ), "খুমনলোন", ইম্ফাল, ১৯৭০, লাঃ ১৭-১৯

চৈথারোল কুম্বাবনা বাকম অসিবু অম্নমনা ফোঙদোকই —

" মৈদিংঙু থবানথাববু খুমন নিংথৌ পুনসিবনা লান লেঙ্কুনা হিয়াং হিয়েন তোংহুনা মীয়ামনা লান শাংবা চংলে। খুমনগী লোয়নহুনা হৈয়েম খুণ্ডান নামিমৈএ। গুম্মৈ।" ৩৪

মৈদিংঙু থংবী লানথাবা (১৩০২-১৩২৪) না মোইরাংদগু লন্দাই। মোইরাং নিংথৌ চিংখু তেলহৈবগী মচাগুপী য়োইরেন তোম্পোকপীবু পীবু হায়না হায়খি। মোইরাং নিংথৌনা পীরকখিদে। লান তৌহুনা অশাম্বা নিংথৌগী মচানুপী লৌবা মতমহুগী থোইদোক্লা চংনবা মওং লৈরম্মী। কুপী পীবু হায়বা য়াদবগীদমক থংবী লানথাবনা হি তোংহুনা হিগী লান তৌবা মোইরাংদা চংলম্মী, লোক্তাক্তা মোইরাংগা লান শোক্লৈ হমই। ৩৫

খাগেম্বা (১৫৯৭-১৬৫২) গী মতমদা হিয়াঙ হায়নিঙাই লৈতনা চাউখৎলম্বগী খুদম ফংই। মাগী মনাও অনি হিদায়বদা অকায় অতোম্ব থোকপদগী মনাও অতোম্বা শানোংবনা ময়াম্বা য়ায়মা কোইরেম্বদা মাগী হি অতুমক শিংদবা য়াদে, অহনবা পীবগু য়ারোই, কোৎতুনা পীবগু লৌরোই হায়হুনা মঙোন্দগী বায়খিবা হিহুমক পীথু হায়হুনা নিংঙাই শংদানখী। নিংথৌ য়োরবা কাওবদা বাকম অহু নিংথৌনা তাইশিনবা ঙমখিদে ; খেমজিন্নবা ঙমদবদগী শানোংববু তানথোকখি। থৌদোক অসিবু ঙসি কাওবদা শানোংবা হিগায়বা হায়না ঙসি কাওবদা থঙনরি ; নিংঙাই শঙদানরকপা মতাংদা খুদম পীহুনা থৌদোক অহুবু নীংশিংনরি।

অবাগী মখুংতগী মৈতৈশিংবু কনহৌনবা অতোম্বা লম্বী অমদি

---

৩৪। চৈথারোল খুম্বাবা, লাঃ ৬

৩৫। মথককী লাইরিকসিমগুদগী, লাঃ ৭

হিগী লমদা মৈতৈমচাশিংবু হৈথোই শিংথোইহনবশিংসি তম্ভায়কলনা তৌদবা য়াদবা অমনি থন্দুনা নিংথৌশিংনা হিগী লম চাউখৎনবা হোৎনখি। চাকপা মখাউঙম্বীগী মলোমদগী গরিবনিৱাজ (১৭০৯-১৭৪৮)গী মতমদা মৈতৈগা অৱাগা হিগী লান শোক্রবা মণিপুর ইতিহাস, পুরান বিজয় পনচালিনচিংবদা ময়েকশেংনা থারি।

লৈপাক অসিদা ৱামান্দি ধর্ম চঙসকপা পামহৈবনা পানবা মতমদগী ভাগ্যচন্দ্র (১৭৬০-১৭৯৮) কাওবসি অৱিবা লাইনীং লাইশোল অমম্বং থাক্তনবী কয়াবু খোঙগাওননা মতম থোকখি। অমিগুম্বা লুৱবা মতম অসিদা মৈতৈগী লাইৱোনগী থৌরম কয়াবু মাঙখিদনবা য়োকখৎপা পাম্বা, লৈবাক নিংথৌ অনিগী মৱী কনা থম্বা অমগীম্ব অমগীম্ব কায়দনবা শীনবা ঙম্বা মীওই অমা ওইনা ভাগ্যচন্দ্রগী মতোন নোংপোক লৈৱিখোম্বনা হোৎনখি। অৱিববুম্ব মাঙহন্দনা থম্বা অনৌববুম্ব তাখিনা তৌদনা হোৎনরকপনা অনৌবা থৌরম কয়াদা নিংথৌগা বাতাননিংঙাই ওইরকখি। মসিগী মতৃনা বিজয়না গোবিন্দবু সেবা চৎপীম্ব হায়না ভাগ্যচন্দ্র মহারজনা মতোন ইবুংঙোদা ইকায়থুম্বা উৎখি।[৩৬]

মতম অসিদা থাঙপাৎ শেমগৎতুনা বিজয়গোবিন্দগী থাঙপাৎ অসি তুবি ইরেল কৌরম্বদগী মোইরাং লৈমা হায়না মিংথোনখি। মোইরাং নিংথৌ খেলৈ মুংনাং তেলহৈবনা অৱাগী মতেং লৌদুনা লান্দারগা নোংপোক লৈরী খোম্ববু কাহনা মোইরাংগী কৈত্তমশংদা থমখি। খেলৈ মুংনাংগী মচা ইবেম্মনা খুজিল থৌরাং তৌহনা নোংপোক লৈৱিখোম্বু নানথোকহনখি। ভাগ্যচন্দ্রগা শঙাইথেন্দা অৱাবু নানথোক্রবা 'থৌরম শীনখি। মণিপুরদগী অৱা তানথোক্তুনা পান্নবদা মোইরাং চম্বু অহুগী খুজিন থৌরাংনা বিজয়নাথ গোবিন্দগী সেবা কৎবা হুমখিবনি থন্দুনা

৩৬। হিরণ্য সন, "হৈক্রু হিদোংবা", লা: ৭-৮

থোইরাং চম্বুবু ঈকায় খুম্নবা উৎতুনা থাঙপাংকী মখিং কাওবা হোংখি। ৩৭ অসুমনা হি তাম্নবগী থৌরমদা লাই য়াওনা তোংবগী চংনবী অয়াম্বা থোংজেল অমদা হেনগংলকখি। ১৭৭৯ দা হিয়াঙ্গৈগী ১২ নি পানবা লৈবাকপোকপা খুমিংতা বিজয়নাথ গোবিন্দবু সনা কোম্বুংদগী লেঙথরক-লগা মন্দিরদা লেঙশিনখ্রিৎলদা হিথক্তা লেংথংতুনা হৌজিককী বিজয় গোবিন্দ থাঙপাং হায়না খঙনরিব থাঙপাং অসিদা লায়রাংনগী হৌনবী কায়দনা হৈক্রু হিদোংবগী থৌরম পাঙথোকখি। ৩৮ অসুমনা চুরাচান্দ মহারাজনা পানবা মতমদদি (১৮৯১-১৯৪১) হিদাংবগী লম্বী অসি মখৈ ফঙনা চাউখৎলকখি।

হৈক্রু হিদোংবসি হিগী কুম্মৈ অমনি ; হি তোংনগা লাইবু থকপা মতুং অমসুনি। হিতাংবগী থৌরম য়াওদবা যাদকনা হিয়াং কুম্মৈ মথল অমনিসু হায়না লৌদবা য়াদে। তৌই পুম্নমক্তং কুম্মৈ অনিসিমক মশা অম-গুরা হায়বতুদি থেংনবা উবা ফংই। হৈক্রু হিদোংবগী কুম্মৈ অসিদি বিজয় গোবিন্দদা মনুংথ্রেম্বম শাগৈনা পাঙথোকলি নিংথৌবু বাত্তন তৌরগা নিংথৌ মশামক য়াওরগসু সনা কোম্বুংমক্তা হলকপংননা শীন্দে। সনা কোম্বুংগী ওইনা হিয়াং কুম্মৈ তোপনা পাঙথোক্লবতে মতমগী য়াওনদা সনা কোম্বুংগী হিয়াং কুম্মৈ মংখ্রবসু হৈক্রু হিদোংবগী কুম্মৈদি হৌজিক হৌজিকমক মাঙদনা চংথরি। হিয়াংসু খুলগী লাই হরাউবা মতমদা চহি চহিগী ওইনা পাঙথোকপদি হৌজিকসু তৌবা য়াওরি।

থৌরম অনি অসি তোঙালী হায়বসি পাঙথোকফম মফম হিগী মশাক। নিংথৌ অমসুং বিষ্ণুনা হি তোংবদা ময়েকশেংনা উৎলি। কনা কনাগুম্বনা মপান্দা মীৎয়েংদা হি তাম্নবগী থৌরমতমক উবনা শম্না হেক্তা হি তাম্নবা হায়রগা হৈক্রু হিদোংববুতা থন্দুনা হিয়াঙগা

৩৭। মথককী লাইরিকশিমক্তদগী। লাঃ ১৫

৩৮। হৈক্রু হিদোংবা। লাঃ ৪

মায়বগুম থনবা অমস্তুং উহনবস্থ য়াওই। মথা চথরকপদা নৈনবা থেংনবীগনি।

পানাগী ওইনা হিয়াঙ তাননবা লাংবল থাদা পাওংথোকই। লাংবন হিয়াঙ হায়নৈ। ' হিয়াঙ লুমিং মরিনি তাম্নৈ। অংহৌবা লুমিংতা লু-নাউ তাব হায়রুনা ঈংভৌ ইমুনা তাম্নৈ। হি তোংবা মীদি নিংথৌবা তোংহনবিংবা মনাই অনিবু তোংহনলি। লু নাউ তাব লুমিং অসিদি নিংথৌ য়াওদে। ঈংভৌ হায়বনা তুরেল মপাল তাব থুননি, ঈমুনা পাং মপাল তাব থুনবু কৌই অতুগা নিনি চনবা লুমিংতা খাবম লাইকম, তুমনি চনবা লুমিংতা নহারুপ অহজুপ.পানা মরিগী হিয়াঙনি। পানাগী হিয়াঙ তাননবা লুমিং নিনি অসিদি হি মরি হোল্লি।[39] হিন্দু ধর্মনা শাক্ত কনখৎলক্লবদা নিংথৌ অমস্তুং বিষ্ণুগী হিরেননা তুংদা ইম্নরগা তাং-হি অনিনা মাওদা থাঙ্নুনা শৌনরম্মী। তাম্ন-হি অনিমকতা পানাগী হিয়াঙ তোংবা অনীনা তোংই। করি গুম্বা মতমদা পানা অনী অনী নোংমদা তাম্নরগা অথোয়বা অনীহু অমুক হম্না তাম্নৈ। অহানবা ওইনা, খাবম অমস্তুং লাইকম, নহারুপ অমস্তুং অহজুপ তাম্নবা মতমদা অমুক-অমুকতমক তাম্নৈ। মথঙ অথোইবশিংগী তাম্নবদদি অনিয়ক তাম্নহল্লি।

হিয়াঙ তাম্ননগী হকরুবা তাননগদবা লুমিং মশিং অকরুনা থমদ-বগুম উই। অতুমকপু চার্ট্রাকা লুমিং হুমনিদগীনা মঙানি কাওবা তাম্নরম্মী " The boat races occupy five days in September "[40] মেবকুলোকনা লুমিং হুমনি পাংথোকই হায়না গী।[41]

---

৩৯। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, " সাহিত্য', ২১ শুবা মশাং লাঃ ৭-৮

40. R. Brown, Statistical Account of Manipur, Calcutta, 1873. P. 82

৪১। মেবকুলোক, " এন একাউন্ট অফ দ্য ভেলে অফ মণিপুর, দিল্লী, ১৯৮০, লাঃ ২৩

অতুমক মুমিং অমত্তমক চঙহনবগী অমস্তুং পাংথোকপগী বাকমদি কুম্বাবগী লমায় অয়াম্বদা থেংনৈ।

হিদাম্নবগী মতমদা হি অমদা তোংলিবা মীওইশিংগী মরক্তা তেংমাই লেপ্পনা খুাইদগী মরু ওইবনি। মহাক্না মাগী কাংবুগী লুচিংবনি। মহাক য়াওদনা হিদাম্নবা য়াদে। মাগী মথংদা তেংমাই লেপ্পা মুপা অহুবু শেম্নবা চংশাবা কৌবা মুপা অমা লৈগনি। চংশাবা অহুগী মতুংদা নৌক্লংবা হায়দনা নিপা অনী অমস্ত লৈগনি। মথোয়নিগী মথৌদি হি হোনবদা ঈশিংনা হিক্রাককী মথাদা ক্শিল্লকপা ঈপোম-চু থাইদোক্লনা হিগী পোঙক্রলন্দা অপনবা শীদনশা হোংনগনি। অসিগী মথোয়না তিমায় চুম্না চংহনবদস্তু মতেং পাঙনবা হোংনগনি।

হিনাউরোমথংবদা হিনাউ শাবা অমা লৈগনি। হি তাম্নবদা হিনাউ শাবগী মথৌ অসি য়াম্নক মরুওই। নৌ ওংহনা হি হোনবা য়াওদ্রবস্তু মহাককী নৌ খুংপায় মতুংইন্না হি য়াউহনবা নতুগা তপ-বনবা ঙমই। অতোপ্পা তান-হি অতগী খোঙজেন্দস্তু থুয়ো চেলহনবা ঙম্মী। হিনাউশাবগী হেক মমাঙদা নাওমাঙশবা হায়বা নিপা অমা হিনাউশাবগী মতেং পাংনবা লৈ। অস্ত্রম্না হি অমদা তোংলিবা তেং-মায়লেপ্পা চংশাবা, নৌক্লংবা অনী হিনাউশাহা অমস্তুং নাওমাঙশনবা মথোয় তরুক অসিদি শমজিন চিনগনি অমস্তুং নিঙগম শেংকনি।

হিযাঙ তাম্নবদা য়াংগবা অতৈ হি তোংলিবশিং অহুদি হিরোম্ন চায়না থঙনৈ, মথোয়গী মথৌদি মরুওইনা হি হানবনি। হি হোনবা তৌরবদা তেংমাই লেপ্পনা মাগী য়েংনঙশা মথোঙনা তানথা নাইনা নমহুনা 'হৈ' লাউহনা হিহোনবগী পুক্লিং থৌগংলি। হিরোম্নশিংনা কম্না হোনবা তঙাইফদবনি লৌনৈ; থোইবা ঙম্নবা হোংনবদা হিরোয়শিং করিগুম্বদা থংনবা চৈনবা য়াওই। মরম অহুনা হি লমজেল অসি নিংথি-জনা পথাপ য়াওদবা মশাম্না অমগুম উহল্লি। হি তাম্নবদা হি তোংলিবা

লুচিংবা মুপী অমবু অতোপ্পা অমনা ফাহুনা মাগী হিদগী চীংথনবগী চংনবী অমসুং লৈরম্মী হায়না অহল-লমম্না হায়নৈ। অঙম্না অতোপ্পহু মাগী থবকশুবা মী ওইহল্লবা তৌবা ফাওবা য়াওই। কনা কনাগুম্বা অহলনা হায়নবা লৈ মহুদি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা পানবা মতমদা লোম্না মহারাজনা পাওনা মেঞ্জরনা ডি তোংহুনা কাংলুপ অমগী লুচিংবা ওইবা তাবা মতাংদা লোম্না চংতুনা মাঙজৌননা চীংথনবগী মওং অসি তৌদনবা ঋানোমই। কনায়ফাওনা য়াফম অসি চুমলিবনো থিদোকয়ম থোকই। অহুমকপু থংন-চৈনবা থোৱকপসি মাঙজৌননা পুক্তিল থৌরাং তৌহুনা থোকপদি নত্তে; খুদককী ওইবনি। আর ব্রাউন্না অহৈমনা ফোঙদোলক্লম্মী –

> "Th fight occasionally happen is correct but thev arise f om accidental cau:es, and are really not a premeditated part of the performance" [42]

তংশংনমক মৈতৈগী হি য়াঙবা তান্নবগী থৌরম অসি অতৈ অতোপ্পা লমগীগা খেন্নৈ। অতোপ্পা হিবু কাঙলুপ অমগী হিরোইশিংনা ঈশিংদা লুপশিন্নবা অমদি লৈরাইদা ইনশিন্দুনা নৌ ঈশিংদা হোৎপা য়াদননা হোৎনবমক হিদান্নরিবঙৈ মিংকুপতা ফঙই। মতম অমদা হায়রিবা মওং অসি তৌরম্মী হায়বগী ঋাফম অচুম্বনি হায়বসি মথাগী ঋাফম অসিনা শোগৎলি -

"The race itself differs from most boat races, in the fact that here the great object is for the one boat to foul the other and bore it into the

---

42. R. Brown, Ibid, p. 82

bank, so that one side of the boat is disabled, the men not being able to use their paddles, the boats are thus always close together until at the finish, when the race is usually won by a foot or two only."[43]

হাকম অসিগা মৈতৈনা হিগী লান শোক্লবদা মায়পাক্লবা হোৎনশিবা হাকমগা চপনৈ মৈতৈগী হি লমজেল তান্নবগী থৌরম অসি কাঙলুপ অসিগী অঙনবা মতমগী লৈবাক ঙাকপোন মরী লৈনবা অমদি তুম্পাক অসিগী লৈমায়গী ফিভম থেন্নবনা থোকহনবা ইনভাইরোনমেন্তেল সিচুয়েসনগী মথা পোনবনী। হিয়াঙ হিগী লান্দা মায়পাক্লা থুংলোয়না শোক্লবা ঙম্নবা শাজেল তৌকম ওইবা মশাম্ননি। হিদাম্নবগী মওংদা লানগী মওংমক তম্নবা হোৎনবা অমদি মতমহুগী থুম্নাইদা হিগী লানগী মমি তাবনা হিবু ঈশিংদা লুপহন্নবা হোৎনবা অমসুং করম্না হি কাহুনা থমগদবা হায়বা তমফম ওইবা মশাম্ননি; থুৎফঙননা থাঙগী লান শোক্লবা মতমহুগীদি মরু ওইবনি, অহুনা শাজেল তৌবা তাবনি। মসিমক্লা অতেপ্পা মীওই কাংলুপকী হি য়াঙবা তান্নবগী মওংগা থেন্নরকপগী মরম অমসুনি। মীয়াম চৌৎথদনা য়েংবা মশায়নি; কুম্মৈ ওইনশ্নু লৌনৈ।

পানা হিয়াঙ তান্নবদা হি তোঙবা ফংবা তেংমায় লেপকদবা মুপা মীয়াম্না কুম্মৈ ওইনা য়েংনরম্মী। নিংথৌ পাখিঙৈ মতমদদি তেংমাই লেপ্পা ফঙবা মীবু ঈকায়খুম্নম্মী।, মেঙ্গরশিংনা হিয়াঙ তোংথিনা লৈবাককী নীংথিবা ইকায়খুম্নফম থোকপা মঙংনি। ১৮৬৩ লাংবন ২৭ নি ৩১২১ ইংজিংগী অঃঙ, মহারাজ থোক্লুনা লোংজমচা মেঙ্গোরগা কাংঙবমচা

43. R. Brown, Ibid, p. 82

মেঙ্গোরগা ২মকপু ভেংমাই লেপহন্ননা হিয়াঙ তাম্লে। হায়হুনা কুম্বাব-নচিংবদা চনশিল্লী। "লৈবাক ঙাকলোন অমম্বুং শা'লানগী থবক্তা মথৌনা লৈবা মীওইশিংবু খু.গী ১৫৪ দগী ১৯ গুবা চহিচা কাওবা মনাকি পীহনা থৌনা য়োকথৎনরম্মী অমম্বুং লৈম-নিংথৌ অমদি খুনাইনা ইকায় খম্নরম্মী। "[৪৪]

পানা হিয়াঙ তাম্নরমদাইদা নিংথৌনা হি হাম্না নেৎপা চৎনৈ। "মেরা ২১ নি ইমশকৈশদা শ্রীযুৎ মহারাজ লেংথোক্তনা থাইনা মমাং-ঙৈগী মতৌগুম্না শ্রীযুৎ মহারাদ হিৎ নেৎলে পানা ৪ মী হিয়াং তাম্নহল্লে। শ্রীচুংখা তোলেন হিনাউ হনবনা সনা খুৎশু থোগন তৌই! সানা খুজি লমথাং খুৎলং থামেন চৎপা কৈজোম পিত্র।"[৪৫]

চাউরাক্লা হিয়াঙগী হিসি ফুট ৩০ (মিঃ ৯-১৪৪) দগী ৭০ (মিঃ ১২·১ ২) ফাওবা শাংই; লুবনা ফুট 1½ (মিঃ ০.৪৩৯৮ ফাওবা লুই, পাকপনা মী অনিগী লেংজুমগী অফনবা চনবা ফাওবা পাকই। ফুট ৯০ (মিঃ ২৭,৪৩২) ফাওবা শাংবা হি য়াওদবা নত্তে।[৪৭] মৈতৈ নিং-থৌশিংগী খোঙনেং হি মমিং থোন্নৈ। মৈদিঙু থবানথাবগী কবুই-ঙম্বা, গম্ভিরনিবার মহারাজগী "ইশম চায়বা" পনবা য়াই।

অকক্নবা হিরোই মশীং চপচানা লেপ্লম্মী হায়বা খঙবা ঙমদে। হিরোইশিং ৬০। ৭০ ফাওবা গুবা য়াওই। পণ্ডিত ঙারিয়ানবম কু-লচন্দ্রগী মত্তা হিরোই মশীংসি অয়াম্বা মতমদা ৬০ নি হায়না হায়।

---

৪৪। চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ৩৭৬

৪৫। মুতুবা বহাদুর, 'মণিপুরী আর্টকী বারী শীংবুন, ইম্ফাল, ১৯৭০, লাঃ ৬৫

৪৬। চৈঃ কুম্বাবা লাঃ ৫৯১ ৫৯১

৪৭। মেকলোক; এন একাউন্ট ওফ দভেল্লে ওফ মণিপুর, দিল্লী, লাঃ ২৩

হিল্লোই ৩০ । ৩০ না লেং শারগা পোৎপা ওইনা হি হোল্লি।[৪৪] অচুমকপু হি হিগী মতু'ইম্না হিরে'ই মশীং লেপ্পী হায়ন' লৌকম থোকই।

হিদাককানব' পোৎশঙবা পাম্না থৃমৈ অনীগী কিজেৎতি নিংথম শমজীন শীজিন্নবা য়াদে; অচম্বা কৌভৌ শেৎলি [৪৫] থ্বাং নত্রগা কোক্সা মচু খঙনবা থৃদে মচা মচা কাংলুপ খঙনবা শীজিন্নহল্লি। নিংথৌনা তেংমায় লেপ্লবদি লোল্লৈ চিল্লৈ।[৫০] নিংথৌ কোকয়েং মওং অমা হিনাল্লবদা য়েৎপবু লে'ল্লৈ চিনবা শায়রনি। 'লোল্লৈ' কোকয়েং মথক অমনি মশক মওং 'মৈতৈ কীজেং লৈতেংদা উৎতুনা পীব্রি।[৫১] মসি কোজিন তুথোকপগী মতমদগী শীজিন্নরকই থাজনৈ। থজিং মকোকী মওংনি। অচুগা হিয়াঙদা তেংমাই লেপ্পগী শঞজিন্দি শমজিন মরী অচু কোক অকোইবদা পুরক্তুনা উকংগী কান্নন অচুম্বা নাকপা মরী অচু য়েংনা নমসপা কান্নন য়েংলোমদা লাককনি। অচম্বা মীনা লাই হরাওবা মুক্লা কাওজেদা য়েৎপা তাল্লবদি কারন নাম্মতা মায়দা তাগনি[৫২]

মৈতৈ নিংথৌশিংনা হি পান্নবা লোয়শঙ লিথৎলম্মী। লোয়শঙ পান্নবা অঙম অথৌ কয়া হাপই। হিগী লোয়শঙ পান্নবা অঙম

---

৪৮। মশাগী বারী শান্নবদগী কংবা

৪৯। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, 'সাহিত্য,' ২১ শুবা মশীং ১৯৭৪, লাঃ ৮

৫০। এনঃ খেলচন্দ্র সিংহ, "মণিপুরী টু মণিপুরী এন্দ ইংলিস ডিক্স নরী", ইম্ফাল, লাঃ ৬২৬

৫১। শ্রীকুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্মা, "মৈতৈ কিজেং লৈতেং" ১৯৭৪, লাঃ ২০

৫২। মথককী সিমককী লাঃ ৪৫

অথোক্সী ফমশিংগী মরক্তা হিরু হন্নবা, হিদং, হিনাউ হন্নবনচিংবা অথোইবনি। হিরু হনবা, হিনাউ হনবা ফমগী মমিংশিংনি। নিংথৌগী মরুওইবা হিয়াঙ হিরেন পান্নবা হিয়াঙলোয় হন্নবনা হিগী লোয়শঙগী মকোকনি। নিংথৌ পোংবা তরাগী মমুং চল্লী। থুনফাংথৌ মাপলগী মমুংস্থু চল্লী।

হি থম্নবগী শঙ শাহুনা থম্মী, শঙ অদু হিজগ নক্রগা হিজগাং কৌই। হিজিগাং হায়নসু থঙনৈ। হিয়াঙ তান্নবা মীশা পোংথাহুনা লৈনবা শঙবু হিগাশঙ হায়না কৌই।। নিংথৌ ইরেংবা খাগেম্ব, চন্নাইরেংবা, গরিবনিবাজ, ভাগ্যচন্দ্র, চন্দ্রকির্তি, চুরাচান্দ হিগী লোয়শঙ লিংথিনা থম্মবা নিংথৌশিংনি কৌকম খোকই। নিংথৌশিংসিগী মতমদা লমদমসিদা হিদান্নবা মতিকচানা চাউখংলি।

ব্রাংউরোল ঃ

হিয়াঙ তান্নবগী মুংগী রাথল্লোন ব্রাংউরোল ইয়াওমক য়াওদবা নাত্তে; হিদা তোংলিবা চংশাবা, লৌরুংবা অনি, নাওমাঙশাবা, হিনাউ শাবা নিংথম, শমজিন চিনবা মঙা অহুনা পুংগা য়াইবা অমগী মশক খোকলে অমসুং তাইবঙ মশক লেপলে হায়বসি হিরুবাক্তা তোংলিবা তেংমাই লেপ্পগী মশক্তা তাকই। মৈতৈগী বাহৈদা থরাই মঙামক মিগা থানা তরুকমক হায়বগা চাননা চংলি। তেংমাই লেপ্পা কৌবগী মরমদি তেংবানবা মপুগী রাথল থৌরমবু মায়রোক য়ান্নুনা মথোদাং পাংথোকপা ঙম্বা মশক অদু লেপলে হায়বগীনি।

হি অমসুং হিদা তোংলিবশিং অহুনা লৈশেমলোনগী তাইবঙ-মশক্ক লেপলকপগী লাইরোন অদুবু উৎপনি। লাই হরাউবগী হৌরকপদা লাইথেমগৎপা নক্রগা লাইলৌথৎপা হায়বা মতাংদা হিরৌ ফানবা হায়দুনা লং অহিংবা তিংদুনা ঈশিংদগী লৌথংলকপা হিজিং হিরাউথোন

লাউহনা পুখংলকলগ", লাই মশক সেপলবনি হায়রহুনা লাইশংদা লেংশিন্দুনা থম্বা অহুগী থৌরমনস্তু মথককী রাকম অসিবু শৌগংলি।

খেম্বা লৈরবস্তু হিয়াংঙ তান্নবগী মতোপ্পা মশক অমদি হৈক্রু-হিদোংবনি; অনিমক্তা হি য়াংবা তানবগী মওং উংলি। মীয়াম্না পান্নবা মপানথোংদা উৎরিবস্তু মসিনী। হিয়াংগ হৈক্রু হিদোংবগা মরুওইনা খেন্নরিবদি অসিনী হৈক্রু হিদোংবনা হৈক্রুপারেং, চেংপারেং ভানথক কংপা হিদন তাফর্মদা হৈক্রু হিদোংবা গুমিংমক্তদা লময়েংবা য়াওনবা য়াদে; য়াওপ্রবদি হৈক্রু হিদোংবা কৌবা য়াদে অমস্তুং হিয়াংদদি মী মকোক থেংপা, শক্তি মকোক থেংপা তঙাইফদে, হৈক্রু হিদোংবদি রাকম অসি য়াওদে[৫৩]

হিয়াংঙ তান্নবগী থৌরম য়াওরিবা হৈক্রু হিদোংবা ইরেংবা নিংথৌ (৯৯৪ ১০৭৪) না পানবা মতমদা[৫৪] মসি হৌখিবগী বারী অমা লৈ। হুনি অমস্তুং নারোং কৌবা লাই ফাওবা অনিনা লৈবাক মাওহন্নবা হোংনরকপদা নতগী মায়চৌ লাঙ্গোল লুখোইনা মখোয়গী মপাঙ্গল সৈহনখিদে। মখোয়না লৈবাক নিংথৌগী য়াইফমবা নিংথৌদা হায়রম্মী-" কুমজা কুমজা ওইরকপদা নপুথৌ কসনা পাখংববু সাইবা লিকাংথক্তা মেরা মেনতাংহল্লো, অতাই হৈরোমকাও চীংথঙ শলাই মানবু মরোং চৈগা। তমনা কংলৈ শা ইহুনা য়োইওবস্তা নিংথৌনা মাইচৌ লুখোয়গা তান্নহুনা লাইগী পোৎলম চৈরম পুন্নমক লাংহুনা থৌরম কয়া পাঙথোক্লুনা হৈক্রু হিদোংখি।[৫৫]

৫৩। হিরণ্য সনা, হৈক্রু হিদোংবা, লা: ১৪

৫৪। মথককী লাইরিকসিমক্তদগী, লা: ৫-৬, এম: সুন্দর অমস্তুং কে' আইচ: কুমার (সম্পা:) সকোক লমলেন, লা: ২৬

৫৫। হিরণ্য সনা, হৈক্রু হিদোংবা, লা: ৪-৬

মপানথোংগী মিংয়েংদা হৈক্রু হিদোংবা নোংমতংগীনি। ১৭৭৯ হিয়াংগৈগী ১২ নি পানবা লৈবাকপোকপা সুমিৎতা বিজয়নাথ গোবিন্দবু সনাকোন্নুংদগী লেঙথরকলগা মন্দিরদা লেঙশিনফ্রিঙৈদা হিথক্তা লেঙখৎতুনা হৌজিক বিজয় গোবিন্দ থাঙপাং (থাঙপাং) হায়না খঙনরিবা থাঙপাং অসিদা পুয়া ফাক্তোক্তুনা লায়রোনগী হৌনবী কায়দনা হৈক্রু হিদোংবগী থৌরম পাঙথোকখি। হিয়াংগৈ থাদদা পাঙথোক্করম্মী।

১৭৮০ দা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ অমসুং মতোন ইবুংঙো নোংপোক লৈরিখোম্বা (অনন্ত শাহী) অনিনা ঙাঙনহনা লাংবন থাগী ১১ নি পানবা সুমিৎতা পাঙথোকখি।[৫৬] অসুম্না হিয়াংগৈ ১২ নি পানবদা পাঙথোকলম্বা চহি অমগী মমুংদা নোংমতমক পাঙথোকপা হৈক্রু হিদোংবগী থৌরম অসি লাংবন ১১ নি পানবদা পাঙথোকপা হৌখি; হৌজিক ফাওবদা তৌরি।

মুংগী ওইবা মৈংয়েংদা, থৌরম অসিদা, হৈক্রু হিদোংবা সুমিংকী নোংমা রাংলিঙৈ নোংঙাল্লমদাই তু উরকপা মতমদা, ঙানথক তেংনৌশাবগী মমুংদা সনা কোনয়াই হাপতুনা বিজয়গোবিন্দদা কৎলি। নিংথৌদা মায়োক থাক্কম কৎতুনা হৈক্রু হিদোংবগী পাঙ তাক্করম্মী। ফা মঙা, মনা মঙা লাথোম্মচিংবা হাপতুনা মাইয়োক থাকম শেম্মী। হিদাম্মবা সুমিত্তদি হিদাম্রিঙৈদা থাবক লাকপা হিগী মথক্তা বিজয়গোবিন্দ লেঙখৎলগা হিদেন তাক্কম খুদোংদা লময়েংবা লেঙই। বিজয় গোবিন্দগা মরী লৈনবা থৌরমদতমক হৈক্রু হিদোংবগী থৌরম পাঙথোকই।

হৈক্রু হিদোংবদা নিংথৌ বিষ্ণু য়াওই; নিংথৌ লেঙলক শমত্রবদি নিংথৌগী পোংলোই শমপোং থাদুনা থমই। তামহিশিং অহু অমদনা

৫৬। মথককী লাইরিকসিমকদগী, লাঃ ৯

হৈক্রু পরেং শি, অতোপ্পদনা চেঙ পরেং শি। হৈক্রুশিবা হিনা থোংইরগা হৈক্রুনা থোইবা, চেঙ শিবনা থোইরগনা চেঙনা থোইরনি হায়না লোনৈ। অথোই মহেন য়েংহনা লৈবাককী ওইবা কুম অহুদা থোকদবা অক-ফম য়েংনৈ।

হৈক্রু হিদোংবা, মপানথোংদা চম্মা কুম্মৈ ওইনা উনবরম্ম ইচম চম্বা মিংকী কুম্মৈতমক ওইদে। বিজয় গোবিন্দদা সনা লুপা কৎপনা হী য়াই পুম্নমককী থোক্লকম ওইবা মালেম লৈমা অসিবু তাইবঙপানবা মপুগী থৌজাম্মা শেম্বীরকপনি অমম্বুং মালেমবু শেম্বীরকলিবা মপু মাগী মতিক ময়াইবু তাইবঙচা ঐথোয়না খঙজরে হায়বা উৎপনি।[৫৭] বিজয় গোবিন্দ হিদা লেংখংতুনা লময়েংবনা তাইবং মপুনা শল য়োংমানবী শক্তম লৌহুনা কুক্নমচীংদগী হিদেন্দা তাউথরকলগা মচা অহুম-অতিয়া শিদবা, অশিবা অমম্লুং পাথঙবদা করম্বা মচানা মপাগী মশক খঙবা ঙম্বগে হায়না চাংয়েং তৌখিবদা পাখংবনা মপানি হায়না খঙহুনা লৌশিল্লগা মথৌ মঙম পাঙথোকখিবগী লাইরোন-রারী অহুবু উৎপনি। হি অমম্লুং হিদা তোংলিবশিং অহুনা তাইবঙ মশক লেপলকপগী মওং উৎপনি। হৈক্রু পরেংনা মপু মাগী থৌজাম্মা তাইবঙ মীশিংদা পীবিরিবা হৈ-ঈগী মশক ওইবা মতিক ময়ায় অহু মথং মথং চারোন শুরোন্দা পরেং শানা খঙথহুনা তাইবঙ হকচাংম্লুংদা লৈচা হৈ-ঈ অহুগী শক্লম উৎলি। হৈ ঈনা ইপাদগী য়ুথরক্তুনা ইমাদা থুংলরগা তাইবঙপান্দা ফাওরকই। পুনসিনা হিংলিঙৈদা চঙগদবা তাইবঙ মপুনা পীবা চীঞ্জাক অহু চেং পরেং অহুনা উৎলি।[৫৮] মরম পুম্নমক অসিনা

৫৭। মথককী লাইরিকসিমক্লদগী, লাঃ ১৬

৫৮। মথককী লাইরিকসিমক্লদগী, লাঃ ১৭-১৮

থোৌরম অসিদা পাঙথোকলিবা হি য়াঙবা তান্নবগী মওং অসি চুম্নগী কুম্মৈ নত্তে; মৈতৈগী অরিবা লৈশেমগোন, তাইবঙ মশক শেমলকপা অমস্তুং হকচাং শাগৎশগী লাইরোন ময়াম অত্তবু থৌরম ওইনা পুথোক্তনা কুম্মৈ-ফিরোংগী মওংদা অখঙ-অহৈশিংনা লৌই। হিয়াঙ অমস্তুং হৈক্ত্র হিদোংবা অনিমক মৈতৈগী খুনাইগী মশক তাকপদা শরুক য়াবা মচল অমনি। মপানথোংগী মীৎয়েংদা অনিমক অমত্তা ওইনা উই; অনিমকতা উরিবা মপানথোংগী ওইবা মওংদি মক্ত ওইনা চি লমজেল তান্নবগী থৌরমনি।

# মন্নিশুবা তাঙ্কক

## 'শরিং শরাক,' 'য়ুবী লাকপী,' 'থাঙ' অমসুং 'তা'

মৈতৈগী শরিং শরাক, থাঙ অমসুং তা মৈতৈগী অকল অথৌ-শিংগী মতিকময়ায় লেপ্পবা মহৈগী মসুং চল্লি। শরিং শরাক নত্রগা শরিং-শরা হায়নন্থ শরিং শরাকপু খঙনৈ। থাঙ অমসুং তাগী মহৈগা শাগোম্নন্থনা নৈ। অহুমমক অমগা অমগা তংনা থানবা য়াদবা মরী লৈনৈ হায়রসি অথঙ-অহৈশিংগী মতনি শরিং শরাককী মহৈনা থাঙ অমসুং তাদগীতা নত্তনা অতোপ্পা খুংলাই কয়াদগী হকথেংনরকপা মতম-দা হকচাংবু কনবা ঙমই।

### (ক) শরিং শরাক

লাঙ্গ-ফানহুনা শান্নবসু শরিং শরাককী মরু হল্লকবগী মচাক অমনি। হকচাংবু .শাক্তনবা অতোপ্পবু শোকহনবা হোৎনরকপা মী-ওইবনা চাউখৎত্রিবৈঙদগী চৌরকলবনি। হকচাংবু অতোপ্পনা খুত্থম চনগদবদগী নানথোকপবু শা ফিৎপা হায়না খঙনৈ। শরিং রাহৈ অসিমক 'শা' হায়র্বসি নানথোক্কবা খঙহনবা রাহৈশিংনা শেম্বনি। শরাক হায়বসি শা (হকচাং)বু 'লাক' (লাকপা) খুত্থম চনবা হায়বনি। শরৈ শরা হায়নবসু য়াওই। শরিং শরাক হকচাংবু কন্নবা অতোপ্পবু খুত্থম চন্নবা খুৎলাই য়াওদবা মহৈনি। মহৈ অসি মশাম্মা অমা ওইন-লৌনরকই।

" মীওইবনা চাওখংত্রিবৈ চৌংথুং মাঙুং লৈকুং লৈকায়নচিংবদা মী খরনা শেমবা কাঙলুপ মচা মচা নাইনা লৈহুনা কাঙলুপ অমগা অমগা ঊতুপ বাতুপ অমদি হকচাংগা হকচাংগা শাগোম্নহুনা লান

শে'ক্লখিবা মতমচুদগী হৌনা শরিং শরাগী মহৈনা লানগী ওইনা শীজিন্ন-দুনা ল'ক্লবনি[1] মহৈ অসি মৈতৈ নিংথৌশিংনা লানকন্দা অমসুং হরাও কুম্মৈ তৌবদা শীজিন্নরম্বী হায়বা অরিবা মৈতৈ ময়োক্কী ইবা লাইরিক কয়ানা তাকই। মালেমদা করম্বা মতমদা মহৈ অসি শী-জিন্নবা হৌখিবগে হায়বা ওমদ্রগসু মৈতৈশিংগী থাজনবীদা লাই হাক্ক-ক্লগী হৌনা লৈরক্লবা মহৈনি হায়না কৌনৈ। লাইশিংনা তৌরম্বা বাম্বী লীথুন তাবদগী নোংদা লাইরেল পাথওবনা পানবা মতমদা মহৈ অসি নৌনা অমুক হৌদোকখি হায়বসি অয়াম্বা থাং-তা, মুক্নাচিংবগী ওবাশিংনা য়ানৈ।

তাইবঙ মপুনা মৈ, ঈশি, মুংশিং অহুমবু পুথোক্লবা মতুং লৈ-রোল, মুংলোম ১৪ মকপু শেম্নবা তাই৭ঙ থরায় পানবা লাক্ক ৯০ বু শেম্বা লোইরবা মতুংদা তাইবঙ মীনা থওহৌনবা হায়দুনা লাই হাক্ক-ক্লগী শীজিন্নরক্লবা থাঙ, তা, মুক্না লাক্ক-ফানবা, শরৈ শরা হায়বন-চিংবা মহৈ অসি লাইরোন ওইনা লাইরিক লাইও কয়াদা ইদুনা থনম্মী[2] মসিগী মহৈনা মহৈশিং অসিগী মরমদা পুনসিচুম্মা পুকনিং লুপ্লবা মীওইশিংনা মহৈশিং অসিবু মীচম অমনা পুথোকখিবা নত্তে লাইনা পুথোক্লম্বনী হায়না শমনা হায়রকপগী মরমনি।

মৈদিংঙু ক্যাম্বা (১৪৬৭-১৫০৮) গী কবোগা লান শোক্লবদা লান ওমগে হায়দুনা গুরুং অমদা লাই নীংখি। ইমা লৈমরেন থোক্লক্লনা

---

১। লৈতানথেম হেরামোৎ, ময়াংলম্বম থাবাল, সরাংথেম বীরচন্দ্র 'শরিং শরা।' অহানবা চেকোওঙ, ১৯৮৬, কংলৈ নাৎ সিন্দম শংলেন, ইম্ফাল, লাঃ

২। ময়াংলম্বম থাবল মৈতৈ, অঙোম লৈকায়, ইম্ফালগী বাকম

নিংথৌদা শা-লাব্দা থেংনগদবা খুৎলোন খোংকম কিত্থপ শাথুপ, মীৎ-য়েং নায়েং পুখোক্লগা লৈমরেন শিনবী থুপখি। নিংথৌনা মচা মনাই খুদিংমকতা লৈময়েন্না নিংখৌ মাঙদা উৎলগশিংতু তশীখি। মতম অহুদা মীহাৎ-মীকন মিংথোল খোনখি ;

মৈদিংঙু খাগেম্বা ( ১৫৯৭-১৬৭২ ) গী হাক্তা অপোইমচা খোংনাথাবা মাইচৌনা খাগেম্বা নিংথৌদা অমুক তশীখি। মতম অহু-দদগী হৌনা মীহাৎ মীকন হ'য়বা মমিং অসি লৈরম্লমলবনি।[৩] মীহাৎ-মীকন শরিৎ শরাককী মঙ্গৎচনবা মহৈনি। থাঙ তাগী মহৈদসু চঙদবা য়াদে।

শরিৎ-শরাক মহৈ অসিগা থাং-তাগা লৈনবা মরী জাসি অখঙ-হৈ অমগী বাকমদা অসুমনা কোংদাকই -

The techniques that is, the movements and postured abopted in Thang and Ta are closely related with the techniques of Sharit Sharat and Mukna (The traditional forms of unarmed combat). That is why the teachers of Thang and Ta are usually are the masters of Sharit-Sharat, though their modes of combat and the field of specialisation differ." [৪]

মতম অমদি শরিৎ শরাক হৈনবা হোৎনবা হায়বসি তৌরবা য়াৎরবা মী অমগী তৌকম খোকপা মথৌনি। খাগেম্বা নিংথৌনা

৩। মথককী ৬ঞ অসিগী মত

৪। কে, মনিকচান্দ সিংহ, 'দ সোসিয়েল ইনষ্টিটু সনস অফ দ মৈতৈজ', পি, আইচ, ডি থেসিস, গৌহাটি ইউনিভর্সিটি, ১৯৮৮ ( কোঙক্রিবা ), লা: ২৫০

পানবা মতমদা মহৈ অসি য়াম্না চাউখংলম্মী হাংয়বগী পুদম কয়া ফংই। মন্থাককী মতুংদা লাকপা নিংথৌশিংস্তু মহৈ অসিদা নকনা থাংজা মুক্না, কাঙজৈনচিংবা মহৈ কয়ামুকস্ত মপুঙ ফানা তমনখি। থাঙ অমস্তুং তাংগী মরম নৈনবকপদা নিংথৌসিগী মমিং মঙফ চাউনা কনহুনা লৈ। হৌজিককী মতমদা লাইব্রিক লাইশু তমজুম শেল অমস্তুং মতম চঙনা মমাংহৈদা শরিং শরাক থাঙ অমস্তুং তানচিংবা তমহুনা মশা ফনবা হোংনরম্মী। শরিং শরাক হৈবা নিপা মচা তারগা পাম্নবস্তু কম্রিম্ম কিনরমদে।[৫]

মহৈ অসি তম্বা অমস্তুং শীজিন্নবা থিংখিবসি থাং তানচিংবা খুংলাই পাযহুনা শীজিন্নবা মহৈশিংবু থিংনগা লোয়নখি। মৈতৈ-শিংনা বৃটিশ সরকারগী মথা পোল্লা লৈখিবগা লোয়ননা মহৈ অসিগী মরাইবক্তস্তু অফা-অপুন নংউ হায়না তমখিরবা শিকুম নাকুম তৌনগী চৈফু অমা তমখি। বৃটিশ সরকারনা ১৮৯১ দগী হৌনা ১৯৩৪, চুড়াচান্দ মহারাজনা কেঃ সিঃ এসঃ আইঃ মিংথোল ফংবা মতম ফাওবা মহৈ অসি তম্বা অমস্তুং শীজিন্নবা থিংখি। মসিমক খুংগু-খুংলাই মতিক চানা পায়রবা বৃটিশ সরকারনা মহৈ অসিবু তাথীনঃ হন্থোইখিবা অমস্তুং কি তুককচবদগীনী হায়নদা হায়মন্নবা থোকলোই।

মালেম পুম্বগী ওইবা লানজাও মতুংদগী হৌজিককী মতমগী লাইব্রিক তমফমশঙশিংদা মহৈ তম্বগী মওং অসি পাম্নখংজকপগা লোয়ননা অমস্তুং নিংথৌ পাল্লিহৈ মতমদা মহৈ অসিগী ফাম্নবা কয়ামুক লৈরম্বহু হনথরকপগা লোয়ননা থাঙ-তানচিংবা মহৈশিং তম্নবা

৫। এনঃ কেঃ সিঃ সিংহ 'শরিং শরা" চিত্রাঙ্গদা সাহিত্য মন্দির, ইম্ফাল, ১৯৫২, লাঃ ১

পাম্নকখিদনা ইংরোয় ইরোয়ননা শক্লিং শরাক থাঙ-তানচিংবসু তম্না তেক্লকখি। অহুমকপু ঙসিদি মনাংপু মুংশিজবা থকসি থাসি ঙাকপা পাম্বা অমত্তুং মহৈ অসিগী মতিক মঙন থঙবা মৈতৈমচাশিংনা তমকম-শঙলেন কয়া লিংখংতুনা তম্নরক্লি।

মোংম-মোংমগী মীওইবনা চাউখংকক্লপগা লোয়ননা অহেম্বা মৈনতুনা চাউখংলকপনা মহৈসিগী তোঙান তোঙানবা কয়াং কয়া থেক্লা থায়মোকরকই, শকতম কয়ানা মশামসিগী মশক-মওং চাউখং-হল্লকই। শক্লিং শক্লাককী মহৈ অসি চুমগী য়েক্লবদগী কম্নবতা নত্তে হকচাং কাংনবা অমদি কনা মৈননবা মশাম্না অমা ওইনসু শক্লিং শারা লাক্ক-ফানবা হায়তুনা অঙাংশিং অমদি নহারোলশিংনসু শানৈ। হকাং কম্নবা অমসুং অতোপ্পবুসু মায়থিনা পীতুনা খুদম চন্নবদা শক্তিম্নবা ফিতুপ কিভম কয়াগী মসুংদা মথাগীসি পনবা য়াই।৬

১) মী অতোপ্পনা খুতুমনা শুরকপদা মীতু তুহম্নবা ফিভম, ২) থেংঙ য়েং নক্লগা ওযনা কাওরকপদা শোক্লনবা ফিবম, ৩) মচীন তম্বা থাঙনা থিরকপদা শোক্লনবা অমসুং মীতুবু তুহম্নবা হোংনবা ফিবম, ৪) সুমাংগী শন পায়থিনদগী, ৫) তুংদা মীনা কোনথিবা মতমদা তৌ-গদবা, ৬ খুং পায়থিবদা, ৭ ) খুং কৌশিন্দুনা থুদেককে হোংনরকপা, ৮) তুংলোমদগী শেগ্রাকতা খুং কোনশিন্দুনা ঙকশমদা খুরক চল্লগা থাক্লংতুনা হাংকে তৌরকপা, ৯) মী অহনবা, খাঙদা মখোয়গী মরক্তুগী অমনা খুং য়েং ওয় অনিমক্তা লেমহৌরিবা মী অনিনা খুং ফাগ্রবদা নানথে ক্লবা হোংনহনা অতোপ্পা মীওইশিংতুবু শোকহম্নবা তৌবা ফিবম কয়ামুক লৈ। শক্লিং শারাক হৈবা ওবা কয়ানা ঙসি ফাওবদা তম্বীন-রি। অসিগুম্বা মহৈ অসি খুদক্কা হেক্তা হৈরকপা নত্তে; মতম

---

৬ মপুঙওইবা থরদং পনজবতনি, অকুপ অকুপ্পা কয়া অমসুং অথঙ-অহৈশিংনা শীজিম্নবা উবা ফঙনরি।

কুইনদগী অস্তুম শীজন্নরকপনা মথল মথলগী হকচাং ভাকথোক্লবা উপায় থিরকপদগী মথল কয়া মওং কয়া থোক্লা লৈরকপগী মরমনি।

তশেংনমক মৈতৈশিংনা মনীত্ত মথা ওঙ্ঘিইদদি সুমিৎ মঙানি কাংদনা শা-লান থোক্লম্মী হায়বা য়াই। করি করিগুবা মতমদা শা-লান তোইমনবদগী চৎলমদাইদা লানচাক য়োম্বা নংদবা মতাং ফাওবা য়াওবদগী সুমিৎ ৭ | ৮ নিগী চয়োল মাঙোলগী উংথোকাতেন্দা য়ান্দুনা থম্নরম্মী হায়বা ফাওবা হায়নবা লৈ[১]

অসিগুম্বা মহৈ অসিবু চাউথৎলকখিবগী মরমদি মীশিং রাংমদবা থুনাই ওইবনা য়েক্লবা লাম্ব পাবদা মী অমনা অতোপ্পা মী ২০ | ৩০ দগী ৫০০ | ৬০০ ফাওবা থেংনবা অমদি মায়রোং য়াবা ভম্বা হোৎনবদগীনি। তশেংনমক য়েকনবগা লাম্বা পান্থনা লানপেংনরকপদা পুলাই তাখিবা নম্রগা নানথোকখিবনগী শিবা তাপ্পা য়োরদদা শীজিন্নদা অমসুং কয়া-রক তোয়না শীজিন্নরবা মহৈনি-মসিমক্লা য়ুমলোন্নবা লৈবাকী য়েক্লবা লানমীশিংনা থুনাই অসিগী লানমীবু থুংলাই য়াওদ্রবা ফাওবদা লায়না লোবা ভমখিদে হায়বসি মশানা তাক্লবা বাকমনি। লানফমদা থুং-লাই য়াওদ্রবা ভক ককখিবা ভাইহুনা লৈবা য়াদে থঙনা শীজিন্নরম্বা মহৈনি।

হকচাং নানথোকপা অমসুং ভাকথোক্লবা হোৎনবা হায়বসিমক মী অমনা মশাবু অশিবগী থয়াংতগী কনজনবা উপায়নি অতোপ্প মীনা তোরকপা য়াবা পুন্নমক ভাকথোকহুনা মাবু মায়থীরা পীনবা হোৎনবা মীওইবগী মহৌশানি। মরম অহুনা শরিৎ শরাক অসি তশেংনমক হকচাং ভাকথোক্লবা ভাকীদমক শীজিন্নবা নত্তে য়েক্লববু মায়থীবা পীনবা মহৈনি হায়নরিবনি। মী অমনা মশা কন্নবা হোৎনবা, অতোপ্পবু

১। লৈতানথেম হেরামোংকী বাকম

মায়থীবা পীনবা হোৎনবা হায়বসিমক মৈতৈশিংনা মখোয়দা লান্দাম্ব- কলিবা মীওইশিংনা তংগং তংগংনা উংপ্রবনি। মৈতৈগী লাংগোল তোংবা লানমীবু অমানা কিথিবগী মমমন্ত্র খুৎলাই য়াওদনা হকথেংনয়কলবা কাওবদা মথেম্বনা নৈতৈ লানমীবু লাকচবা ইয়া য়ানবদগীনি।

শরিং শরাক তম্বা মহৈরোইশিংনা অকনা পুকচেল চেনবা তাই। ওঝাশিংনম্ম পুকচেল শেংবা মীওইশিংবু খম্মুনা মাগী মাগী ওইবা থাজজবা মচা মনাই ওইনা লৌই। অতৈ অতোপ্পা মহৈশিং অমস্তুং থাও-তানচিংবা তম্বা তৌনজম শরিং শরাক মহৈ অসিবু তম্বদা নিসাকাংলোন, পুনসিরোল, চাকচা য়াতিপ, ফমফম হুম্মাক্লোইচিংবা য়াওনা খঙনবা হোৎনবা তঙাইফদনা তৌই। লিশাংশিংনা তমহুনা অমস্তুং নৈনহুনা লাকলবশিংনা তম্বীখ্রিবগী মফমদা তমলিহৈদা অচুম্বা পুকচেল উংতুনা খঙদা য়াবা পুম্নমক খঙনবা হোৎনরকই হায়বসি অয়াম্বগী থাকমনি।

শরিং-শরাকতা ফিরেপ, ফিভম, মিংয়ং-নায়েং, থোওফম, থুং- ফম য়েংবতা নত্তুনা নিংশা কাংলোন নিংখিনা শীজিন্নহনগী তঙাইফদবা নৈ। হৈশিংলবা মীওই অমদা খুৎলাই পায়বা মীওই অমনা হেক্তা লাকচবা ঙম্লাই হায়বসি মীচম অমনস্তু হেক্তা হায়বা ঙমই। শরিং- শরাককী মরমদা নীংখিনা খঙলবা অমস্তুং মসিবু শীজিন্ননিংবা মওংদা য়েক্লবগা লাম্বা পারকপদা শীজিন্নবা ঙম্নবা মীওইশিংবু ঙসিগী চাউখৎ- লবা খুৎলাইগী মতম অসিদস্তু অহুমক ইকায় খুম্নরি। মহৈ অসি অচম্বা অমা ওইনা লৌনদে।

অসিগুম্বা শরিং শরাককী ওইবা মহৈ অসি, মরম অসিনা তম্বী- খ্রিবা মীওইশিংনা পুকচেল শেংদবা মবুকচেৎতবা নহারোলশিংদা মপঙ ফানা তম্বীনদে। মহৈ অসিগী মরমদা হৈবা মীওইশিংনস্তু মশক ফাওবা তাকথোক্লদে, অশম্বা মমিংদা ফোংদোক্লবা থেংনৈ। মহৈ অসিগী

কাংলোন সুপ্পা ইথোকনদে । অহুমকপু মতমগী মতুংইন্না মরৈ অসি চাঙ-খংনবগীদমক হৌজিক্তি থরমথৈ কোঞ্চদোক্লরক্লে। এন কে সিংহগী 'শরিং শরা।' নৈতানথেম হেরামোৎ অমসুং ময়াংজম্বম শাস্ত্রকী 'মিস্থার মীকন,' 'শরৈ শরা,' শ্রীরাজকুমার সনাহল গুনেশ্বর সিংহগী 'সংজাল' পনবা য়াই। হকচাংগী শাথেক, খোঙফম থুংহায় অমসুং নৈথোক নৈশিনগী মওং সি অথং অহৈশিংদসু হকথেংনমা তমগ্রিমথৈ থঙবদা য়াবা মহৈনি হায়বসি ফোংলকলিবা লাইরিকশিং অসিনা তাকই। হকথেংনরগা তৌগদবা কয়া ইথোকপদা খুদোংচাদবা মওং উই। মওং খুদিংমক থঙনবা ইবা তারবদি অয়েকপা লাই কয়ামুক হাপচিনবা তারককনি। সাইনতিফিক ওইবা মওংদা কাংলোনচুম্বা পোঙথাঙ, থুংহাই অমসুং শাথেক খুদিংমককী তাঙকক খুদিংমক হাপত্রবদি লৌশিং কঙবা ঙমগনি হায়বা উই।

কুপত্রবা খুংলোন অমসুং থোংলোনশিং নীংথিনা নৈনরবদি শরিং-শরাককী কাঙলোন, অসি জুরে, করাতি, তাইকোন্দো কংফুনচিংবা মহৈশিং অসিদগী তাবা মহৈ নাত্তে হায়বা মশক খঙগনি। মতমগা চন্ননা কাঙলম চুম্না পুথোক্লবদি মপানগী মহৈশিং অসিগা লাম্বা তৌন-বদা নোপলোই। শরিং শরাকতা ঙাকথোক্লবা ঙাক্তা ওইনা কনা কনাগুম্বনা লৌবা য়াওরবসু মহৈসিদা লাম্ভাবগী কাংলোন য়াওই হায়-বসি লৌফম থোকই। অতোপ্পনা তৌরকপা শীজিন্নরকপা ফুনা কাঙ-লোনগী মহৈদু ঙাকথোক্লবা হোৎনবদা লান্দারকলিবা মগাককী লৌ থঙবা তারকই। মরম অদুনা ঙাকথোক্লবা হোৎনবা মতমদা লান্দা-রকলিবা মহাকপু হেক্না শোকহনবা য়াই। শরিং শরাক, শম্বা হায়রবদা মুক্কা, থাঙ, তা, য়ুবী লাকপী, মুক্কা কাঙজৈনচিংবদা চঙদবা য়াক্রবা মহৈ অমনি; ফুনা কাঙলোনগী মহৈ অমা ওইনসু লৌবা য়াই।

## (খ) য়ুবী লাকপী

শরিং শরাককা য়ান্নমক ময়ী লৈনবা অশেংবা মশান্নদি ‘য়ুবী লাকপী’নি। মশা'ম্না অসি ময়ামগা অমত্তগা মায়োক্নহনা শান্নবনি। মশান্না অসিদা খুংগু নাইবগী মওং উপ্রে। শান্নরোই অমনা অতোপ্পা অমদা, লাক্নরিবা য়ুবী অহু লংহনা খুংথাঙ পীবা য়াদে। য়ুবী হেক পায়বগা মানা ওম্বা ময়ামবু ইনথোক্নুনা য়ুবী পুশিনকমদা থম্বা হোৎনৈ। পুশিনকমদা নিংথৌশাবা অমা অত্তাংশিংনা শান্নবদা থম্মী। পুশিনকমদা নিংথৌ নত্রগা নিংথৌগী মফংশিনবা অমা লৈ। শান্নবা হৌবদা নিংথৌনা য়ুবীবু শান্নরোইশিংগী মরক্তা লংই।

লাক্নরিবা য়ুবী অসি অহানবদদি বাক্নুনা শাবা কাঙত্রুম নত্রগা অকোইবা পোংশক অমা ওইরম্মী। মমৈথংদা থাউ তৈহনা নালহনলবা য়ুবী ওইরকখি বাক্নুনা শাবা কাংত্রুম অসি কোককী শক্ন মাম্না শাবদগী থোকখিবনি।

অথঙ অহৈশিংগী মত্তা মশান্না অসি খুঃ চহিগা মডা শুরকপদগী হৌরকই খল্লে। নিংথৌজা নিংথৌ ওইখিবা শমৈরাংবু পোকপা মপাগী কোক অহু য়েক্নবশিংনা ককখি হায়নৈ ককখিবা কোক অহু মানা মুনহনা পরকই। মনাও মুপানা মপা মুংশিবা শাহনা অকংবা কোককী শক্ন অহু মডোম্নগী মুনলি। শামৈরাংনা অমুক মুন মনাওনা অমুক মুন তৌহনা লাকনৈ। অয়েংবা অউবশিংনা মুডাইবা কাওখি। থোংদাক অশিনা শান্নবা মওং অমা থোরক্নবগী মক্ন হনখি। উক্ন থেম্ভনা কাঙত্রুম শেম্নগা লাক্নহনা শান্নখি।*

---

৮। ডাঃ এম কীর্ত্তিগী বাফম

ডা: এন কীর্ত্তিসিংহনা রাকমদা মশামসি শনৈরংগী মচমদগী হৌরকপনি হায়বসিনি। শামৈরাংবু পোকলিবা মপা ইবুংঙো নিংথৌ নাউকংববু মকোক ককথি হায়বা রাকমসি চুপ্পা হায়বদি য়েৎননিংঙাইনি খনলি।

মতম খরা লৈরগা হৈগ্রী কৌবা অচৌবা উঠে মথল অমা ময়াম্না ল ক্ষহুনা শাম্নে। মমৈদা খৃঃ চহি চা ১৭ শুরকপদা শামরিবা পোং অহু থাউতৈবা য়ুবী ওইনখি। মশাম্না অসিদা মৈতৈ লৈবাক্তা চংনরম্বা লৈঙকলোনগী অরোনবা শক্তম খরা উবা ফংই। রাথল চাউবা নিংথৌমচাশিংনা নিংথৌ খুবম মুম্নবদগী হাত্তোক্নবা অমম্বুং শক্তি মুম্নবহু মশামসিদা মমি তাই। থাগেম্বগী মতমদা মশাম্নসি লৈবাক্তী ওইনা নিংথৌনা শোগংলে। অতোপ্পা রাকম অমদা সমুদ্র নৈনবদা লাইগা হিংচাবগা নাকপাক তানহুনা থংনথিবহু উৎপনি, অমস্তুং শামরোই ৭। ৭না নাকল অমমম ওইহুনা শাম্নে। মশামশিংদা মরুওইনা কাং অমস্তং শগোল কাঙক্লেদা তরেৎকী রাকম চেংনা লৈবহু মশাম্নশিনা লৌশিনবা ওইবা তায়। অতুমকপু মশাম্নসিদি কাঙলুপ নম্রগা খুৎ নাইবা মশাম্নদি নত্তে।

য়ুবী লাকপী মশাম্নসিদা অমগা অমগা লাম্বা তৌগনি হায়বগী রাথল শামরোই খুদিংমক্তা লৈ। মশা পাগ্নবা শামরোই অমনা লৌশিং লৈরবদি য়ুবী লাকপা ওম্মী হায়বা রাক্তম অহল লমনশিংদগী ফংবা ওম্মী। ময়ামনা য়ুবী মুম্নবা, লাক্নবা, ননশিন্নবা য়াওদনা অচেংবা ঙাইরগা য়ুবী পুহুনা চেনবম্থ য়াবা তানক্তা লৈ হায়বা তাকই।

নমথায়হুনা চংকনি হায়বা অরেম্বা রাথল লৈবনম্থ পায়বদা নাতৈ

---

৯। থাংজিং লাইনা হিংচাবা অমগী মকোকহু ককখি; লাই তরামন্নিনা তরেৎ তরেৎ খুৎ ওইহুনা শাম্নখিবনি হায়বা মতম্থ লৈ।

চাদবা য়ুবীবু মামরকপগী কাঙলোনশিং কুপশিন্না মঙ্গং হনজিন্না থমকই। য়ুবী মুন্নবদা শীজিন্নগ্নিবা পাঙ্গল লৌশিং থোক্তদোক্লগা মগুং অমদা উবা ফংই। অয়েংবা মীওই খুদিংমক্না য়ুবীবু মুনবা ওম্নবা হেৎনবা উবদা হায়নিংঙাই লৈতনা মুংঙাইবা ক্লাওবা উই। করিগুম্বা মুপামচাশিংনা হৌজিকস্তু মশাক্লসি শাম্নবা খুঙ্গংশিংদদি উরি। য়ুবী লাকপা ওমদ্রবদা য়ুবী অহু অরাপ্পা পনথুংফম ময়াদা থক্লগা লনজেল তান্নহন্দুনা হাম্না য়ুবী লাকপা ওম্বা মীদা মনা পীবস্তু চংনরম্মী[10]

মশাক্লসি মৈতৈগী রগবীনি হায়না লৌশিনফম থোকতে। মপানগী রগবী মশাক্লদি বোল কাউহনা মুগ্নহুনা মীচঙ নাইনরগা শাম্নবনি। মৈতৈগীদি অকক্লবা শাক্লরোই মশীং লৈতে; শম্না অমগা চামগা লাম্বা পাবনী হায়নস্তু লৌনরিবনি। মুক্না অমস্তুং মুক্না কাঙজেদা শেংপা নীংগ্রী ফিজংনি। ফুরিৎ লিৎনদে।

## গ, 'থাঙ' অমস্তুং 'তা"

ওসিদি জগোইগী মওংদা মৈতৈ থাঙ অমস্তুং তা মাপ্লেম শীনবা থুংনা শকথঃনরকলে। তশেংনমক জগোইনা মৈতৈগী মশক তাকপ-শুন থাঙ-তানস্তু মশক তাকপা ওমই। অখঙ অহৈশিংনা মুম্না কুপ্না য়েংশিনলবনি থাঙ তাগী মহৈ অসি জগোইদগী হেন্না লুবা মহৈনি হায়বা উগনি। নিপা থোকপা হকচাংগী ফিহুপ ফিবম উৎলকপদা থাঙ-তাগী থোঙকন, খুৎহাই শাথেক ফিহুপনচিংবা অসিদগী অহেনবা অমা লৈতে। থুৎলাই পায়হুনা অকক্লবা শাথেক কাঙলোন থরগী

১০। নাওরেম ইবোবী সিংহ, '.মতম থোংলৈ পাউথোঙ (চুকশৎপা)' ইম্ফাল, ১৯৮', লা: ১৯

মথাদা মীয়াম মমাঙদা পুথোরকপদা অউশিংনা অঙকপা অমস্নুং তুজুংবা ফাউদনিঙাই লৈত্তে; শাথেক কাঙলোন খজিকতং শোয়রবদা শক্তক ফাব্রিবসিংনা শোক্তাই অমস্তং থরায় ফাওবা মাঙনিংঙাই ওই। মীয়ামগী মমাঙদা পুথোক্লরিবা থাঙ-তাগী ফিদুপশিং অসি শঙ্গা থাঙ-তাগী জগোইনি হায়না খঙনরে।

মৈতৈশিংনা মখোয়গী হিস্তরী থম্বা লাক্রবদা ১৮৯১ ফাওবদা হায়রিবা মহৈ অসিনা চাউরবা শক্তক অমা য়ারকই। থাঙ-তাগী মহৈ অসিমক্তম্ভ য়েক্নবা মুমলোন্নবা লৈবাকশিংদু নমথনবা হোৎনবতা শীজিনখিবতা নত্তনা অঙৌবা সাহেবশিং ফাওবদা চাউথংলবা মতমগী খুৎলাই মতৌকচানা অমদি হেম্না লৈরে খঙলবা ফাওবদা মায়োক য়াবদা শীজিন্নখি। মৈতৈশিংগী ঈদা মরৈবাকপু মুংশিবগী ঈচেল চেন্নী হায়বসি ময়েক শেংনা উৎপা ঙমখিবসিমক মৈতৈগী অকল-অথৌশিংগী মতিক মঙমনি। মৈতৈ ঈদা থৌনাকবা লংনমী অনগী ঈ চেল্লী হায়বগী পুন্মনি

অরিবা মৈতৈ ময়েক্তা ইবা পুংই লাইরিক কয়াদা মঙওইনা 'চায়নরোল' কৌবা খুংই লাইরিকতা ঙন্নিবৈ মতমদা মৈতৈ কাংলুপশিংগী মরক্তা মথৌনা ফুদোক্লা মায়োক য়ানরম্বগী চংনবী ময়েকশিংনা উবা ফংই। শা-লানগী মতমদা ঙাকথোক্নবা অমদি লান্দানবা শীজিন্নবা শাথিরবা মহৈ অসি হৌজিক মতংগী কম্বাকতা মীয়ামগী মমাঙদা উৎলকপদা মার্সিয়েল আর্টস হায়না লৌনরক্লে।

শরিৎ-শরাককা 'থাঙ অমস্নুং তা'গা মরী লৈনবা মথক্তা হায়না পনগ্রে। থাঙ অমস্নুং তাগম্ভু থানবা য়াৎবা মরী লৈনৈ। থাঙ তাগী মহৈ হৈরবা অখঙ অহৈশিংনা অনিমক্কী মহৈ থাদোক্নবা য়াদে, অনিমক হৈগদবনী হায়না লৌই। থাঙগী রাকম পল্লকপদা তাগী রাখংস্ভু ঙাইফদনা য়াওরকই; থাঙ তা হায়না খঙনরকই। থৌঙ অমস্নুং

থুংকী হৈশিংবা তঙাইকদবহ্ন তা অমসুং থাঙ অনিনা অমগা অমগা মরী থম্নহুনা মপুং ফাহল্লি। অথঙ অহৈ অমগী ৱাহৈদা অহুননা ফোংদোকই –

"While co-ordinated hand work and foot-work are essential in both of them, more emphasis is given on .... .... .... .... hands or skill in hand-works in the case of Thang and on the skilful movement of legs such as jumps and kicks in the case of Ta. In view of them interdependence and functional insepara-bity handy is a learned teacher in Thang or familiar with the techniques of Ta and vice-versa, though he may be more specialised in either of them."[11]

থাঙ হৈব নিপা অমনা তা সু শোয়দনা হৈগনি হায়বদি মথককী ৱাফম অনিনা তংশেলে হায়বা তাকই। অহুব থাঙতনক হৈরগা খোঙগী হৈশিংবা পুমন্নাং খ্বাংপঙুম উবদি লানগনি অমসুং তাতনক হৈরগা থুংকী হৈশিংবা ৱাংকনী হায়বসিন্থু চুমকম থোকাত। থাঙ হাইবা মাস্থগী খোঙগী খোঙফম মন্নাং কায়না লৈ; তা খোশাবা মীগী থুংকী খুংলোন লৈ। খোঙফমক শিংলগা তা খোশ'বা, খুংতনক শিংলগা থাঙ হাইবা মওঙ ফাদে। থাঙগী খোঙফম কয়া য়াম্না কুপশংগে হায়বসি থাঙগী মরমদা খঙ হৈরবশিংনা ইবা লাইরিক অমতং লৌথংতুনা নৈনবদা উবা ফংগনি। থাঙ-তাগী মরমদা মমিং লৈরবা অথঙ- অহৈ অমগী ৱাফমদা 'তা হৈবা অমগা থাঙ হৈবা অনগা থেংনব। তারবদি মরাইবক লৈবা অমনা ঙমই, অনি অসি হেঞ্জিন্নবা য়াদে অহুগা লান্দা কান্নবদি থাংনা হেন্নি, মরমদি থাঙদি তরা লাক্লবন্ত চামা লাক্লবস্থ পাবা ঙমই, অহুগা

১১। ...কঃ মনিকচান্দ সিংহ, মথঙা পনগ্রবা, লাঃ ২৫০

তাদি মায়োক্লবা থঁরতা পাবা য়াই অয়াম্বদি পাবা ঙমদে হায়না ফোংদোকই।[12] তশেংনমক অনিমক হৈন্নবদগী হেন্দোক্লুনা অতোপ্পা মহৈশিংসু হৈজিনবা হায়বসি অথোইবা পোংনি। থাঙতমক হৈরগনু নীংথিনা হৈরবদি মী অমনা মশা লিংচবা ঙমই হায়রগী খুদমদি মরাং কায়না রারী লাইরিক্লা ফংই। থাঙ মশানা অতুমক মপুঙ ফাজ্ঞৈ, অতুগা তাসু মশানা অতুমক মপুঙ ফাজৈ। থাঙদগী তানা হেন্না লাকচবসি শা তানবনি হায়বা ৱাফম থেংনৈ[13] চৌরজিং, মাজিংনা নিংথৌ ফম মুন্নবদা লৈবাক্লা মখোয়না চায়নহনবদা মুমিং ৭ নি চায়নখি। চৌরজিংনা তা অমসুং মারজিংনা থাঙ পায়খি হায়নবা লৈ।

মৈতৈগী থাঙ তাগী ৱাফম নৈনরকপদা থেংগৌ (থেংকৌ) হায়বা মহৈ অমা তোয়না শীজিন্নরবগী ৱাফম থেংনৈ। থাঙগী মথৌ, তাগী মথৌ, তারোন, থাঙলোন পুন্নমক থেঙ্গৌদগী তোঙান তোঙানবা মশক মমিং থাইদোক্লুনা শীজিন্নরকই; শীজিন্নরকপনা মরম ওইদুনা মৈতৈগী অথৌবা অহল লমন্নশিংনা থাঙ অমসুং তানা লৈবাক ঙাক্লুনা য়েরবং শিংবু খুত্নম চন্নরকখি। জি, সনা শর্মাগী ৱ.কমদা মমাঙইদদি মী শিরবা মতমদা থেঙ্গৌগী খোঙলোপ্পা শোরাং শোল্লি ঈশ্বর ফংনবগী লম্বীদসু য়াম্না মরুওইনা শীজিন্নরম্মী[14] থেঙ্গৌগা থাঙ তাগা য়াম্না নক্লনা লোয়নহুনা লৈবনা থাঙ-তাগী হৌরকফম থেঙ্গৌনি লৌনৈ।

থাঙ তাগী হৌরকফম ওইন্নিবা থেঙ্গৌ অসি লাইনা লৈশেম্বা মতমদগী হৌনা লৈন্নকই হায়বা ৱাফম মীওই অয়াম্বনা য়ানৈ। লৈশেম্বা

---

১২। গুরুময়ুম কৈরাওসনা শর্মাগী ৱাফম, ঋতু ৭৫ শুবা মশীং ১৯৮৫, লাঃ ৮৮, 'সাহিত্য' ৫২ শুবা মশীং ১৩ শুবা ভোলুাম, লাঃ ২৫

১৩। মথককী অনেলসিমক্লদগী, লাঃ ২৫

১৪। মথককী অনেলসিমক্লদগী, লাঃ ২২

মতমদা লাইশিংনা থেঙ্গৌ শাখিবচুনা ভাগোইগী হৌরককমনি হায়না থাঙ-তাগী অথন্ত-অহৈশিংনা লৌই। তাইবঙ মপুনা মচা অশিবদা মপু মাগী মচিন কাথোক্লুনা, শকঙং শকতম উত্তুনা লৈশেমহনখিবগী ৱারী পুদিন, লৈথক লৈখারোল, লৈশেমলোয়চিংবা পুয়াদা য়াওই। অশিবনা থেঙ্গৌ শাদুনা লৈশেমখিবহু পুদিল ৱাফম পল্লদুনা অহুমনা ফোংদোকপা থেংনৈ -

"The Supreme lord, being desirous of creating the Universe instructed his son Asiba to create the earth. But he was at a loss as to how the work was to be started. The lord, there upon opened His mouth and revealed through it the very process of creation, Asiba accordingly, began to create the earth by performing thengou (a specific sword and spear dance)-Pudil (ms.) [15]

লৈশেম্বগী মপুং ফাহন্নবা অশিবনা লাইবুংথৌ মাপল অমসুং লাইহুরা মাপল পুথে ক্লুনা মতেং পাংহনখি। লৈশেম্বা মপুঙ ফাহন্নবা লাইবুংথৌ মাপলনা শাখিবা থেঙ্গৌ মাপলনি। 'থেংগৌরোল' হায়বা পুয়াদা লাইশিংনা লৈশেমদা শাখিবা থেঙ্গৌশিং অসিগী মরম পাকশন্না ইরি। লৈপাক্না খঙনরিবসু মরুওইনা থেঙ্গৌ মাপলতনি। অহল-লমনশিংনদি অতোপ্পা মথা থাবা থেঙ্গৌরোন কয়াসু মাগী মাগী হৈনবীদা শীজিন্নরম্বগী মওং লৈ হায়নবসু য়াওই। মপুঙওইনা লৈরিবা থেঙ্গৌরোল মাপল অসি করম্না কৌরকলিবনো হায়বসি থেঙ্গৌ শাবগী মওংদগীনি হায়বদি উবা ফংই। অতুগা মফম মতম থবক থৌরমগী মতুংইন্না

১৫। কে, মনিকচান্দ সিংহ 'দ সোসিএল ইনস্তিটুসনস ওফ দ মৈতৈজ' পি, আইচ, দি, থেসিস (অনপব্লিশেদ) জি, ইউ, ১৯৮৮, পা: ২৫১

শানিংবা থেঙ্গৌ শাবা য়াদে। " শাগল কাঙখৎলগা কন্দোক্লা খুৎ হাইবা য়েৎলোমদা হাইরগা উম্বা লয়বা ওইরোমদা হাইরগা। লোংনা লয়বা চোংথোক চোংশিন নেৎপা পাকনগী মথেক্তা চোংবা খোঙখাং কায়দনা মথং মনাউ নাইনা চোংবা অসিবু চোইরিক থেঙ্গৌ কৌই।[১৩] থেঙ্গৌ মখলশিংবু মখাগী মওং অসুমনা কোংদোকপা থেংনৈ -

" কাও কাওনা নেৎলকই হায়রুনা অকাও থেংগৌ কৌই। চেঙনা চেঙনা নেৎশিল্লকই হায়রুনা লৈকন থেংগৌ কৌখি। চোঙ-থোকচোংশিন লৈনা লৈনা নেৎতনা লাকপনা নোঙকল থেংগৌ কৌখি। সিক্লা সিক্লা নেৎতনা লাকপনা লৈকক থেংগৌ কৌখি। চোংথোক চোংশিন লৈনা লৈনা নেৎতনা লাকপনা লৈনেং থেঙ্গৌ, কৌই-চোং চোংনা নিক্লা নিক্লা নেৎতনা লাকপনা অতান থেংগৌ কৌই। চোং-সিন চোংসিন নিক্লা নিক্লা নেৎতনা লাকই হায়দনা লাংকক থেংগৌ কৌখি। " থেংগৌ অখমবা মীওই খরতদা লৈবা মহৈনী খোঙলোন অমসুং খুৎলোনগী কায়া লানকস্লবা কাঙলোন অমগী মতুংইন্না মকম মতম অমসুং মরম নাইনা লাইসোন ভিনসোন অমদি ঈশৈগা লোয়ননা চোঙথোক চেংশিন নেৎথোক নেৎশিন তৌদুনা ফিজম ফিথুপ নাইনা। মুংগী শক্তি কয়া পুংখোক্তুনা খাঙ নত্রগা তাগা লোয়ননা চুঙগোই নত্রগা চুঙ পায়দুনা শাবা মহৈনি। মথক্তা পনখিবদা য়াওখিদবা থেঙ্গৌ মমিং অখাম অমসুং লৈশিং পনবা য়াই। লৈশিং কয়া খোঙনা শিংদুনা শাগা থেঙ্গৌনি। মসিগা অতান থেংগৌগা মপুংদা অমত্তা ওইরম্বা য়াবগী মওং লৈ।

১৬। শ্রীধুমল্লম্বম য়াইমা সিংহ, " নৈতৈ জগোই " ইম্ফাল, ১৯৭৩, লাঃ ৩

১৭। তলা সিদ্দমশংনা ' কংলৈথোল' ১৪ শুবা, ১৯৮০, অমসুং ১৬ শুবা ১৯৮০, মথংশিংদা লাঃ ২০ অমসুং ২৯ দা কোংদোকপা য়াকম

অথাম থেঙ্গৌদি নিংথৌনা ফম্'ল কাবদা শাবনা য়াম্না থেঙবা মতম ফাউবদা শম্রম্না য়াই। অথোম অচাই থেঙ্গৌ শা লান কায়ন্নবদা থোমজিন্নবা থেঙ্গৌব'ন অমনি।

থেঙ্গৌশিং অসি শাখিদবগী মরমদি মফম, মতম অমসুং মরম নাইবদগীনি। অসিগীসু মথক্তা থেঙ্গৌ শাখিবা মীশিংনা থোইদোকপা চুংগী পাঙল শীজিন্নবগী তঙায়ফদবা লৈ। অসুমনা তৌবসি কাঙলোন কায়রবদি পুনসি শাংদে হায়নবগী মরম চাদনা পংশা শাম্নদবদগীসু ওইবা য়াই। মরুওইনা "মৈতৈগী লাইনিংদসু লৈবাক অসি একবদগী কলহৌনবা থাঙ, তা অমসুং মন্ত্র লাইবানা শেনগৎপা কংই। লান্‌-পনচিংবা লৈনবদা লাইনিং অসি মিলিটরি। লানমীগী নহুগা লানগী ওইবা) গী মওং ফাই।"[১৮] অমম্রোমদা, নিংথৌ পাম্নবনা লৈবাককী ওইনা নিংথৌ পাম্লিদবদা পাঙথোক্লমসু পাঙথোকখিদবদগী থেঙ্গৌ অসি শাখিদবনা থেঙ্গৌ মুংলকপগী মরমনি।

থেঙ্গৌ শাবদা থাঙ নহুগা তা পুং য়েংবা পাম্ল ওয়না চুংগোই নহুগা চুং পায়। লাই পাখঙবগী পাকলদা তঙায়ফদনা শানৈ থেঙ্গৌ শাবদা শোয়বা য়াদবনা লম অসিদা মতিক চারবা অমসুং হৈশিংলবা মীওইশিংনা শাম্নরম্মী। মৈতৈশিংনা লৈবাককী ওইনা ফগদবা য়েংহুনা লাইনিং লম্বীগা মরী লৈননা শাবনি হায়না থাজনৈ। মরম অসিমক্তা থেঙ্গৌশিং অসি শাবদা অকক্লবা মফম মতম অমসুং মরম নাইনা লৈ-

---

১৮। ডঃ এমঃ কীর্তি সিংহ,গী রাকম' 'সাহিত্য', ৩০ শুবা মশীং' ১৯৭৬, লাঃ ৫

১৯। এন. জি. কাংজিয়া, 'কংলৈথোল' কংলৈপাক থৌসিনকোন, ইম্ফাল, ১৯৮০, ১৬ শুবা মশীং, লাঃ ২৯

রমবনী। থেঙ্গৌরোন হায়বা পুংই লাইরিক পলহুন্দ মথঙ-মহৈ অমনা অহুমনা ফোংদোকই -

" Each thengou has its own specific consequence, Thus, if akao thengou is performed properly, it gives abundance of food; nongpham thengou, the wrath of the king, laukak thengou, war and rebellion ; leichai thengou calamity to the country and the death of kings; leinet thengou, place and harmony ; achong thengou, desease and death ; atan thengou, the longivity of the king ; and leikham thengou, the welfare of the king and kingdom." [20]

থেংগৌ শাবা য়াবা মীশকশিংদি নিংথৌগী থৱাই কননা, সাকম-লানকমদা সেন্নহুনা লাকপা মী; সাফা লানফমদা মকোক থোংলকপা মী, নিংথৌগী পজেং ফিরাল থেংলবা মী; কৈনা নিংথৌন, য়ায়া চাহুনা মচা নত্রগা মনাই, নিংথৌগী মচা মশু কৈমা নত্রগা সিজ্জৌদা মী অসিনা মরু ওইবনি ; তাঙবললোই চারবা মীওইশিংমু থেংগৌ শানৈ। তাঙবললোই হায়বসি অকন অথৌদা পীবা শানফ লানফাগী অথোই-বা মনা অমনি। মসি লানশিং চামা ফারবা নত্রগা শাশীং চামামঙা ফারবা নত্রগা নিংথৌগী মথৱায় কম্না শাফাবা নত্রগা লান্দা অতোপ্পা মায়গৈগী নিংথৌ ফাবা নত্রগা নিংথৌগী মথ্বায় কনবা অকন অথৌদা পীবা মনানি। তাংবললোইগা লোয়ননা পীরম্বা মনাদি নিংথৌফি হুকচাং অমম্বুং থুংক শাজোনবা, থোঙ্গ্রাই মথক মথা, থুবোময়াই শিরোনব থুদাং য়াইচৌথুবা, থুংশি, তানশি, থোঙশি, উরেকশেং

২০। কেঃ মনিকচান্দ সিংহ, মথক্রা পনথ্রবা থেসিস, লাঃ ২৫৩

নোংনিংখোই, য়েন্দুলাংমৈ, সনা লৈখম, সনালীক লীকক্তোম, লৌপরি থাঙথৈ ইল্লি।[২১] শম্মা তাঙবললোই অকন অখোশিংদা শীন্না থাইদগী থাংবা মনানি।

মরুওইবা থেঙ্গৌশিং অমি খোঙকমগী মতুংইন্না তে ভানবা মখিং শীজিন্নরম্বা ফংই। খোঙকম মশীংগী মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা খুদম চাংদম লেপনৈ। "খোঙকম অমদগী তরেংপু থেঙ্গৌলোন মচা তরেংতগী মাপল, মাপন্দগী তরাতরেংসু থেঙ্গৌলোন্নি। তরাতরেংতগী কুনতরেং ... ... না থেবলোন শলাই উরি য়েংপনি। ... ... কুনতরেং চোংলগা খোঙকম অহুম হুন্নববু খর ফীত্থপ হায়না কৌই। মন্তা চোংলগা মাইকৈ মরিবু হাইদোক্লা য়েংবদা উবা শোংশাক্ল লৈচিল্লো-ন্নী। তরেংতগী মাপল ফাওবা খর চিংশল্লগা চোংববু উয়েক উতম (মৌতমলেনসু) কৌই। ইশাগী খঙনবা খেল চাং য়েংবসু ম্নাই." [২২] থেংগৌ চোংবদা নিংশা কাঙলম শীজিংহুনা চোঙবা হৌনবীনি। খোঙকম মাপন্দগী কুনতরেং ফাওববু থেংগৌলোন অশুবা হায়না কৌই। তরাতরেংতগী কুনতরেং ফাওবা চোংলবদি লৈচিন নোংফাইগী খেল চাংশু খঙই। চোংকম খোঙকম অদু কিশি অহুমদগী তরেং, মাপল, কুনতরেং হায়না লাইহংলোন শোন্দুনা শিজন্নরম্মী। কিশি কুনতরেং-না থেঙ্গৌলোন অচৌবনি ইকা ইকুমম্বীসু লাই তোঙান তোঙান্না শীজিন্নৈ। ইঙাগী হুমনি পানবা ইকাথা মেরাগী হুমনি পানবদা ইকুম্বা হায়হনা খঙনবা লৈ, অসিম্ব, থেঙ্গৌ হায়না কৌই।[২৩]

---

২১। এন. খেলচন্দ্র সিংহ, "অরিবা মণিপুরী লোনগী", ইম্ফাল, ১৯৭৮, লাঃ ৬৭, অইবসিমককী। "মণিপুরী তু মণিপুরী এন্দ ইংলিস ডিক্সনারী," ১৯৬৪, লাঃ ২০৮

২২। মাইবম মধু সিংহ, "থেঙ্গৌলোন", ইম্ফাল, ১৯৭৩, লাঃ ১

২৩। মথককী লাইরিক অসিমক্কদগী, লাঃ ২

থেংগো শাবদা শেৎনিংবা কি শেৎপা য়াদে, অককুবা কিজেৎ লৈ। কিজৎ সুদনা শারবদি সারিবা মী অছু পুনসিদে, লৈমা নিংথৌ কচে, লৈপাক য়ায়, তৌহৈদে: চাকতোন কিতোন লোম্মী হায়বা অকনবা চৎনবী অমা লৈ। খুদম ওইনা চীংগোনথেন কাবদা নিঙথম সমজিন খুদাং য়াই, খুপোম য়াই পিরোনব, খোঙ্গ্রাই মথক মথা, লাংমৈ পুঙলেনবা মতু, লৈথাম পজেং থোনবা মথক্তা থোনবা, কিয়ান নাম্মা থক্তা নাম্মা থেৎপা নিংথৌফি তাজিন সায়াং তানচপনা লৈতেংগনি। থেংগো শাবস্থ মী লৈতবা লম চীংতোঙ, লৈতোঙ, লাইকমদা শাগ-দবনি। অছুবু খুল্লক্তা শাবা থেঙ্গৌ থরস্থ য়াওই সাবা য়াদবা মকমদা থেংগো সারবদি সারিবা মী অছু সোককনি, শাকম অছুস্থ খুনতাক লানসিগনি হায়বা অকনবা চৎনবী অমস্থ লৈ। [২৪] থেঙ্গৌবু অস্থককী মতিক লুনা থম্নে মতুদি মহৈ অসি হৈবা মীওইশিংনা মসিবু শাহুনা উৎলু হায়বসি হেক্তা য়াদে।

থাঙ-তাগী হৌকম ওইরিবা থেঙ্গৌ লৈবাককী ওইনা চাউরবা থৌদাং অমা লৌরকই হায়বসি মথককী রাকমসিং অসিনা তাকই। খুম্নাই অমা শাগৎপদা চঙবা মচলশিংগী মরক্তা থেঙ্গৌনা লৌরিবা থৌদাং অসি কুপথনা নৈনকম খোকপা লৈ। লাইনিং লাইশোনগী মতাংদা, লৈবাক রায়েনদা চৎনবীদা কয়ামুক লুশিন্না মঙ্গং কঙ্গুন্দুনা লৈবগে হায়বা খিদোকপগী তঙাইকদবা লৈরবস্থ শয়া মসিমদি হায়বা ঙম্মী মতুদি থেঙ্গৌ মৈতৈ খুম্নাইগী লোৎশিন্দুনা লৈরম্নবা নৈনবদা লোইবা নাইরোইদবা মহৈ অমনি। তোপ তোপ্প মতিক মঙম লৈবা মহৈনি।

---

২৪। 'কংলৈখোল ১৪ শুবা মশীং, ১৯৮০, লাঃ ২৮ অমদি হৌরম অসিদা থঙলবা মীওই অয়াম্বনা য়ানবা রাকমনি।

## (ঘ) থাঙ

থেঙ্গৌনা মকম, মতম অমসুং মরম নাইনা শাদবা য়াত্রবসু থাঙগী মহৈ অসিদি থেঙ্গৌগুম থুপতুনা সুংদা থম্নদে হায়বা য়াই। থাঙগী মরম থঙহনা খোঙকম খুংলোন নীংথিনা হৈরবশিংনা মানা থঙজবা খোঙকম মহৈশিং মথাথাবা মচা-মনা ওশিংদা লোয়নমক ভাকথোক্লব্রবসু থাঙ হাইবদি অয়াম্বা মতমদা মীমাঙদা চম্না তম্বীনৈ। থাঙগী মতৌগুম তাম্ন অহুমগাই। মীয়াম মমাঙদা থেঙ্গৌ শাহনা উৎপা কিনরবসু থাঙ অমসুং তাগী খোঙলোন, খুংলোন অমদি শাথেক সুংথেক উৎপদদি খোইদোক্লা অকিবা লৈতে।

অরিবা লোম্দা থাঙবু 'কচেং' নত্রগা 'কজেং' হায়না কৌই। তাবু 'তিমেন' কৌই।

" .... .... মত্তাইরেম পোইরই অথৌ লিচা হেপ্প পুম্নমকসুঙ লাইরেন মরোঙ চুংহুৎখোন কাচেং থাঙয়ানখোনগিবু সেনবী মনোংমইবু সোংকিদন কাঙ্গাই সাথও থোই তিমেল নম,হম্লন হেরল লাল সোক্লরে।" [২৫]

থেঙ্গৌনা থাঙ-তাগী হৌরকফম ওইনা লৌনরবসু থাঙ অমসুং তাগী মহৈ অসিগা মরী লৈননী অতোপ্পা লাই কয়ামুককী মমিং মিথোলোজিগী ওইবা বাফম কয়া অমসু ফংই। মসিমক্লা থেঙ্গৌমকনা থাঙ-তাগী হৌরকফম মরানি হায়বসি নৈননিংঙাই ওইরি। অরিবা মৈতৈ লাইরিক্নগী লোৎখংলকপা বারম থরা মথাগীসিনি -

"তিন শিদবনা চাকশৌ মপীগুম্না মুমিং খুদিং শোইহনা শেমলকপা

---

২৫। মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ, পণ্ডিত, "সমসোক ঙম্বা", ইম্ফাল, ১৯৮০, লা: ২৬

মহাক্না মথন্না ইনথায়রবগা পোকখিবা মায়ানা শীঙজঙ য়োং ওইখি। মমিংদি চাখাবা কৌয়ে । ঙাথাবনা অরোক অরাই পোকএ। অরোক অরাইনা ঙাইতোঙম্বা পোকএ। ঙাইতোঙম্বা লেংমন ময়াংগী সম্বন্দা চংজুনা শিরে। মনাক অশাংবনা থাংশাং কবাকথাঙ মমিংদি হায়কু পলেন ফিরোক থাঙ কোএ। নাকলু মোইকাইতোন থাঙশাং য়ি ওইখি। মমিংদি থাঙ কোংয়িপা কৌএ। তৌন শিদবগী মমৈনা তেমশাবনে। কবো লৈতেং মানবী মওংনে। পাম্বোম য়েংনা তরুং থাঙ ওইখি। চকোংনা থাঙচৌ ওইখি। শেংচোন থাঙ কোইরেমপা ওইখি চাংচৌ খুংতাং তোম্না শীংতুম শংকোই ওইখি। নাকপু মোইকাইতোন অশিবনা হৈজ্রাং ওইখি। য়ুপংনা থাঙজুতা ওইখি। তৌন শিদবগী মযুকন্না ফেনতি ওইখি। মযুংপংনা নাহুন ওইখি।" [২৬]

মৈতৈ থাঙগী লাংলোন লাইরিক্তা কংবা বাকমব থাংগী মবন্দা থঙলবা থাঙ-তাবু তম্বী তাকপীরিবা শুকমযুম কৈরংভসনা শম্মানা অস্রম্মা ফোংদোকই –

"ঙাইতে ঙম্বগী য়েংথংবা শরু অতুনা করাক থাং তেমশাবা ওইখিয়ে — ··· ওইথংবা নাকলগী শরুনা ··· ··· কপাকথাং ওইখিয়ে। থাং অতুগী মমিংনা লাকপা থাং কোংইবা হায়না ······ কৌখিয়ে। ঙাইতে ঙম্বগী য়াংলেন শরুনা তেনদোং থাং ··· ··· মশুংগী ( লিঙ্গ ) শিংলি অতুনা থাংতোনজুম্বা ··· মমিংনা কবাকথাঙ কোয়রেম্বা — মরৈনা থাংতেমশাবা ··· মমিংনা হাইকুপ লেংথাং ··· পাম্বোম য়েংনা

২৬। ডি কলচরেল ফোরম মণিপুর, 'নীংশিং চেফোং', ইম্ফাল, ১৯৮৫, লা: ৭-৮

তকংথাং ওইখিয়ে।"[২৭]

থাঙ তাগী শিনতাক শিক্লগীরিবা গুরুময়ুম গৌরকিশর শর্মাচা মৈতৈ থাঙ-তা হুয়েন লাল্লোং শিন্নমশং. কৈরাউগী রাকনদা থাঙগী লাংলোনগী মতাংদা অস্রমনা পনবা ফেংনৈ•

" চিংউ লাইমিংথোই অশিবনা চিংউ মায়কৈ তাকপশিংদা মথৌ মওম উংতুনা মখুংতুবু শাথোকনা থোবুরো নোংদমলে। নোংদমবু তান ফংনবদা চিংউ মহৌ মহৌরে। চিংউ লাইবুংথৌ য়ুচেংনা মাগী লোয়নবা লারোই ১৪ গা তানহনা মৈখু লিংলে টিমেল মশকতং শাথোকতুনা মখুংত ওইনা শাইদনা তেংবানবগী তুংগোগী স্না চুংশেন লৈদনা চুংগী মশকপু লাইবুংথৌ য়ুচেংদা মরুগী থোগলবু তুংইনজবদা নশাবু লৈতাক লৈকয়বা নথুংকা ওইজো নোংদমনা শিন্নরে।

লাইবুংথৌ অতাইবস্থ মাগী লোইনবা লারোই ১৪ গা তান্নদনা কদেং য়াংতেক কা থাগী মশকপু মথল মথা শেমহনা থোগল্লরে। .... সনথোংগী লাইবুংথৌ য়ুহানা শিংলোই ১৪ গা বাতান্নহনা শাইথোং শাথোকতুনা অমহুং লৈশাক মতুং তারগা থাউনা হানহনা হাপলগা য়ানহনা খুং ওইনা শাইরোং পায়হনা মক অনীগী থোগললরে।

লাইবুংথৌ থৌতাইবস্থ শিংলোই ১৪ গা বাতাননহনা অরাপপাই কৌবা খুংলাই অনগী মশকপু লোইহনা শেম শানা শাথোকতুনা শগোলগী নাকথং য়েৎ-ওইদা পাইথু অমা নমদা মপুকথমা হাপতনা য়ানলে। থরনা অরাপপাই তেনদোং থাওদা হাপতুনা নমদা পোয়গা শগোল তোংহনা থোগনবু থোক্কারকতুনা মক অন্নিবু থোগল্লরে।"[২৮]

২৭। তি কলচরেল ফোরম মণিপুর, 'ঋতু' ৭৫ শুবা মশীং, ১৯৮৫, লাঃ ৮৪

২৮। তি কলচরেল ফোরম মণিপুর, 'নীংশিং চেকোঙ', ইম্ফাল, ১৯৮৫, লাঃ ১৩-১৪

থাওগী মরমদা ইবা খুৎই লাইরিক খয়াংবা খুমওমলোনদমু খয়াংবনা থাও শাবা অমসুং য়োং ওংবগী মরম ইরি -

" রেওানা চেংলৈনা পাম্লহুনা ১) কুরুম্বা. ২ ) খিবারোইখৌম্বী ৩ ) য়ুচেংলৈনা কৌবা মচা অহম পোকই। কুরুমবনা ফাত্তিবী পাম্‌-হুনা তেকতেবা থাওশাবা কাচেং য়োংওংবা পোকই। মানা ইম্লাইদগী নিংথমনা খোনাং খুনখিবা পোইরৈ খুনতারৈএ হায়বগী খমলাংবা হায়না কৌখি।" [২৮]

অতোপ অতোপ্পা লাইরিক কয়াদসু থাওগী য়াওল হৌরকফমগী মরমদা ইরম্বা থোকৈ। অহনবা মতমদা ইরম্বা পুয়াশিংগী মরক্তা 'মুমিৎ কাপ্পা' হ য়বসিদসু মসিগী মরম য়াওই -

" নহান নোং হয়িকৈদা কোরৌ নোংবু খোনবা চমু, মালেম লৈবু লুপ্পা চমুনা কোরৌ মুমিৎমদা মপারী মওা শাংলে। মপারী হান্না শাংপা অমদি থাও ইকুম চিশংনা লোইমোমকুম পোমকংনরবদি মালেম লৈদা কুমনা লৈশৌ খোমিৎপু ওইনা শাইওনখিয়ে। থাওই অহোংবী লোইমোম অচৌবীগী হৈনা মতুংইন্না লোইমোম মোরসি মওতংবীবু ওইনা শালওনখিএ। মপারী কোন্না শাংপা অমদি য়েরুম-শুম পোংকংনৈয়ে। কোরৌ নোংদা কানা বাংবল-মুমিৎ মপারী ওইনা শানওনখিএ। মপারী কোন্না শাংপা অমদি হুপমল হামনবা খোগাল কানবগী থোংনাম সোরাম্বুদা চংনা নোংমনলে। মাগী য়ারেল খোংজি-তোননা লিকোন শান্না মানবু ওইনা শালওনখিএ। থিক্রেন মথামুংদা মোইবুং তানোই মানবু ওইনা শালওনখিএ। নাকলু মোইকাইতোননা থাওশাং মরি নাইবা ওইনা শলওনখিয়ে। তাংজ মাইকোইতোননা লফু থানবা পুরুমলৈ য়োইবু বাকচিংলৈনা মোংশা ওম্বী মহুনিংথৌ

২৮। মথককী চেকোও অসিমক্তদগী, লাঃ ৯

অঙৌবা লাংগোই নাকথং ভাইখোংলৈ অঙৌবা চকপী লাইশম তোন্‌-লোইলেব্রু ওইবা লৈব্রু শাজওনখিএ ” ৩০

শুমমকসিগী মথক্তা অহানবা খুঃগী চহি চারোনদগী হৌনা মরু-ওইনা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতম কাওবদা থাঙশিংনা মথং মথং মশক মওং হোংলকখিবগী রাকমম্ব কংই। মিথোলোজিগী ওইবা রাকমদা নক্না হৌখিককী মতমদা লৌবা তারবম্ব মৈতৈনা অম্বুক শুনা থম্মুনা থম্মখিবা অসি নৈননিংঙাই ওইরি। অয়াম্বা মতমদা থাঙগী মরমদা খঙলবশিং লাইপাউ ফংবা মীওইগুম উবা ফংই। স্পিরিচুএল ওইবা মওংদা থাঙ-তা শীক্লিমরম্বগী রাকমনি। শানোংবনা ময়াংশিংগা লোয়নন খাগেম্বগী মথক্তা লানতারকপা মতমদা খাগেম্বদা মানা ভুমলিডৈদ লাইরেম্বী, তরেং-অয়াং খোংচং লৈমা, তানখোং লাং মায়বি, শারাংথেম লাইরেম্বী, লৈশাংথেম লাইরেম্বী, পোগাইজম লাইরেম্বী, য়ুমজাও লাইরেম্বী, লংমায় লাইরেম্বী - লাক্লনা লানতারকপগী পাউ তাকলকখি হায়বা রারী লৈ।

কোজিন ভুথোকপা, তিন শিদবা অমম্বং পাখঙবা অমত্তা ওই-বনা থাঙগী মপুদি পাখঙবনী হায়বসি 'পুদিন' কৌবা লাইরিক্তা থেংনৈ হায়বা রাকম লৈ। অহুব্র খুংগু খুংলাই শাথোকপদা পনখ্রিবা রাকমশিং অসিগী মথক্তা লাইশিংগী ওইবা থাঙশিংগী মমিং পল্লম্বগী রাকম লৈ।

- অতিয়া গুরুগী থাঙলেন খুংগু থাঙগী লাইমিংবু চুমথাঙ নোংথাঙ পাই কৌই। মুপীং তাথাং কুপকেংসেং মিরাংথাঙ কৌই, মশক্তি মরুগী য়েংথংবা খুদোংথীনি। তেংবানবগী ইমা লৈমরেল (মুংমু তুমদামাংদবি) না শুবা থাঙদি হুঁ হেম্না মনিংথাং কৌই ; মশক্তি

---

৩০। ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পাঃ) " মুমিং কাপ্পা", ইম্ফাল, লাঃ

মৈতৈশিংগী মহৌশাদগী শাগৎলমহুনা লৈজখ্রক্রবা মশাগীশিং চিংখৈমরোল তরেৎনি, অতুগা মরুদি ওইথাঙনি।[৩১]

থাঙজিংগী থাঙদি তেন শারনি। অপানবগী থাঙদি পুককপামে। গুরুগী থাঙদি তরুংথাঙগা মখ্রিকা কবাকথাঙ তেমশাবগা অহুমনে। লৈমরেন শিদবগী থাঙদি হৈজ্রাংগা লুংশাম্বগা নাঙকপ থাঙগা য়েন-থাঙগা থাং ৪ অমিনি। থরারেনগী থাঙদি থাঙখৌনি। মারজিংগী থাঙদি চৈশু থাঙনি। কৌব্রুগী থাঙদি কোইয়েম্বনি। অশিবগী থাঙচি কায়রেম্বগা লুকপ থাঙগা অনিনি। অতিয়াগী থাঙদি চপথাঙনি।[৩২]

মৈতৈশিংনা কাংলুপ কাংলুপ ন'ইনা নিংথৌ অমমম পানহুনা লৈরিঙৈ মতমদা হিক্তরিনা শকথঙলবা রাকম ওইনা থাঙগী মতমদা কংই। অমিগী মথক্তা য়েক তরেৎকী তোঙান তোঙানবা মশক তাকপা থাঙ লৈ। ইরাং থৌনি তৌবদা মরুওইনা শীজিন্নৈ। শন্না, পাথাংকোক পুথাংকোক্কী চৎনরকপা মতুংইন্না য়েক তরেৎকী মসক মওং নাইবা তোঙান তো-ঙানবা থাঙগী মওং মথল তরেৎ- ১) অঙোম পুককথাঙ, ২) নিংথৌজা চকথাঙ, ৩) ঙানবা লাইথাঙ চিন্নাইবা, ৪) খুমন-তোনককপা, ৫) লুবাং-তোনহুম্বা, ৬) মোইরাং-য়েনবা মতোক শাবা অমসুং ৭) শরাং লৈশাংথেম-খুনথোঙ থাঙ-অমিনী[৩৩] থাঙশিং অমিগী মথক্তা তোঙান তোঙানবা মওং মতৌগী অমসুং মথল কয়াগী থাঙশিংসু লম অমিদা মৈতৈশিংনা শীজিন্নরম্মী। মরুওইনা ১) কবাক থাঙ তেমশাবা, কবাক থাঙ কাইরেম্বা, ২) মওং পোংথানবা তরুংথাঙ, ৩) মতোন

---

৩১। ডি কলচরেল ফোরম মণিপুর, 'নীংশিং চেক্লোঙ', ১৯৮৫, লা: ১৩

৩২। মথককী নীংশিং চেক্লোঙ অমিমক্তদগী, লা:১৯

৩৩। ইরাং থৌনিরোনগী মরমদা ইবা পুরা অয়াম্বদা হেক্তা কংই।

কোনবা-কলাই থাঙ, ৪ ) লৈখাম মান্না তোনককপা তোফাং থাঙ, ৫) মঙং পেঙবা মান্না তোনবোনবা-শাইরেম থাঙ, ৬ ) চৈশু থাঙ অমসুং ৭) তেনদোং থাঙ মখোক শাংবা, ( মী-মঙক ককপা শীজিন্নবা ) থাঙ অসিনচিংবনি। হৌজিক ফাওবদা শীজিন্নরিবা থাঙশিংদি মরুওইনা – ২ ) থাঙজৌ মতোন পাকথোকনা মবুক চোল্লপ তৌবা, ৩ ) থাঙজৌ মতোন ফাওবা পাকথোকপা ( কমথী কনথী হায়নস্থ খঙনবা ) ২ শুবা মথল অমিদা মনম কোনবা, থাঙজৌ মচা তোনককপা, তোন্দুম্বা মচা, শঙ্গাই, থুজিনথাঙ হৈজ্ঞাং অসিনচিংবা কয়ামুক শীজিন্নরি।

লিপাং লিংনা চংথরকলিবা বান্নৌগী মতুংইন্না চহি চাশিং পীবা ভন্বা মৈতৈ নিংথৌশিংগী তোঙান তোঙানবা থাঙশিংস্থ লৈরম্মী। থাঙশিং অসি নিংথৌ মশা মশাতনা শীজিন্নবমা থুংগুথাঙ হায়না খঙনরম্মী। মৈদিংঙু নাউফংবা ( ৪২৮-৫১৮ ) গী থাঙ কপস্থলেং, মৈদিংঙু শমৈলাং ( ৫১৮-৫৬৮ ) গী থাঙ অনি- খোমলন তোংবা অমসুং ২ ) মিতোংতুপ ; নিংথৌ ইরেংবগী ( ৯৮৪-১০৭৪ ) - ১ ) ফুমা ত্রেংবা, ২ ) খুমবোমবা, ৩ ) চিন্নাইবা, ৪ ) কনলেন থাঙ ; মৈদিংঙু চারাইরোংবগী থাঙ ১ ) থুম্বোম্বা, ২ ) পুকনবা পনব ম্নাই। মৈদিংঙু খোঙতেকচা ( ৭৬৩-৭৭৩ ) গী থাঙ-ম্নরাকাব, থঙবী তোনাব লানথব ( ১৩০২-১৩২৮ ) গী থাঙ, শুনবা লৈরোম্ব', মৈদিংঙু তোনাবগী ( ১৩৫৫-১৩৫৯ ) লৈরুমতুম্বা, কিয়াম্বা নিংথৌগী ( ১৪৬৭-১৫০৮ ) থাঙ-লাইরেনবুং অসিনচিংবসিস্থ পনবা য়াবা নিংথৌশিংগী থাঙশিংনি।[৩৪]

৩৪। এন. খেলচন্দ্র সিংহ, মণিপুরী টু মণিপুরী এন্ড ইংলিস ডিকসনারী', ১৯৮৪, অরিবা মণিপুরী লোনগৈ', ১৯৭৮, ইম্ফাল, মন্নী লৈনবা লমায়শিংদগী খোমজিনবা বাংকম

১৫৭৪ দা থাগী লৈবাককী পিয়াজ নিংথৌনা লাক্লবা ডমক্রবা ময়াদনা কৌবা নিপা অমবু মুংয়াম্বা নিংথৌনা পাথঙববু ইরাং থৌ-নিহুনা ফংবা থাঙ থৌবোম্না জমহুং থংহুমহা তানা হাংখি। খৃঃ ১৬ শুবা মতমদা চিনাবুদি মৈতৈনা থাঙ-তাগী মহৈদা চাওখৎপা হেল্লি।[৩৫]

থোইদোক্লা থাঙ হায়বসি মৈতৈশিংন' লৈল্লিবা তম্পাকতা লৈ-রম্বা কাংলুপশিং মৈতৈ, মোইরাং, খুমন, হৈরেম খুঞ্জান, থাঙ কম্বোম, খেন্দে চাইরেন অসিনচিংবগী লুচিংবা অকল অথৌশিংনা মাগী মাগী কাংলুপকী মিংচৎকীদমক্তা নত্তনা মাগী মাগী কাংলুপকী মমায় ওইনবা মথৱাই খুবাক্তা হাপতুনা মতিক মথৌনা উৎনবা চায়নবা মতাংদসু থাঙ হায়বসি অহুমক শীজিন্নরম্মী। অঙম্বনা থাঙ শীজিন্নহুনা মঙক ককপনা অথিংবা লৈনদে। হৈরেম কাংবীশু অথৌবনা কায়ন-মহৈ ফংলবদা নোংময় চাখা মোইরেম্বনা মাগী মঙক ককনবা হায়বদগী কাংবীশুনা থাঙনা মোইরেম্বগী মঙক ককখি।

"হৈরেম কাংয়াং খুঞ্জান মকুয়াং অথৌব ও থাঙলেন চেপনা চনববু মচন ফবিও, থৌনাও লেনথোঙ জেনববু মরেন ফবিও। .... হৈরেম অকাংয়াং খুঞ্জা মকুয়াং হৈরেম কাংবীশু লুরক কাংদৈ থি থৌনাও লেনথোঙ লেল্লে।"[৩৬]

তশেংনমক শা-লান্দা শীজিন্নদবা য়াদবা থুংলাই অমা ওইনা থাঙবু মৈতৈ লানমীশিংনা শীজিন্নরম্বগী খুদমদি অৱাংপা লৈতে; শগোল

৩৫। রাজকুমার সনাহল সিংহ', মণিপুর শ্রীগোবিন্দ নীর্ণ'ন, ইম্ফাল, ১৯৮০, লাঃ ১২-১৩। রাকমসি নৈননিংঙাইদি ওইরি।

৩৬। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পাঃ), "চায়নরোল", ইম্ফাল, ১৯৬৮, লাঃ ২০-২১

তোংলগা থাঙ হাইনবা তোয়নমক থোক্লমবা থোঁদোকনি। ১৬১৪ দা "লাইয়িংগৌনা কিয়াং লৈবাক্কী শংগোল অঙৌবা তোংহুনা শোমশোক থাং য়েনরকএ।"[৩৭]

অহুমনা থাঙ-তাবু লানগীদমক শীজিন্নরকপসি নিংথৌ পাল্লিংগী মতমদদি য়াম্নমক মরুওইবনি। থাঙ-তা তম্বা ১৮৯১৭-১৯১৭ কাওবদা ইংরেজপিংনা পানবা মতম অসিদা অখিংবা লৈখি। ১৯১৬ কী মতমদা জর্মন্দা সার চুড়াচান্দনা বৃটিশকী মতেং পাংবা মৈতৈ লানমী থাহুনা লান পাংহল্লুবদা মৈতৈ লানমীগা জর্মনগী লানমীগা বেনেৎ ফাইতিংগী মতাংদা মৈতৈ হুয়েন লানলোন সরিং শরাম্বা লোংগ্রৌ চন্দুনা থাদরগা জর্মনগী লানমীদগী নোংমৈ মুনবা অহু উরগা বৃটিশনা পেনখি। মৈতৈ লানমীশিংদা তকমান পীখি। হৌজিক ফাওবা তকমানশিং অহু লৈনরি। লান্দা মৈতৈগী হৈশিংবা অহু উরগা বৃটিশনা মহারাজ চুড়াচান্দ কেঃ সিঃ এসঃ আইঃ নাটই কমান্দর ওফ দি ষ্টার ওফ ইন্দিয়া হায়বা উপাধি অসি পীখি[৩৮] থাঙ হৈশিংলবা মৈতৈ লানমী অমনা থাঙ মথল অহুম য়েৎথাঙ, ওয়থাঙ, অমসুং তেনদোং থাঙ পুই। তেন্দোংথাঙ নঙল্দা পোহুনা পুরগা তঙাইফদবা মতমদা তাগুম্মা লংহুনা শীজিমৈ। ঈশিংদসু শীজিন্নবা য়াই।

১৯৩৪ দা সার চুড়াচান্দনা অখঙ অহৈ য়াওনা প্রজা মীয়াম কৌহুনা হুয়েন লাংলোং থাং, তা হৈবা মীশক খঙনবা থীনখি। মহারাজনা য়াথং পীহুনা তম্বা য়াহনখি[৩৯] হৌজিকসু থাঙ-তা তম্বা লেপ্লদ্রি।

---

৩৭। "চৈথারোল কুম্বাবা", ১৯৬৭, লাঃ ২৪

৩৮। ঋতু, ৭৫ শুবা মশীং ১৯৮৫, লাঃ ৮৯, রাজকুমার সনাহল, গুনেশ্বর শিংহ, সংকলন, ২৯০০, লাঃ৫

৩৯। মথককী লাইরিক অসিমক্কুদগী, লাঃ ৫

খুন্নাই অশিগী চংনবী ওইনা লাল চংলমদাইদা মশাগী অমদি লৈবাককী ওইনা পুংকম খেনকম, কৈচিনগী ময়োল, থরানমিচাককী খেল লাইজাউ মাইগৈ কদোমদা লৈবগে হায়বা য়েংলগা খোঙশাম্নরম্মী। কঙবা মায়োক্নগদবা থুদম উরবন্থু মতুং কোক্নবা শাজেল তৌরগা তেঙ্গোল শান্নবা থৌরাং তৌই। থেঙ্গৌগী কিথুপতা অশিথোঙ, অচঙথোঙ মাইহরি। অশিথোঙগী মায়কৈদা য়েক্নবা লৈহৎবা থৌরাং তৌই।[৪০] পোকপা শিবা অনিমককী থৌরমশিংদা থাঙ হৌজিক শীজিন্নরি। ইপান থাবদা থাঙ লাংজি। শিন্নবদা মোংকমদা থাঙনা লৈয়ি ৭ চিংথুনা শীজিন্নরি। লাই পাখঙবনা ওইখিবা চলাইয়েংবা থাঙনা লৈনতাক খোঙবান্দা লৈরক্না পাম্বী ওইনা হৌখিবা মীংশিংবা ওইনা অহল-লমনশিংনা হৈরক হায়বা খোমথোক অমা ঙসি ফাওবদা মপোজি মরাইদা শীজিন্নরি। শকা লানকাক্নবা মীনা কঙনা কোক্নবা মচা মঙদা তেম্নবান্দনবা এনবুম হুইয়োন চনবা হায়ত্থুনা থৌরম অমগু পাঙথোকনৈ।

জগোইগী শাথেক্তা থাঙ-তাগী মমি তায়, থাঙ-তাগী খোঙলোন, থুংলোন, শাথকতগী মাপেম ফাউরবা রাস জগোই অসি থোকখ্রিবনী হায়বসি থাঙ-তাগী অথঙ অহৈশিংনা য়াম্নরকই। থাঙগী থুজেং লৈবী, খোঙকম চুশিন্ননা তমদবা য়াদে। থুজেং অহুককী মতিক নৌরগা নৌদবা মীদগী হেন্না থুদোংঙাবা থাঙ হায়বা মতমদা লৌবা ঙম্মী। " থুজেং লৈবী হায়বদি থাঙ হাইবদা লাই হরাওবগী জগোইদা অমদি রাসগী জগোইদা হশী শীজিন্নরে। শীজিন্নরিবা থুজেং লৈবী অসি লাই হরাওবদা অমসুং রাসকী জগোইদা শীজিন্নবদি থুজেং লৈবী থুং-

৪০। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, "সাহিত্য', ৫২ শুবা মশাং, ১৯৮৫, লাঃ ২৩

লোন জাং অমত্তা শীজিন্নবৈ অতুগা থাঙ হাইবদা শীজিন্নবা থুজেং লৈবীনা থুংলোন অনী শীজিন্নৈ। থাঙদা শীজিন্নরিবা থুজেং লৈবী অহনবী অসিদি জগোইদদি শীজিন্নদে। ...জগোইদদা নত্তনা পালাগী চোলোমদা, পুং চোলোমদা অমসুং কীবমদা থাঙ তাগী কীবম কয়া-মরুমগা মান্নবা য়াম্না য়াওই। পুংগী খোঙথোঙ শাবা, থাট তাবা পুংগী বাক লৈবদা থাঙ্গা মান্নৈ।"[৪১] জগোইরাস হৌদোকপসি চৌংথংখোম্বা (১৭৬৩-১৭৯৮) গী মতমদা হৌদোকখি। মথং মথং চংথরকপনা পুংগী রাগশিং অমসুং চোলোম মখল মখল লাকহুনা ভসিগী মওং অসি ওইরকলিবনী। মরম অতুনা থাঙ-তা মহৈগী কাঙলোন্দগী শেমদোকপনী হায়বসি নাইত্তে চাবা রাকমনি। মৈতৈগী নাংনা তো-ঙম্বা লম (হীরম) অসিদা তাবগী মরমস্ত মসিনি হায়বা য়াই।

লৈঙাকলোনগা মরী লৈননা লাস্থিং পুরেন কম হাপ্পদগী চাংয়েং থুংলাই অমা ওইনা থাঙ-তা শীজিন্নৈ। কম অসি হাপ্পদা মীতুগী মত্তিক মথৌনা খঙনবা চাঙেংদি চাংয়েং তৌনরিবা অনি অহুম অহু খুহুপ ১০ (মিঃ ৪,৫৭২) পাকপা তম্না শাংবা লানবন কোর অমগী মনুংদা মথং মথং থাজিন্দুনা চায়নহল্লি। খৌরি কম্নবা খোথাংম্নাই অহু থাঙদোননা ককপা ভম্না নিপাহুবু মেঞ্জর কম হাপনৈ। অতোপ্পা মওং অমনা লৈবাক্তা কৈগন য়োনা কুমগা অতোপ্পনা লংলকপা তাবু অ-হুনলক ওকপা ভয়বদি নোংখোনবা কম হাপই।[৪২]

থাঙ অসি চাওরাক্লা অনি খোক্লা থায়দোকপা য়াই মহুদি "লৈতেং থাঙ" অমসুং য়াম্নবা। ফজনবা মীয়াম্না য়েংবা মুংঙাইনবী হোৎনহুনা

৪১। মণিপুরী ষ্টেট কলা একাদমী, "মণিপুরী জগোই সেমিনারগী মশক", ১৯৭১, ইম্ফাল, ১৯৭৫

৪২। 'সাহিত্য', ৫২ শুবা মশীং, ১৩ শুবা তোঙুম, ২৫

থাঙগী খুৎলোন খোঙকম হৈবা মীওই অমনা মশা মথন্তা থাঙ হ ইবনু লৈতেং থাঙ, হায়বদি লৈতেংগী মশক ওইনা হাইবনু থঙনৈ। হাইবা মতমনা লৈতেংগী মশক মশক ওইনা থাঙ অনী শীজিন্নহুনা নত্রগা থাঙ অমা খুং য়েংনা পায়রগা ওয়না চুংশোই পারহুনা হাইনৈ। অতুমনা হায়বদা থেংজিন্নবগী মথোন থোক্লবদি থাঙহাই শোইরবনি হায়না লৌনৈ।[৪৩]

লৈতেঙ থাঙ হাইবা মতমদা হাইদ্রিন মরাককী মশাগী ঙক শেপ্রাক, কোক অমসুং কয়াং কারক শীনদা পুথুনা হকচাংবু থাঙ হাকচাংগী কাংলান শীজিন্নহুনা পুনকুপ কুপশিন্নদা হেৎননৈ। হকচাংগী ফিননদি লৈনিঙবা মওংদা লৈবা য়াবগী মওং উংলি-হকচাং থরো থরো শুননা ঙক, হকচাংগী মথক থঙবা শরুক পৈথোক পৈশিন লৈথোক লৈশিন তৌবা, শেঙকমদি মাঙলোমদা নত্রগা তুংলোমদা চংথোক চংশিন তৌবা, কৈনা কৈনা চৎপা কোয়না কোয়না লেশিন্দুনা তোঙান তোঙানবা মওং কয়া উৎতুনা অহৈনা মীনা নীয়াম মামাঙদা উৎথকপা লেমজনিংঙাইহনি লৌনৈ। মৈতৈগী থাঙলোন খোঙকম অমসুং চোৎনবগী মমি তাহনবা মওংনি। "য়াম্বা" হায়বসিমকতি অমনা অমবু ভম্বা হোৎনবনি। অয়াম্বা মতমদা অনিগী লম্বা ওইনা তৌই। অতোপ্পা খুৎলোন থাঙহাই, খোঙকম চেকশিন্না য়েংহুনা হকচাং শোকহন্দনবা হোৎনবনা মরুনি। মসিদদি মীগী থাঙ ফাবা, খুৎফাবানচিংবা তৌই। ইন্নরকপদা খোঙগা খোঙগা য়েৎশন্নবা য়াওরকহুনা মুক্লংগী মওং উরকপা থেংনৈ। চোংথোক চোংশিন চেংথোক চেংশিন তৌরকপদি শরিৎ শরাককী মওংগা মান্নরকই।

থাঙগী মরোন থাঙলোন লৈ। থাঙলোন লৈরকপদা মহৈ অসি

---

৪৩। দি কলচরেল ফোরম মণিপুর, "নীংশিং চেকোং", পাঃ ১০

অতোপ্পা লৈবাক্তা মরী লৈনরম্বগী বাকম অথেংবা মতমদা ফংই। মীৎৱবাক্তা থাঙ ভম্বা মহারাজ চন্দ্রকীর্তি হাক্তক থাবম্বগী খুদম কঙ-বমক্তা তাকই। মাগী মতমদা অতোপ্পা লমগী থাঙ-ময়াং থাঙ লাকলে থাঙলোম্পা সির, হুটনহিংবা ময়াংলোন কয়া চঙবা হৌরম্ব। [44]

থাঙগী বাকম পল্লকপদা চুঙ্গাইগী বাকমসু ভভাইফদনা শাগোম্ন-রকই। থাঙগী থাঙলোন লৈবগুম চুঙ্গাইগীসু চুঙ্গোইরোন লৈ। থাঙ অমসুং চুঙ্গোই শীজিন্নবদা ওয়গী খুংনা পায়রিবা চুঙ্গাই অদু থবাক মপাদা অয়াম্বা মতমদা থম্মী। য়াম্নপা শিংকপা মতুংইন্না হকচাংগী কয়াং খুদিংমকপু ভাকথোক্নবগী কোয়হাই হাইদুনা শীজিন্নৈ। থাঙ পায়রিবা মীগী থাংহাই, ফিডুপ ফিরেপ মীং-না শিংনা য়েংদুনা থাঙলম য়েংলগা ভাকথোক্নবা হোৎনবদা চুঙ্গাইগী মরোল শীজিন্নৈ।

চুংঙ্গোইনা পালেম ইমানি, মশকতি চিংউ ইথৈলেল লনলৈমা লৈসিন লৈপুবী তেংবানবগী মমানি। থাঙ-তা, চুঙ্গাই, চুংবু খুংগু ঙইনা শুবদি অংথাকপী পালেমনা নাওয়োমজরগা, পনথোনা মচাব লৈকন পাফোংবিনি, কুবি নোংদম্বা পাঙশানা শিনতাকপিবনি। [45]

লাই শাংপা, লইথুক্নম্বা, উমংলাই হক্নাউবদা থাঙগী মথৌ অমসুং হাইবগী মওং নৈননিংঙাইনি। শাগৈগী ঙইনা লৈবা উমংলাইশিংগী তোঙান তোঙানবা থাঙওং-থাঙশক য়েংশনফম থোকলি। লাইগী থোগল তৌবদা থাঙ পাইবা মওই য়াওরি। পানথোইবীবু থারকপদা থাঙ হাইবগী মওংগা পকশিন্না 'পানথে ইবী থোঙ্গল' দম্ব ফংই। হক্নাওবদা মাইবীনা থাঙ পায়দুনা চেন চোঙদুনা থাঙ হাইবগী মওং উৎলিবসিংক পানথোইবীবু থেঙলেন হাইকুপ চেন্নবী হায়না থারম্বদ্ধ

---

৪৪। হুলা শিন্দমশংগী বাকম, "কংলৈথোন", জুন ১৯৮০, লাঃ ১৫

৪৫। জি. গৌরকিশর শর্মা, কৈক্তাওগা থাক্তী শারবদগী মংবা বাকম

নীংশিংই। লাইরেম্বীনা থাঙ হায়বগী মওং মতৌ লাকশীন্দুনা মাইবীনা লাই হরাওবদা থাঙ হায়বনী লৌবশু য়াই। লাইগী অপেনবনা মীওই-বগী অপেনবনি খনবা মৈতৈগী মুংগী বাখল্লোনবু কোংদোকতুনা। লাইগী হরাউ মথোই কাহন্দুনা লৈপাক য়াইফ-থৌরাং হেনগৎনবা। য়ুম্বাল কৈবাল কগৎলকনবা পাঙথোকপা থৌরমনি।

থেঙ্গৌরোনগী খোঙকম মতুংইন্না থাঙগী খোঙকম খোঙলম করি-গুম্বদা মমিং থোন্দুনা শীজিন্নবগী মওং নৈ। মালেমদা খোঙথিন অহুমলক থিন্দুনা থৌ হৌবা থাংলোন লাইমিংবু 'রোথাং লিকপা' (খোঙ অনি চাং মান্নবা লেপলগা য়েংকী খোঙনা থৌহৌ অহুমলক থৌনবগী মওং), অহুগা চোংথাক চোংশিন তৌহুনা হৌবা থাংলোন' লাইমিং নোংথাংপাই। খোঙকক অহুমবু চানা খোঙ থাঙহুনা থৌপুববু 'শাজুমথেল লৈশা লৈনংপা' অমম্বং থাঙবু কোক য়োমহুনা হায়ববু লৈকোই হায়না খঙনৈ।[৪৬]

থাঙ তা থুংগু থুংলাই শাবনা ফিশেং শেংতুনা থাঙজা মুমিংতা শাবনা শারিবা থুংলাই অহুগী মতিক মঙম লৈ হায়বা রাকম থাঙশাবশিংগী বাখল্লা হৌজিকসু লৈরি। লোঙশা তরেং পামবা লোঙ শাবদা থাঙজা থুদিংমকতা লোঙশা অমমম শাহুনা পুনশিল্লগা লোঙ অমগী মশক লেপ্পবদি মতিক মঙম লৈ হায়না লৌনৈ; থাংজা তরেংকী লোঙনি হায়নৈ। কাঙলোন চুম্না শারবদি থাঙথুমদগী থাঙ শংতোরকপদা নোংথাংগুম্না মঙান নাইগনি, য়েক্রবম্না পাখংকনি, তিনমু লাইমু ফংতবা চঙবা ঙমলোই-অশিনচিংবা বাখল্লোন কয়া চংনরকই।

---

৪৬। মথককী অর্থঙ—অহৈ অসিমতদগী ফংবা রাকম

খ ) তা

থাঙগুম্না তাশু য়াম্না মরুওইবা থুংলাইনি। য়েলহৌঙৈদগী চৌনা মৈতৈশিংনা শীজিন্নরকই হায়না অরাম্বনা লৌনৈ। মৈতৈরোন অম্রিবদা তাবু তিমেন চুংবু মরোং কৌই। চায়নরোল হায়বা লাইরিক্কী মতেক থরদং লৌথংলি-হৈয়েম কাংবীগুদি লাবা পোংলোই মশীংগুনা থন, মরোং চুংদি গুক্তা হক, তিমেন তাদি থুত্তা পায়না হয়েন লম্না-রকএ।" [৬৭] তাদি চৌং অমসুং তম অনিমকতা শীজিন্নে।

ওল্লিঙৈ মতমদা অকল অথৌশিংগী মতিক মঙম উংনবা থুদমনি। চংনবী অমদা লাকপা চায়নরোলগীদমক থরাই কাওবা পোনথ ওইমনবগী থুংলাই অমা ওইনা শীজিন্নরম্মী। অথোবশিংগী মরক্তগী অমনা তা হায়া লংহনা মথুং চুম্বা তামরম্মী, অহুগা কনাগুম্বা অমনা হুরকপা তা অহুনা পান্দুনা ঈ থজিক্তুং ওইরবসু থোক্লবদি তা লংলিবা মহাক্না অতম্বা শকনরম্মী। শোকলিবা নিপা অহুনসু তা লংহনা পালহল্লিবা নিপা অহুগী মরান ওইরে হায়না লৌনরমম্মী।[৬৮]

অমনা অমবু অতম্বা শকপা হায়বসি লাইগী বায়েলনি, লাইনা অরানববু মশক তাকপনি লৌনৈ। হৈয়েম কাংবীগু অমশুং নোংয়াম্ব চাথা মোইরেম্বা অনিনা চায়নবা মতাংদা মোইরেম্বগী তামা কাংবীগুগী মথুদোনবু থজিক থেংহুনা পাল্লবদা কাংবীগুন সম্পোং থোইবদা কাকৈনা ঈ চুপথিবনী হায়মা হায়বদগী মোইরেম্বনা, মরম অস্রিনা থুদম ওইনসু, লাই বায়েন তৌসনু হায়হুনা হায়থি—" নোংয়াই চাথা

৬৭। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র ( সম্পা: ); " চায়নরোল ", ইম্ফাল, ১৯৬৮, লা: ১৭

৬৮। মথককী লাইরিক অসিরক্তদগী,

মোইরেংনা পাখৌ হৈরেম কাংবীগুও কে'রৌ মুমিং শীংবুম মঙানিদা হৈরেম নপন লমনা চুমশনো রাশকনখিয়ে।[৪৯] তা লংনচুন অকল অংথৌগী ওইবা মওংদা চায়নবসিদি রাক্কম অম-অনিদমক থেংনবা নপ্তে। তাবু অচুম অয়ান লেপ্পবা খুংলাই অনা শীক্তিয়বা, লাইবু থাজবা মৈতৈশিংনা অয়ানবা মীবু লাইনা রাংরকসু হায়বা রাখল্লোন মমাংতৈ-দগী হৌনা লৈরকই।

খুংনা থাঙনি, খোঙনা তানি, মিংনা তেল্লি, কিচুংনা চুচনি লৌনরকই। পোং থাবদা থাঙনীঙনা মখোঙ শুক্তিনহ, পোং তাঙ হৌবনে ফবস্থ হেনবনি হায়না অহল লমন্না হায়নবা লৈ। তা কৌংদি শাতানবদা পায়বদা খুদোং চাই হায়বগীদমক তা কৌই। "তা হৈনা মুপা অমনা লান চংবা তারবদি তা গহব লে ময়গনি, মচুদি হাকথং ত', চায়নাতা, তারোন তা অহয অসি থেংপা, য়ানবা, পায়বা তৌ-গনি। চৌম্ব য়াওগনি।[৫০]

তাগী মথক য়াম্মী-লম্‌, লাংসাই, থংনিং, সগোলতা, খৌসাতা তাপাক তানান অসিনচিংবা। মৈদিংগু খাগেম্বা (১৫৭৫১-১৬২৬) না পানবা মতমদা থাগীগী মী লাকপদা মুংকেং পুখ্রিদগী থাড খো-খোম্বগা কোয়না ফংখিবা খাংগুনহা তানা হাংখি।[৫১]

মৈতৈগী শগোল লানমীনা মরুওইনা শীক্তিনরম্বা অয়াম্বাই মথক অমগী তানি। খুংলাই অসিগী মপান্না থংনবা লৈবাকশিংদা চিন্নবা মতম কয়াদা মৈতৈ লানমীগী মতিক-মঙম তাকখি। শা-লানগী

---

৪৯। মথককী লাইরিক অসিমক্তদগী, লাঃ ১৯

৫০। দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর, 'ঋতু', ৭৫ শুবা মশীং, লাঃ ৮৮

৫১। রাজকুমার সনাহল, "মণিপুর ইতিহাস", ইম্ফাল, ১৯৪৭, লাঃ ৪৩

মত্তমদা থাদোক্লবা য়াত্রবা খুংলাই অমা ওইনা শীজিন্নরক্লবা খুংলাই অমনি। মৈতৈ শগোল লানমীবু চীং অমস্তুং য়ুমলোম্লবা লৈবাকশিংনা অকি ভুজুংনখিবদি খুংলাই অশিগী মপান্দগীস্তনি। ত্তা পায়বা লানমীনা চঙবদা ত্তা মথল অহুম-হাকথংত্তা, চংয়না ত্তা, অমস্তুং ত্তারোন ত্তা পায়ন্থনা চঙনরম্মী।

অরাম্বাই খুংলাই অসি অরাম্বা মকমদা থাপ্পা লংথুনা শীজিন্নবা মৈতৈ লানমীগী খুংলাই অমনি। অরাম্বাই হাঁহৈ অসি হৌরককম অস্তুম্মা লৌবা য়াই। মথুদি অরাম+বাই, অরাপ+পাই অলাপ+পাই লাপ+পাই। শম্মা, অরাম্বাই মৈতৈ লানমীনা লাপ্পা লঙথুনা পাইনা চংশনবা য়েক্লবদা শীজিন্নরম্বা খুংলাই অমনি। শগোল তেংবা লানমীনা শগোল সাবনগী য়েত্তা খুংলাই অসি পন্না হাপ্পা তেন্দোং অনি য়ানবা তঙাইফদবনি।

অরাম্বাই মথল কয়ামুকতী মস্তুংদা মরুওইনা মথল অনি থোক্কা থায়দোকপা য়াই : ১ ( অরুম্বা উ অমস্তুং য়াইরি শিজমন্থনা শেম্বা অরাম্বাই অমস্তুং ২ ) বাশা নত্রগা বাচেং শীজিন্নথুনা সাবা অরাম্বাই-মথল অনিমক শাবদা মরুওইনা ভম্লিবমথৈ ভুমহল্লবা মচিন, চা অমস্তুং উচেককী মতু শীজিন্নে। অতুগা তঙাইফদবা লৈরবদি লংস্থু অহুম্মক য়াওনৈ। ইচেককী মতু অসি কাইনথঙদদি য়াইবিগী অরাম্বাইগীদমক লাংজা কৌবা উচেককী মতুনা অতুগা বারী অরাম্বাই শাম্লনবগীদমক-তদি বাহোংগী মতু শীজিন্নরকপগী বাকম অহল-লমনশিংদগী ফংই। মচিনদি য়োংনা ওইবা নত্রগা য়োং তোপথুনা শীজিন্নরম্মী। "ঽ বাংখৈ মৈরাবনা খোংজোম লান্দা লংথুদ মওং মানবা মওংদা শেমদোকপা মুংশিং চঙলগা মৈহৌথুনা তাক্লবা মফমদা শোথাইবা অরাম্বাই মথল অমা শীজিন্নখি।

৫২। "ঽ কংলৈখোল", ২ওবা চহী ১৩ওবা মশীং, ১৯৮০, লাঃ ২৯

খুংলাই অসি য়াম্না কিনরম্বগী ময়মদি - ১) খুংলাই অসিগী মচিন্দা হকচাংগী ঈগা থেংনবদা শিবা ওম্বা হু তৈরন্দ্বা অমসুং ২) লংনীংবা মওংদা য়াম্না শাম্না লংবা য়াবা ময়মদগীনি। শগোল তোংবা লানমীনা শগোল য়াওনা থৌরগা লংবা মতমদা অমুকন্থ হেম্না চংলি। খোইদোক্না হৈশিংলবা শগোল লানমী অমনা অরাম্বাই চুমবা মতমদা মশুং খুদিংদা ফিবম ফিরেপ খুদিংদা ছনবা ওমই; শম্না শগোল থৌনা থৌনা খুংলাই অনিবু য়েং, ওয়, মাও, তুংদা অমদি হকচাং লৈথোক লৈশিন তৌদুনা শগোলগী মঙককী মথা মথাদতা নত্তনা মবুককী মথাদা ফাওবা লংবা ওম্বী।"[৫৩]

মৈতৈ লৈবাককী শগোল তোংবা লানমী অমসুং অরাম্বাইগী ময়মদা বাহেংবম য়ুমজাওনা ইরম্বা "রিপোর্ট ওন ডি আর্কেওলোজিকেল স্টাডিজ ইন মণিপুর বুলেটিন নং ১" দসু শেংনা য়াওই। মৈদিংঙু খুম্বাওন (খৃ: ১৬৪২-১৬৬৬) পানবা মতমদা লৈমা তাংজখোম্বীনা শগোল তোংহুনা অরাম্বাই শিজহনা য়েক্নববু মাইথিবা পীহুনা হুংেখাই অমদি বাইনেমগী লমশিং মৈতৈ লৈপাক্তা তিনুশিল্লম্বগী বা থেংনৈ। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা ইং ১৮৭৪ দা জিলা দরবার লেংবদা অরাম্বাই পুরম্বগী বাকম থেংনজে।"[৫৪]

মৈতৈ ফুনীশিংম থাও তাগী মহৈ অসি তারম্বী মথককী বাকম অসিনা তাকই।' ১৪৪৩ দা মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বনা অক্লা নাথিবদা মৈতৈ লৈমা লিনথোইঙম্বীনচিংবা লৈবাক অপুম্বা তাংখমদা থৈম্নিদৈ।

---

৫৩। মথককী লাইরিক অসিমক্তদগী, লাঃ

৫৪। হুদা অরাম্বাই, হুদা লিন্দমশঙ, কংলৈথোল, ইম্ফাল, জুলাই, ১৯৯০, লাঃ ২৮

তোংখুল চীংশাং শূমনা, হুপ্পা লান হোৎক্লুনা খোমগে লাকপবু হম্মা কাহৌঞ ' হায়না চৈথারোলে কুম্মাবনা হায় । [৫৫] ১৬৫৪ দম্মু মৈতৈ লৈমা তখেম্বীগা খুরাইলৈমা সনা খোনবীগা কিয়াং নাবা চংএ । কিগোং ভমএ [৫৬] অস্তুমনা মীচম মুপীমক থাঙ-তাগী মহৈ তম্বীরমগ্রবমু নিং-খোংকোনবী মুপীশিংদি মতম অমদা থাঙ-তানচিংবা মহৈ নীংথিনা তম্বীনরম্মী । নিংথৌগী মচানুপীশিংদি শগোল তোংবা, লাক্ল-কানবগী মওং অমম্তুং থাঙ-তাগী মহৈ নীংথিনা থরদি অচুমক বুধচন্দ্র মহারাজনা পানবা মতম কাওবা তম্বীনরম্মী । পাওনম ব্রজাবাসীনা থাং-তা ঔরাইবা অমম্তুং তম্বা তোয়না য়েংবদগী পাওনম নিংডোল ইবেনথোইনা ইরোই-সেম্বা চীংজিল্পা কৈজাউ অমা হাংপা ভমখি হায়নবা লৈ ।

তা পায়না লানমীনা চঙবা ভমদনবা হকচাংগী ঈগা থেংনরগা শিবা য়াবা মচীন তুম্বা ' সৌ ' হায়না খঙনবা পুংলাই অমা শীজিন-নরম্মী । মরুওইবা সৌ মখল অনি - ১ ) খুয়া সৌ অমম্তুং ২ ) খু-বোম সৌ লাং ওইনা খুয়া অমম্তুং খুনোম শোক্লবা থাক্সরম্বসি তাগী লানমীবু কীবদগীনি । তাগী লানমীশিংনা, মরম অচুনা সৌ লৌ-থোকপা হৈনবা শাজেল তৌই । খৌ চোংবদা খুনিং কাওনা চোউবা খোঙম্মু মমিৎ শিংনবনি হায়নৈ । খুং য়েংনা তা পায়বা ওয়না চুং পায়বা মরমনা তা অমম্তুং চুং শাগোম্নগদবা থুংলাই ওইনা লৌনৈ ।

তাগী মখোক্তি বা, লি, সিংকাপ অচুগা ময়াম্মা চাখোক হায়না খঙনবা উ মখল অমনা পাল্লি । মনিংদি লাংশোই অনদি থংনিং-গুবনা হাপনৈ । কজনবগীদমক মতু মখল কয়া তাখোক্তা য়েংনৈ । তাখোক চনবদি হৈগ্রু, বোম্রোই, মাইরোংবী অমদি খোংনাংনচিংবদা

---

৫৫ । চৈঃ কুঃ লাঃ ৯

৫৬ । মথককী লাইরিক অসিমক্কদগী, লাঃ ৬১

সোৌবা চানা চন্নে। মকম, মরম অমসুং পায়গদৌরিবা মীগী মতুংইন্না তাগী অসাংবা, অরুম্বা অমদি অচাউবা লেপনৈ। [৫৭]

তা পায়বা মীনা মরুওইনা লানমীনা খুদোং য়াই খরোম য়াই হাপনৈ। চুংদি ইরোই অমসুং শম্ফং মউন্না শারগা অকিবা শক্লম য়েকশিন্নে। নিংথৌগী মাঙদা খুৎলাই কনবা থৌবা তানবা মতাং ফাওবা য়াওই, মরুওইনা চীংমীশিংনা মখোয় মখোয়না পায়রকপা খুৎলাই কনবা তানবদা অমগী তানা অাতাপ্পগী চুংদা থিনবা য়াওনরমম্মী। চাংয়েংনবদা থিনবদা ফাওরবদি আথৌবা তা নক্নে, অকনবা চুঙনি হায়না লৌই। অম্নমনা চাংয়েংনবদা মায়পাকপা কংলবদি লেম্নবা ওইনরম্মী।

তা থৌশাবা মতমদা থৌশারিবা কনাগুম্বা অমনা শেৎনি-ই হায়তুনা অপাম্বা কি অমা হেক্লা পামই নত্রগা ফৈজ হায়তুনা শেৎপা য়াদে। নীংখম শমজিন, খুদাংয়াই, খুরোময়াই শিরোনবা খোঙ্গ্রাই থক্লা থোনমা, ফিরান নাম্মথক্লা নামা থেৎপা নিংথৌফি তাজিন শয়াং, তানচপ .... হায়রিবা পোংলোই অসি তাববা ... অথম থেংগো শাবা চিংগোন থেন কারবদি মহাক পুনসিদে, লৈমা নিংথৌগী ফত্তবা ওই। লৈবাক রায় তৌহৈদে, চাকতোন ফিদোন লোম্বা কৌই। [৫৮]

থাঙ-তাগী মহৈ অসিবু তমলিবা নত্রগা মপুঙফানা খঙলবা অমসুং হৈরবা মীওইশিংনা চাকচা য়াহিপ, পোথাবা মতম নাইনা পাঙথোকনৈ। চহৈদবা চীঞ্জাক চানদে। চাবা য়াবা মরীচৎপা পোংকী মখাদা অমদি কোনথোংচৈ, ফিয়ানখোকনচিংবগী মখা লিংজুনা চৎনদে। থকসিখাসি, অখঙ-অহৈ, অহল-লমন মশক খঙনা চৎকদবনি হায়বসি থাঙ-

[৫৭]। 'কংলৈথোন" ১২ শুবা মশাং, ইম্ফাল, ১৯৮০, লা: ১৭

[৫৮]। চৈ: ফু. ফুটনোট', লা: ৩:৪

তাগী মহৈদা খে:ঙদারক্রবা মীওইশিংনা লৌনৈ। হৌজিক কাওবদা মহৈ অসি তম্বা মীওইশিংনা থকসি-খাসিবু ঙাকনা চংনরি। হৌজিককী মতমদা লাইরিক তমফমশঙশিংদা মহৌশাদগী চংনরক্লিবা থকসি-খাসি থম্বগী মঙং অসি পানশনবা ঙমদবসিমক লাইবক থীবনি। খুনাই অসিগী মহৌশাদগী লৈরক্লবা থাঙ-তাগী মহৈ অসি পাকশম্না তম্বীরবদি থকসি-খাসি ঙাক্না থক-খা নাইনা চংলককনি হায়বসি অইবগী থাজবনি।

শেংনমক হায়বা তারবদি, থাঙ-তাগী মহৈ অসি য়োৎখৎকম থোক-ই মসি য়োকখৎপনা অমগা অমগা উশিংনদবগী চাং হনথহন্দুনা কাং-খোং চাইরবা খুম্নাই অমা ওইবদগী কনবা ঙমগদবা উপাইশিংগী মরক্তা অমা ওইগনি। হায়বা য়াই-মৈতৈনা চাউথ্রবা বৃটিশকী লানমীগী মতিক ময়াইবু অমসুং পাঙ্গলবু মায়য়োক য়াহনা থেংনখিবদা থাঙ-তাগী মহৈ অসিনা চাউরবা মফম অমা কন্দুনা থম্মী।১৮৯১ গী মৈতৈশিংগা ইংরেজশিংগা শোকনখিবা লান্না মসিগী খুদমনি। মরৈবাক সুংশিবগী মথক্তা থকসি-খাসি ঙাকনা চংনখিবা অমসুং মহৈ অসিগী মতিক মঙমনা ইংরেজশিংবু থেংনবা ঙমখিবনী। মনীং তম্বা লৈবাক অমা ওইনা নীংশিংবা থোক্তবা মতম কয়াদগী ১৮৯১ কাওবা মৈতৈশিংনা মহৈ-সিগী মপান্না খুম্নাই অমা শাগৎতুনা লৈরকপা ঙক্লিংঙাই ওইদে। মনাৎপু সুংশিজবা মৈতৈ মচাশিংনা ঙসিসু থাঙ-তাগী মহৈ অসি তমনরি। নিংথৌ পাল্লিভৈদা মহৈ অসিদা পুক্লিং চঙলম্নগুম হৌজিকসু লৈবাককী লৈঙাকলোন পুরিবশিংনা বাথল মুম্না থনবীহনা চাওখৎনবা হোৎনবীরবদি অতৈ ফুরুপকী ওইবা হীরম অসিগা চান্নবা অতোপ্পা মহৈ কয়াগা লাম্বা তৌনবদা হুন.থবা ওইরোই। অময়োমদা থকসি-খাসি বাংলক্লবগুম উবা খুম্নাই অমা ওইরকপদগী কনবা ঙমগনি।

———————

# মণ্ডাগুবা তাঙ্কক

## 'মুক্না অমসুং মুক্না-কাংজৈ'

### ক) 'মুক্না'

খুংলাই শুকয়াও য়াওদনা শান্নবা মশান্নশিংগী মরক্তা মৈতৈগী মুক্নাসু অমনি। পাঙ্গল অমসুং লৌশিংতনা শান্নবা নিপা থোকপা মশান্ননি। ঙল্লিতৈ মতমদা মশান্নসি 'হাউমুক্না লেংকাই চনবা' হায়নখঙনরম্মী। নোংয়াই থোংবু য়াইমুচাপা মোইরাং খোইরী তোনজাওখুগা চায়নবগী মতাং অমদা চায়নরোল কৌবা লাইরিক্তা থেংনৈপাথৌ খোইরী তোনজাউগুও খোকলাং পমশিংনবগী তিমেনতা পান্দবা অসিদি উনবী পুকনিং পৈনকাঙরিয়ে, শমু খুৎনা ফংনা হাউমুক্নালেংকাই চনখিসে হায়না তেমশিংনখিয়ে।[1] লৈশেমলোন্নচিংবগা মরী লৈনবা অমসুং অকন অথৌগী ওইবা অরিবা লাইরিকশিদসু 'হাওমুকলেংকৈচন মোংবা তাচিন খুরৌ য়েৎনবা' হাইনসু ফংই।

'মুক্না' বাহৈ অসি 'মুক্নবা' হায়বা য়াহৈদগী থোকপনি ; মুক্নবা হায়বদি ভাব ওইনা শীজিন্নবদা- ১) ইনবা; ২) তাকপা, ৩) অমা নত্রগা অমদগী হেনবা মী, শা নত্রগা পোৎনা অমগা অমগা ঈনশিন্নবা, তাকথংনহনা লৈবা, ৪) মী অমগা অতোপ্পা মী অমগা নত্রগা অমদগী হেনবগা য়েংশিন্নবা; উশিংনদবা অমসুং শাউনবা, ৫) কন্নিগুম্বা হীরম অমদা মী অমনা অতোপ্পা মী নত্রগা মীশিংবু ওন্নবা হোৎনবদা অসিনচিংববু মরুওইনা থঙনৈ। অসিগুবা য়াহনথোক লৈবা

---

১। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা:), "চায়নরোল", ইম্ফাল, ১৯৬৮, লা: ৮

থাংহে অসি ভাব' ওইনা শীজিন্নবহু নাউন ওইনা শীজিন্নরগা মরু-ওইনা অকোনবা মঙাওবদা পূরিবা বাহনথোক অসিদা শীজিন্নরক্লনা মশামসিবু খঙনরকপনি। হৌজিককী মতমদা মুক্লাবু রেসলিং মওং অমনি হায়না লৌনরকলি।

মরম অদুনা মুক্লা হায়বসি শন্না হায়রবদা, মী অনিনা লাম্বা তৌনদুনা পাঙ্গল লৌশিং পুথোকতুনা থুংকা থুংকা পায়নদুনা মত্রগা খ্বাঙগী কি পায়নদুনা খোঙ অমসুং খুৎ শীজিন্নদুনা অমনা অমবু থুকউ অমসুং মসিগী মথক থংবা হকচাংগী কয়াংপু পাঙ্গল অমসুং লৌশিং শীজিন্নদুনা লৈবাক্লা তাহন্নবা হোৎনবা নিপা খোকপা মশামনি; মহে (হৈশিংবা) নি। মুক্লা ওবা অমগী বাফমদা "মীবু খোঙ খুৎকী লৌশিং মহেনা মরু ওইনা মুন্নদুনা নমদুনা তুহল্লি হায়বগী মরমদগী মুক্লা কৌনবনি।"[২]

মুক্লা শান্নবসি লৈশেমলোনগী হেক মতুংদগীনি হায়বসি আর্কাই-ভেল সোরচ ওইনা কংই। লৈথক লৈখারোন অমসুং পদ্দিনগী মতুং-ইন্না হয়িচক্লা পাখঙবা অমসুং সনামহিগী মপানা পাখঙবদা লৈবাক পীরবদা মচা অহল সনামহিনা শাওরদুনা মনাও পাখঙববু ঙম্বা বাথল ভৌরগা লাইয়িংথৌ মশামক্লা সমদোন লাই অয়াংবগী মশক লৌদুনা শগোলগী মশক লৌনা শায়োন্দুনা লৈবা পানবা ঙমদনবা মালেম নম-থাইদনা চায়থাইরবদা মনাও ইবুংঙো পাখঙবনা লোম্না য়োংকী লাং থাক্লুনা ময়াম্ববু লাংদা থুহল্লে। লাংদা থুরবদা পাখঙবনা চোংশিন্দুনা ময়াম্ববু মশা ক্ষাপে হায়না হাওমুক্লা লেঙকাই চন্ন মোংবা তাজিন থুরৌ য়েংনা মুক্লদুনা নমদুনা ক্ষানবা হোৎনবদগী অমসুং লারু-ক্ষান তৌবদগী মুক্লা

---

২। খোকচোম কমল সিংহ, মুক্লা কাঙজৈগী হৌরকফম অমসুং শগোল কাঙজৈগী হৌরকফম, ইম্ফাল, ১৯৮৫, লাঃ ১২

হায়বা মইহেসি হৌদোকখি।

মসিগী তুংদা লৈনুং লোম্না অরিবগী হাক্তক্তা লাই কাংজৈ শায়বা লোয়রগা মনাই নোংশাবগা ওক্রেনগা অনিবু শীন্দুনা সনামহিগা পাখঙবগা শায়খিবা মুক্কা অসি শায়রনখি। নোংশাবা অমসুং ওক্রেল অনীনা শায়খিবা মুক্কাদা লৌরান [৩] ৬৪ নি; লাইয়িংথৌ নোংশাবনা নীঙ্গোং ওক্রেম্না লোংথ্রৌ হৈনৈ। নোংশাবনা নীঙ্গোং চনখ্রবদি নমথুনা মথারে, ওক্রেম্না লোংথ্রৌ কনখ্রবদি মমথুনা মথারে, ওক্রেম্না লোংথ্রৌ চনখবদি নমথুনা মরৈপরে।[৫]

অসুমনা লাই হরাওবদা লাইরেমনগী কেংমনা মুক্কা শায়নগী মওং লৈ হায়বা হরাওবদা মাইবীনা কাংজৈ পায়থুনা শানবগী মওং উংপা মতাংদা উরি। য়ামত্রবা খুঃ মমাং চঠী চারোন মরিশুবদা থাবা লৈরেনচাগী মতমদা মুক্কা অসি পাম্না শায়রবগী মওং লৈ। লাই হরাওবসি থাবা লৈরেনচানা হৌদোকখি হায়বা ৮ শুবা তাংকক্ত থেংনগনি।

মুক্কা মীওইবনা লৈকু লৈরাইনা লৈরিতৈদগী হৌনা শীজিন্নরক্লবা মইহে অমনি। কনবা অমসুং লৌশিং তায়বদা মুক্কা চাংয়েংকম খুৎলাইনি। মীওইবনা পঙলিদৈ, কাংলুপ মচা মচা তোঙান তোঙান লৈরিদৈ, চাউথংত্রিদৈ মতমদা মরুওইনা অরিবা মুঙগী মতম অমসুং মসিগী মমাঙদগী মশায়সি মথোয় মশেল অমনা অমবু খুত্তম চন্নবা হোৎনবদা

---

৩। মথককী লাইরিক অসিমক্তদগী, লাঃ ১১, রাজকুমার সনাহল সিংহ, "মৈতৈ মুক্কাগী মৈহৌরোল, মীৎয়েং, ২২ শুবা, ১৯৭৮, লাঃ ১৭-১৮

৪। 'লৌ' গী মতাংদা য়েংবীয়ু।

৫। ফুট নোট ২ দা পনখিবা লাইরিক অসিমক্তদগী, লাঃ ১১

শীজিন্নরক্কবনি। থুংলাই য়াওদনা পাঙ্গল সৌশিং শীজিন্নহুনা থুম্নাই শেমগংপদা মৈতৈগী মুক্কা চাউরবা থৌদাং লৌরকই। হৌজিক হৌজিকমক অতৈ অতোপ্পা মুক্কাগা নক্কনা চংপা মশাম্নগী ওইবা মহৈ কয়ামুক মৈতৈগী মুক্কাগা চপ মান্নবা উবা ফংদে হৌজিক ঐখোয়না উরিবা মালেম পুম্নগী ওইবা মশাম্না অমা ওইরিবা 'রেসলিং' দদি নঙ্গলগী শরুক নত্তনা অতৈ হকচাং কয়াংশিং লৈবাক্কা শোকপা য়াবহু মৈতৈগী মুক্কাদা য়াদে; দিফিনিসনগা মরী লৈননা অহৌবা থংনবা পেরাগ্রাফশিংস্থু য়েংশীনবীয়ু। থেসিস অসিগী লমায় ২৫৯ গী ফুট নোট অহুমগী বাক্যমস্থু য়েংবীগনি। মৈতৈ মুক্কাদা শীজিন্নরিবা লৌ মথলশিং থোইদোক্না লমদমসিদা চাউথংচরকপনি।

মুক্কা শাম্নবা মতম অমদা, থাঙ-তানচিংবা শীজিন্নবা হৈরক্কবদা থুংলাই পায়হুনা হকথংনরবদা লাম্না তৌনরিবা অনিগী মরক্তগী মায়থিরবা নিপা অহুনা মুক্কা অমুক হন্না শীংনবা চংনরম্মী। থুমন অঙম্বা নোংয়াই থোংবু রাইগুচা অমস্তুং মোইরাং খোইরী তোঙ্গাউস্থ অনীনা বান্না খোংদা চায়নবা মতমদা তাগী চাংয়েং তৌবা লোইরবদা মুক্কা শাম্নথি। তোঙ্গাউস্থনা থুপায় চেংহৌদবদগী তা লংবদা পালহৌদবদগী মপুক্কিং পেনদে মুক্কা শাম্নখিশি হায়হুনা মুক্কা শাম্নখি। "তনবা মীথনথাই অনীমক্কি শরেন নোংশা লাল্লাউথোলতম শমু থুংনা ফংনা লাক্লে।"[৬]

নিংথৌ পাম্বুনা থুম্নাই অমগী মশক চপচানা লৈরবা মতাংদা মোইরাংদস্থু মুক্কা শাম্ননগী রাফম নয়েক শেংনা থেংনৈ। থুদম ওইনা মোইরাংগী খুজুপ চাইবিয়া কৌবা পাখঙ অমনা মপাগী মরূপ হাও নিংথৌগী মফমদা লৈবা কান্দা হাওখুনগী পাখঙ পুয়মক মথন্দনা মুক্কা থাখিবদগী হাও ময়াম লৌতুনহুনা মানা তুমলিদ্রৈদা মকোক কক্কুনা তাংখিবা অমস্তুং থোংলেনগা পুরেনবগা মরূপ ওইনত্রিদ্রৈদা

৬। এন, খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা :), "চায়নরোল", ইম্ফাল, ১৯৬৮, লা: ৮

মুক্না শান্নখিবগী রাকম থোংনৈ। খৃ: ৭০০ ? খাইদা মোইরাংগী থঙ্বা অমসুং নোংবান অনী অফাওবা মুক্নারোই ঙাক্লনি। মখোয় অনিনা শান্নবা মুক্না মোইরাং কংলৈরোনগী শেশকপা ওঝানা শেথাবদি থোক্‌-লোকনা পুক্লিং হুনিঙাইনি ; মৈতৈশিংনা মুক্নাবু সুপা থোকপা মশান্ন অমা ওইনা লৌই তাকই। শ্রীএন, বীরচন্দ্রনা মাগী ফোঙজিরবা পিআইচ, ডি' থেসিস "সোসিও রিলিজিঅস লাইফ ওফ দ মৈতৈজ ইন দ আইৎ-তিন সেনচুরি, এ ডি" হায়বসিগী লমায় ১৫৩ দা মথাগী অসুমনা পল্লি-

"Both the games i. e., Lamchel end Mukna were the favourite games of the Moirang and khuman respectively. It is probable that, the games were originated from the two clans and adopted by the Meithei. The game of Lamchel was the first item of the festival."

অহুমকপু কংলৈ মৈতৈগী বারী নৈনবদা লাইহারক্তগী মুক্না থোকখিবগী মরম পনজগ্রে। অহুনা মোইরাং অমসুং খুমনদগী মৈতৈনা তমলুবগী থোইদোকপা খুদম লৈতে। মরমশিনা চমন্নবা থন্না লৈবনা খায়না ম্নানগদবা রাকম নত্তে। লমজেল্না ইহান হানবা আইতেম ওইগনি হায়বসিসু চংনবী তাকপা পুয়ানচিংবদা কঙবা ঙমদে। খুদোংচাবা মতুংইন্না অথঙ অহৈ ময়াম্না ম্নান্নরগা থোরম অমা হেক্না পায়থংপা চংনরকই।

৭। লমজেলগী মতাংদা চহিসি লেপ্পগী বারোল পীগ্রে। থম্ব-থোইবীগী থৌদোকসি খৃ: চহি চা ১১ দনিসু হায়নৈ।

হিন্দুতরিনা খঙব মতম কয়াগী মমাঙদগী মুক্রা শাম্নরকলবস্থ নিংথৌরোল কয়াগী থোকোক উম্লিবা চৈথারোল কুম্বাবদসি য়াম্না থেংনা মুক্রা শাম্নবগী খাকম অসি ইশিল্লি। ১৮৬৯ কী চাউরাকনা আগষ্ট সেপ্টং° বর্ষ থা খাইদা থাংগা নৈমনাই নিংথৌনাই শুন অনী হি তাম্নরবা মতুংদা মুকনা শাম্নহনখি।[৮]

১৮৯৪-৫ দা পানা মুকনা শাম্নবদা মোইরাংগা সাহেব ৮ গা কাংজ্ঞৈ শাম্নবা লোইরগা মৈতৈগা শাম্নবদা লাইফমনা থাই।[৯] অস্তুমনা ১৯শুবা খৃঃ চহী চারোন্দা মুকনা হায়বা মশাম্নসি সাহেবশিংনস্থ য়াম্না পাক্লা শন্না পাম্নরম্মী। ২০ শুবা চহী চারোনদসি মখোয়না মুকনাদা থরাই লুপ্লম্মী। মখোয়না মশাম্নসিবু য়াম্না পুক্লিং চঙনা য়েংলম্মী। ১৯০৫ দা নিংথৌ অমস্তুং বড়সাহেব অনীনা থৌবানগা কোইজিংগা খোঙ কাঙজ্ঞৈ শাম্নহল্লি থৌবাম্না ঙম্মী মুক্রা যাত্রাস্তু থাখি।[১০] অস্তুমনা চুরাচান্দ মহারাজনা পানবা মতমদা মশাম্নসি য়াম্না চাওখংশগী ওনবৈ ওইখি নৈপাককী ওইবা থৌরম অমা পাঙথোকপদা মুক্রা য়াওনা চংনরম্মী। চৈথারোল কুম্বাবদা ১৯ শুবা চহী চারোল তংখায় চম্নকপদগী হৌনা বোধচন্দ্র সিংহ ( ১৯৪১-১৯৫৫ ) গী মতম ফাওবা মুক্রা শাম্নবা অইবা খাকম মরাং কায়না চৈথারোল কুম্বাবদা চনশিল্লে। মৈতৈনা মুক্রাবু য়াম্না পাম্না মনাং অমা ওইনা শীজিন্নবগী ইথিল হৌহনা থম্লিবা খাকম-মশিং অসিমক্ত অতোপ্পা মীওই কুম্নপকী হিক্তরীগী ওইবা মওংদা রোকোর্দ তৌরমগনি খাজবা খানা থোকই।

---

৮। এম, খেলচন্দ্র অমস্থুং এল, ইবুংতোহল ( সম্পা. ) "চৈথারোল কুম্বাবা", মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৬৭, লাঃ ৩৮৪-৮৫

৯। মথক্কী লাইরিক সিমক্তদগী, লাঃ ৫১২

১০। মথককী লাইরিক অসিমক্তদগী, লাঃ ৫৪০

মপানথোংদা য়েংবদা মুক্লা য়াম্না কায়বা মশান্না অমা ওইনা উই। অতুমকপু মশান্নসি তরাইনা থনবা চুমদে। মশান্নসিদ শান্নরোই নত্তগা মুক্লারোই অমনা শীজিন্নরিবা তৌবা ওস্বা মতিক মগুম,পাঙ্গল অমসুং লৌশিং য়াম্নমক কুপই। পাঙ্গল কল্লগা হেক্লা মুক্লা হৈবা মীওই অমা কৌবা য়াদে, অথোইবা মী নত্তগা মুক্লাদা মায় পাক্লবা মী অমা হেক্ক ওইবা য়াদে; লৌশিং লৈরগন্থ অচুমডাই, লৌশিং লৈরগা মহৈসি হৈর হেক্লা কৌবা য়াদে। মুক্লা হৈবা শান্নরোই অমবু 'লৌহৈবা" হায়না শন্না থংবৈ।[11]

'লৌ' হায়বসি মুক্লারোই অমগী রাখল লৌশিং অমসুং পাঙ্গলগী অখুনবা হৈশিংবগী মওংনি; শান্নরোই অমগী তঙাইফদনা লৈগদবা মহৈনি। অহৈবা মুক্লারোই অমা ওইগে হায়রবদি লেপতনা হোৎনবা অমসু চঙই; খঙলবা হৈরবা লৌ কয়া, শান্নবা মতমদা শীজিন্নবা ওমদবা মুক্লারোইশিংনা তোয়না থেংবৈ। লিশাং শীংনা শান্নরকপা রাখল য়াম্না লৈবা অখঙ-অহৈ অমগী লমজিং কৌবা তঙায়ফদে। মী মীগী ওইবা তোঙানবা হৈনবী লৌ হায়বদি মুক্লারোই অমনা শীজিন্নবদা মানা হৈজবা লৌ ময়ামদগী থোইদোক্লা খুৎলোইজবা লৌ লৈনৈ। চংনরকপীদা, লৌ কুংনা খঙলবা অমসুং শীজিনবা হৈরবা মীওইশিং মশক খঙদুনা মথোয়গী লমজিং লমতাক মথাদা থকসি-খাসি ডাক্লা লৌ কয়াবু খঙনবা অমসুং শীজিন্নবা হৈনবা মুক্লারোইশিংনা অরেম্না লৈতনা তমনৈ। তোঙান তোঙানবা মথৎগী লৌ মাইপাক্লা শান্নরোই অমনা শীজিন্নগী মওংবু চুম্না হায়বা তারবদি, লৌরোন হায়না কৌবা য়াই। লৌরোল হায়বসি মওং অনী থোক্ল থঙনবসু উই। অহানবদা, লৌ শীজিন্নবগী মওং অমসুং অনীশুবদা, লৌ শিংন্নী লৈরিবা মখলশিং অসিনী। অহানবা রাকমনা খঙহল্লিবদি লৌ ময়ামগী মচুংদগী অমথক শান্নবগী মওং অনিশুবনা

১১। মীয়াম্না য়াম্নরবা রাকম

লৌওং ময়াম্মগীনি। অইবগী বাখল্দা অহানবগীসি লৌওং, অনী শুবগীসিনা লৌরোল হায়বনা হেন্না চুমগনি খল্লি। অদুবু 'লৌ' হায়বসি অমত্ত-ওইবা অমসুং অমদগী হেনবা মুক্না শান্নবদা মুক্নারোই অমনা শীজিন্নব য়াবা মওংনি।

'লৌ' (নত্রগা লৌওং) অসি চাউরাক্না মখল ৬৪ কাওবা লৈ হায়না মুক্নাগী অখঙ-অহৈশিংনা লৌনৈ।[১২] লৈসুং লোল্লা অরিবগী হাক্তক্তা লাই কাংজৈ শান্নবা লোইরগা নোংশাবগা ওক্নরেলগা অনীনা শান্নখিবা মুক্নাগী লৌদি মখল ৬৪ নি হায়না মথন্তা পনহ্রে। রূপপ্রবা মুক্নাগী লৌংশিংবু লোইনমক তম্বা শান্নরোই অমনা খঙনা, শান্নবদা শীজিন্নবা ঙম্নবা তম্বা হায়বসি ওইথোক্তবনি হায়বগী মতাংদা মুক্নাদা থবায় লুপচন্নবা অহল-লমন অমসুং হৌজিক হৌজিকমক শান্নরোই ওইরিব-শিংনা হায়নবা রাকম অমা লৈ—"লৌরোন শুনা খঙনবা হোৎন-রকপদা পাঙ্গল ময়েং তারকপনা হাল্লি।"

মুক্নাগী লৌ অসি চাওরাক্না মখল খুদিংমকপু কাংলুপ অনী থোক্না খায়দোকপা য়াই—১বা, অহৌবা লৌ অমসুং ২বা, অওকপা লৌ। হায়খিবা কাংলুপ অনীসিগী মনুংদা অমদা নত্রগা অমদা লৌ মখল খুদিং-মক মনুং চল্লি। হান্না হৌবা 'লৌ চঙবা' কৌই; অনীনা শান্নবদা শান্নরোই অনীগী মরক্তগী অমনা হান্না লৌ শীজিন্নরবদি শান্নরোইদুবু লৌ চঙলিবা শান্নরোইনি হায়না খঙনৈ। চঙলক্লিবা লৌবু ঙাকথোক্নুনা লৌ চঙলিবা শান্নরোইদুবু থা-নবা হায়বদি মায়থীবা পীনবা হোৎনবনু লৌ ওকপা হায়না খঙনৈ। লৌ চঙলিবা শান্নরোইদগী লৌ ওক্লিবা শান্ন-রোইনা হেন্না হৈরবদি অকোনবগীসিনা অহানবগী শান্নরোইবু লায়না মায়খিবা পীনৈ। মরম অদুনা মুক্না হায়বা মশান্নসিগীদি ঙাকথোকপা

১২। মক্স ওইবা মুক্নাগী লৌ থরগী অকুপ্পা মরোল, পি. কোকঙাং সিংহনা সম্পাদন তৌবা মীৎয়েং, ২১শুবা, ১৯৭৮, লাঃ ১২-২০, ২৯-৩০

লৌদা হায়রবদি অওকপা লৌ-দা শান্নরোই অমবু মায়থৌবা পীবা য়াহনা ডাকথোকপদা লান্দাবা য়াওবা মশান্ননি ; ডিফেনসিফ-এণ্ডেষ্ট শীজিন্নবা মশান্ননি।

মরু ওইনা লৌ থরদি—১) কয়াক কোৎপী, ২) লোংথ্রৌ, ৩) নীঙ্গোং হুনবা, ৪) নীঙ্গোং লংবা, ৫) খুদোং ৬) চেপচিং ৭) খুকউ থৈবী, ৮) হৈবোং কাবী, ৯) খুচেপ থাংমৈ হাইবা অমসুং ১০) হোৌদোং লৌনচিংবনি। লৌ-শিং অসি অয়াম্বা মতমদা য়েৎ অমসুং ওয় হায়না শীজিন্নৈ।

১। কয়াক কোৎপী : খোঙ য়েৎ নত্রগা ওইনা কয়াক কোৎহুনা মী অমবু নত্রগা শান্নবোই অমবু লৈবাক্লা তুহন্নবা লৌনি। (ক) লৌ চঙবা মতমদা খোঙ য়েৎনা অতোপ্পহুগী কয়াক মপান্দগী কোৎলগা লৌ-চঙলিবা মাগী হকচাংলোমদা চিংশিন্দুনা থবাক্লা অতোপ্পহুবু লোংনা ইন্দুনা তুহন্নবা হোৎনবগী মওংনি। লৌ ওকপা মতমদা হকচাং য়েৎলোম লৈহুনা থবাক উপথরগা মুকপহুনা মীহুবু য়েৎলোমদা ওকুনা তুহন্নবা হোৎনৈ।

(খ) খোঙ ওইনা লৌ চঙবা মতমদা অতোপ্পহুগী য়েৎকী কয়াক মপানলোমদগী কোৎলগা হকচাংলোমদা চিংশিন্দুনা থবাক্লা অতোপ্পা মীহুবু মাঙলোমদা লোংনা ইন্দুনা তুহন্নবা হোৎনৈ। লৌ ওকপা মতমদা হকচাং ওইরোমদা লৈহুনা পাকথরগা ওয়গী খুৎনা অতোপ্পা মীহুগী য়েৎকী শাগল ওয়রোমদা চিংলগা লৈহুনা নমশিনবা মওংনি।

(২) লোংথ্রৌ : অৱৈবী নত্রগা লৈবী : খোঙ য়েৎ নত্রগা ওয়না অতোপ্পা মীগী মক্রাংদা লোনশিন্দুনা লোংনা লৈহুনা তুহন্নবা হোৎনবা লৌনি।

ক) খোঙ য়েংনা লৌ চঙবদি অতোপ্পসিংগী ওয়দা লোনশিন্দুনা য়েংলগা য়েংলোমদা, ওয় ওইরগনা অতোপ্পসিংগী য়েংলোমদা লোন-শিন্দুনা য়েংলগা ওয়রোমদা লোংনা লৈজনা শীঞ্জিল্লে।

খ) লৌ ওকপদদি য়েংথ্রবা খোঙচু, হকচাং কনখোকপগা লোয়ননা তুংলোমদা, খোঙ ওয় ওইরগনা য়েংলোমদা, খোঙ য়েং ওইরগা ওয়রোমদা, চিংখোকতুনা লেমহৌবা খোঙনা লেপতুনা কৈপল অনৌনা য়েংলিবা মখোংচু ক্ষারগা মথংশিংনা ওয় অমসুং য়েংকী খুৎনা মখাংদা নম্নগা লেমহৌবী খুৎনা মথংশিংনা হকচাংগী ওয়রোমদা অমসুং য়েং-লোমদা মুক্নুনা তুহম্বা হোৎনবনি।

৩) লোংথ্রো থকইন : লৌ অসি অনৌবা মখলগী লোংথ্রো হায়না লৌবগা হায়রপ মাল্লে। হায়রিবা লোংথ্রো থকইন অসিদা লৌ চঙবা মতমদা লোংথ্রো লৌগা হায়রপ মান্নবসু থেঙরিবদি লৌ অসি ক) চঙবা মতমদা হকচাং লুকখনা লৈরগা থক থক ইন্দুনা অতোপ্পা শাম্ন-রোইবু লেংনা তুহন্নবনি। খ) লৌ ওকপা মতমদা হকচাং নাকন্নামদা থবাক চপ্পা পাকথদুনা খুৎনা শেগা (খুদোং চাবগী মতুংইন্না ওয় নম্রগা য়েং) দা লামতুনা চিংলগা লৈথদনা ওকনৈ।

৪) নীংগোং হুনবা : ক) লৌ চঙবা মতমদা, য়েংকী খোঙনা হৌরগা ওয়না, ওয়গীনা হৌরগা য়েংনা চঙদুনা নীংগোংননা থাংগৎতুনা হুনবগী মওং অমনি। খ) লৌ ওকপদা ওয়গী নীংগোংদা য়েংকী পাংখোম্না নাল্লে চিংগনি, ওয়না অতোপ্পসিংগী য়েংকী লেংদা ননদুনা থবাক ওনখোক-খিদনবা অমসুং কৈথোকখিদনবা হোৎনগদবনি। য়েংকী নীংলোমদা ওয়গী পাংখোমনা নাল্লে চিংগনি, য়েংনা অতোপ্পা শামরোইদুগী ওয়গী লেংদা নংদুনা থবাক ওনখোকখিদনবা অমসুং কৈথোকখিদনবা হোৎ-নগদবনি। নীংলোং লৌ অসি মুক্নাগী লৌশিংগী মরু ওইবা কৈদংদি লৌ অসি থওই, মী কাওবা লৌসিগী মতেংনা হাৎলি।[১৩]

১৩। থোকচোম কমল সিংহ", "মৈত্রবাকী মুকনা কাঙজৈ অমসুং শগোল কাঙজৈগী হৌরকফম" ময়াংইম্ফাল, ১৯৮৫, লা: ১৭

৫ ) নীঙ্গোং লংবা : নীঙ্গোং লৌ অসি যুবনারোই অমনা মাগী শাগোম্রিবচু নীঙ্গোংগী মপান্না লাক্লুনা লংবদা শীজিন্নবা অরুবা লৌনি। ক ) লৌ চংবা মতমদা খুং লেংনা পায়চুনা অতোপ্পগী খুং অনীচু চপশিল্লগা হকচাং ওয়ংরোম লৈচুনা চেপন' য়েংকী থোঙনা মক্‌াংদা চঙশিল্লগা নীঙ্গোংনা মীচুবু মথক'লোমদা ইনখৎতুনা ওয়গী খুংনা মীচুবু ওয়রোমদা হকচাংগা লোয়ননা চুহন্নবা হোৎনবনি। মসিবু য়েংকী নীঙ্গোং কৌই।

হায়রিবা য়েংকী নীংগোং লংবা লৌ অসি শাম্নরোই অমনা ওবপা মতমদা মাগী য়েংকী খুংনা লৌ চঙলিবা মীগী ওয়গী চংগাৎ, শাগল লামচুনা পায়রগা চিংশিন্দুনা য়েংকী খুং থাদোক্লুনা মাগী ওয়গী খৈরুদা ফাচুনা চিংশিল্লগা লৌ ওক্লিবা মুক্নারোইনা মশাগী থবাক্লা অতোপ্পগী মশাচু মাঙলোমদা নমথনৈ।

খ) ওয়গী নীঙ্গোং লংচুনা লৌ চংবা তারব'দি য়েংকী খুংনা ফি পায়চুনা কন্না চিংশিল্লগা ওয়গী খোঙ শীজিন্নচুনা অতোপ্পা শাম্নরোইগী মক্রাংদা লোনশিল্লগা নীঙনা অতোপ্পচুবু মথকলোমদা মুকথংনা হকচাং য়েংলোম পাকথচুনা লৈথরগা লঙচুনা চুহন্নবা হোংনৈ।

লৌ ওকপা মতমদা ওক্লদোরিবা মুক্লারোইনা ওয়গী খুংনা লৌ চঙলিবা শাম্নরোইগী য়েংকী চগোং, শাগল লামচুনা চিংশিল্লগা হকচাং লুকথনা খুং ওয়না মাগী খৈরু য়েং নমচুনা ফারগা লৌওবফিবা মানা থবাক্পা অতোপ্পচুবু ইনলি।

৬) খুদোং পুখংপা : ক) লৌ চঙবা মতমদা খুকউ অনি তুপচিল্লগা হকচাং নমথনা খুং অনিনা অতোপ্পগী হকচাংচু মুকথংতুনা মথকলোমদা পুখংনৈ। মথকতা পুখংলবা মীনা মাগী খোঙ য়েং নক্রগা ওয়গী খোঙনম্না লৌ চঙবা মাগী খৈগলদা নপলকপদা লৌ চঙলিবা

মহাক্না খুকউ অনি শুপচিন্দুনা অমত্তুদগী মখোঙ অনিগী মরক্তা হায়বদি মক্রাংদা লোনশিন্দুনা থবাক হাইদোক্লগা নীংগোং লংবংম য়েং নক্রগা ওয়রোমদা লংনৈ, অতুগা থাদনৈ।

খ) লৌ ওকপা মীনা খুদোং পুখংহন্দনবা লৌ চঙবা মীনা তৌবগা চপ মান্ননা মতম অমত্তদা তৌবা য়াই নক্রগা খুদোং পুখংখিবগা লোয়ননা থবাক লুকথনা লৌ চঙলিবা মীদা নপশিন্দুনা হকচাং লুমথনা শাঙবা লোয়ননা খুদোং শংকে তৌরকপদা নানথতুনা লৈবাক্তা তারগা খুদোং হুম্না পুখংনবা হোংনবগী মওংনি।

৭) খুদোং অরাংবা : ক) লৌ চংবা মীনা অতোপ্পতু খুদোং রাংনা পুখংপদা অতোপ্পত্বনা লৌ চঙলিবা মাগী চনিং খ্বাঙগী ফিদা মখোঙ অনীনা খুদোম্না নেংতুনা খুকউ অনীতুনা থজিনদা শোঁতুনা লৈর-বদি নপলিবা মীতুগী অখিফম ময়া নক্না নমতুনা চিংথবনি।

খ) লৌ ওকপা মতমদা মথক্তা করিগুম্বা শাম্নরোইনা পুখংলিবা মুকনারোইগী থদাং অমস্তুং মকোক খুং অনীনা পায়তুনা লৌচঙলিবা মুক্নারোইনা তৌরকলিবা মওং অত্ত কুপ্পা শেম্নতুনা থবাক লৈথোকপা শোয়হন্নবা হোংনবা মওংনি। পুখংলিবা মুক্নারোইনা থবাক লৈথোক-তুনা ফিবম শোয়ম্নবতদা থাবা ঙমই। মরম অতুনা মতাং অসি য়াম্না লুনা লৌনৈ।

৮) খুদোং হাইপু : ক) লৌ চঙলিবা শাম্নরোইনা অমত্তুবু খুদোং পুখংলগা অয়াম্বা মতমদা য়েংলোমদা মশাগা লোয়ননা কোয়না উরু-রু অনিরক অতুমলক লৈরগা ওয়রোমদা হন্দুনা থাদনৈ। খ) লৌ ওকপা মুকনারোই অমনা মাগী লৌচঙলিবা মানা হল্লকপদা তানজা লৌতুনা লৌ ওকলিবা মাগী মশা য়াওনা চংমিন্নরগা লৌচঙবা মাবু চিংতুনা পুবনি।

৯) হৈবোং কাবী : থৌওনমা থুকউদা নপতুনা শায়বা অমসুং নপফন্দনা কৈপলদা পৎরগা নানখোকহনবা মওং অনীগী মরক্তা অঙবা তায়বা লৌগী মখলনি। ক) লৌ চঙবা মীনা য়েংকী খোঙনা হৌবা তারবদি মখোঙ থুপচিল্লগা খুদোন য়েংলোম লৈহনা অতোপথুগী ওয়গী থুকউ মথক্তা খুদোন মপাল্লোমদা পৈনা কৈনা খোঙনমনা য়েংলোমদা লোংনা মুক্রুনা শীজিন্নবনি। ওয়গী খোঙনা ওইরগদি য়েংলোম কৈবোমদা নয়গা ওয়রোমদা হাল্গুম্না মুকনৈ।

খ) লৌ ওকপা মতমদা খোঙ য়েংনা চঙলকলবদা থুকউ অনী থুপচিল্লগা লৌ চঙবা মাগী মখোঙহু য়েংকী কৈবোমদা তা-নবা হোংনরগা নানখোকহনবগী মওংদা শীজিনৈ। লৌসি খোঙ ওয়না চঙলকলংদি য়েংনা চঙলকপদা তৌবা মওংগী ওন্ন-তৈনবনি।

১০) চেপচিং চিংবা : ক) লৌ চঙলিবা মুকনারোইনা অতোপ্পগী শাগল খুংনা পায়রগা তুংদা খোঙকম অমা হন্দোক্লুনা হকচাং পাকথরগা চিংহুনা তুহনবনি। য়োংকী খুংনা হৌরগা অতোপ্পহুগী ওয়গী শাগল, য়েংকী খোঙ শীজিন্নহুনা য়েংলোলদা অমসুং ওয়গী খুংনা ওইরগনা অতোপ্পহুগী য়েংকী শাগল, খোঙ ওয় হন্দুনা অতোপ্পা শামরোইবু চিংবনি।

খ) লৌ ওকপা মতনদা য়েংনা চঙলকপা ওইরগা খোঙ ওয় চঙশিল্লগা লৌ চঙবা মীগী য়েংকী শাগল পাম্বোম পায়হুনা ওয়রোমদা, অমসুং ওয়না চঙলকপা ওইরগা খোঙ য়েং মাঙদা থাংজিন্দুনা লৌচঙবা মীগী ওয়গী শাগল পাম্বোম পায়হুনা য়েংলোমদা, চিংহুনা খাঙবনি।

১১) থুকউ থৈবী : য়াম্না লায়বা লৌনি হায়নরবসু অহৈবশিংনা লৌ অতৈ শীজিন্নহুনা থা-নবা ভমত্রবদা লৌ অসিনা লায়না থাবা ভমবা লৌনি হায়হুনা মমিং চৎলি। ক) লৌ অসি থুকউ অনিমক চপশিন খ পটিন্দুনা থুকউ অনীগী মরক্তা অমা থৈদোক্লুনা হায়দোকহুনা লৌ

চঙবগী মওংনি। য়েংকী খুকউনা লৌ চঙবদা হাইদোক্লবদি অতোপ্পা অমত্তগী ওয়গী খুকউনা ভাহনা থমলগা হকচাং য়েংলোয়নবা মুক্নুনা মীত্তবু য়েংলোমদা তুহন্নবা হোৎনৈ। ওয়গী খুকউনা হাইদোক্লবদি য়েৎনা তৌবা মওংগী ওন্না-তৈনবা মওংনি।

খ) লৌ ওকপা মতমদা য়েংকী খুকউনা হাইরকপা তারবদি ওক্লিবা মীনা মাগী ওয়গী শাগল পায়দুনা থাঙলগা খুকউ নানথোকনবা হোৎনৈ। ওয়গী খুকউনা হাইদোকপা ওইরবদি য়েংকীনা হাইরকপগীগা ওন্না-তৈনবা মওংদা তৌনৈ।

১২) খুচেপ থাউমৈ: খোঙচেপ হাইবী হায়নস্থ খংনবা লৌনি। লৌ অসি খোঙপাককী মচেকনা মরুওইনা খোঙবীনা অতোপ্পগী খুজেং নাককান্নামদা থক থক হাইনা ফুরগা খুৎ অনী চঙভুনা চিংলগা তুহনবনি।

ক) য়েংকী খোঙচেপ হাইদুনা লৌ চঙবা মতমদা য়েংকী খোঙবী মরুনা অতোপ্পা শাম্নরাইগী ওয়গী খুজেংদা য়েংলোমদগী ওয়ন্নামদা থক থক হেক হাইনা ফুরগা খুৎ অমীমকনা অতোপ্পদুগী মশাবু য়েংলোমদা চিংলগা তুহন্নবা হোৎনৈ। ওয়গী খোঙচেপ হায়বস্থ য়েংকী গুম তৌই, খেন্নবা হায়ববু য়েংকীনা তৌবগী ওন্না-তৈনবা মওংনি।

নৈনরিবা লৌ মখল থরমিগী মওং য়েংলগা মীপুম খুদিংমকনা লৌনগনি মত্তুদি লৌ খুদিংমককী এতেক্ট অমসুং দিফেক্স অনী অনী খোকনা লৈজে; এতেক্ট ভাকনস্থ কান্নদে, ডিফেক্স ভাকনস্থ ওইজদে; মুকনাগীদমক অনিমককী হৈশিংবা তঙাইফদে। মরম অত্তনা মুকনাগী লৌদি মুকনারোই মশামক খংজবগা লোইননা মপা লাম্বা অত্তবুসু খঙগদবনি, মশা মশক খঙবা, য়েকমবুসু মশক খঙবা তঙাইফদে তাকই। মুকনা হৈবা মীগী মতিক মঙমদি য়েকনবগা শাগৈান্নরকপদা মুকনা হৈবা মীনা লাকচবা শোয়ত্রবনী, ফকলাংদা কৈতুম থাঙমই হায়নন্নিবনি।

লৈশিংবা, তোংনবা কনবা, অমসুং পাঙ্গল-অহুমমক মুকনাগী শায়্রোই অমগী চঙদবা য়াত্রবা-লৈকম চেনকম থোক্লবা মচাকনি হায়বসু মশানা তাঙরবা রাকমনি। অহুনা পাঙ্গল করগা হেক্রা মুকনা থাগনি হায়বা য়াদে, অহৈবা মশেন শায়্রবদা পাঙ্গলগী মথৌ তারকই। মরম অসিমকনা মুকনা হৈবা অহল ওইরবা ওবাশিংবু কনা অহল ওইরবসু মপাঙ্গল কনবা মুকনা যাত্রা কংলবা নহারোলশিংনা লায়না থাবা ঙমদ্রিবনি।

রাকম অসিগী খুদম কংদবা নত্তে। কনবদসু রাং চাউবদসু হেল্লবা নহাসু ওইরিবা লৈশং যাত্রা অমসুং থবী যাত্রানা হীরম খুদিংমক শোল্লবা অহনসু ওইরবা রাংজিংগী খুমন যাত্রবু মুক্রা থাবা ঙমখিদে খুমন যাত্রানা মথোয় অনীবু নমহুনা তুহনখি। মসিনা তশেংনা তাকই রাং চাউরবা মপাঙ্গল য়াম্না কনবা মীবু মপাঙ্গল শোনবা মী অমনা থোঙ খুৎকী লৌশিংনা মুক্রা লায়না থাবা ঙমই।[১৪] মরম অসিনক্রা মৈতৈ অহল লমনশিংনা মচা মশুবু চহী ৭/৮ শুরকপদগী হৌনা ওবা নাইনা মুক্রা নৌংখিনা তম্বীহুনা হৈহনবসি নৌংশিবা থোক্লবা মতমদগী হৌনা চৎনরকই হায়বসি মশানা তাঙরবা রাকমনি।

চীং অমসুং তম অনীগী ওইবা মশায়্রনি মুক্রা হায়বসি। মথক্রা হরাউ কুম্মৈনা মশায়্রা য়োকখৎপগী মরম পনগ্রে। মেরা হাউজোংবদা মৈতৈ চীংমীশিংসু মুক্রা শায়্রবগী থৌরম পাঙথোকই পনলকখিনি। হৌজিক হৌজিকমকসু মৈতৈ-চীংমীশিংগী মরক্তসু মশায়্রসি থাদোক্তনা লৈরি; করিগুম্বদা খুল লায়্রা লম্বা তৌনবা য়াওরি। নিংথৌ পাক্লিহৈদা মৈতৈ চীংমীশিংসু মুক্রা য়াম্না থবায় য়াওনা শায়্রম্মী। হাওজোংবগী মতমদা অথোই-অঙম য়েংলৈ। মৈতৈ পাঙলসু মুক্রা অহুমক শানৈ।

---

১৪। থোকচোম কমল সিংহ, 'মৈত্রবাককী মুক্রা কাঙজৈ অমসুং শগোল কাঙজৈগী হৌরকফম', ময়াংইম্ফাল, ১৯৮৫, লাঃ ১২

ফিজেৎ :

মুক্নাগী মরুওইবা ফিজেৎতি চাউরাক্না মথল অহুম থোক্না লৈ — ১বা নীংগ্যী ফিজেৎ, ২বা কপ্রেং ফিজেৎ, অমসুং ৩বা মাঙলোমদা কিশি কিরগা তুংলোমদা নামৈ হাপতুনা শেৎপা ফিজেৎ। অহানবা অমসুং অনিশুবা পুম্না শেৎনৈ 'অহানবগী নীংগী অসি ফিদুংগী কয়াৎ শোক্নবনি। নীংগীগী মথক্তা কপ্রেং ফিজেৎ শেৎনৈ।

নীংগী হায়বসি নীংদা ফিবা নীংকিদগী খঙনরকপনি। শেৎপগী মওংদি হাইরপ তাশন্নবা মওংদা ফি অমনা খাংগী অকোয়বদা মাঙ-লোমদা ফিজিন মাম্না কিশি কিরগা তুংলোমদা য়েপ্পী। কপ্রেং ফিজেৎ মওংদি খোয়দোদগী খুজং য়োনা পাকপা মরাক, শাংবনা খুদুম ৯।১০ শাংবা ফিনা পাক্না খাঙদা কোয়রগা মথককী ফিবান্না য়েৎকৌনা ওয়দা, ওয়গীনা য়েৎতা য়েপলগা ওয়গী লৈহৌবা ফিজি অদু খোয়দো মপাদা পুরক্নুনা নীংয়ায় মপাদা খাংদা য়েপকনি। মাঙলোমদা খোয়দো মপাদা ফিজি য়েপ্লগা চোনথজ্না লৈহৌবা মখাথংবা ফিজি অদুমখু করাংলোমদা পুরক্লগা নীংগী খাঙগী ময়াইদা য়েপকনি।[15] হৌজিককী মতমদা ফিদুংদা শেৎপা খেংগ্যাউ মচা শেৎলগা মসিগী মথক্তা অতোপ্পা ফি অমনা তাশিন্দুনা মাঙলোমদা কিশি কিরগা লেমহৌবা ফিগী ফিজিন অনিমক করাংদা পুরক্নুনা নীংয়ায় মপাগী খাংদা কোয়রিবা ফিদা পুনশিন্দুনা শেৎনরে।

নীংগী ফিজেৎ অসি লৈশেম্বা মতমদগী হৌনা কোঞ্জিন তুথোকপগী লাংওন মতমদগী হৌনা শেৎনরক্লবনি, অমসুং কপ্রেং ফিজেৎতি কিয়াম্বা নিংথৌগী মতম (১৪৬৭-১৫০৮) দগী শেৎনরক্লবনি হায়বসি মৈতৈগী অহল লমন, অথঙ-অহৈশিংগী বানি।[16]

---

১৫। ফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্মা, 'মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং', ইম্ফাল, ১৯৭৭, লা: ৩৮-৩৯

১৬। মথককী লাইরিক অসিমক্তদগী, লা: ৫৭

লৈবাক নিংথৌ অঙম্বনচিংবা য়াওবা মমাঙদা শাম্মবা মুক্কাদি যাত্রা অহনশিংনা পুঙ্গং-ফিরান, নীংথম শমজিন শেংহুনা শক্তেম্মা যাত্রা অমনা লাম্বা পা-নগদবা যাত্র শিংগী মফি নিথিনা শিন্নচম্নগা ওয়-য়েং ওইনা পায়নরগা শাম্মহল্লি। থম্বা নোংবানগী মতমদা মোইরাংদা নীংথম শমজিন শেংহুনা মুক্কা শম্মৈ। মরু ওইনা নিংথৌগী মাঙদা অমম্তুং লাই হরাওব মতমদা যাত্রা মশেল শাম্মবদা নীংথম অমম্তুং শমজিন শেংনৈ।

শমজিন কোককী লৈতেংনী, নীংথম খুঙ্গদগী নীং থুম্মবা শৌজিম্মবা লৈতেংনী। নীংথম শমজিনশু অহমক শৌজিন্নবনা নীংথম- শমজিন ফিজেং হায়না থঙনৈ। নীংবু থুম্নবদগী নীংথুম কৌরহদগী নীংথম থঙনরকই। নিংথম শমজিন অসি সিলগী মঙং য়েংলগা ময়েক কৌহুনা থুইয়োই তোমপোককী মতমদা (১৫৯-২৬৪) পুখোকখিবনি।[17] সিলগী মকোক অমম্তুং মশেংগী ময়েক শৌহুনা শমজিন অমম্তুং মমৈগী ময়েক শৌহুনা নিংথম শাখি; মনমগী ময়েক্কা থদাংচেং শমজিন মন্নৌ শাখি। শমজিন অপাকপদা থম্বাল চেপসে মরিনা মংক থঙলগা য়েনসিন ময়েক মরিনা মথাদা থম্মগা ময়াইদা থোই ময়েকমরি হাপ্পগা শমজিন কোয়েং হায়হুনা উকংনা মঙং ওইরগা নাকনদা ফিজিন অনি পানবা শানৈ। নিংথমদি ফানতুপ, খোইময়েক হায়না অনি থই। মথক্তথংবা শরুক্তা পাক্কা থম্মগা মথা থংবা শরুকতা কাচি অমগী মঙংগুম শীকথনা থম্মী, ভি মঙংদা লৈ।

পানা, শলাই থায়না শেংপা তারবদি শমজিন অসি মচুদা থায়হুনা শেংনরম্মী। অঙোমনা অঙৌবা, থুমন অমম্তুং থাবনা অম্মবা, মঙাং লুবাং নিংথৌজা-অঙাংবনি। মোইরাং অমম্তুং ঙানবম্ব নিংথৌজা শলাইগী মতুং

17। মথকী লাইরিক অসিমক্রন্দগী, লাঃ ৪৩

ঊনগনি। [১৪] চিনাগী য়েসলয়শিংন' শেংপা কিংজৈংকা মৈতৈগী খামেন চৎপগী, মওং খেন্নরবসু কাংলুপ অমগী মসুংদা খঙ্গা য়াই। 'চিনা পিকতোরেল মশিং ৪, ১৯৮১ লমায় ৩৮ দা খামেন চৎপগী চাউরাকা মান্নবা মশক উবা ফংই। ওসিদি মৈতৈগী মুকা মোংকো য়োনা উংলুরে। মশামশিনা মৈতৈবু মশক তাকপদা মতেং পাংশিনি। মকম মকম খুদিং চকুনা খওঙবা হোৎনকম থোকও।

শান্নফম অমসুং শান্নবা হৌনগী মওং :

মুকা শান্নবা য়ামা পীকপা লম মচেৎ অমদা হেক্তা শান্নবা য়াই। চৌংগী লমদসু লৈতেম মান্নবা চৌংদোংগী লমদা হেক্তা শান্নবা য়াবনা চৌংদসু মুকনা শান্নবা উবা ফংই। য়ায়ত্রবদা ফুট ৪০ (মিঃ ১২.১৯২) মুকনা কোয়শন্ন কেনবা লৈতেম মান্নবা লমপাক অমদা হেক্তা মুকনা হায়বা মশান্নসি পাঙ্গুশিনৈ।

মুকনা কিংজৈং শেংলবা মুকনাদোই অনিবু শান্নফম লম্পাক অতৈদা মুকনা শান্নরকপা অহল খরা ওইরবা মীওই অমনা কৌথোকই। মখোয় অনিবু নকশিন্নহল্লগা মখোয় মখোয়গী মথুং য়েং য়েংনা পুকলোম খওবা পিরায় মনাককী কিদা পায়নহল্লি। য়েংনা পায়বদা খুং ওয় ওয়না পিরায় মনাক্তা কি পায়নহল্লি। অয়াম্বা মতমদা য়েংনা মাওলোমদা পায়রবদি ওয়না ভুংলোমগী নাকল ওয়রমা পায়নহল্লি। কি পায়নবা মতমদা হকচাং কোনখরপ তৌনা শান্নরোইশিংনা লৈ। অমুমনা শান্নরোই অনীবু কি পায়ননহবসিবু শান্নরোইশিংগী কি শিন্নবা হায়না খঙনৈ। অমনা অমগী কি পায়নববু কি শিন্নবা কৌই; লৌ হৌত্রিগী হকথেংনবা মতাংনি। কি শিন্নত্রিমথৈ মুকনা হৌবা য়ানদবনা অয়াম্বনী; করিগুম্বদা কি শিন্নবগী মওং অসি কি পায়নহন্দনা খুং য়েং য়েং পায়নহল্লগা মুকনা শান্নবা হেক্তা হৌহনবসু য়াওই।

১৮। মথককী লাইরিক অসিমক্তুদগী, লা: ৫৪

খুং য়েংতনক ফি পায়নরিঙৈ, খুং ওরদি শায়নড্রিঙৈদা মুকনা শাম্নবা হৌবা তোয়না থেঙনৈ। খুং তমক পায়নশসি খুং শিন্নবা হায়না কৌই, খুং য়েং য়েং পায়নহন্দুনা মুকনা তোহনববুনি।

ফি পায়নহন্নবা নত্রগা খুং পায়নহন্নবা হায়বদি ফি শিন্নবা নত্রগা খুংশিন্নরবা মতুংদা খুংশিন্নহনবগী থবক তৌরিবা বা য়নবনা খুদক্তা হন্দোক্লুনা শাম্নরোই অনীগী লৌ য়েংই। অদুমনা শামরোই অনীনা পাকথনচুনা খুং অমসুং ওয়দা কৈন কৈনা, কোয়না কোয়না মাগী মাগী খুদোংচাবচু নিংশংগী ফিচপ য়েংচুনা মানা মানা হৈজবা লৌ তৌদুনা মুকনা থা-নবা হোংনৈ।

শাম্নবদা চংনবা মওং মতৌ (চংন পথাপ):

শাম্নরিঙৈ মতমদা হকচাংগী মফম চাদবদা পায়-নবা য়াদে; অদুবু করিগুম্বদা পায়রক্লাদি অতোপ্পা অমত্তুনমক পায়বা য়াই। অমনা পায়বা হৌরক্লগা অতোপ্পা শাম্নরোইনা পায়রোই হায়রবদি খুং অনিমক থাদোককনি। অসুমনা অমনা পায়রগা অতোপ্পা অমনা খুং থাদোক্লবদি পায়রিবা মাম্ন খুং থাদোকপা তাই। মসিবু ফি থাবা (নত্রগা, থাদোকপ) হায়না খংনৈ। ফি থারবদি অমুক ফি-ফি শিন্নরগা শান্নে।

খুং ওয় পায়নড্রিঙৈদা য়েং য়েংতমক পায়নরগা লৌ তৌদুনা মুক্লা থাবা য়াওই; চংনবীনমক য়াই। অদুবু ফি শিন্নবা মপুঙফানা লোয়ড্রিঙৈদা রায়েনবা শাম্নবা হৌরে হায়বদি ইঙ্গিং পীড্রিঙৈদা মুক্লা থাবা শকপা লেমনদে।

খোঙনমনা খুকউ মথক মম্নংথংবা কৈবাক্তা কাওবা চংনৈ। খোঙপাকনা কাওবদি য়াদে, খুৎনা ফুবা, থিনবা খৌরি মেৎপা, শমনচিংবা, না চিংবা য়াদে; অদুবু লৌ তৌনরকপদা ওকথী চপ্পা য়াই, মঙক পায়চুনা চপ্পা য়াই।

কৈগন মরুমদগী মখা হন্থনা খুৎনা পায়নদে। কৈগন মরুমদা পায়বসিন্থ লৌ তৌনরকপা মতমদগুনি, লৌ শকপদা পায়বা য়াদে। খোঙপাক্লা কাওবা য়াম্রবস্তু খোঙচেপ্লা কাওবদি য়াই, খোঙচেপ হায়বগী লৌনা মসিগী খুদমনি।

মিৎ নাগদবা মওং হায়বদি অথিকমদা কাওবগুম্বা, থকসি-খাসি মীয়াম তিনবদা ঙাকদবা ঙাক্তবা, য়ানা চিকপা অথিকম পায়বা চাওখৎতবনি লৌনৈ, য়াদে।

খুকউ অমসুং খুকউ মথক্কী হকচাং কয়াংশিংনা লৈবাকতা শোকপা য়াদে; শোক্লবদি, হান্না শোকপা মুক্নারোই অত্থু তুরবনি হায়না লৌগনি। অনৌরক হন্না শান্নদবা মতাংদা যান্না শান্নবদা অমুক তুরবদি তুরিবা মহাক মায়থীরবনি। মুক্না থারে হায়বা লেপ্পবদি অমুক হন্না শান্নদবগী চৎনবীস্থ লৈ।

মুক্না থাবা মায়পাক্লবা মুক্নারোইনা অতুনবু নাংথিজনা কোমহুনা হৌগৎমিন্নৈ, তুরিবা মায়থিরবা মীহু মতোমদা হৌগৎনদে।

করিগুম্বদা, মুক্নারোই অনিমক চপ মান্নবা চেপ্পা তুহনা নক্রগা উপ্পা হুহনা নক্রগা লোংনা তুহনা খুকউ মথক্কী হকচাং কয়াং চপ মান্নবা তাররবদি মুক্না থাবা নক্রগা মুক্না তুবা হায়রবদি মায়পাকপা নক্রগা মায়থীবা হায়না মশীং থাবা য়াদে, কৈহুনি লৌনৈ। কৈহু তাররবদি অমুক হন্না শান্নৈ।

লৌ তৌনবদগী কৈহু তুরবদা মুক্নারোই অমনা মাগী মকোক মখে থক্লা ওইরবস্তু লৈখৎহুনা মথক থংনা ননবা ঙম্বদি নল্লিবা অহুনা মুক্না থারে হায়না লৌনবগী চৎনবা মওংস্থ ফংই।

মুক্না থাবা মতমদা থান্নিবা মীনা ফিবমগী মতুংইন্না হুন্নিবা মীদগী থান্নিবা মাগী খুৎ অহুনা মথা থঙলবস্থ হকচাং মথক থঙহুনা লৈরবদি

লৈবাক্তা অনীমক তুররকপবদা অতুবা মীগী হকচাংনা নক্লিবা খুৎ অহু লৈবাক্তা হাম্না শোক্রবনি হায়না লৌনদে। কৌ তৌনররবদা শারিবা অনিনা তোঙান তোঙান অমনা উপলগা অংগোম্বনা লোংনা তাররবদি অউম্বনা মুক্তা থাবনি হায়না লৌনৈ।

মুক্তা থাম্রবা শামরোই অমগা মুক্তা তুম্রন শামরোইগা অমক হন্না শাম্ববা য়াদবনা ষত্র মশেন শাম্ববদা অনিরক হন্না শাম্ববগী চৎনবী লৈতবনা য়াম্না মমিং চৎলবা যাত্রা অনী শামগন্দে। তুরগ যাত্রা ওইবগী মিংচৎ মাঙগনি হায়ব কিবদগী মাগী মাগী লমগী মীশিংনা শামহন্দে। অসুম্না মুক্তা যাত্রাবু অসুক্তী মতিক লূনা খন্লে, থমনৈ।

অমরোমদা মশামসি কাম্নদবা মতৌনি; লমসিনি হায়না হায়নবা ফাওবা য়াওই। মসিগী মরমদি মুক্তাগী কুপম্রবা কৌ ময়াম অসি পাঙ্গল হন্নকপা য়াবা মতম ফাওবা বানা তমহুনা হৈররগ মী অমনা যত্রা ওইরক্রবা ফাওবদসু কনাগুম্বা অত্তোম্বা যাত্রা অমগী মখুৎতা মায়থিবা ফংবা য়াবা মরম কয়া লৈবদগীনি অত্তোম্বা রাকম অমনা তুম্রবা মী অমনা তুম্রিবা মী অমগা লাম্বা তৌনবনা যাত্রা অমনা যাত্রা অমগী খুৎতা মায়থিবা হায়বসি তম্বা মহৈ পুম্নমক মতম চুপ্পগী ওইনা মাঙবগা পাঙথকনি হায়না লৌনবদগীনি।

অহুমকপু রাকম অসিমদি চুমলবা রাকমনি হায় সি মৈতৈশিংনা য়ানৈ মহুদি মুক্তা কাংলুপ অসিনা ঙল্লিতৈ মতম কয়াগী মমাংদগী অরা-অনং কয়াগা শাগোম্নরক্রবা য়েক্রবা কয়াগা থেংনবদা তৎতনা থৌদাং লৌরক্রবা মহৈ অমনি; মৈতৈগীতা ওইজবা মনাংনি।

পানাগী ওইনা শাম্নবা মতাং কয়াদা মুক্তা শাম্ববদা মায়পাক্রবা মুক্তারোই অমনা নিংথৌদা খুরুমজিবৈদা খোঙ য়েং থাঙ্গৎলপ তৌরগা য়েংথংবা খুৎনা য়েংলোমগী নীংদা য়েবগী মঙৎ অসিনসু মশামশি মৈতৈ-শিংগী ওয়না চাওথৎলকপা অমসুং চৎনরকপা নাৎ অহুবু তোপ তোপ্পা মশক তাকচৈ। অসিগুম্বা চৎনবীশিবু অহুমনা ইরম্বা থেংনৈ।

"The victor over the wresler who completes with him, before salamming to the Raja, leaps up in the air, alighting on his left foot; as he descends he gives his right buttock a resounding slap with his right hand; having thus asserted his superior skill, he makes his salaam in the usual manner.[19]

মরু ওইবা মুক্না শাগরোই থৱগী মমিং পনবা তাবদা মোইরাং থোংলেন, মোইরাং পুরেনবা, থম্বা, নোংবান, চরাইরোংবা মতমগী লোই-তোংবা যাত্রা, চবুংবা, লৈশং, যাত্রা, দৈত্রম গুনাপ, থঙ্গী যাত্রা, ময়াং-ইম্ফাল অমু যাত্রা, হৈস্নাম তোল্লমু, ককচিং শেঙ্গাউ, খাইদোম আহোংনচিংবা অফাওবা মুক্না যাত্রাশিংনি হায়না মুক্নাদা থবায় লুপ্লবা অহল-লমনশিংনা তাকনী। মুক্না হৈবা লৌরোন থংবদা রাংজিং খুমন যাত্রা, ককচিং নিংথৌ যাত্রা, ময়াংইম্ফাল খোকচোম লাবা পানবা য়াই।[20] মহারাজ চন্দ্রকীর্তিগী মতমদা ককচিংগী শেনজাউ যাত্রা কৌবা মুক্নাদা মপা হৈত্রবা অমা ফাওখি। নিংথৌ মশামক্না পাউ থাদুনা মহাকা অতৈ যাত্রা কয়াগা অমসুং চৌংমী কয়াগা শান্নহনবা থেংনৈ।[21]

---

19. R. Brown, Statistical Acccunt of Manipur, 1873, p.82 T. C. Hodson, "The Meitheis", 1984, p,54 and W. Dun, Gazetteer of Manipur, p.23

২০। খোকচোম কমল সিংহ, মথক্না পত্রপত্রা, লাঃ ৬-৯

২১। ডাঃ এম কীর্তি সিংহগী আর্টিকল, লোককলেজ গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়, ১৯৬২ দা কোওখিবদগী লৌথোকপা

য়াত্রা খনবা অমস্তুং মুকনা খোল্লাউ :

মুকনা শান্নরকপদা খুাইদগী অখোইবা মীবু যাত্রা কৌই ; মকোক লেপ্পবা মীনি, মাবু ময়ায় লেপ্পা হায়নস্থ খঙনৈ। খুল, খুলগী মায়কৈগী ওইনা যাত্রা খন্নৈ। খুলগী মুকনারোই ময়ামগী অখোইবনা য ত্রা লেপ্পী। লাম্বা লাম্বা থাদোক্লুনা অখোই অখোইবা শান্নহল্লগা খুাইদগী অখোইবা মুকনারোই খনবা চৎনবীনি। মায়কৈ অমগী মমিং চৎপা যাত্রা খনবা মতমদা খুল খুনগী যাত্রাশিং খনগৎলগা শান্নৈ। খঙনবা খুল কয়াগী মুকনাদা মকোকলেপ্পবা মুকনারোই অমগা মাগুম্বা অতোপ্পা অমগা লাম্বা তৌনবা মতম অমদদি য়ান্নমক ত্তোয়না তৌনরম্বা চৎনবীনি। অনী কোন্নরবদি অমা তুবা শোয়দে; অতুবা মীনা ইকায়বা নংবা শিবগা পাঙখকনি। ইকায়বা নংবা মিংচৎ মাঙবা অসিমক হিংনা শিন্নবগা পাঙখকনি।[22] মৈতৈনা লাউনৈ খোল্লাউ অমা নাৎ অমা ওইনা—

"নোংমা পোকপা মচানা
নিনি শিবা হৌ নদে
নহাদে, যাত্রাদে"

অসুমনা খোল্লাউ অসি মৈতৈশিংগী নাৎ তাকপগা লোয়ননা নিপা ওইবশিংগী নীংঙিজবা ফিদমগী মশক ওইবা মঙং অকস্তুং তাকপনি। মীগী মখুৎতা মায়থিবা ফংবা চঙনা শিবগা মান্ননা লৌবশিমক্লা নিপা থৌদাং য়েংলকপদা থৱাই খুবাক্তা হাপত্তুনা হোৎনরকপা হায়বসি মুপা ওইবগী হোংফ-লেংফল্লবা রাখলনি হায়বসি খোল্লাউসিনা তাকই। মুক্লা যাত্রাশিংনা মাগী য়েক শলাই, মপা-মপু অমস্তুং মাগী মমিং পম্মুনা লাউবা অকল-অথৌগী মশক তাকপগী মওংনি। ভশেংনমক মশান্নশিংগী মরক্তা 'মুক্লা' তোপ তোপ্পা মৈতৈশিংগী নাৎপু মশক লেপ্পদা চঙ্গিবা মচল অমনি।

২২। রাজকুমারী ভক্ষাসনা দেবী, 'মণিপুরী লোক সাহিত্য,' ইম্ফাল, ১৯৭৪, লা: ৭০

### খ) মুক্না কাংজৈ

'মুক্না কাংজৈ' মৈতৈ পুনাই শাগৎলকপদা চাউরবা থৌদাং লৌদুনা লাকপা মশাম্মশিংগী মরক্তা অমনি। অথোই অহেনগী ন'থলতা নত্তনা মৈতৈগী কাংলুপ খুদিংমক অমত্তা ওইনা পুনশিন্নবা তোংনবদা চায়নিঙাই লৈতনা শরুক য়াথিবা মশাম্না অমনি। মৈতৈশিংনা লৈরিবা চীংনা ইংকোয় কোয়াশনবা তম্পাক অসিদা খুন্থিনা পোকত্রিবৈ চহি করাগী মমাঙদগী লৈরক্লবনি। মনিং তম্বা লৈবাক মচা করাম্মুক মতম অসিদা লৈরম্মী হায়দি ময়েক শেংনা চুম্লবা য়াকমনি। ঙুডগী হৌগকী মীশিংনা লৈরম্বগী খুদম ইকথেনমানবী, খঙখুই, নাপচিকনচিংবা মফমদা থেংনরে। হৌজিককী য়ামদ্রবদা চহী ৪০,০০০–১০,০০০ দগী হৌরগা অহানবা শংগাঙ্কীদদি ফাংবা চংথরম্বগী ওইথোকপা লৈ।[২৩]

তম্পাক অসিদা অমসুং চীংথোং, চীঙয়া, পাংপান নক্ক লৈরম্বা মৈতৈগী মীওই কাংলুপশিংগী মরক্তা হিন্তুরিনা শকথংলবা, নিংথৌজা, অংগোম, খাবা ঙানবা, লুবাং, মোইরাং, খুমন, চেংলৈ অসিগী মথক্তা হাওরোক কোনথৌ, খুনকম ডাঙচং, থাংচা কমবোং, উরোগ লুসাই, চাংখা লোকখা, হেরেম খুনজান, লৈরা খোঙনাং, মানতিঙ মোরা অসিনচিংবনি।

কাংলুপ অমনা অমবু হুম্নবা তোংনবা অমনা অমদগী অথোইবা ওইবা অমদি লুচিংব তাম্মরম্মী। মখোয়গী মরক্তা তোয়না তত্তনা লানথেংনবদগী মীয়াম্না লানগী লম্নওং হকচাং শাজেলগী অকুপ্পা মরম, পথাপ লৈনবা তারম্মী। মরমদি মপাঙ্গল, মথৌনা অমসুং মরৌশিং লৈবা মীশিংবু লানমীগী লুচিংবা কম হাপ্পরম্মী।

---

২৩। কিয়ামুদিন পুখ্রিময়ুম (সম্পা.), 'মিংশেল'. নং ১৬ ১৭, ১৯৮৬, লিবরতি পব্লিকেসন এসোসিয়েশন, ইম্ফাল, লাঃ ২২

মশামশিংসু মখৌনা ফবা, মশাঙ্গল কনবা অমসুং মমাম্নবা থেংনবদা মায়িওক্লোইদৌবা মীওই থনবদা চাউরবা থোদাং লৌই। মুক্রা কাঙ্জৈদা ফাওরবা মীওইশিংবু লৈবাক্লা ইকায়খুম্নবা উৎপা মশানা তাজবা বাফমনি। অকল-অংথোবু নীংবা, মতিক মঙম শোম্নবা নিংথৌ পাঙ্গিই মতমগীদি চৎনবীনি। লাই হরাওবদা মসিগী মমি নীংথিনা তাবা উরি।

তশেংনমক মুক্রা কাঙজৈ থোইদোক্লা মথৌনা ফবশিংগী চংয়েং তৌফম ওইবা মুক্রাগী মহৈবু নিংথিনা শাজিন্নবগা লোয়ননা শরিৎ শরাক পমু শাজিন্নদুনা কাঙজৈ পায়দুনা লম্পাকতা থোকতুনা কাঙদ্রুম থোমদুনা মীচঙ নাইনা শান্নবা খ্বাইদগী নিপা থোকপা মশামনি। মৈতৈগী ওইনা লৈজরিবা মশামসিগা মাম্নবা থাক্লা লৈগদবা মালেম শীনবা থুংনা থিবদা ফঙলরোইদবা মশামনি।

খোঙনা চেন চোংদুনা শান্নবা মশামনি হায়বগী মুক্রা কাঙজৈবু খোঙ ক্লাঙজৈ শয়া 'কাঙজৈ' হায়নসু খঙনৈ। অতোপ্পা মীওই সুক্রপকী 'হোকি' গা যাম্নমক খেন্নৈ। মশামসি ফুট হোকি ওইনা লৌবদগী 'ব্রেসলিং কম হোকি' হায়বনা হেন্না চুন্নৈ। 'মুক্রা কাঙজৈ' মমিংমককা চানবা মশামনি। অতোপ্পা মওং অমদা মশামসি মুক্রা লাকন-ফান্নব অমসুং শরিৎ শরাকনচিংবগা মশামশিংগী চৎন পথাপকা কোম্ননা লৌচৈ মরু কোম্লপ তৌবা পানবা কাঙজৈ পায়দুনা কাঙদ্রুম থোমদুনা পাঙ্গল হেন্না থোইবা তাম্নবা, মীচঙ নক্রগা খুৎ অমদা মী তরেৎ য়াওদুনা শান্নবা খ্বাইদগী নিপা থোকপা মালেমদা লেপ্লিবা মশাম্না খুদিংদগী থোইদোক হেন্দোকপা মশামনি।

শরিৎ-শরাক, লাকন-ফান্নবা অমসুং মুকনা-হায়রিবা মশামশিং অসিমকনা মুকনা কাঙজৈবু থোইদোকনা তোপ তোপ্পা মশক মওং অমা লেপ্লহনজি। মশামসি মালেমগী শীনবা থুংনা লৈরিবা লিরবা মশামশিংগী মরক্তা অমনি হায়না শীংথাবা য়াবা মশামনি।

মৈতৈবাকতা লাই হরাওবদা খোঙ-কাংজৈ যাওরিবা অসি লৈশেম-লোন্দগী হৌনা যাওরকপা মরমননি। [24] লাই হাকুন্তগী মুকনা কাঙজৈ শাম্নরকই মৈতৈশিংগী থাজনবাসি থাজবসিমককী মমি লাই হরাও-বদা উংলিবসিমকনা ভাকই; চুম্নভগী খারী নত্তে৹ থবক ওইনা পাঙথোক্লুনা লাইগী থৌরমদা উংলি।

নোংপোক নিংথৌনা কাঙজৈ শাম্নবগী কাঙজৈগী কাঙলোন তাকুনা লাইয়াম্না হরাওনা কাঙজৈ শাম্নখি। মাজিংগা থাংজিংগা৹ ইরুম নিংথৌগা বাংরেনগা৹ য়াঙ্গোই নিংথৌগা নম্বুল লাকপগা৹ নোংশাবগা ওকনরেলগা৹ খোরি ফাবগা থম্নাংবগা৹ ইকোপ নিংথৌগা ইরোং নিংথৌগা৹ লোয়ারাকপগা কৌব্রুগা লাম্বা লাম্বা শেমদুনা মনাও ওনবা কাংব অমসুং মনিং ওনবা কাঙবু হায়না অনী খোকনা শেমদুনা কাঙজৈ শাম্নখি।

নোংপোক নিংথৌনা হায়েনবা অমা ওইনা ওকনরেন অমসুং মোংশাবদা কাঙদ্রুম হুন্দুনা শাননবা হৌহনখি। অতুবু মাজিংনা কাঙদ্রুম খুন্দুনা পুরগা কাঙজৈনা খোমদুনা পাঙল চনখি। য়াঙ্গোই নিংথৌ অমসুং থম্নাংবনা অমুক অমুক চনলবা তুংদা পঙ্লোনখি। পোংথারিবৈ মরক্তা অচা-ওথক অথুম অহাউ কৌব্রু লাইসানা চঙশিন্দুনা য়েনখি। হরাউ তয়াম্না পোংথারবা তুংদা শক্তিবু থাদা শাননবা হায়না লেপখি। [25]

---

২৪। খোকচোম কমল সিংহ, "মৈতৈবাককী মুকনা কাঙজৈ অমসুং শগোল কাঙজৈগী হৌরকফম", ময়াং ইম্ফাল, ১৯৮৫, লাঃ ৪

২৫। মথককী লাইরিক অসিমক্কদগী, লাঃ ২-৩

কাঙলৈজদা থবায় লুপ্পবা ওবাশিংগী বাফম অমত্তা ওই, মচুদি— মৈতৈ লৈপাকতা পানখিবা নিংথৌ কাংবা হায়রকুনা চৈ মক অকোনবা-অকোনবা অমা পায়রকুনা মতুম তাবা পোৎ অমা মৈচুনা শামখিবদুগী কাঙলৈ শাম্নবা হায়বসি হৌদোকখি। অস্থমনা লাই নক্রগা মীগী ওইবা বারী শীংবুন নক্রগা থাজনবী জমদা লিশাং শিংনা লাক্লবা চৎথরক্লবা বারী কয়াদা য়াওচুনা মশামসিনা ঙসি কাওবা লাকলি। শগোল কাঙলৈজগী মতৌওম মশামশিবু নিংথৌ কাংবগী মতমদগী লৈরক্লবনি হায়বসি 'কাঙলৈজরোল' কৌবা পূয়াবু পনচুনা চৈথারোল কুম্বাবদা পল্লি— "শগোল কাংলৈজ শামদ্রিভেদা নিংথৌ কাংবগী হাক্তত্তা থোক্ত কাংলৈনা হাম্না শাম্নখি।"[২৬]

মৈতৈনা লৈরিবা ওম্পাক অসিদা য়ামদ্রবদা মুক্না কাংলৈ ফানা পোকপদগী চহী ৫০০০ রোমগী মমাংদা শারম্ববনী। অথত-অহৈশিংগী রাখনদা নিংথৌ কাংবনা পানব মতমসি খৃষ্টমা পোককদবা চহী ৫০০০ পোমগী মমাঙদনী হায়না অকনবা বাফম পী। নোংদা লাইরেন (৩৩-১৫৪) গী মমাঙদা পনখিবা নিংথৌশিংগী মরমদা ইবা কাংবরোল পুয়াগী মতুংইন্নদি কাওবা নিংথৌ অসি নিংথৌ তম্নাতম্নককী অহানবা নিংথৌনি।[২৭]

মুক্না কাঙলৈ নোংদা লাইরেন পাখঙবগী মতমদা মপূংফানা শাম্নরম্বগী বাফম মৈতৈগী মাইচৌশিংনা অমত্তা ওইনা পম্রে।) অসুম্না শামরকপনা নিংথৌ খাগেম্বগী মতম (১৫৯৭-১৬৫২) দা হায়নিঙাই লৈতনা চাওখৎখি য়ানরবা বাফমনি।

২৬। চৈথারোল কুম্বাবা, ফুৎনোৎ, লাঃ ২৫

২৭। লাইশ্রম নিত্যাই সিংহ (সম্পা.), 'নিংথৌ কাঙপরোল পোংলোন পুযা মৈহৌবা", ইফাল, ১৯৮২

মুক্না কাঙজৈ যোইরাংদা থম্বা নোংবানগী মতমদা মপুঙকানা শাম্নরম্বগী রাকম চৌনথাং ঙৈনা লাকই। পানা থোক্লুনা শাম্নবগী রাকম ভোমনা পননৈ। পানা থোকপা হায়বসি পানাদা ওনথংলকপনি, পানাগী মসুং চন্নহুনা পানা কাঙজৈ শাম্নবা য়াওবা য়াদবহু য়াহনবগী মওংনি। মথক থোংবশিংনা পানা থোকদবহু নিংথৌদা হৃক্ংলগা য়াওহনবগী চংনবী অমা লৈরম্মী। পানা থোকপা নিপা অমনা মাগী শাগৈ জাংনচিংবা মীয়ামগী মাঙদা লাউথোক্লগা নিংথৌনা য়ারগা মাবু পানাগী মসুং চনহনলি।

১৬৯৭। ৯৮ দা চরাইরোংবগী মতমদা মুক্না কাঙজৈ অমুককী মতিক চাউথংলে হায়বগী রাকম চৈথারোল কুম্বাবনচিংবদা চনশিনলিবনা ভাকই। অদুবা কাঙজৈরোই ভারগা অতোপ্পা খুং অমদা কাংজৈরোই চাম্বা ওইহন্দুনা শাম্নবগী রায়ম চৈথারোল কুম্ববনা অমুমনা পী—

"পোইপ্প ৭ নি নিংথৌকাবদা নিংথেমনচিংনা মী ১০ দা মী ১০০ না সুপহন্দুনা কাংজৈ নাইরম। মী ১০ না চমত্র।" ২৮

চরাইরোংবা নিংথৌ য়াওনা শেমলিবা খুংকী মী ১০ না মী ১০০না শাবা খুংপুবু থোইবসিনা কাঙজৈ শাম্নবদা লমজেল য়াওবগী অমসুং পাঙ্গল লৌশিং মরুওই হায়বগী খুদম পীরবনি। পাঙ্গল ফবা কাংজৈরোই অমনা মাগী লাম্বা অমসুং অতোপ্পা খুংকী শামরোইশিংবু নমথুন্দুনা অমদি মুক্নাগী লৌ য়থল, শরিং শালাককী ফিহুপনচিংবা শীজিন্নহুনা মথোয়দা লৈজবী শাফু পীহুনা লৈমায়থক্তা হুনথরম্বা লংথরম্বা, ইনথরম্বনচিংবা তৌবা য়াই; মসিমক্তা তম্বানা চামাবু থোইবা য়াবনি। হৌজিক হৌজিকমক শাম্নরিবা খুংশাম্না মওং অসিনসু মসিগী লেংজবা খুদম পীরবনি।

২৮। চৈথারোল কুম্বাবা। লাঃ ৫০

... গরিবনিবাজ মহারাজনা পানবা মতম ১৭৪৩ দা লম্মোইবা কাণ্ডবা কাঙজৈ শাম্ববা য়াওহনা মশামশিবু য়াম্নমক মীয়ামগী ওটবা মশামা ওইরে হায়বা তাকলি। "৫নি লংমাইচিংদা লম্মোইবম্নু কংলা শংবম্ন কাংচৈ নাইএ।" ২৯

১৭৭৮ দদি চীংমীস্নু মশামসি শামসি শাম্বা য়াওরে। নিংথৌনা চীং-তম অনী অমত্তা ওইনা থম্মবগী লৈখংপা য়াবা থোঙথাং অমা ওইনা লৌকম থোকই। মৈতৈ চীংমীশিংদা মশামশিবু শামহনবগী মতাংদা "৭নি নিংথৌকাবদা ---- কবুই হাওবু কাংচৈ শামহল্লে।" হায়না ফংই। ৩০

কাঙজৈবু মেরা কাংজৈ হায়বদি মেরা থাদা মরুওইনা শামবা কাঙজৈ হায়নম্নু খঙনৈ। অহুমকপু করিগুবদা থা অসি হেন্নবা ফাওবা শামবম্ন য়াওই। মমাংদা শজিবু থাদা শামবগী ৱাকমম্নু পনগ্রে; শজিবুদা শাননরম্বগী ৱাকম অসি নোংদা লাইরেল অমম্নুং মাগী মমাংদা পাল্লম্বা নিংথৌশিংগী মতমদনি। করম ত্তৌনা মেরা কাঙজৈ হায়না খঙনরকপনো হায়বগী মরম থিজিনফম থোকলি।

অহুবু মেরা থাদা কাঙজৈ শাননবগী অশেংবা মতম ওইনা পাখঙবগী তুংদা লাকপা নিংথৌশিংনা লৌনরকলে লৌরবম্ন অতোপ্পা মতমদা কাঙজৈ শাননরকপগী মরমদি লৈবাক ঙাকলোন্দা ইরাংথোকপা, থুদোচাবা মরম লৈত্তবদগী অমদি হৰা মুংশিং ফত্তবদগী থোক্লকপনি।

অৰুবা রেকোর্ডকী মতুংইননা খননবা য়াবা ৱাকম অমনা নিংথৌ য়াওনা শাননবদা হৰা-মুংশিং অফবা য়েংবদগী কুম অমদা নোং য়াম্না চুবা

২৯। মথককী লাইরিক অসিমক্তদগী, লাঃ ১০৩

৩০। মথককী লাইরিক অসিমক্তদগী, লাঃ ১১৮

নত্রগা অমা অয়েক কনবদগী লৈবাককী ওইবা কুম্মে ওইনা পাওখোকপদা খুদোং চাদবা লৈবদগীনি ঃসৌফম থোকই ১৮৪৮ পোইন্তু খাঁদা কাংজৈ শাম্নবগী রাকমস্থ মরুম অড়ুনা খেংনবা কংলিবনি। চৈথারোল কুম্বাবনা হায়- "পোইন্তু ... ৪নি যুমশকৈশন্তা মেয়া কাংচে শাম্নেএ।" ৩২

১৮৪৯ দদি কাংজৈ শাম্নবসি শাগোল কাংজৈ শাম্নবা মোংডামগা হায়বদি থংনবা অকোনবা হুমিংতা শাম্নে। ৩৩ হায়বা রাকমসিনা মশামা অনৌস লৈবাকক' ওইনা বুম্মে ওইনা য়াম্না মরী লৈনবা মথংনি ওাকই। রাকম অসিগী মতাং দা নৈনবা য়াবাদ কাংজৈ হায়রগা মুকনা কাংজৈ অমসুং শাগোল কাংজৈ হায়না মরুওইনা খড়নবা য়াবা রাকম ওইবনা করম্বা মথলগী কাংজৈনো হাবসি লেম্নদা লুনা থোকই। ইংলিস মচাশিংগা শাম্নখিবা কাংজৈ শগোল কাংজৈনা মরুদি হায়ব-শিনদি লেংলখা রাকমান। অতৌবশিংমা মশাগী ইজৎ মাওমদি কিবনা অমদি মুক্না কাংজৈদা মুপা থোকপা অড়ম অড়ম লংনবী অসিবু কিবদগী মু য়াখিদবনী। অমরোম্নদা মখোয়না শরিং শরুক অমসুং মুক্নাগী লৌশিং শিজিন্নবা হৈবা ওমদবদগীনি।

১৮৫৭ দা মুতুম অমা পাশোইগা য়ুরেম্বমগা শাম্নবদা কাংজৈনা শোক্লনা শিখিবা অমসুং ১৮৬০ দা চকপা খুন্দাংবদা কাংজৈ শাম্নবদা ময়াম্বনা য়েবদা মনাওবু কাংজৈ মনা থ দুনা শিাখবগী রাকম চৈথারোল কুম্বাবগী লমায় ৩১৬ অমসুং ৩৪৩ দা ময়েকশেংনা মথংশিংনা পএনালিবশিনা মশাম্নশিবু যাম্না শাখিবা নিপা থোকপা মশাম্ন' অমনি হায়বগী রাকমস্থ শোগংল।

অসিগুম্বা নিপা থোকপা মশামদি শাম্নবদা করিগুম্বা ওমদা থংনবা চৈনবা য়াওই। ১৮৬৪ দা শজিবু ... ৭নি যুমশকৈশদা রাংউগা

৩১। চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ২৮৬

৩২। মথককী লাইহরিক অসিমকুদগী লাঃ ২৭৪

লাংমৈদোংগা নাইচক্রপ কাংজৈ শায়ববু য়ৈনহুনা হুইংত্রাম্বা তোমপোকী মনাই অমা শিংএ ”[৩৩] নাই মশেল কাঙজৈ শামহল্লি। ১৮৬৯ লাংবন .... ২৫ নি ইবাঙদা থাংগ লেমনাই নিংথৌনাই খুন হমানা ননাই ঐথোয় হি তাম্নগে হাইহুনা তানহনল্লে। কাংজৈ মুক্না নাহল্লে।[৩৪]

লৌখংলকলিবা রাজমশিং অসিনা ১৯শুবা চহি চারোলদা কাংজৈ শায়বসি য়াম্না তোঃঙরে, অথাম্বা মৈতৈ খুঙংশিংদা য়াম্না তোয়না শামরে। হায়বা খঙহল্লি। শীংনঙ্না শায়বা তোয়রবা মতমনি। নিংথৌগী মাঙদা শায়বা ইশিলহৌবা রাফম থরদনক চৈথারোল কুম্বাবনা পীরবনি।

চুরাচান্দ মহারাজনা পানবা মঙদা ঙশেংনমক মুক্না কাঙজৈ চাওখংপগী পাঙগান লোম্বা মতমনি। ১৮৯৫-১৯০৬ অসিবাহদা সাহেবশিং খোঙ্নুনা মৈতৈমচাশিংবু থোঙ কাঙজৈ শামহনবগী রাফম কাওবা থেংনরে। সাহেবশিংনা মশায়শিবু কুমৈ অমা ঙইনা য়েংনবা নিংথৌদা হায়রম্বা য়াবগী মওং লৈ। ১৯০৬, মেরা থাদা অতোপ অতোপ্পা লমদাঙদা লৈবা খুন অনী কাঙজৈ শামহনখিবগী মতাংদা অয়নবা থেংনৈ— "মেরা ২৯ ... ঙুমিং অহুদা মহারাজ বস্ত্র সাহেব (সেকপশিয়ার) হমনা থৌবানগা কোইজিংগী থোঙ কাঙজৈ শামহল্লে। থৌবানা ঙম্মে।"[৩৫]

চুরাচান্দ মহারাজনা শায়বদা পূক্নিং লুপলম্বগী মহৈমকনা মহারাজ বুধচন্দ্র (১৯৪১-১৯৫৫) গী মতম ফাওবা শায়বগী লমদা অরেম্বা লৈখিদে।

---

৩৩। মথককী লাইরিক অসিমক্তদগী লাঃ ৩৫৮

৩৪। মথককী লাইরিক অসিমক্তদগী, লাঃ ৩৮৪-৮৫

৩৫। মথককী লাইরিক অসিমক্তদগী, লাঃ ৫৬০

শান্নকম :

মুক্না কাংজৈদগী দমক অককপা মরাক মখুং লৈতে। অতুমকপু মপাল কাংজৈবুংগী হৌজিক হাংদুনা লৈরিবা শরুক অসিদগীদি হেন্না পাক চাউনা শান্নবা অইবনা উবা ফংহৌই। খুঙংশিংদা য়াম্না পাকনা হাংবা মফমদা শান্নৈ। পাম্বগা ছুনগৎতুনা কাংজ্রম্ন খোম্বা য়াম্না থাম্বা চৎলি। ময়াম অমুনা কাংজৈবু হৌজিক মতমগী সিদগী হেন্না পাকচাউবা মফমদা শান্ন। তোয়না থেংনৈ। হৌজিককী মতমদা মণিপুর অন-অরম মার্শিয়েল আর্টস এসোসিয়েসন শেমদুনা পাক চাউবা লেপলে। শাংলবদা মিঃ ১৮০ তেন্নবদা মিঃ ১৬০না ময়ুংগী অশাংবনি অমসুং অপাকপনা মিঃ ৮০ অমসুং মিঃ ৬০গী মরক্তনি। মরাককী অশাংবদা ময়ায়দা পানজনফম ফুট ১৫ (মিঃ ৪.৫৭২) লোম থাপননা চৈ অনী য়ুংদুনা থম্মী। মিঃ ১৮৪ শাংবা মিটর ৯২ পাকপা কাংজৈবুংদা মৎং তানা শান্নবা যাই।

মমাংডৈগী মতমদা পানজনফমদি মরাককী অশাংবা পন্নীং লৈইনা ওইরম্মী। কাংজ্রম্মনা পন্নীং লৈইসি লান্নগা পানজন চনবা হায়না খঙনরম্মী। হৌজিককী মতমগী পানজনফম গোল পোষ্ট য়ুংলিবাসিগা থেন্নৈ।

কাংজৈগী অশাংবা ফুট ৫ (মিঃ ১.৫২৪) দগী ৫½ (মিঃ ১.৬৭৪) ফাওবা শাংই কাংজ্রম্মসু হৌজিককা য়েংনবদা মহৌশানা চাউরপ তৌই। হৌজিক্কি অশাংবা পনল্লিবা এসোসিয়েসন অসিনা লেপ্পিবদি ফুট ৪½ (মিঃ ১.৩৭১৬) নি। লীচৈ মরু পানবা মরুগা মচৈগা তাইনফমদা থেকলপ তৌনা চাউরাক্না ১৩৫° য়োমগী কাচিন নাইনা কোনবা কাংচৈনা মুক্না কাংজৈরোইগী চুন-চানবা কাংজৈনি। হমাং শৌরুগা খুৎনা শায়বদা নানথোক্তনবা খুৎপাইফম লংনা য়েংনৈ। বারুগী কাংজ্রম্ম অঙৌবা মচুনা তৈশিল্লি। হৌজিককী মতমদা লুহনা প্রাঃ ১৬০

অহুগা মতুমগী ময়াই চবুক কাওবা অশাংবা ইনচি ৩½ (সেমিঃ ৮'৮) নি।[৩৬]

মীচঙ নম্রগা খুৎ অমদা লৈগদবা কাঙজৈরোরাই মশীং-খুৎ অমদা কাঙজৈরেই ৭ লৈগনি, কাং শান্নবা, শগোল কাঙজৈ শান্নবা মশাম্নশিংদা লৈবা মশীংগা অমত্তুনি। ৭ কী রাকম মৈতৈশিংনা লুনা লৌনৈ। করিগুম্বদা লাম্বা য়ম্না চাদবা মতাংদা নম্রগা অহৈবা কাঙজৈরোইশিংগী মশুগ য়েংনবা অহৈবা কাঙবুগা শান্নবদা অতোপ্পা শর শোনবা খুৎতা ৭ তগী হেনবা মশীংনা শাবা য়াওই। ১০গা ১০০ গা লাম্বা তৌনহুনা শান্নথিবগী রাকম মথক্তা পনগ্রে।

শান্নবগী মতম :

মুক্না কাঙজৈ শান্নবগী অকক্নবা পাঞ্জন মশীং অস্থুক শান্নগনি হায়বগী অকক্নবা মশীং লৈতে; য়ান্নবগী মতুংইন্না শাননরম্মী।[৩৭] পাঞ্জন মশীং অস্থুক অমম্থুং মতম অস্থুক কুইনা শানবগদবনি হায়বা অকক্নবা লৈঔগম্থু হাননা হায়নহুনা চাউরাকপা পাঞ্জন মশীং অমম্থুং মতম লেপথোকপা মৈতৈ খুনন্‌ইগী চৎনরকপা মওংনি। মরম অহুনা করি-গুবদা লেপনরবা পাঞ্জল মশীং য়োবা ওমদনা নম্রগা হেনজিননা শাননবম্থু য়াওরমলোই হায়নভাই লৈতে। পাঞ্জল মশীং হেননা চনবা ওমবনা অথোইবা শক্লবম্থু মশাননসিগী তোপ তোপ্পা শক্তম অমদি শরিং শরাক, লাক্‌ফানবা মুক্না শাননবা কাঙত্রুম খুন্দুনা পুরগা চেনবা অমনা অমবু ফাননবা হোৎনবসিনা মশাননসি অয়েংবশিংগী পুক্নিং চিংশিননিংঙাই ওইহল্লি।

৩৬। রাই, ইয়াবোং, "মণিপুরী গেমস", ইম্ফাল, ১৯৮৭, লাঃ ৩

৩৭। থোকচোম কমল, "মৈত্রবাককী মুক্না কাঙজৈগী হৌরকফম অমম্থুং শগোল কাঙজৈগী হৌরকফম", লাঃ ৫

শাম্নবগী মওং :

অয় ম্বা মতমদা কাঙজৈ তৈবা অহল অমনা বায়েনবা ওইনৈ। মহাক্না শাম্নবুংগী ময়াইদা কাঙক্রুম হুনগৎতুনা বাংজৈ শাম্নবা হৌইল্লি। লংবা মতমদা 'হাম্প' হায়না লাউই। মরম অদুনা কাঙজৈ শাম্নবা হৌবগী বায়েনবনা কাঙক্রুম হুনগৎপবু 'হুক্রে' হায়না থংনৈ।

হুক্রে হনগৎলবা মতুংদা শাম্নরোইশিংনা মরু ওইবা পাঙথোক্লিবদি কাঙক্রুম পুথনা পাঙনফম চাম্না চেল্লগা খোঙমদাইদা কাঙক্রুমবু কাঙজৈনা খোমজিনবগী মওংনি। থুংনা কাঙক্রুম পাযথনা হকচাংগা কাঙক্রুমগা থেংনবা শোক্লনা য়ানা অসিমক মশাইসিগী চেং ... মশক্লি ; মৈতৈ খুম্নাইদা চৎনবকপা মুক্তা কাঙজৈগী মওং অমনি। অশংনমক লম্পাক্তা কাঙজৈরোইশিংনা কাঙক্রুম পুথনা চেনবা, চেল্লিবা মাবু ফানবা হোৎনবা অমসুং চেননা তান্নবা হেংবগী পেনবা নাইদবা মওংনি।

থুং অমদা যাওরিবা শাম্নরোই খুদিংমক মাগী মাগী লাম্বা থাদোক্লনবা হোৎননৈ। কাঙক্রুম পুরগা চেনবা য়াবগী লাম্বা থাদাক্লবা য়াহন্দবনি। কনাগুম্বা খরগী মক্তা লাম্বা নাপ্পোকখ্রবদি শাম্নরোই অমনা কাঙক্রুম মথুংনা পাযথুনা মথক্তা চেনখ্রগা পনথুংফম লাক্লবদি পাঙ্গল লাই হায়বা য়াওই।' অহৈবগী মক্তা, কাঙক্রুম পুথনা চেল্লগা খোমদ্রবস্তু পাঙ্গল লৌবনি শাইদনমক কাঙজৈনা খোঙ্মগদবনি হায়না লৌনদগীনি হায়বসিনি কাঙজৈ থাদোক্লুনা থনম্নগা কাঙক্রুম পুবা চৎনবা উদে।

কাঙক্রুম পায়থনা চেনবা কাঙজৈরোই অমবু কাঙক্রুম ফজহৌব্রবা অমনা ফাথুনা থম্নবা হোৎনৈ ; পুম্নিবা মহাক্তসু ফাখিদনবা হোৎনৈ। অদুবু কাঙক্রুম পুথনা চেল্লিবা শাম্নরোইগী মমাংদা তুবৎ শম্না চৎপা য়াদে ; তুবৎ চৎলুরবদি মাবু কাঙক্রুম খোম্বগী মওংদা কাঙজৈনা ফুবা য়াই। কাঙক্রুম পুথনা চৎলিবা নত্রগা চেল্লিবা শাম্নরোই অমদা পীবা

খুদোংচাবনা কঙহৌদবা কাঙবুনা কঙবা খুদোং চাবগী হেক্না কাংজৈ লোন্না পী।

কাঙজ্রুম পুন্থনা চেনবা নিপা অমবু কানবা হোৎনবদা তুংলোমদগী কাঙজৈনা কোংথুনা কাবা চৎনৈ। অপুম্বা মীনা কাঙজৈ হায়গনা চেনবা চৎনরম্মি। কাঙজ্রুম থোমগদবা কাঙজৈবু অতোপ্পগী কাঙজৈনা খংতোকপা, কোংপা য়াই; হায়গংথুনা চমজবা খাঙ্থনা থোম্বা চৎনৈ। মসিমক অতোপ্পা থোঙ কাঙজৈ হোকিনচিংবদা উবা ফংদে। মৈতৈগী মুক্না কাঙজৈ হায়নভাই লৈতন্না শান্নরোইশিংদা নীংতম্বা পী।

কাঙজ্রুম পুবা কাংজৈরোই অমবু তুংদগী তান্নবগী মওং অসি অহৈবা শান্নরোই অমনা তান্নবদা শাজিন্নবা মওং অমদি মাংদা চেক্লিববু তাংরিবা মহাক্না মথোঙ য়েংনত্রগা ওয় শাজিন্নহনা মাঙদা চেক্লিবগী মথোঙ খুনিঙদা কাওবগী মওংনি। অহৈবা শান্নরোইগী মমাংদা কাংজ্রুম পুদুনা চেনবা হঙোইনৈ তান্নরিবা মীনা খুনিঙদা কাওবা মতমদা মাংদা চেক্লিবা মহাক শাখিনা উম্না শিংথুনা তাবা য়াই।

কাঙজ্রুম থোম্নবগীদমক মশাগী অতাবী ওইবা মায়কৈদা কাংজ্রুম মৈবা মতমদা কনাগুম্বা শান্নরোই অমনা ওয় ওয়নবা কাঙজ্রুম মৈরবদি মাবু মথোঙ ফুদেকপা কাংজৈ লোন্না পী। য়েংলোমদগী ওয়রোমদা কাঙজৈ হাইবগী অকনবা চৎনবীনি; ওয়রোমদগী য়েংলোমদা হায়বা য়াদে। হাইরবদি ওয়না কোংনা হাইবা হায়না লৌনৈ। কাঙজ্রুম থোমংদা ওয় ওয়বনা কাঙজৈ হায়বা শান্নরোইগী মথোঙ ফুদেকপা য়াই।

শান্নরোইশিংনা হকথেংনববা মতমদা শেংলিবা ফি পায়থনা কাবা য়াই। লংবা য়াই। মখুং পায়থনা চিংবা থোঙচেপ হাইথনা ছুহনবা মুক্না কাঙজৈগীদি হৈতবা য়াদবা মওং অমনি। শান্নরোই অমনা মানা হেক ওয়মথৈ অতোপ্পা কাঙলুপকী শান্নরোইশিংবু মখং মখং মত্রগা অমুক্তা পুন্নপ মুক্নাগী মতেংনা লংথরম্বা য়াই।

পনখিবা রাকমশিং অশিনা মকুনা কাঙজৈরোই অমগী লৈতবা য়াত্রবা চঙদবা য়াত্রবা মতিক মঙমদি মুক্তা, শরিং শরাক, লমজেল য়াংবা অমসুং থাঙলোন খরত ওইরবসু হৈবা মীওই অমা ওইবা তাই। হায়-রিবা মতিক-মঙম অসি চেন্নবা হোংনবা অরায়বা থবক নত্তে। মরম অহুনা শাগরোইশিংগীদমক্তদি মশাম্নসি য়াম্নমক খুদোং থীনিংঙাই ওইবা মশাম্ননি অহুগা অয়েংবা মীশিংগীদমক্তদি হায়নিঙাই লৈতনা মিং পেনবা মশাম্ননি। মৈতৈশিংনা মশাম্নসিবু প্লাইদগী অথোইবা মশাম্ননি হায়না লৌরম্মী।

লাবণ্যচন্দ্র ( ১৭৯৮-১৮০১ ) না পানবা মতমদা খুম্বোং চন্দ্রমণিনা নিংথৌদা মৈতৈগী মুক্তা কাঙজৈদগী হেনবা মশাম্না অমা লৈতে, মমাঙগী নিংথৌরোল কয়াদগী শাগরক্লবা মশাম্ননি হায়না হঙংলি। নিংথৌগী দশা তারক্লবা, লৈবাক প্রজাগী অবাবা নংলক্লবদা অমদি শল-ইরোই, শিনরক্লবদা মায়কৈ ঙাকপা লাই নিপান্দা কাঙজৈ কাঙদ্রম শাহুনা কংলবদি কৈ হায়নসু মথী তাখি।[৩৮]

কাঙজৈগী কাঙমায় অনিমক শীজিন্নবা য়াই। নাকল অনিমক্তা থোম্বা য়াবসিসু হৌজিক মতমগী হোকিগা থেন্নবা মওং অমনি। পনখ্রিবা রাকম কয়ানা মুক্তা কাঙজৈ অসি অতোপ্পা কাংজৈ পায়দুনা কাঙদ্রম থোমদুনা শান্নবা মশাম্নশিংদগী কয়ামুক থেন্নবগে হায়বসু উবা কংই। শম্না হায়রবদা মশাম্নশি তৌমিংবা মওংদা তৌবা য়াবা মশাম্না অমনি, স্ক্রিক্তাইল ওইবা মওংদা শান্নবা কাঙজৈ মথৌ অমনি। মরম অদুনা মালেমদা মশাম্নসিগা মান্নবা অতোপ্পা মুপা থোকপা মশাম্না অমা লৈতে হায়বদা হায়মনবা থোক্লরোইদবা মশাম্ননি।

---

৩৮। মথক্কী লাইরিক অসিমক্তদগী,

মুক্তা কাঙজৈ মৈতৈগী মায়চৌশিংনা পুন্সিরোল অমদি তাইবঙগী অরা অনাদগী লাম্থোক্লুনা তাইঙ মপুগী নাক্তা তিনবগী রাখলগী মশক্তি। লোয়ননা হকংশল কাংলোন্দা য়াম্না সাণ্টিফিক ওইবা মওংদা মশাক্না অমা ওইনা পুথোক্লিবা মশাক্লশুনি। [৩৯]

মৈতৈ লৈবাক্তা কাওথিবা মুক্তা কাঙজৈরোই থরগী মমিং পংবা তারবদি মোইরাংগী থম্বা, নোংবান; চুরাচান্দ মহারাজগী মতংগী ময়াংইম্ফাল অমু থাত্রা, মমিং পরে।

মুক্তা-কাঙজৈ মুক্তাগা য়াম্না নক্লবা মশাক্না ওইবনা মুক্তাদা শেৎপা ফিজেৎ [৪০] অহুমক্তা মান্নবা শেৎনৈ। মথক্তা অনীশুবা তাঙকক্তা পনখ্রে মহুদি নিংথম অমসুং শাজিন চিন্দুনা মুক্তা শানৈ। মুক্তা কাঙজৈ মশাক্ন-সিদসু নিংথৌ পাল্লিজৈদা হায়রিবা ফিজেৎ অসিনা লৈতেং ফিজেৎ ওইনা শেৎনরম্মী। পানা কাঙজৈদদি পানাগী ওইবা ফিজেৎ শেৎতুনা শাম্নরম্মী। পানাগী মশক খঙনবা মচুশিংদি অসীনী—(১) অহল্লুপ—মচু মুরৈনবা, (২) নহারুপ— অঙৌবা, (৩) লাইফম – মঙ্গমচু অঙাংবা, (৪) খাবম— উৎমচু। নোংদা লাইরেন পাখংবগী মতমদা অহানবা অমসুং অহুমশুবগী পানা অনীতমক ইহান হায়্না লৈরম্বদগী অনী-শুবা অমসুং মরিশুবা পানা অনিসি থোক্লকখি। অসুম্না নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা লৈকায় মরিগী মমিংবু খুরাই, থাঙ্গ, খুমই অমসুং য়াইস্কুল হায়নসু পানা ওইনা খঙনরম্মী [৪১] অচম্বা ফিজেৎতি- (১) নামৈ হুত্রি লোংজন, (২) ফি খাও সাবা মওং অমসুং (৩) কোয়েং তোলোক অয়াম্বা মতমদা শীজিনৈ।

---

৩৯। মথক্কী লাইরিক অসিমক্তদগী, লাঃ ৪

৪০। মুক্তাগী মতাংদা নিঙথম অমসুং শমজিন করিনো পনখ্রে।

৪১। ফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্মা, "মৈতৈ ফিজেৎ লৈতেং, ইম্ফালঃ ১৯৭৪, লাঃ ৩৫–৩৬

শরিং শরাক, শাঙ-ত্তা অমসুং মুক্তানা অতুককী মত্তিক চাউখং-লিবৗথৈ মুক্তা কাঙজৈ য়েংবদা য়াম্না মুশাঙবা মশাক্না ওই। নিংথৌ পাক্লিঙৈদা মশামক্সি চাউখৎপগী মখি নৌংখিনা লৈ। লিশাংশিংনা লাক্লাব: বৈতৈগী ৱাৱাগা লৈঙাকপানদা ইণ্ডিয়াগা পুনসিন্দুনা লৈরকপা মওং থৱদা মশামক্সি শিখরক্কবগুম ভোরবস্তু ওলিংগী মহী ৪৬।৭ খাই-দগীদি মশামক্সি চাউখৎপগী লমদা অমুকহন্না খোঙ থাঙজল্লক্লবগী মরম অৱৌবা লম্নাইগী ওইনা লৈ য়শঙ কয়া লিংখৎতুনা, শরিং শরাক, খাঙ-ত্তা অমসুং মুক্তানচিংবা মশাংশিং মুচিংম ওইবা শুক্লিং হুপ্লবা ওপাশিংনা হোৎনরনলিবসি থাগৎনিঙাইনি। মালেম শীনবা থুংনা শকখঙলকনি। মুক্তা কাংজৈ, মুক্তাবু মোক্কোনচিংবদা উৎলুবগুম, মালেমগী মকুম পুদিংনা খঙহন্নবা উৎকম থোকই।

— (O) —

# তরুকণ্ডবা তাকক

## কাং

'কাং' হায়বা মশাম্নসি মৈতৈ পুম্নাইগী লিন্নবা মশাম্নশিংগী মরক্তা মুংশা নাইদবা শান্নহুনা শাক্লাবা মৈতৈগী ওইবা মশাম্না অমনি। ফুপা, ফুপী, অডাং, অহল থাক্তুনা মৈতৈনা খুন্দাবা মফম অয়াম্বদা শাংহুনা লাক্লবা মশাম্ননি। মশাম্নসি মালেমগী খুইদগী লেম্না শাম্নবা য়াবা শংমাঙ মাঙ্গোলগী ওইবা মশাম্ননি। মৈতৈশিংনা মশাম্নসি কয়ংমুক য়াম্না পামজনা শাম্নবাগে হায়বসি থাক্তুনা অমুক হন্না নৈনবগী মতম নুংঙ্গে। মাঙ্গোল, শংমাং অমদি শঙ্গোইদা মক ওইনা শাংজরবন্তে লৈকায় নত্রগা খুলগী ওইবা শঙশিংদা কাং শাম্নকম হৌজিক্তি মফম মুক্কম অয়াম্বদা ওইনবা উরে। অচৌবা মাগুব অয়াম্বা কাংশঙ ওইনা শীজিন্নরক্তুনা হৌজিককী মতমদা কাং শাম্নবগী চাং খুমাঙ য়াম্না চাওশিল্লে। মশাম্নসি লমহাং অমসুং লমজাওদা হোকি ফুটবোলনচিংবা মশাম্নগুম শাম্নবা অমা নত্তে; মশাম্নসি ইশ্নোর গেমনি।

শেন চঙদনা শাম্নবা য়াবা খুইদগী মরুওইবা অডাং অমসুং অহল অনিমককী ওইবা মশাম্নসি মৈতৈগী শগোল কাঙজৈগুম তোপ তোপ্না মশক অমা লেপহুনা লৈজে। পাঙ্গল ফুংদাক্লা শাম্নবা য়াদবা মশাম্নশিংগী মরুংদা থম্না য়াবা মশাম্ননি। মসিবু 'কাং শাম্নবা' হায়নন্তু হৌজিক খঙনৈ।

মশাম্না অসিদা, শম্না হায়বদা 'কাং' কৌব পোংশক অমবু লৈতেম মাম্নবা লৈমায়দা খুৎনা হুন্দুননা অমসুং খুংশানা ইন্দুনা পান্দমফম থমদুনা পান্দমফম অতুবু পাম্নবা হোংনৈ। কাং হায়বসি পোংশক ওইনা খঙনবদা মথৌ অনি থোক্লা শীজিন্নে হুন্দুনা অমদি ইন্দুনা চংহলং লেঙহনবা য়াব হুনগদবা অমসুং ইনগদবা অমসুং ইনগদবা পোং অমহুং

২) সেঙদনা খিনকনদা খিল্লুনা থম্বা পোং। অনিশুবা মখল অসি মশাম্নসিদা চঙগদবা পোংচঙ নৈনরকপদা 'কাংখিল'গী মতাং লাকপদা নৈনরকখিগনি।

লংহনা অমম্লুং কাপজুনা শীজিন্নবা কাংগী মখল :

অহানবা মখলগী 'কাং' অসি মতমগী ওইনা তোঙান তোঙানবা মশক কয়ামরুম লৈ। অহানবদা, 'কাংখিল' হায়বা ঈরী পান্থী অমগী কোইরপ তৌবা মরুবু কাং হায়না খঙনরম্মী। মসিগী মচুদি কুঙনা ঙাঙবা মচুনি। মসিগী, অনিশুবদা, মসং অমম্লুং মশকতি অকোইবা ঊগী কাংখোঙগুম্বা মসৌনি। হায়রিবা মখল অসি অহাম্বা মতমদা মকোয় মান্নবা কংখিল কংদবা মরমনা ঊপাক্কী য়াংপা ঊ অসি কাং-খিলগী মহুংতা শীজিন্নৈ।[1] ঊকাং শীজিন্নরকপদগী কাংখিলগী অচৌ-অপিক হাম্নদগী তেন্না চাউবা ওইরকই।

অহানবা মখলগী কাং অসিগী তুংদা থোরকপা মশক মওংদি শজি শঙাই মচিনা শাবা শাংলপ তৌনা কোযদানবা অপাকপা মওংনি। কাংখোঙগুম্বা ওন্দুনা চংহনবা য়াদবা শীংতুনা চংহনবা মথঙনি। শীং-তুনা চংহনবা য়াবা কাংগী, অহানবা মখলগী শরুমনি হায়না লৌকম থোকই। মসিগী মথংদা শামু ময়ানা শাবা কাংনি। মসি ওনহনবা অমদি লৈবাক্তা শিংতুনা চেলহনবা পোংনি।

খ্বাইদগী কোনবা থোরকপা কাংগী মশক মওংদি হৌজিক হৌজিক-মক চংনরিবা চানা শাবা শিংতুনতক চংহনবা য়াবা কাংগী মওং অসিনি। লমথা কাংখুল অমম্লুং 'মরক চঙবা'[2] মতমদা মরককী কাং-থাকমদা কাংখিল ওইনম্ম শীজিন্নৈ। ইকোন কোনদা চানা শাবা কাং

১। কে, আইচ, তোনহল সিংহ, "কাং" ( ইংস রল অন্দ ওরিজন ), ইম্ফাল, ১৯৬২, লা:১৩

২। "মরকচঙবা" কাংগী কাঙলোন নৈনবা মতাংদা

অসি থোরকলবসু পাকথোক্লবা য়েকমগী মওং মানবা কাংসু মহৌশাদগী শীজিন্নরবক্লবনি হায়নসু খাজনৈ।

শান্নরকপগী ৱারী :

কাং হায়বা মশান্নশি লিন্নবা মশান্নশিংগী মরক্তা অমনি। হিস্তরিনা শীবা মীয়ান্না য়ান্নববা ৱাকম অমা ওইনা মৈতিংঙু লোয়তোংবা (১০৭৪-১১১২) গী মতমদা শান্নরে হায়বসি লেপ্পা ঙম্মী। অহুমকপু থাজনবী অমসুং চৎনরকপা চৎনবীনা লোয়তোংববু কাং মশান্নসি হৌদোক্লবগী ৱাকমদি থাপ্পা লৈ। মৈতৈনা মীথোই মীহেনবা মীবু লাই ওইনা লৌরকপা লৈরবা ফাওবদা মহাকপুদি লাইনি হায়না লৌদে। মরম অসিদা য়েংলবদি লোইতোংবনা কাং শান্নবা হৌদোকই হায়না লৌবগী মহক্তা মাগী মতমদা কাং পাকশন্না শান্নরে হায়বনা অচুম্বা ৱাকম ওইকম থোকই।

মৈতৈগী ৱাখল্লোন্দা শান্নববু শান্নবগী ওাক্তা লৌদে হায়বা ৱাকম মশান্না কয়া লৈনরকপদা থগবা ঙম্মী। কাং হায়বা মশান্নসিদসু ৱাকম অসিগী মমি তাই। ৱারী কয়াদগী ফংবদি মৈতৈগী অশৈবশিংগী মতৃতসু মসি লাইরমলেনদগী শান্নবা হৌরকই। "চিঙু লাইনিংথৌ শিদবনা তাইবং খোঙচৎ তাক্লিবা লৈশেমঙেদগী হৌহনা মৈতৈনা শান্নরকপা কাংনি।"[৩] থোইদোক হেন্নোক্না মশান্নসিসু অকক্লবা মরু ওইবা লাইরেম্বী অমা ওইনা পাম্থোইবীবু মকম অমা শীহনা লৈ। কাং হন্নমং লাইদা অমসুং কান্নমদাইদা লাইরেম্বী অসিবু নীংশিংনবা ৱাকম মরাং কায়না ফংই।

---

৩। নহাকপম মণি সিংহ, হাওবম কুলবিধু সিংহ "মীতৈগী কাং শান্নবা অমসুং কাঙলোন", ইম্ফাল, ১৯৬৩, ৱাহৌদোক, লাঃ ১

"The ruling deity of the game is said to be Panthoibi." [৪]

পান্থোইবী মীওইপোক্তা পোকখিবা লাইগী শিংদা চনখিবী মৈতৈ দুগীনি। পান্থোইবী খোঙ্গুল[৫] না ময়েক শেংনা তাকই। হিন্দুগীগী ওইবা মীৎয়েংদা পান্থোইবী মীওইপোক্পী। খাবা, নোংদা লাইরেল পাখঙবা (৩৩–১৫৪) গী মমাংদা মৈতৈ লৈবাক্তা পান্থবা নিংথৌনি। খাবা লৈরেনথৈ খৃষ্ট মাং চহি চারোন ৪ শুবদা পান্থবা নিংথৌনি, মহাক্কী মতমদগী লাই হয়াওবা হৌদোকখিবনি।[৬]

মৈতৈগী অশেংবশিংগী খোন্থোক্তা মশাম্নসি লাইরমলেন্দগী হৌরকই হায়না কোংদোকই। হিন্দু ধর্মগী ইথিল ফংলবদা মশামসিবু শিব-দুর্গানা হৌদোকই হায়না কাওবা হায়রকই। মশামসি হিন্দুগী লাইনিং চংপা ভারতকী মফম অতৈদা ফংদে। অমযোমদা মহাভারত্তা অভি-মন্যুনা কাং শান্নখি হায়নসু হায়নে। অদুমকপু মথাভানা ভারতকী মফম অতৈদা শান্নবা মৈতৈগী কাংগা মান্নবা মশান্নদি ওইরমোই। মৈতৈনা শান্নরিবা কাং অতোপ্পা মীওই ফুরুপ অমদগী তমহনা শান্নবা মশান্না অমা ওইনা লাইরিক অমতদা থেংনবা উদে। মৈতৈগী ওইবা মৈতৈগী কোককী রাখলনা পীবা মুংগী রাখলোন কয়াম্নু কোনশিন্দুনা লৈবা মশামনি। লাই হাক্কগী চংনরকই হায়রবসু ওসিগী কাওলোন মতমগী মতুংইন্না হোংলকপা শক্তম অমনি।

৪। N. Tombi Singh, "Manipur And the Mainstream", 1975, p. 57

৫। শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ (সম্পাও), "পান্থোইবী খোঙ্গুল", ইম্ফাল, ১৯৬৩

৬। নিপামচা তাক্কী অনীশুবা অমসুং অহুমশুবা ফুৎনোৎকা মরী লৈনবা রাকম।

লিশাং শিংনা লাক্লবা ঘারী শীংবুন অমনা মশাম্নসিবু শোগংতুনা লাকই। থোক্লগদবা শায়োন তরেংকী থুদম উংতুনা লাই চম্নুরা তরেংকা লাই পাখঙ তরেংতগী-পাঞ্জল থোইখি হায়না লৌনরকই "তরেংলক হন্না শান্নবদা লৈমরোন ৭না কাং থোইখি। মহুগী হুংঙাইতবা মলোম্না কাং থোইনবা শীনবদা লাইনিংথৌশিংগী দঃকা পাথংবনা কোয়শাংনবা কাং হৌদোকখি। মহুদগী হৌহুনা নিপা ওইবা মথৈদি কোয়শাংনবা কাং পায়নখি।"[৭]

শায়োনগী ওইনা হায়বা তারবদা কাদং থাংজহনবনা শাহবম্নী অমসুং মহাক্ন শান্নবম্না কাং অতু মহাক্কী মচা থোংজোম্বনা শীক্সিন্নরবদা কাং অতুমক নিংথৌগী কাংনি, কাং নত্তে হায়বগী ঘাথোকপা লোয়ননা থোংজোম্বনা ডাকংহনবগী মচানুপী পিংদাংন্নগী থুম্না কাং লেংহনা, মায়কৈ অমরোমদা থোমদোন শেললুংবনা মোইরাং লৈমরেন তারেঙা কাং তোংহনা নিংডাল্লাকপগী কাংশংদ কাং শান্নখিবগী ব'রী কয়াম্ন ফংই। ইকোন কোনবা পাংখোইবগী শায়োন মেংইরাং থোংইবীগী মতমদগী কাং শান্নখিবগী থুদম ফংই।"[৮], অদুম্না কাং শান্নখি হায়বগী খুদম শান্নবা মতমদা শান্নখোই অমনা পাংখোইবীবু নৌংশিংবনা লাকই। মথক্কী লনজেল অমসুং হিয়াং নৈনবা তাংকক খম্না থোইবীগী মতমসি চাউরাক্না খৃষ্টগী ছুং ৫০০ তনি হায়বা পনংগ্রে কুম্বাবন।"[৯] মৈদিংঙু লোইতোংবনা (১১২২-১১৫০) মহাকথক্তা কাং শান্নবা হৌই হায়না হায়।

মৈতিংঙু লোইতোংবনা কাং থরো কৌবা মশাম্ন অসি শজিবু চৈন্নাওবা হুন্নিত্তা হৌদোকখি। নোংমা নিংথৌনা চাকচা তান্নবা

৭। মণি অমসুং কুলবিধু, "মীতৈগী কাং শান্নবা অমসুং কাঙলোন", ইম্ফাল, ১৯৬৫, লাঃ ৮

৮। কে, আইচ, তোলহল সিংহ, "কাং, ইৎস রুল এণ্ড ওরিজিন", লাঃ ৮

৯। চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ৫

মতুংদা হকচাং লেংঙম শাঙমদবা য়োক্লুনা মাঙ্গোলদা পুক থনমনবগী মুংঙাইতবা কোক্লবা হন্দং হন্দা খোঙনা চৎপদা কাংখিল অমা মাঙ্গোলদা থরো থরো ওন্দুনা চেনখি। নিংথৌনা কাহনা কাংখিল অদু মন্ত্রি অমগী থৌইনশিল্লগী খুৎয়াইনা ইরুকউ হায়বদগী ইনখি। মতুদগী শাম্বা মশাম্মা অমা ওইখি। শায়োন শায়োন্দা কাং শাম্বা মশাম্মা অমা লৈ হায়নসু ময়াম্মা হায়নরকখি।[১০] বাক্ষম অসিদা লোইতোংবা নিংথৌনা পানবা মতম কয়াগী মমাংদগী কাং শান্নহনা লাকই; কাং থরো কৌবা মশামসি মাগী মতমদা মপুঙ অমা ওইনা হৌদোকখি হায়বা তাকই। বাক্ষম অসোমদা লৌবা তারবদি কাংখিল হায়বা উরী মথল অমগী মহৈ অসি 'কাং' মশামসিগীদমক শীজিন্নত্রিঙেদা অতোপ্পা মশক অমা শীজিন্নরম্মী হায়বসু তাকই। হৌজিক শীজিন্নরিবা কাংগী মওং কোয়শাংনবা কাং অসি য়েক ৭কী লাই-নিংথৌ ৭, লাইরেম্মী ৭না কাং শান্নবা মতমদা লাইরেম্মীনা থোইরন মতাংদা পাখঙবনা পুথোকখি।[১১]

মথক্কসু প্রনম্ম চানা শাবা কাং অসিনা ইকোন কোনবা মথলগী কাংনি। লোইতোংবা নিংথৌগী মতমদা শান্নরম্বা উরী কাং অসিগী মথক্তা উগী কাংসু শীজিন্নরম্মী। মকোয় মান্নবা ফঙগন্দবা উগী কাং অসি শান্নবদা ওন্দুনা চংহনবা য়াদবা অমদি থুংশানা কাপতুনা শান্নবা মুংঙাইতবদগী উগী কাং অসি কাংথোঙগুম্বনী, কাংথোঙগা পাদম লাক্লে। উরী কাংগী মওং লৌহনা শাবনী হায়না থাজনৈ। হায়রিবা কাং অসি মী অমনা মহোমতমা ওন্দুনা শান্নবা য়াবা মথলনি। পনথৈ অনিগী লৈইদা, লৈই অমদা কাং অমা খিন্নগা অতোপ্পা লৈই অমদগী থুংশানা অমনা পান্নবা কাপতুনা মত্রগা ওলহন্দুনা শান্নবা য়াবা মওংনি। চানা শাবা কোয়শাংনবা কাং শীজিন্নরবা মতম অসি কাওবদা কাংবু উরী কাং

১০। কে. আইচ. তোলহল সিংহ, মথক্কা পমপ্রবা, লাঃ ১১-১২

১১। মণি নহাকপা, "য়াংকাওলোন", ইম্ফাল, ১৯৮৮

হায়না কৌনৈ। উরীগী কাং অসি চহি কুনমুক্কী মমাংদদি লরাই থরাইদা শাম্নরম্মী। অঙাংশিংনা মতুম তাবা পোৎ মার্কলনচিংবা মরাং কাংনা ফংদ্রিদ্রেদা খুৎনা কাপতুনা অমস্তুং লংতুনা শান্নরম্মী। শম্না হায়রবদা কাংগী মথল কয়া থোরক্লবস্থু উরী কাংদি অঙাংশিংনা থাদোক্তনা চহি কয়াগী মমাঙদগী শান্নরকই।

উগী কাংথোংগুম্বা কাংগী মথংদা শীজিন্নহুনা লাকপা কাংদি শাজি, শঙাইগী মচিনা শাবনি। উগী কাংনা ওন্দুনা শান্নরদ্দগী মহৌশাগুম্বা শাংতক তৌবা কোয়শাংনবা কাং ওইনা শজি শঙাইগী মচিনা শাবা কাং অসিদি ওস্তুনা চৎহনবা য়াদে। থুৎনা ইন্দুনা থুৎশানা কাঙ্গী মহুত্তা লংতুনা শান্নবস্থু মরুওইবা মওং অমা ওইরক্রে। শীৎতুনা চৎহনবা মতম-সিদদি কাং অসি মথক মথা নাইবগী চৎনবী লাকখি; লোয়ন লোয়ননা কাংগী মথক্কা লৈপাককা তাইনরগা মথাথংবা মবুক্কী শরুক্কা মথক থংতুনা লৈপাক মথক্তা চৎহনবা য়াদবগী অকনবা পথাপ থম্নরক্রে। মরম অদুনা মথাথংবা কাংগী মবুক্কুনা শীৎতুনা লৈবাক মথক্তা চৎপনা অচুম্বা কাংচৎ ওইনরক্লি।

থুৎ থুৎ নাইনহুনা মকম মকম থুদিংদা পাক-শম্না শান্নরকপা মতাং ওইরকখি। লৈপাক মথক্তা নিংথিনবু চেপ্পবদি পান্দমকম কাংথিলদা পাল্লবকাওবদা পাঞ্জল লৌনপ্রে। কাংবন চুমদবা হায়বা বাকম লাক্রে। কাংথিল থিল্লীবা শান্নরোইনা কাং লাকপগী মওং কাংচৎ চুমপ্রবদি অমস্তুং কাংলম চুমপ্রবদি কাপ্নক্লিবা নল্লগা হল্লক্লিবা কাংবু কাবা য়ানরক্রে। মরম অদুনা য়াম্না চেকশিন্না শান্নবগী মওং লাকপদগী ফজনা লংবা কাং, চেকচৈ কাং হায়না খঙনখিবনি হায়বগী বাকম ফাওবা অহল লমনশিংনা হায়নৈ। [১২]

অদুমকপু লমথা কাপ্নগী মওংদি থয়ো ওনবা কাংহুবু পাংমদাই,

---

১২। তোলহল সিংহ, "কাং শান্নবা" ইম্ফাল, ১৯৬২, লাঃ ১৫

কাংখিল য়োরমদাইদা ইনথুরবা তুংদা থুংনা কাং অচু কাংখিন্দা পাল-হনবগী চংনবীস্থ লাকখি। পীক্ক পীক্কিবা অঙাংশিংনা শান্নবদা মওং অসি মরুওইনা শীজিন্নরম্বা য়াবগী থুদম লৈ। খর চাওখংপা অঙাং-শিংগীনা কাং ইনথুকমদগী থুহুম অমা কাপ অমা, গুদোল অহুম হনগৎ-লক্লগা থুংশা অমা থেক্লগ: পাঙ্গল হাপহুনা কাং অচু ইন্দুনা কাংখিল অচু ইনথুনরম্বগী মওংনি।

মসিগী তুংদা থুংশানা ইনথুরবা কাংখিল মতুংদা কাপলিবা শান্নরোই অহুনা থুত্তুনা মথক্তা কাং অচু পুরক্তুনা মাগী পনথৈদা থম্লগা খোও নাম্মা থাংগৎলগা লৈবাক্তা লৈবা মখোঙনা লৈবাক মথক্তা থম্বা কাং অচু ঈন ঈন্দুনা অথিনবা কাংখিল তাম্না চোংদুনা পুরগা ইনথুনবা হোৎনৈ।[১৩]

শামু ময়ানা শাবা কাংস্থ নৈতিংঙ্‌ লোয়ত্তোংবগী মতুং চহি ১০০ রোমগী মতুংদা পুথোকখি। মসি উকাংগুম্বনি। থরো ওলহনবস্থ য়াবা শিংতুনা চৎহনবস্থ য়াবা কাংনি। হান্না শান্নরম্বা কাংদগী হেন্না লুম্বা মরম্না থুংশানা থেকতুনা পনথৈ অমদগী অমদা য়ৌনবা ইনবা ওমদে।[১৪] অস্থমনা নিংশিংবা থোক্ত্রবা মতমগী হৌনা কোয়শাংনা কাং শীজিন্ন-রকপগা লোয়ন লোয়ননা মথল মথেল কয়াগী ওইবা কাংগী মশক মওং পুথোক্তুনা শান্নরকখি। য়াম্না তোয়না শান্নমনবদগী সুপা-সুপী, অঙাং, অহল থাক্তনা মশান্নসি থুংলোয়রকই। সুপামচা সুপীমচা শীংনহুনা কাং শান্নরকই। সুপা অমস্থং সুপী থাক্তনা কাং হুনবা, কাং ইনবা তৌনরকই। সুপা-সুপী পুন্না কাংথুং অমা শেমহুনা শান্নবস্থ মহৌশাদগী চংনরকই। কাং লংহুনা কাংখিন পান্দ্রিমথৈ কাং থুংশানা ইন্দুনা কাংখিন্দা পানহম্বা য়াদবগী চংনবী মতমগী মতুংইন্না লাক্লম্বগী মওং লৈ। শম্না, কাং লংহুনা কাংখিন্দা পান্নবতদা কাং থুংনা ঈন্দুনা শান্নরম্মী।

---

১৩। মথক্কী লাইব্রিক অসিমক্তদগী, লা: ১৬

১৪। মথক্কী লাইব্রিক অসিমক্তদগী, লা: ১৭

সুপা-সুপী যায়রুনা শাম্নবা কাংনা শকনবা কাংনি, মশামনি লৌনরম্মী। মচৈং খাংনরগ খুং শেমচুনা শামবা ভকনবা কাংদা সুপী অমসুং সুপা পুম্না কাংথুং অমদা লৈনবগী চৎনবী মহারাজ চন্দ্রকীর্তিগী মমাংদগী লৈরক্লবনি; খুং অমদ সুপ অমসুং সুপী পুম্না য়াওরবদি সুপী খুং হায়না মহাক্কী মতমগী তৌনাথংনরকই। মোইরাং কাংলৈরোনগী মতুংইন্নদি মহারাজ চন্দ্রকীর্তিগী মমাং চহি চারোল কয়গী মমাংদগী সুপী খুং লৈরে খঙই

মতৌ অম্মম তৌনা মহৌশা য়াম্না ভক্লিউ মতমদগী হৌনা হৌজিককী মতমদা শীজিন্নরিবা কোয়শাংনবা কংগী মঙং অসি শীজিন্নরকপগা লোয়ননা মথলগী মথেল কয়াগী কাংস্ত পুথোক্তুনা শীজিন্নরকই হায়না রাখল লেপ্পা ওনই। অহুমকপু হৌজিককী মতমদসু উরীগী কংবু শীজিন্ন-রকপগী মহৈনা চা-না শাবা কাং শীজিন্নরবা ফাওবদা মমিং অসিমদি শীজিন্নবগুম তৌরি। মতমগী মতুংইন্না শীজিন্নরকপা কংগী মশকশিং অসিদি উরী কাং শীজিন্নবা হৌরবা মতম মরুওইনা লোইতোংবা নিং-থৌগী মতমদগী হৌনা শীজিন্নরকই।

চাউখংপা অরেম্বা মশাক্না অমা ওইনা য়ামগ্নবদা ১৯তবা চহি চালুপকী তংখায় চন্দ্রকপা মতমদা কাং শাম্নবগী মশাম্নসিদু য়াম্না ফজবা চেকশিনবা মঙং অমদা পাকশম্না শামরম্বা য়াংগী মঙং লৈরে। শীংন চুনা শামবা কাং হায়বদি সুপীখুং শামবা কাংবুবু খঙহনরম্মী। সুপা সুপী য়ানশিন্নচুনা খুং অমা শাবা ময়েকশেংনা হৌরবা মতমনি লৌবা য়াই। হায়রিবা মতম অসিদা শীংনচুনা শামবা অরু অহেনগী ওইবা কাংদা থোঙনা কাউচুনা শামবগী মঙং অসি পূমমুং মুৎলবা মতমনি।

হৈবা হেনগংনরকপা মরম্না শামফমগী কাংশঙ থোওইনা শেমচুনমক মতিকচানা হাম্না থমলদবনা কাংখুং অমনা কাপ্পা হৌখিবগী অরেম্বা লৈতনা অতং-অথম নাইদনা মতম শাংনা কাপতুনা অমদি কাং হুন্দুনা

কাং কৌনরকপসি কাংগী মমাংদা কাংখিলগী মকু অভাংবনা ফজনবা নপশিন্নরকপদগীনি হায়নবস্থ য়াওই। বাকম অমরোমদা উরী কাংবু কাং ওইনা শীজিন্নরকপা তোয়মশিখিবদগী চানা শারবা কাং ওইরব- ফাওবদা মহৌশাদগী কৌনরকপা অহু হৈনবী অমা ওইরকপদগী কাংবু উরী কাং কৌরকপস্থ ওইবা য়াবা রাফম্নি।

কাং মশীং য়ামদন্না মতমদা শীজিন্নরিকৈ মতমদা শীংনহুনা কাং শাগ্ররক্ত হৈন-হৈনবা কাং খন্দুনা মাগী মাগী হায়বা থন্নদনা শান্নরম্মী। মতম অসিদা শামু ময়া, ইরোই মচি অমস্থং থেঙ্গুমথানা শাবা কাংনচিংবগী মরক্তগী হৈজবা কাং খন্দুনা শামবস্থ চৎনরম্মী হায়না অহল কমনদগী ফংবা ওম্মী।

মহারাজ সুরচন্দ্র (১৮৮৬-১৮৯০) গী মতমদা নিংথৌ মাওদা কাং শান্নখিবগী বাফম কাংগী নরম লেনরকপদা থেংনৈ। নিংথৌ অসিগী হাক্তক্কা বান্নিবম বোড়াচাওবা, লৌরেম্বম তোম্বা, ব্রহ্মাপুরগী মাইস্থ- পেমচা, কবোলৈকাইদগী থোকচোম চন্থ থম্বাল, বাহেংবম লৈকায়দগী ময়াংলম্বম চন্থ অঙোবী ওইনাম চন্থ মালিকা অমস্থং অঙোম্বা মুপা অমগা পুননা কাংখুৎ অমা শান্নগা, অতোম্বা কাংখুৎ অমদা থুরুইদগী ইঙুদম চন্থ শ্যাম, বাংখৈদগী তোইজম চন্থ ইন্দুমুখী, কৈশামথোংদগী লাইশ্রম চন্থ কামিনি, য়াইস্কুলবগী মেইরাংখেম চন্থ চন্দ্রাবলী মরি অসি নোক্লগা য়ুবরাজ কোইরেং ওনো শেলুংবা অমস্থং থম্বৌ শেলুংবা অহুমগা লোয়ননা কাংখুৎ অমা শেমহুনা কাং শান্নখি; পন ওন্নমদাই ফাওবদা মনাও ইবুংঙোগী কাংখুৎনা পাঙ্গল নিক্তু থোইরে। চেকফৈ নামা পান্নগা খুৎ থারহুনা পন ওন্নে অমস্থং বোড়াচাউবগী কাংখুৎনা পাঙ্গল মথং মথং হন্দোরক্তুনা পাঙ্গল মঙাদমক ঙাইরবদা ওয়থংবা মতায় মথংদা ফন্নিবী মাইস্থ পেমচানা চেকফৈ নামা পান্নবা মতুংদা লেমহৌবা শান্ন- রোইশিংনা চেকফৈ ওবা ওমদবদগী খুৎথাবা তারে। মাইস্থ পেমচানা

নিংখৌদা অমম্তুং মনা ওইবুংঙোদা হঙ্গৎতুনা কাং খোমগে হায়জরবদা য়াবিহুনা কাং খোমই। কাং খোমগে হায়জরবদা য়াবিহুনা কাং খোমই। কাং খোম্বা হায়বনি, চৎনবী অমগী মতংইম্না, চেকচৈ নাম্না পানবা শাম্নরোই অমনা কাংখুল তরেংকী চেকচৈ পান্নগা লমথা কাম্না য়াহনবা পান্নগা খুংকাপ অচুগী চেকচৈ মাঙজবা হায়বা মথল অমগী কাঙলোন অমনি। মাইপু পেমচানা মশাগী কমকমদগী হোংদোক্তুনা চেকচৈ তরেংমক পান্নুনা লমথা কাম্না য়াবগী খুদোংচাবা মাগী খুংকী শাম্নরোইশিংদা পীখি। মতাংদা লমথা কাপ্পনা লমথা পান্দুনা পাঞ্জল হনবা হৌখিবদগী পাঞ্জল তরেং অমুক খোইগৎতুনা কাং লোইশিনখি।[*] সুপীগা সুপাগা পুন্না কাংখুৎ অমা ওইরগা হৌজিকী মতমদা তৌবগুম কাঙলোন ইতুনা পুখোবক্তিচৈ মতমদা শাম্নমস্বগী থাকমনি। অইবা কাঙলোন সেরবদা সুপী সুপা য়াম্নবা কাংখুৎ ওইরগা শাম্নবগী মতাং মথা চৎথরকপদা কঙ্গনি।

মমাংদা নৈনবা য়াবা থাকম অমা ওইনা পাঙ্খোইবাবু মশাম্নসিগী ওইবা লাইরেম্বী অমা ওইনা পনখিবা থাকম অমু মাইঙ্গুপেমচাগী মতম অসিদমু পইমে। মাইঙ্গু পেমচানা কাং খোম্নমদাইদা পাঙ্খোইবাবু নীংজবগী থাকম তুংগী মীরোলনা কাং শাম্নবগী মতাংদা হায়নহুনা লাকই। চৌনথাং য়েংহুনা লাক্লবা থারী অমমতুং মৈতৈগী ওইনা চাম্নোল শুম্নোল কয়া চৎথহুনা লৈরক্লবা থাজনবীনা শূরচন্দ্র মহারাজগী মতম ফাওবদা মমি তাহুনা লৈবদগী হেন্দোক্লুনা ওসি ফাওবদমু পাঙ্খোইবাবু কাংগা মরী লৈনবা লাইনি হায়না লৌনরি। লিশাং শিংনা লাক্লবা থাজনবী অমগী ককপা য়াত্রবা থাকম অমা ওইনা মৈতৈ হায়বা ফুরুপ অসি মশাগী ওইবা মনাং শেমগৎতুনা লাক্লবা মীওই ফুরুপনি হায়বা মম্নেক শেংনা তাকই। খোইদোক হেন্দোক্লা লৈশেম্বদগী হৌনা লৈরক্লবা তাইবঙ খোঙচৎ তাক্লবা মশামনি হায়বমু মথক্তা পনম্লে। সুপীনা খুৎ অমা

মুপানা অমা ওইফুনা শাম্নবসি ১৮৯২ ফাওবা শাম্নবগী য়াকর্ম লৈ। মহারাজ চুরাচান্দনা পাঞ্জিৎওগী হায়রিবা চহি অসিদা মসা কাংখুৎকা লৈমরোল তরেৎকা কাং শাম্নবগী য়ারী লৈ।[১৯]

কুনথুবা খুষ্টগী চহি চাংরোল তথ্বায় চল্লকপদা ১৯৪৮ দা অইবা কাঙলোন পুংথোক্লকনা মীয়াম.পুম্না শাম্নবা কাংগী মশাম্না হৌদোক্লকনা চহি খুদিংগী শাম্নফুনা লাকই। মসিগী তুংদা থোংদিংজম মাঙোলজাওনা ময়াম্বা থম্বাল নীংশিং খুদোল পুংথোক্লকনা ১৯৭২ মে তাং ১৪ দগী শাম্নবা হৌই। শীংনবা নত্তনা মীযাম পুম্নমক শাম্নবা তোরনামেণ্ট নীংশিং খুদোল (মেমোরিয়েল শীল) পুথোক্লকনা শাম্নবা ইহান হানর্বনি। কাংখুৎ খুদিংমক ওনশিন্নফুনা মশীং তেন্না থোইবা কাংখুৎ থনবা মওংদা তথৎনবা মশাম্না অমা ওইনা শাম্নবা হৌখি।[২০]

অতম্মা শাম্নরকপনা মহারাজ বোধচন্দ্রনা চুরাচান্দ মহারাজগী নীংশিং খুদোল পুথোকপীফুনা ১৯৫১ জুন তাং ১৫ দগী হৌনা চহি চহিগী ওইনা অপোংবনা শাম্নবা য়াংথনবা মশাম্না (নোক আউট সিস্টেম) অপোংথোক্লবী মশ মুদা শাম্নবা হৌরম্বী। মীযাম পুম্না শাম্নবা মশাংদা লৈবাক্কী ওইনা ১৯৬০ দগী মুপা ৪, মুপী ৩ না কাংখুৎ অমা শাফুনা শাম্নবা হৌরক্লম্বী[২১] লৈবাক্কী ওইনা অপুনবা কাং শাম্নবা মশাম্না ১৯৪৮ দগী হৌরবসু কাংগী লুপ শেম্বদি মতুং চহি মরি লৈরবা মতমদা থোকখি। ১৯৫২ দা লৈবাক পুম্নগী ওইনা লৈবাক্কী য়াইতোং থমদোংবগী অপুনবা মীতিন তৌফুনা 'মণিপুর কাং এসোসিয়েসন' হায়না শেমখি।[২২]

---

১৯। মথক্কী লাইরিক অসিমক্তদগী, লাঃ ২৬
২০। মণি নহাকপা, "য়া-কাঙলোন", ইম্ফাল, ১৯৮৭, লাঃ ৭১-৭২
২১। মথক্কী লাইরিক অসিমক্তদগী, লাঃ ৭২
২২। মণি, কুলবিধু "মীতৈগী কাং শাম্নবা ১সুং কাঙলোন", ইম্ফাল, ১৯৬৩, লাঃ ১৯

অসুমনা মথং মথং লম লমগী ওইরা কাংখুং ওইবা কাংখুং কয়া সেম্নরকখি। ১৯৫৪ দা খুরাই ইউনিয়ন কাং টুর্নামেন্ট তৌরকখি। ১৯৫৬ তা মহারাজ বোধচন্দ্রসিংহজি মেমোরিয়েল কাং গ্রুপ, ১৯৫৭ তা এলাংবম লৈকাই কাং এসোসিয়েসন, ১৯৫৯ দা খুরাই সোইবম লৈকাই লোংমৈবুং কাং এসোসিয়েসন, ১৯৬১ দা ইম্ফাল ইষ্ট কাং গ্রুপ, ১৯৬২ স্নান যাত্রা কাং শান্নবা মরূপ অসিনচিংবা কয়া অমা থোরকখি। কাংক্রম কয়া লিংহুনা শান্নবগী লমদা থুমাং য়াম্না চাউখংলকখি। ১৯৬০ দা কাংখুংশিংবু কাং শান্নহল্লিবা অমদি শান্ননবা শীল্লিবা মথক্তা পনথ্রিরা মরু ওইবা লুপশিং পুম্নুনা লাইরেনময়ুম ইবুংতোহল সিংহ, এক্স সেসন্স জজগী মমাঙ শঙ্গোইদা তাং১০।১।২০ গী মুংখিল পুং ২ তাবদা মীতিন ফমহুনা 'মনিপুর কাঙলোন ইংশোক ১৯৬০' কৌবা কাঙলোন পথাপ ইন্না কাং শান্নদা অমদি শান্নহনবা হায়না লেপ্পবগী বালেপ লৌখি।

১৯৬০ দা মুপা ৬ গা মুপী ৩ গনা কাংখুং অমা শাহনা য়ান্নবা কাংখুং কাংশান্নবা পুথোকই।[২৩] মুপা ৪ মুপী ৫ না ওইরবসু য়াই। মসিগী মমাংদা মহারাজ সুরচন্দ্রগী মতমদা মুপা ৩গা মুপী ৪গনা কাংখুং অমা ওইখিবগী রাফম থেংনগে।

অসুমনা মহৈ লোয়শঙগী থৌশিন পুরেন (ইডুকেসন ডাইরেক্টর) এস, এন, কাউলনা মশান্নসি পুক্রিং থিংজিনবীখিবসি ১৯৬৬ ফেব্রুয়ারী তাং ২৬ তনি। চহি অসিমক্তদগী ওল মনিপুর কাং এসোসিয়েসনদা চহি খুদিং মুপা ১০০০ অন্নমম শেনগী তেংবাঙ পীরমই। ১৯৭১ দা মহারাজ চুরাচান্দ নীংশিংবা থুদোল ২০ শুবা চহিগী ওইনা মীয়ামগী অপুনবা কাং শান্নে। অথোইবা তাঙবল লেফটেনেন্ট গবনর, দি, আর কোহলিনা অমসুং মনিপুরগী নিংথৌ ওকেন্দ্রজিৎনা পুরেল তাঙবল

২৩। মনি নহাকপা, "য়া-কাঙলোন", ১৯৮৭, লাঃ ৭২, থোংবান-তাবম তোলহল সিংহ, "কাঙলোন", ১৯৮৬, লাঃ ১৯

লৌহুনা কমলা কোহনলিমা থাগৎ মনা য়েনবিখি। ১৯৮০ দা মমাঙৈদগী হৌনা শামরকলবসু, অনৌবা কাংলোন মতুংইন্না সুপীতনা শাম্নবা কাং মশাম্না ওল মনিপুর কাং এসোসিয়েসননা হৌদোকই। ১৯৮২ দা সুপীতগী ওইনা কাং শাম্নবগী এসোসিয়েননা, ওল মনিপুর ব্যয়েনস কাং এসোসিয়েসন' হায়না কৌহুনা শেমখি। অসুমনা মশাম্নসি হায়নিঙাই লৈঙনা পাকশন্না শাম্নরকখি। ১৯৮৪ দা মনিপুরগী গবনর এস, এইচ, বর্নিনা ওল মনিপুর কাং এসোসিয়েসনদা গবনর খুদোল লানথোক-পিহুনা কাংখুং ৫০ না শরুক য়াহুনা চহিসিগী মেগী তাং১৯ দগী শাম্নবা হৌরগা জুলাইগী তাং ২৫ দা শাম্নবা লোইখি।[২৪]

১৯৮৫ দা ওল মনিপুর কাং এসোসিয়েননগী মী ২৪ না শাবা কাঙলুপ অমনা মহারাষ্ট্রাগী অমরাবতীদা লৈবা ভারত পুম্বগী ওইনা শাম্নহনবা কবাদি শাম্নকমদা কাং শাম্নহুনা অনিরক উৎখি। হায়রিবা চহিসিগী জানুয়ারি তাং ৬ কী চুংখিল পুং ৮ তাবদগী এইচ, ডি, পি, মণ্ডল, অমরাবতীদা মীয়ামগী মীকম অমা এম, এইচ আশানরে, হেড ওফ ডিপার্টমেন্ট ওফ ফিজিকেল ইডুকেসননা লৌহুনা পাংথোকখি। মনিপুরগী কাং শাম্নবা মশাম্নবু ভারতকী ওইনা মকম পুম্নমক্তা শাম্ননবা "ওল ইণ্ডিয়া কাং ফেদরেসন" শেমই। অসুম্না ১৯৮৬ তা স্পোর্ট অথোরিতি ওফ ইণ্ডিয়ানসু মশাম্নশিবু শক খঙবীবগা লোয়ননা ওল মনিপুর কাং কন্ট্রোল বোর্ডকা খুৎশম্না ষ্টেট লেভেল কাং কমপিতিসন পাংথোকখি। হৌজিক হৌজিকতি মশাম্নসিনা য়োদব মৈতৈনা তাবা মকমশিং লৈশিল্লকরে।

মশাম্নসি মৈতৈ চৌংমীশিংসু শাংবম্বগী থুদব কংই। মথোম্না শাম্নবা মশামদা মৈতৈনা শামরুবা কাংগী কাঙলোনদগী চন্না শাম্নবা ওইনা

---

২৪। মনি মহাকপা, "য়া-কাঙলোন", ১৯৮৮, লাঃ ৭৩–৭৪

তৌরম্মী। ১৮৮৬ কা ওবদা চৌংমীশিংনা মশাম্নসি শাম্নরম্মী। মসিগী মরীদা মরীদা মতমসিদা ইংলিস মচা অমনা ইরম্বা লাইরিক্তা অম্নুম্না হায়-

"A modification of this game (Kang-Sanaba) is common also in the hills, but is similar than that practised among Manipuris." [25]

মৈতৈ চৌংমীশিংনা শাম্নরম্বা কাং অসি মরুওইমা কবুইগী গাঙ্খিং ভারিমৈ, তাংখুলগী শোখা, খোংজাইগী কাকাপ, মাওরোমগী ঋিঙ্খি, মরামগী অগা ভাহোকতু পনবা য়াই। ময়াম অসিগী মশাম্নসিসু তম্পাক-কীগা পুমথেন খেম্নরম্বা মওং নত্তে ; তৌইগুম্বসুং প'খং লৈশাবীদগী হেন্না অভাং পুংকক চাউরকপশিং হেন্না পান্না শাম্নবা উই। [26] চৌংগী কাং মথল ওইনা মখাগী অম্নুম্না থে-নৈ—

১) খুংনা কাপ্পা কাং-গুং অনিনা কৈনা হুনবা কাং, ২) কাং থরোবা পানহনবা কাং, ৩) ষ্টৈপ অমা খোঙলক্তা চপ্পা চোংলগা কাং খাদোক্লগা কাপখিবা কাং, ৪) কোক মথক্তগী কোক্না হুনখিবা কাং, ৫) মিং নাকোং চিনবালদগী হুনখিবা কাং মথল মথেল, ৬) কামলাক্তা চপলগা হুনবা কাং, ৭) পাম্বোমদগী থাদখিবা কাং, ৮) লমখা চেকফৈ-নচিংবা। [27]

মশাম্নসি খা নোংপোক এশিয়াদা মরুওইনা থাইলেন্দদা শাগ্নে হায়বগী ৱাকম খঙনরকই। ১৯৭৯ গী সেপ্তেম্বর থাদা "কেলিউ

২৫। E. W. Dun, Gezetteer of Manipur, Delhi, 1975 p. 21

২৬। ডাঃ লোংজম মণিমোহন সিং, "পোইরৈ সম্না লৈথাক" (১বা শরুক), ইম্ফাল, ১৯৬৮, লাঃ ৯৬

২৭। মথক্কী লাইয়িক অসিমক্তদগী, লাঃ ৯৬-৯৭

সোসীজসনা শুচিংহনা থাইলেঙনগী মণিপুরদা ফুটবোল শায়বা লাক্লম্বা শাক্লরোই ১৫ বু ওল মণিপুর কাং এসোসিয়েসননা শাম্নুনা মীটৈঙ্গী কাং শাক্লবা য়েংহনখি। কাংলোনগী লাইরিক অনি, খোইরুফি কোম্মনা পীখি;" ²⁹

থাইলেঙ মচা শিং অহুনা মৈতৈগী কাং শাক্লবা পুক্লিং বাথল চঙনা য়েংখি। মখোয়না উবা মতমদা মশাক্লসি নাক্লা অমসুং লুনা শাক্লবা মতৌ উবদা ঙকখি। মশাক্লসিগী মওং মতৌ লামশনবদি বানা থোকখি: বাথল লামহুনা শাগংলকপদা মখোয়না থাইলেঙদা শাক্লরিবহুগা য়াক্লা খেক্লবা মৈতৈগী মশাক্লদা উবা ফংখি। ³⁰ কয়ামুক নীংথিনা মৈতৈগী কাং চাওখৎপা মওংদা মখোয়না উখিবগে হায়রুদি মখোয়গী মশাক্লগা মাক্লদবনা লৌশিনব বানা থোকখিবহুমক্তা খুদননি।

অমরোমদা মৈতৈ খুন্নাইদা কাংনা লৌরক্লিবা অমসুং লৌহুনা লৈরিবা খৌদাং অনিদি য়াক্লমক মরু ওইবনি। খুন্নাইগী শকুন, লুবা নানবা অমসুং চৎনবী কয়া কোনশিন্দুনা থম্লিবা মশাক্ল অমনি মসিমক্তা মশাক্লসি থোইদোক্লহ থাইলেঙনচিংবগীগা য়াক্লা খেক্লনা উবা ফংবগী মরম অমম্ম ওইরকপনি। কাংলোনগী অকুপ্পা মওং শাক্লবা মক্তমদা তোয়না অমসুং শাক্লহন্দুনা তম্বীরবদি নালেমগী মফম থুদিংমক্তী মীওইনা পায়বা মশাক্ল অমা ওইরকনি। মশাক্লসিদম্ম মীনা কাং কাপ্লদা পানবা ঙম্লগা এদি করিগী ঙম্লোই হায়বা বাথল তঙায়ফদনা পোক্লকই।

মহৌশাদি শজিবু থাদগী মরুওইনা কাং শাক্লবা হৌরগা ইংেনগী কাং চিংবা হুম্নিং য়ৌদ্রিটৈঙদা তোক্লরম্মী। হৌজিক্তি মসিগী চৎনবীসি কোমথোকপঙম তোরে। হুমিদাংদা কাং শাক্লনদে, মসি মরুওইনা শাক্লবদা অঙানবা মঙাল তঙাইফদবগীনি লিক্লোনওম্মা থাউমৈ অমা

২৮। ওল মণিপুর কাং এসোসিয়েসন, ইম্ফাল, ১৯৮০, লা: ৮

২৯। শাক্লহুনা উৎখিবা মীওইশিংগা বারী শাক্লবদগী ফংবা; লাইরিক-শিগী লমায় ২৬১ ফুট নোট ৫, ৬ অমসুং মসিগা মক্লী লৈনবাক্লাকম।

অনি থান্নগা ইকোয় কোয়না কমজুনা শান্নবা য়াদে। মিকোনদি চুম্না মরু অহু উন্নগা অমস্তুং লাইয়ুমহু উরগা শান্নবা য়াই। কাংদি পান্দমকম নাইবনা ইশম শম্না থাউমৈ অমা অনি থান্নগা য়াদে। অমম্রোমদা খজিবু থান্মী চৈস্নাওবদগী কাং শান্নরকপহু ইঙ্গেলদা কাং চিংবা মতমদগী লৈপ্পরকপনি থাজনবী অমগী মতুংইন্নবননি। "খোংজোমনুবী নোঙ্গা-ম্নোল" কৌবা লাইরিক্তী মতুংইন লাইবক থৌরবী হাউসি নামোইদ্রুনা হ্যারি নোংনাং ওনখি অমম্তুং য়ুমলক্তা কোয়না পাইহুনা খোংবা মতম ওইরম্লবদা তোক্লে। হারি নোংনাং খোংবা মতম ওইরবা মতুংদা কাং শান্নবসি নামুংই হায়বা চংনবী লৈরকই। মযাম হন্নাউনবা লৌনরবস্তু মুংগী রাখলদদি কাং শান্নবসি লৈপাক কায়দনবা অচৌ পিশক নাইদনা মুংঙাইনা পান্নবনি হায়নস্তু থম্নরকই।

মশান্নসিদা চঙবা পোংচঙ:

কাং অমম্তুং কাংখিলনা কাং শান্নবা মশান্নগী মরু ওইবা পোং-চঙনি। মনিগী মথক্তা কাং নালহন্নবা খোয়রু অমম্তুং শানফমদা লৈরিবা কাংলম (কাংগী ময়ম) মালহন্নবা উফুলমক্তি তাদবা চেঙ অকুপ্পা মরু ওইনা 'চংগেম' হায় নত্রগা পাউদরনচিংবস্তু শীজিন্নবা য়াওই।

হৌজিক হৌজিক শান্নবদা কাং হায়বসি পাকথোকহন্নগা য়েক্রুম অমগী মওং মান্না মপান অকোয়বহু চাং মান্নবা মচেক নাইহন্দনা হুইথরপ তৌনা শেম্বা পোংশক অমনি। মযুংদা সেনটিমিটর তরামন্নি তম্রামঙা-রোম শাংই; সেনটিমিটর ৯ রোম পাকই। সেনটিমিটর অমরোম থায় অয়াম্বা মতমদা সেনটিমিটর ১৪.৮ শাংলগা মরাক্তা সেনটিমিটর ৯ রোম পাকই। মুপানা শান্নবা কাংদি প্রা: ১৮০ দগী প্রা: ২০০ ক্রাওবগী মতুংদা মুগী অমম্তুং চহি ১৮ দগী মথাদা লৈবা অঙাংশিংনা শান্নবা কাংদি প্রায় ১৩০ দগী ১৫০ ক্রাওবগী মতুংদা লুমই।

কাং অসি মথক মথা নাই। লৈমান্নগা তায়নগদবা কাংগী মবুক

অমস্তুং মথকথঙবা লৈরোং হাপ্পা মমায়মা কাংমায় হায়না থঙনৈ।[৩০] য়েক্লম মঙং মাম্মা পাক্লিবা কাংগী থগ্না হেম্মা পাকপা মচিনলোমথংবমা কাংগী মতোন অহুগা পাকপা হত্তরকপ ভৌবা থাবদী মচিনলোমথংবা মায়কৈদগী হেম্মা থাবা কাংগী ভমখৈ মচিনবু কাং মকোক্লি হায়না লৌনৈ।

অয়াম্বা মতমদা কোঙৌ মচেং য়েক্লম, মঙং মামনা ম্নাংলগা লশিং থি মিশি অমস্তুং চানা নপন্তুনা শাবা পোংশক্লি। শাম্নবা মতমদা খুংনা লংহুনা অমস্তুং খুংশানা ইস্নুনা শানকম লৈমায়দা চেলহল্লী। অহুগা মসি লমথা কাংখিল ওইনস্ত চঙবা (নক্ষগা মরাক চঙবা) মতাংদস্থ শীজিনৈ।

কাংখিল :

পান্দমকম ওইনা খিন্দুনা শীজিম্নবা পোংনি। মথল অনি ওই— অহানবা চেকথৈ কাংখিল অমস্তুং অনিশুবা লমথা কাংখিল। চেকথৈ-কাংখিল চেকথৈ কাং কাপ্পদা হায়বদি লংবদা পান্দম্কম ওইনা শীজিনৈ। মরুওইনা মসি কেক্রু মতুম তাবা লিক্লি চানা শাতনা শীজিম্নয়ে। চানা শাবা কাংখিলদি মতুম তানা শাদে। চাউরাক্লা সেনটিমিটর ১.২৫ রাংই. সেনটিমিটর ১.৬৬ পাকই অমস্তুং সেনটিমিটর ০.৬২ রোম থায়। লৈমাক্লদা খিনগদবা অথাবা শরুকী মমায় অহু লৈতেম মাম্নৈ; মথক-থংবা মমায়গী শরুক অহুনা নাম্না হাক্লমপ কোক্লি।

লমথা কাংখিল :

খুংনা পায়হুনা লংবদা অমস্তুং খুংশানা কাপ্পদা শীজিন্নমিবা মথক্তা পনখিবা কাং অহুনা লমথা কাংখিল ওইনৈ। লমথা কাংখিল অসি লমথা কাপ্পগী পান্দমকনি। খিনবা মতমদা মকোক্লা লৈমায়গা জায়ননা খিন্দুনা শীজিনৈ। লৈমায়দা লাক্কদবা কাংগী মায়কৈদা মচেক্লা নক্ষগা

৩০। কাংদা হাপ্পা অকোয়বা পোংপু কাংমায় কৌই— মথক্তা পনগ্রবা লাইমিক "ম্না কাঙলোন", লাঃ ৮

অপাকপা মমায়না ওনশিন্দুনা খিন্দ্রি। মরক চঙদবা লমথাগীদমক কাংগী মচেকনা ওনশিন্দুনা অমসুং মরক চঙহনা কাপ্পা কাংগীদমক কাংগী মমায় অপাকপা শরুক্না ওনশিন্দুনা খিল্লি।

ওন্তায়ক্কদনা চংদবা য়াদে লৌনদ্রগসু ফীনা য়োম্বা থোইক্ক মচেং অমা অয়াম্বা মতমদা শান্নরাইশিংনা শক্লিরি। মসি কাংবু নালহন্নবা উপাই অমা ওইনা লৌনৈ।

শান্নকম ( কাংকম ):

লৈতেম মান্নবা লৈমায় মথক্তা কাং শান্নকম ওই কাংকমগী মরাক ময়ুংগী মরক্দা অরিবা বাকম থ ইদোক্ক ফংদে ; অতুমকপু কাংকম অকরুবা অমসুং মাঙ্গোলগী পাক চাউবনা লেপ্পরম্মী। অহল অমসুং নহারোল পাখঙ-লৈশাবীশিংনা শান্নবা মতম অয়াম্বদা মমাঙ শঙ্গোয়দা মরু ওইনা শান্নরম্মী, হৌজিকসু শান্নবা হৌরি। হৌজিকী মতমদা মান্দবত্তা কাংশং ওইহনা শান্নরক্লে। অদুগা হৌজিক হৌজিকী শান্নকমদি ময়ুংদা নি : ১১ দগী মিটর ১৪.১০ কাওবা শাংই, অদুগা মিটর ৫.৩৬ ত্তগী মিটর ৬ ফাওবা পাকই।[৩১] মুপানা শান্নবা শান্নকমগী লৈমায়গী পাকচাউবা ( ১৩.৬০ × ৫.৩৬ ) স্কোয়ার মিটর নত্রগা ( ১৪.১০ × ৬ ) স্কোয়ার মিটর ওইনরি। মুপা-মুপী পুন্না কাংখুৎ অমা ওইবা কাংখুৎশিংগী শান্নকমসু মসিদা ওইনৈ। মুপীশিংতনা শান্নবা লৈমায়গী পাকচাউবা ( ১১ × ৫.৩৬ ) স্কোয়ার মিটর নত্রগা ( ১১.৮০ × ৫.৪০ ) স্কোয়ার মিটর ওই। চহি ১৮ গী মথাদা লৈবা নহারোল অমদি অডাংশংগীদমক্তদি শান্নকমগী পাক-চাউবসি ( ১১ × ৫.৩৬ ) স্কোয়ার মিটর ওইহনবগী য়াওই।

শান্নকম মরাক-ময়ুং নাইনা শেম্বগী মওং অসি লৈতেগী থুংলোইবী চংনবীদা মতাই, মরাক অনিগী অশাংবা মান্নবা লৌরগা ময়ুং অনিগী

---

৩১। হৌজিক শান্নকম ওইরিবা কাংকম য়েংলগা লেপচবনি।

অশাংবস্ু মায়হন্দুনা কারল অনিমক মায়হন্দুনা চপ চাবা শৈদবা মর্’ক ময়ুং ন’ইবা অমসুং ময়ুংনা মরাক্তগী হেনবা মৎ ( রেক্টেংগুলার ) ওইনা শেমই। হৌজিক্কী মতমদা জোমিত্রিগী কাণ্ডলেন শীজিন্নদুনা কাংকম শেম্বগী চৎনবীস্ু লৈরে।

শান্নকমগী মরাককী অশাংবস্ু পনথে লীরী ( নত্রগা লৈই ) হায়না খঙৈ। হায়রিবা পনথে লীরী অসিদগী মপুংলোমদা সেনটিমিটর ৩০ রোম চডশিল্লগা পনখে লীরীগা অরা’উ-অখু চপ মান্ননা মতায় ময়ুং লীরী অনিমক শোক্লা লৈই নত্রগা লীরী অমমম নাকল অনিমক্লা লৈ; হায়রিবা লীরী অসি কাংখিন-খিনকম লীরী ( শম্না কাংখিনকম লীরী ) হায়না খঙৈ। নাকল অনিমক্লা লৈরিবা কাংখিলকম লীরী অনিমক শরুক তরুক তরুক থোক্লা খায়দোকই অমসুং লমথা কাংখিনকম তরেৎ তরেৎ থোক্লা লৈ। লমথা কাংখুল খুদিংদগী সেনটিমিটর ৩০ / ৩০ মুক লাপনা চেকথৈ কাংখুল নিপাল নিপাল লমথা কাংখিনকম লীরী অনিমক লৈ। কাংকমগী অশাংবা ময়ুংগী শরক্লা শরুব মরি থোক্লা খায়দোকই। মসিনা চেকথৈ কাংতাকম চাউরাক্লা লেঞ্জী। শান্নরে ই অমনা মাগী ওন্ন-তৈনবা মায়কৈদা কাংকমগী শরুক অনিথোবপা মকমদা কাং তাইনগদবনি হায়না লৌনৈ।

কাংখিনকম লীরী হায়বসি খিন্দুনা থম্নিবা পান্দমকমগী মশক ওইবা, শান্নকম লৈমায়দা লৈবা কাংখিল খিনকম লৈবা পরিংনি। শম্না, কাংখিলকম পরিংনি। কমদুনা খুৎশানা কাংগী মকোক্লা ইন্দুনা কাংকম লৈমায় মথক্লা কাংবু মথক মথা ওলহন্দনা লৈদুনা চৎহল্লগা পান্দকম ওইরিবা কাংখিলগী খিনকম অদু লমথা-কাংখিল খিনকম ( শম্না, লমথা-কাংখিলকম ) কৌই। লেপখৎলগা খোঙ চপ তিংনা খাং কোল্লপ তৌনা পাকথরগা খুৎনা কাং পায়রগা, লেমহৌবা খুৎনা খোঙ অনি কারকী ফি শেমদুনা, কাং লংবু ‘চেকথৈ’ কৌই। গুপ-

চিন্না হায়বা তারবদি কয়গা কাং কাপ্পবু 'লমথা' অমসুং লেপ্পগা কাং লংববু 'চেকপৈ' হায়না কৌই। লেপ্পগা কাং লংববু চেকপৈ কাং কাপ্পা হ'য়নয় খুদোং চাননবগীদমক শীজিন্নৈ।

লমথা মথল অনি শুই:

অহানবদা, শান্নরোই খুদিংমক্তা শান্নফমগী মচুং ইন্না মাগী মাগী লমথা কাংখুলগী মশা মপাদা কাপই; অনিশুবদা, মতাই মতাইথংবা শান্নরোই অনি নম্বনা লেমহৌরিবা শান্নরোইশিংনা মরাক ইন্না কাং-খিনকম লীরিগী মমুংলোমদা থন্না হুক্তিন্দুনা কাং কাপ্পগী মওংনি। অদুগা মরক কাংখুল শান্নরোইশিংনা মরাক ইন্না কাংখিনফম লৌরাগী মমুং-লোমদা শরা হুক্তিন্নগা কাংখিনফমশিংগী মতুংইন্না শান্নরোইশিং অদুনা মানা মানা ফম্নিবা মায়কৈগী ওস্ন-তৈনবদা কাংফম মমুংদা চঙদুনা কাং কাপ্পবু মরক 'চঙবা' (নত্রগা মরাক চঙবা) হ'য়না কৌই। "মরক্তা চঙদুনা কাপ্পবু মরাক চঙবা কৌই।"[৩২] মরম অদুনা মমুং লমথা, মরক লমথা হ'য়না অনি থোক্না শীজিন্নৈ হায়বা য়াই। চেকপৈ অনি খুত্রিব-মখৈ লমথা কাপ্পা য়াদে। মরক কাংখিলফম মমুংইন্না কাপ্পা লমথা কাংখিল পালহনবা ভম্না শান্নরোইতনা মরক্কী লমথা মরক চঙদুনা কাপ্পা য়াই।

মথক্তা পনথ্রিবা কাংখুলশিং অসিগী মমিংশিং তোঙান তোঙান্না লৈ। মখোয়গী মমিংশিং অসি লমথা কাংখুলগীগা মরী লৈননা হায়নৈ। য়েংলোমদগী হৌরগা কাংখুলশিংগী মমিং মথংশিংনা ১) মতাই অচৌবা, ২) পনভাকফম, ৩) চেকপৈ তানবা য়েং, ৪) লাংজৈ, ৫) চেকপৈ তানবা ওয়, ৬) লমথা তানবা অমসুং ৭) মতাই খুংশি হায়না কৌই। অহুমশুবা অদুগা তরেংশুবা মতাই খুংশিগা থঙনববু ওয়থংবা 'মতাই মথং' হায়না থঙনৈ। কাংখুং অমনা শান্নগদবা চেকপৈ কাংখুলশিংগী

৩২। মনি নহাকপা, "থা কাঙলোন", ইম্ফাল, লা:২৪

মচুংদা লাঙজেলগীদি ওয় অমম্বুং য়েৎ অনিমক্তা চেকক কাংখুল অমমম লৈবনা পুম্না অনি লৈ। চেকক্তৈ তানবা য়েৎ অমম্বুং পনভাকপগীদি য়েৎ য়েৎতা অমমম লৈ; অচুগা চেকক্তৈ তানবা ওয় অমম্বুং লমথা তানবগীদি ওয় ওয়দা লৈ। মতাই অচৌবগীদি ওয়দা অমম্বুং মতাই খুৎশিগীনা য়েৎখঙবদা লৈ। অয়েকপা শক্তমদা চাউরাক্তা কাংকমদা লৈবা কাংখুলশিং পীরি—

| | |
|---|---|
| ৭ | ১। মতাই অচৌবা |
| ৬ | ২। পনভাককম |
| ৫ | ৩। চেকক্তৈ তানবা য়েৎ ( নম্রগা অনিমথং ) |
| ৪ | ৪। লাংজৈ |
| ৩ | ৫। চেকক্তৈ তানবা ওয় |
| ২ | ৬। লমথা তানবা ( নম্রগা ওয়থংবা মতাই মথং ) |
| ১ | ৭। মতাই খুংশি |

কাংখুলশিং অসিগা মরী লৈননা শান্নরিবা শান্নরোইশিংগী মমিংশিংসু কাংখুলশিং অসিগী মমিংশিংগা মরী লৈননা কৌনৈ। শম্না, বাকম অমরোমদা শান্নরোইশিংনা মানা মানা কমলিবা মওং মচুংইম্না চা-না-চা-নবা কাংখুলগী মমিং লৌই।

'কাং'গী অইবা কাঙলোন ( চৎনপথাপ ) শীজিন্নরকপা :.

'কাং' হায়বা মশান্নসিগী কাংলোন য়াম্না ভন্নিতৈ মঙমদগী হৌনা লৈরম্বা য়াবগী মওং মশান্নসিগী বাঙ্গ্রোল নৈনবদা খঙবা ওম্বা। অচুমকপু অকুম্না কাঙলোন হায়বদি মরক চঙবগী চৎনরকপা মওং অসিমক্তি য়াম্নমক ওনথংনা লৌবা য়াবগী অরিবা অইবা বাকম হৌজিকমক্তি কংজি।

চানা শাবা কাং থে'রকত্রিবৈদা কাঙলোন অসি লৈরম্নবা থিজিন্নিংঙাই ওইন্বি। হৌজিক্কী মতমদা চৎনন্বিবা কাঙলোন অসিগুম্না কুপত্রবস্‌ নীংশিংবা থে কত্রবা মতমগী চৌনা মশামসিগী মরুদি হুম্মুনা খরী-রম্নবনি হায়বসিদি লৌকম গেকই। চাওখৎপগী মতুংইম্না মৈতৈগী 'কাং' থোইদোক্লা চীংলেম্না শাম্নবা য়াবা মশাম্না অমা ওইরে।

কাংগী কাঙলোন ইবশিংগী মরক্তা নহাকপা মনি অমসুং হাওবম কুঞ্জবিধু মমিং পনবা য়াই * হৌজিক্কী মতমদা চৎনন্বিবা কাঙলোন অসি মপুংদা অহল অনিসিগী কন্‌ভেনর ওইদুনা পুথোকখিবা মনিপুর কাঙলোন ইংশোক ১৯৬০ দা মপুঙ ওইবনি। কাঙলোন অসি কাংখুৎ-শিংবু পুম্না কাং শাম্ননবা শীল্লিবা লুপ কয়াগী মীহুৎশিংনা পুম্মুনা কাং শাম্নবা ১৯৬০ গী জানুয়ারী তাং ১০ অমসুং তাং ১৭ তা পাঙথোকখিবা অপুনবা মীফমনা য়ানখিবা কাঙলোননি। মসিগী মমাংদা মনিপুর কাং এসোসিয়েসনগী নহাকপম মনিনা ''মণিপুর কাং এসোসিয়েসনগী কাঙ-লোন লাইরিক'' হায়দুনা ১৯৫২ দা ফোংলম্মী। হায়গী কাংলোন্নগী পুমনো নৌবা অমদি থেন্নবা নত্রবসু কাঙলোন ইবশিংগী মরক্তা ওল মনিপুর কাং কনত্রোল বোর্ডকী মঙ্গং শিল্লিবা থোংবানতাবম তোলহল মমিং পনবা য়াই। ওহ্মা অসিনসু ১৯৬২ দা লাইরিক ওইনা নমদুনা পুথোকপীরকই।

লৈবাক পুম্বগী ওইনা থেংলবদা অইবা কাঙলোন পুথোক্লুনা কাং শাম্নবদি ১৯৬০ গী অক্টোবরদদি ময়েক শেংনা উরে। কাম্নবগী মওং অসি কাঙলোনগী মতুংইম্না কাং শাম্নবা হৌবা মতমদা তোঙান তোঙানবা কাঙখুলগী মতুংইম্না হৌনিংবা কাঙখুল অমদা হেক্তা শাম্নবা হৌবা য়ারবসু মথাগী মওং অসুমনা খুদোংচানবগীদমক হৌনৈ।

*মণি. কুঞ্জবিধু ''মীতৈ কাং শাম্নবা অমসুং কাঙলোন'', ইম্ফাল, ১৯৬৩, লাঃ

কাং শায়বা হৌবদা চেকফেন শাম্নবা হৌই। চেকফে অসি-১) লাঙজৈ শাম্নরোইনা হায়, মথং অনিশুবদা চেকফে তানবা য়েং, অহুমশুবদা চেকফে তানবা ওয়, মরিশুবদা মতাই খুংশি, মঙাশুবদা লমথা তানবা মতাই ঙমথং, তরুকশুবদা মতাই অচৌবা অমম্বং তরেৎশুবদা পনঙাকফম মতাই মথং মথং-মনাও নাইনা কাপ্পা হৌই। মরুম অহুনা কাঙখিনফম মথং-মনাও তাকপদা রাফম অসিগী মতুং ইন্না তাকনৈ। অহুমকপু লাঙজে, চেকফে তানবা য়েং নত্রগা চেকফে তানবা ওয়-অহুম অসিগী মমুংদা অমনা হেক্তা চেকফে হৌবা য়াই। মসিগী মথংদা মতাই খুংশি নত্রগা লমথা তানবনা মথা চংথে। অনি অসিনা চেকফে শাম্নবদা লেমহৌরিবা মতাই অচৌবা নত্রগা পনঙাকফমনা লোইশিনবস্থ চংনৈ। লাংজৈনা মরক চঙবদা শিদবা ওইরবদি চেকফে তানবা য়েংনা হাপ্পা লাংজৈনা কোনবস্থ য়াই। শাম্নরোই তরেংকী মমুংদা অনীনা অমুম তৌনা চেকফেনা পান্দমফম কাঙখিন অমথক মপুঙ ফানা পাম্রিমথৈ লমথা কাপতে। শামরোই তরেৎমক্তা চেকফেনা কাং কাপত্রিবৈদা মথোয়গী মমুংদগী অনিনা তাম্নদা চেকফে কাঙখিল পাম্নবদি লেমহৌরিবা শাম্নরোইশিংনা পানজল অমা লৌনবা মথা তানা চেকফেনা কাং কাপ্পগী মথৌ তাদ্রে; লমথা কাপ্নবা শেম শাজনা লমথা কাপকনী। তৌইশুম্নস্থং মথং মথং শাম্নরোই তরেংনা চেকফে কাং কাপ্পদা অনিরক পানবা ঙমত্রবদি অতোপ্পা কাংথুংনা অমুক কাং কাপথিগনি।

লমথা কাপ্পা মতমদা অশিবা কাঙফম লৈতবদা - ১) মতাই অচৌবা। ২) মতাই খুংশি। ৩) লমথা তানবা। ৪) পনঙাকফম মতাই মথং। ৫) চেকফে তানবা ওয়। ৬) চেকফে তানবা য়েং অমমুং ৭) লাঙজৈনা মথংশিংনা লমথা কাপনে। মতাই অচৌবনা চেকফে শুবা ওইরবদি

মতাই থুংশিনা হাপ্না কাপ্লগা মতাই অচৌবনা অনিশুবদা কাপ্পা য়াওই। কাংখুং অমনা কাং কাপ্নিংঙৈদা অতোপ্পা কাংখুং অমত্তুনা কাং কাপ্পা য়াদে।

পাঙ্গল লৌরবমখৈ কাংখুং অমগী শাম্বরোইশিংনা শাম্বগী মতম লোইত্রিবক্তা ওবা মথা চংথবা য়াই। হায়বদি কাং লংঙনা নত্রগা কাং কাপ্পুনা পাঙ্গল তমগী মথংদা অমা লৌঙনা কাংখুংতুগী শাম্বরোইশিং অতোপ্পা কাংখুংকী শাম্বরোইশিংবু পাঙ্গল চৌনবা অতোপ্পা কাংখুংকী খুদোংচাবা পীবরমদে। অদুমনা কাংথুং অমনা অতোপ্পা কাংথুং অমত্তুগী কাং কাপ্পগী খুদোংচাবা পীরমদবদগী খুদোংচাবা পীরকপবু অহানবা কাংথুংনা "থুং-থাবা" হায়না খঙৈ।

মঙ্গং তপ্পিন্না য়েংবদা মশাক্শিংগী মপু দা মশাক্কগী ওইবা চংনপথপ কাঙলোন কপ্পসি কাংগী মশাক্কদা কুপ্পমুক অতোপ্পদা কুপতে। মপানখোংগী শাওং শাথেক্তা মুক্তা অমত্তু থাঙ-তামুক কাঙলোন কুপ্না লৈতু শীংথানদুনা মঙ্গং তপ্পিন্না নৈনবদা 'কাং'গী কাঙলোনস্থ শীংথনবা য়াই। মবননি 'কাং'দা শীজিন্নরিবা চংনপথাপ, কাঙলোন অসি ইশম শথা নফম (দিফ্লেকসন) পীবদা হায়নিঙাই লৈতনা খুদোংখিব, ঙাক্তনি। শাম্বগী মও তাকপগু ওরাইবা নত্তে; অতুমকপু মশাক্কসিদা পাঙ্গল লৌবগী মওং নৈনত্তুনা য়ারিবমখৈ চমথোকনা নৈনবা য়াই।

মশাক্কসিবু শাম্বদা পাঙ্গল লৌবগী মওংশিং মকম খুদিংদা শাম্বরিবা কাংগী কাঙলোন য়েংলগা মপুঙদা ইমান মাপ্পে। করিগুম্বা থেম্নবা খরা লৈবগুম উবস্তু ফংই। চাউরাক্লা পাঙ্গল লৌবগী মওং অসি চেকফৈ অনি পাম্লগা লমথা কাপ্পুনা পাঙ্গল লৌনবা হোংনবনি। চেকফৈ কাংখিল অনি পাম্রিমখৈ লমথা[৩৩] কাপ্পা য়াদে। চেকফৈ কাংখিল অনি পাম্লগা লমথা অমা পাম্লগা পাঙ্গল ওইদস্ত্র য়াই ওইনবনু

৩৩। মথক্তা লমথাগী মরমদা থনম্রে।

য়াই।[৩৩] মরুম অহুনা করম করবা মওংদা লমথা কাংখিল পান্নগা পাঞ্জল ওইবগে কুম্না লৈনরম থোকই। মথা চৎথত্রিদৈদ, 'থুৎকাপ অমা' হায়বসিগী মরমদা খণ্ডিজিনগদবা অম ওইনা চেকলৈগী মতাংদনি। কাংখুৎ অমগী শাম্নরোইশিংনা চেকলৈ অমমম মথশিংনা কাপ্পবা চেকলৈ কাংখিল অনি শুনা পানবা ভমজবদি মখাতানা লমথা কাপ্পা য়াদবনা কাং কাপ্পু অসুমনা চেকলৈ কাংখিল অনিরক পানবা ভমজবসু কাংখুৎকী শাম্নরোই তরেৎমক্লা অমুক মুক চেকলৈ কাপ্পা য়াবগী মওং অমসুং কাপলিদৈগী মতম অসিবু 'থুৎকাপ অমা' হায়না কৌবা য়াবগী মওং অমনি।

শাম্নরোই তরেৎনা চেকলৈ অনি পান্নবদি ময়ুং লমথা কাংকম (হায়বদি, ময়ুং ইম্না লৈমায়দা থুৎশানা কমতুনা কাপ্পা কাং)গী মরক্তগী মতায় অনি হায়বদি, মতাই অচৌবা ১ (মশীং ১) অমসুং মতাই থুৎশি ২ (মশীং ৭) দা কাপ্পা কাংদি মতম লৈবা খিবিক্তা থাদোক্তুনা মনিংতম্না লৈমায়দা চেনহন্দুনা শান্নে। মতাইনা লমথা পান্নবদি কাংকাকম লৌরীগী বাংমা লান্দ্রবদি পাঞ্জল লৌই; কাংকাকম লৌরী বাংমা লান্নবদি পাঞ্জল লৌদে। কাংখিলদা পান্নবা পানজদি লৌদবা কংবু 'অশিবা কাং' কৌই। কাংখিনকম অহু পাঞ্জল লৌত্রিবমথৈ হিংগৎতে। মথংগী কাংখিলকমনা মতায় ওইহৌই। অসুমনা কাং শিবা থুদিংগী চৎথৈ; অশিবা কাংখিলকমগী শাম্নরোইনা খণ্ডনরিবা হিংলিবা কাংকমদা কাপই। কাংখিলকম শিবা নাই শাম্নরোইদি শিবা নাইদে।

মতাই অনিগী মরক্তগী অমনা পান্নগা শিন্নবদি লেমহৌরিবা শাম্নরোই অমনা কাংখুল অমদা কাং পান্নবদি পাঞ্জল লৌই। পান্নবদি পাঞ্জল লৌত্রে অমসুং কাংখিবা মতাইগী কাংখিলকম অহু শৌজিন্নদ্রে।

৩৪। পাঞ্জল লৌবগী মতাংদা য়েংবিয়ু।

পাল্লগ লৌবা ভৃমগ্রবদি অতোপ্পা কাংথুংনা কাং কাপগ্রগনি। অসুম তৌনা হান্নগী কাংথুংনা কাং কাপলিঙৈ মতম অমসুং মওং অসি থুংকাপ অমা কৌবা য়াবগী মওং অমনি।

মত্তাইগী অনি—১) অমসুং ২) না কাং প'ম্রবদি মরককী লমথা পাংলগা মরক চংগনি[35] লমথা মথক্ষ নৈনফ্রিঙৈদা মরক চংবগী কাংখিপকম নৈত্রবদি চংলোই, মতুং লমথা কাংখিল পাল্লগা পানজল কৌগনি। মরক চংবা হায়বসি মথক্ষ অনি লোকই—ক) অতেনবা নত্রগা কাং হন্দনা, অমসুং খ) অশাংবা নত্রগা কাং অহনবা, শম্পা কাংহনবা। মরক্কা নৈবা কাংথুলশিংদা শাংরিবা মযুং লমথা কাংনা কাংশিন্দা পাল্লগা কাংফাওরীগী মতুংদা তারবদি 'অতেনবা' নত্রগা 'কাং হন্দব' কৌই; মরককী অতেনবা কাপকনি। কাংফা লৌরীগী মতুংদা থাদনা মপান্দা তারবদি 'অশাংবা' 'নত্রগা কাং হনবা' হায়নৈ; মরক লমথা অশাংবা কাপকনি। মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমনা মরকী কাংথুনশিংদা কাপ্পা কাংশিংবু থুংনা ফাহুনা কাংফা লৌরীগী মতুংদা তাহনবা য়াই। মরককী কাংথুলশিংগী মযুংইন্না কাপ্পা লমথা কাংবু থুংনা ফাবা চংনবী অসি থমদনা শান্নবস্থ মফম খরদা য়াওরি।[36]

থুংনা ফাদনা থাদোক্তুনা কাং শান্নবদা চেকফৈ কাংথুলগী নাকললোমদা কাং তারবদি কাং অহনবা নত্রগা অশাংবা অমসুং মযুং লৌরী পন্দুনা নত্রগা মতুং থংবা মায়কৈদা হায়বদি চেকফৈ কাংথুলগী

৩৫। পীরিবা মশাংশিং অসি কাংফমদা উংলিবা কাংখিলফমগী মশিংশিং অমসুং মতুবু পান্নরিবা শান্নরোইশিংগী মশিংশিং অনিমক থওনৈ।
৩৬। মরু ওইনা মশান্নসিবু কাংলোন নাইনা ইহুনা থম্নিবা কাওলোন অনিবু খেন্নবা উরিবা মওংদা লেপচবা য়াফমনি।

ওয়-তৈনবদা তারবদি কাং হন্দবা নত্রগা অতেনবা হায়না কৌই। অমুমনা চাউরাক্লা অতেনবা ময়ককী ময়ুং অতেনবা লমথা কাং—ক) কাহ্নুনা শাম্নবা অমসুং খ) থাদোকতুনা শাম্নবা কাং মওং মখল অনি-থোক্লা শায়ে। কাজিন্দুনা শাম্নবা কাংগী কাংলোনবু "ওল মনিপুর কাং এসোসিয়েসনগী কাঙলোন" অমসুং থাদোক্লুনা শাম্নববু 'ওল মনিপুর কাং কনট্রোল বোর্ডকী কাংলোন' হায়না খঙনরকলি। মথংশিংনা কাঙলোন অনি অসিবু 'এসোসিয়েসনগী কাঙলোন' অমসুং 'কনট্রোলগী কাঙলোন' হায়না খঙনরে। অকোনবগী কাঙলোন অসিগী মতুংইন্না মতাই লমথা কাংনা কাংখিলদা পান্নগা মমুং লীরাগী মথং-থংবা মায়কৈদা হায়বদি লৈহৌরিবা কাঙখুলগী মায়কৈদা তারবদি কাং শিবা কৌই।

হন্দবা (অতেনবা) অমসুং অহনবা (অশাংবা) হায়না খায়-দোক্লিবসি ময়ক চঙবা মতমদা কাং থাবগী মফম 'কাং থাফম' অমদি কাংখিল খিনবগী মফম 'কাংখিন খিনফম' (শম্না কাংখিনফম) মফম তারুবনি। ময়ক চঙবগী কাংখিনফম অমসুং কাংথাফম, পাঙ্গল কৌবগী মওংগা মরী লৈননা, মখাগী অমুমনা উবা ফংই—

ক) অসিবা কাংখিনফম লৈতবদা অহনবা কাংগী কাংকাপফম অমসুং কংখিনফম:

১) মতাই মথঙনা ময়ক চঙলগা মাগী কাংখুংকী কাংখিলফমগা থংনবা মতাইগী লীরা মপাদা খিনগনি, মাগী কাঙখুংকী ওইবা কাংখিল-ফমশিংগী লেমহৌবা মতাই মথঙ অমত্নগী চেকফৈ কাংখুন মপাদগী কাং কাপফম ওই।

২) চেকফৈ-তানবনা চঙবদি মাগী কাংখুংকী লেমহৌরিবা চেকফৈ-তানবগী লমথা কাংখিল মপাদা খিনলি; মাগা থংনবা মতাই মথঙগী চেকফৈ কাংখিলফম মপাদগী কাপই।

৩) লাংচৈনা মরক চঙবদি মাগী ওয়রোমদা লৈবা লমথা-তানবগী লমথা-কাংথুল খিনলি অমসুং পনতাককমগী চেকচৈ-কাংথুন মপাদগী কাপই।

৪) অসিবা কাংখিলকম লৈতবদা হন্দবা কাংকাপকম অমসুং কাংখিনকম :

১) মতাই-মথঙনা চঙলগা মাগা থংনবা চেকচৈ-তানবগী লমথা কাংথুল মপাদা কাংখিল খিনলি, মশাগী চেকচৈ-কাংথুন মপাদগী কাং কাপই।

২) চেকচৈ-তানবনা মরক চঙলগা লাংচৈগী লমথা-কাংথুল মপাদগী খিনগনি। মাগা থংনবা মতাই মথঙগী চেকচৈ-কাংথুল মপাদগী কাপই।

৩) লাংচৈনা চঙবদি, মাগী য়েংতা লৈবা চেকচৈ তানবগী লমথা কাংথুল মপাদা খিনলি অমসুং লমথা তানবগী চেকচৈ-কাংথুল মপাদগী কাপই।

অহনবা কাংদা মতাই মথঙনা মরক চঙবগীদি খিল্লিবা কাংদা পাল্লগা অখিনবা কাং তুরবদি পাঞ্জল লৌই। অদুগা অতৈ মরক চঙবা থুদিংগীদি খিল্লিবা কাংবু তুহন্দুনা কাংখিলকম লৌরী অদুদা কাপ্লিবা কাং অদুনা লেপলবদি পাঞ্জল লৌই; অদুগা কাপ্লিবা কাংনা খিনকমগী বাংমদা লৈরবদি পাঞ্জল লৌদে। অদু ওইরবদি কাপকমলোমদগী খিল্লিবা কাঙকম অদু ফাওবা শিরে। পাল্লগা পাঞ্জল লৌবা ঙমদ্রবদি কাংখিলকমদু শিরবনি। অমুম্না পাল্লগা পাঞ্জল লৌবা ঙমদদুনা কাংখিলকম মথং মথং শীথৈ। পাঞ্জল লৌরবদি শিগ্রবা কাংথুলশিং অমুক লোইনা হিংগৎলি।

থঙজিনকম থোকপা বাকম অমনা কাংথুৎ অমগী শাম্নরোইশিংনা মথং মথং অমুক অমুক লমথা কাপ্লকপদা শিরিবা কাংথুলশিং অদুগী থংনবা

কাংফম অতু য়াওনা মরক্কী লেমহৌরিবা লমথা কাং কাপত্রিবা শাফরোই অমনা লমথা পাল্লবদা পাঙ্গল লৌই।

মরক চঙবদা প্রান্দবা অমদি য়োদবা থোক্লবদি খিল্লিবা কাংখিন-ফম অতু হিংগনি। পাঙ্গল লৌবা ঙমহৌদ্রবদি মথং অমুক কাং কাংগী তানজা অমস্তুং মতম লাক্লবদা হায়রিবা কাংখিনফম অসিমকতগী হৌনা মতাইগী মতৌগুম্না অসি-অচঙ লৈগনি। মরক্কা পাল্লবস্তু মরক চঙবগী হৌনবী অসি লৈবনা অসি অচঙ অতুম লৈ। মরক্কা পাল্লবস্তু মরক চঙবগী হৌনবী অসি-অচঙ লৈবা য়ানা; মশাগী খিনফম কায়দ্রবদি শিংরকপগী মওং লৈরস্তু শীজিন্নবা য়ারিবা অরোইবা কাংখিনফমদা লমথা অমা চেক্লফৈ অমা থমতুনা অতুমস্তুবা কাংখুন্দা কাং থাদুনা মরক চঙই।[৩৭]

অরোইবদা পনদবা য়াদবা রাফম অমনা, কাংখিনফম শীরবদা অমা নত্রুগা অমদগী হেনবা [illegible] [illegible] কাংফম অতুগী লৈহৌরিবা থংনবা কাংখিলফমদা কাপ্পা তারবদি হাম্না লৈরম্বা শাম্ন-রোইনা হাম্না কাপনৈ। ফাদোক ফাজিন তৌদুনা শাম্বা কাংগী কাঙলোন্দা থুং অনিমক্কী শাম্নরোইশিংনা শাম্নরিডৈ মগুংদা কমতুনা পোং-থাদুনা লৈবগী চাং হংথহন্দুনা মশা নসি হেন্না মতিক ময়াম হেনগংহল্লি। রাম্নেনবদা কা হেন্না মীচঙ চঙবা য়াবগী খুদোংচাবা পীদে।

মীনা ঙম্নগা ঐদি করিগী ঙমলোইদগে হায়বা রাখল পোক্লুনা শাম্নরোই অমনা নীংতম্না কাং কাপ্পা য়াবসিমক মশাম্নসিগী তোপ তোপ্পা মওং অমনি। নীংতম্না শান্নবা য়াবা মশাম্না ওইবনা অতোপ্পা মশাম্নশিংগা মান্নদবা মওং অমা ওইনা উই। অতৈ অতোপ্পা মশাম্না কেরোম্নচিংবদা অখিংবা পীবা মরুওইনা তৌনৈ, কাংদদি য়াদে। পাম্নফম অমদা

---

৩৭। নহাকপম মনি সিংহ, "মণিপুর কাংলোন ইংশোক ১৯৬০", ইম্ফাল, ১৯৬০, লাঃ ১৪

অফ-অপুন য়াওবনা কাপ্‌হনবসিমক্কা শাম্নরোইশিংদা কাংবু য়াম্না পাম্নবগী মরম অমনি। অহমবপু প ঙক্ক ফুদোক্কা য়াবা মশাম্না নত্ত্রবস্থ মসি মপানথোং হকচাংগী ওইবা মশাম্ননি, ফিজিকেল গেম অমনি। কন্না চেন চোংহুনা শাম্নদবস্থ মসি শাম্নবদা ৱাদবদি নত্তে। হকচাংগী ৱাবা অমদি শাম্নবদা চাদা তুম্না মশাম্ননি হায়বসি শাম্নরোইশিংতনা খঙই; শাম্নড্রিবা মীনা ফিজিকেলগী ওইনা কান্নবত্থ খঙদে।

মশাম্নসিদা উৎরিবা থুম্নাইগী শক্তম:

কাং শাম্নবা লোইরগা মরু ওইনা শীংনহুনা শাম্নবা কাংদা, শাম্নরোইশিংনা চাক-চাংনবগী চংনবা অমা তঙাইমক ফবা নত্রবস্থ চংনরম্মী। শাংনহুনা শাম্নবা কাংগীদি কাং তোংলিবা মীনা ৱায়েনবা ওই; ওইতনা ওইবা য়ানরমদে। থুঙংশিংদা মরুওইনা শীংনহুনা শাম্নবা কাংদা য়ুমবু ওইরিবা শাংরোইশিংগী থুংনা অতোপ্পত্থ পোং লাননরম্মী। পোং লানবা হায়বসি মৈতৈগী থুম্নাইগী য়াম্না ফজবী চংনবীনি। অসুমনা কৌবসি কৌদথঙবা অমসুং ইকায়থুম্নবা উৎপগী মওং অমনি। পঙ্গল থোইদবা য়াদে খন্না শাম্ননৈং মসিনা চেকশিনবা তম্বগী মওং অমা উংলি। থুংনাইনা শাম্নদনা মশাম্নসি শাম্নরোই অমা ৱাওই খওইদনা কাপ্পা ইকায়নৈ অতৈনা মাবু থীনা ভাঙনদে। মরম অদুনা শাম্নরোইশিংনা হায়নৈ 'তোনানবা মংগা (থুং অমা ওইহুনা) কাং শাম্নমিন্নরবদি খোইনৌ শাউগংলি।'' শাম্নবা লোইরবা মতুং নোংমা নিনি কাওবা পাঙ্গল মশিং হেন্না কাপ্পা শাম্নরোইবু থাগৎতুনা ভাঙনৈ; ৱাওইদববুদি থীনা ভাঙনৈ।

সুপী মৌ ওইবীশিংনা কনেক ময়েক নাইবা মরুওইনা শেংলগা অপাবা কি ইরৈ। কনেক ময়েক নাইবসি মপান্দা খংনা পরেংশানা লোনবী। নিংথৌ য়াংলৌ কৈফাবাবা (৯৬৯-৯৮৪) গী মতমদগী কনেক থোইজাও লোনবী হোই। মথংদা নিংথৌ অসিগী লাকপা

নিংথৌনা হিজময়েক লোনবা পুংথোকপা তৌই হিজময়েক ভসি হিয়াং হিরেন শা-নবা উগা উরৈদা থোকপা মায়কুগী লৌথোকপা ময়েকনি থঙনবা হিগী মিংথোল লৌদুনা হিজময়েক কৌবনি[৪৪] খোইজাউ লোনবীগা হিজ-য়েককা করম্বনা হাম্না থোরকপনো নৈননিংঙাই ওইরি।

মৌ মুপীশিংনা ফানেক শেংপদা থবাককী শরুক থমদুনা শেগ্রাক মথাদা ফিজিন য়েপতুনা শেংনরম্বহ হৌজিক্কি খুংদা শেংনরে। মমল য়াম্ন-য়াম্নবা অকুপ্পা লংনা শাবা কাঁশিংসু ইন্দনা চৎনৈ। হৌজিক ফাঙবদা য়ুমদগী থোরকপা মতমদা ইম্নবা ফিনা কোক খ,মদুনা মথকথোংবা মীওইশিংবু মরুওইনা মুপা ওইবশিংবু ইকায়খ,ম্নবা উংনৈ। মসি মোরেল ওব্লিগেসন মখল অমনি মশাম্নসিদা মুপীশিংনা মনিং তম্বা কা-হেম্না ফংবা উই। মুপীবু ফক্রাং মরিগী অকোয়বদা ফাজিন্দুনা থমদবা মুওংনি। ইনফি অসি মুপীমচাশিংদি ইরুদে।

হৌজিক মুপা অমসুং মুপী শাম্নমিন্নবদা মুপাশিংসু ফৈজোম শেংলি, পুময়াৎ লিংলি। মুপা ঙাক্তা শাম্নবদদি পুময়াৎ লিংতনা অয়াম্বা মতমদা মোজা ফুরিৎ লিংই।

কাংনা খ,ম্নাই শেমগৎপদা থৌদাং অমা লৌরকই। রারী রাতাই শাম্নবগী তানজা পীদুনা সোসিয়েলাইজেসন তৌরকপদা চাউরবা মকম অমা শেম্নকই। মুপামচা মুপীমচাশিংনা পুম্না তোংন-তিম্ননা থবক তৌমিন্নবগী রখল পোকপদা মতেং পী অমসুং পুম্না হিংমিন্নবগী লম্বীদা খোঙজেঙ হেনগৎহল্লি। শম্না কাংশঙ অমসুং কাংফমনা পুক্রিংবু ঙাকপীহৈবা, ওইজবা থাদোকপা, অশেংবা রাখল অমসুং পুম্না লৈমিন্নবগী রাখল পোকফম অমা ওই।

---

৪৮। শ্রীফুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মা, "মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং", ইম্ফাল, ১৯৭৪, লাঃ ৫৮

রাচ্‌রোল ঃ

মৈতৈগী অথঙ-অহৈশিংগী রাখলদা 'কাং শান্নবা' হায়বা মশান্নসি কোক্তান তোম্ভানবা মুংগী ওইবা ৱখল্লোন কয়া পুথোক্লুনা শান্নবা মশান্ননি হায়বসি মশান্নসিগী মরমদা খিজিনবা কাংবুনা অকনবা ৱাক্কম কয়া পী। মশান্না অমবু মুংগী ৱাখল্লোন অমা থমদুনা শান্নে হায়বসি ইংম চম্মা হেক্তা লৌশিনবা য়াবা ৱাফম নত্রবস্থ ওইথোকপা য়াবা মওং কয়া লৈ। মতা চানদুনা হায়জিনবা হায়বসি হেক্তমক য়াবা নত্তে।

মশাম্মা অসিনা পোকপা অমসুং শিবা নাইবা তাইবঙ মীওইবনা হিংলিবৈ মতমদা মুথাইনা লৈপাক মরা তপ্পা লৈনবা হকশেল-কাঙলোন অমদি মনাংপু তাকলি। তাইবঙ পানবদা লৈবা অচৌবদগী অপীকপা ফাওবা কাঙলুপ থুদিংদা লৈবা মীনা মশা মশাগী লোয়নবা লীচং, শাজং মনাং মশিন, চুংনারাল, থৌওংবু "কৌই।"[৩৯] কুণ্ডী কালেন, অঙৈং-অশা, অমসুং অহিং মুংথিল থায়দোক্লুনা য়েন্না তাইবং পোক্লবদা তাইবঙমী লৈরক্লুনা অহিং মুংথিল মশক থঙলক্লুনা মথঙ মথঙ মুমিং (নোংমা) অমা, মুমিং তারেংনিনা চয়োল অমা, মুমিং তরা-মঙানিনা থাথায় অমা, মুমিং কুনথ্রানিনা থা অমা, অমসুং থা তরা-নিথোইনা চহী অমা শানা শান্নফম পুথোকলকপনি হায়না কাংগী কাঙলোন ইবা মণি নহাকপনা অকনবা মত পী।[৪০] অমত্তামদা, 'কাংশঙ' অসি চহিগী মশক লালপনি ; মুমিংকী মশক লৌদুনা অকোয়বা পোং অমনা মমিং কাং কৌদুনা মশক লাকই, অমসুং কাং অদুনা চহীগী মশক লাকইবা কাংশঙদা হন্দুনা মুমিংনা তাউদুনা চংপবু নিংশংই। কাং 'লেঙবা' থঙনৈ লেংবদগী চংপা থোকই। চংপগী

৩৯। মণি নহাকপা, 'য়া কাঙলোন', ইম্ফাল, ১৯৮৮, লা: ৪৭

৪০। মণি নহাকপা, ৱাংথৈদগী ফঙজবা ৱাফম

হৌনবী অতুবু কাডলোন কৌই।[41] মতাং অসিনা পল্লম্লিবা 'কাংশঙ' হায়বসি 'কাংফম' হায়না মথক্তা পনখিবতুগা অমত্তনি লৌকম থোকই

কাংনা মতাইগী লমথা পাল্লগা, অচৎ-অশি নাই; মসিনা তা:-পদি কাংশঙ (কাংফম) গী অরেপ্পা মফম ওইবদা, মতমদি চহিগী শকফম অতু মপুং ফারগা, চহিগী মশক অতু মাঙখি। মাঙখিবা চহী অতু মশিং থিজিন্দুনা লোই। অতুনা চহিবু অরৌ অশি কৌই। মরককী লমথা পাল্লে—হন্দবা অতেনবা নত্রগা হনবা অশাংবা অনীগী মরক্তা অমা তৌবা তারে। মতাই মথং লমথা পান্দুনা কাং চঙে-অতেনবা কাপফম্না ওইরগা মশাগী চেকচৈ কাংথুন্দগী কাপকনি। কাং থাফম শম্বুম মফৈ অমতা হেন্দোকপা য়াদে; চপ চানা থারগা কাপকনি। কাংখিনফমনা ৩ নত্রগা ৫ গী লমথা কাংথুনগী মপা চপ চানা চংথংতুনা শিনগনি। কাং চংঙিবা অতুনা পাল্লগা কাপ্পীবা কাং অতুনা কাংখিনফমদগী শম্বুম মফৈ অমতং হেন্দোকপদা পাঞ্জন লৌরোঙ।[42]

চহিগী মশক ওইবা কাংফম অসি মতমনা পুরকপা পোকপা শিবা নাইবা তাইবঙগী পনখৈনি। হায়রিবা তাইবঙ পনখৈ মমুংদা মফম তরেৎ থম্লিবা লমথা কাঙখিনফমশি অসি চয়োল অমা শারিবা নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, লৈপাকপোকপা, য়ুমশকৈশা, শগোলশেন, ইরাই অমসুং থাংজ মুমিং তরেৎকী মশকনি। চেকচৈ কাংখিনফম নিপামসু হায়রিবা চুমিং তরেৎনি অসিগা লোয়নননা নোংমাইজিং অমা হজিল্লগা পুম্না মুমিং নিপালনি অমসু খঙহল্লি, নোংমাইজিংদগী হৌরগা নোংমাইজিংদা লোইবা খঙহন্দুনা পুম্না মুমিং তরামঙানিনা থাথায় অমা শাবা উৎলি। কাংফমগী অতোপ্পা লেমহৌবা নাকনল কাংথুল

৪১। টি, বোকুল, "শনথোং-লোন", ইম্ফাল; ১৯৬৪, লাঃ ২৭
৪২। মথকী লাইরিক অসিমক্তদগী, লাঃ ২৭-২৮

তরামন্না অহুমা থাথায় অমা ওইরগা পুম্না নাকল অনীমককী কাং-শিলফমশিংনা থা অমা শাং হায়নগী শক্তম কেপ্পী।[৪৩]

চেকফে কাপ্পদা শীক্তিহনবা কাং অমদা অমসুং তাঙানবা অনীগী মশক লৌবা পোংশক্লি। চেকফৈনা অহিং সুংথিল অনিনা ওইবা লোংমগী মতমবু নোংমা তুমিং থুদিং চেকশিনবা কৈ হায়না তাকই। চেকশিনবা কৈ হায়বদগী চেকফে হায়রকপনি। চেকফে অনি শাংগা অমথা কাপ্পদা তাইনংবা ওইবা খুদিংমককী পুনসিগী শিনথাদা তুমিং খুদিংগী অহুম্বা লাংদা অহুম্বা কাঁচংতা থরাই হকচাং য়াওনা হোং-লহুনা শিনা থাডরথোককদবনি খঙহল্লি। মরম অসিগীদমক লমথা মিং থোল্লি।[৪৪]

কাং শাম্নগী কাঙলোন অনিনা থাগী থেংচং অসি, থানিন, নিমাং নিম্মু অমসুং থাবুম উহনবনি। কাঙখুং অমগী শাম্নরোই তারেং অমা ঙানিংকী মচু তারেংপু খঙহনবা য়েক তারেংপু খঙহনবনি। তরেং তারেংনা শাবা কাঙখুং অনীবু য়েক অমসুং শলাই অনীগী মহুং শিনবনি। য়েক অমসুং শলাই অমত্তানি হায়বা খঙহন্দুনা সলাইনা, নাকল অমদা, ঙাঁমংকা মচু তরেংনা পুবা পুঙফমদা পোকপা লাই পাখংবগী মচা তারেংপু খঙহনবনী[৪৫] শজিবুদা কাং শাম্নবা হৌবসি হুনিংনা কাং তোংহুনা শাজিবুদগী চহী কৌবা মফমদা কোয়ববু মীওইবনা নীংশঙবগী মশক ওইনা থাশিগী নোংমা পানবদগী কাং শাম্নবা হৌবনি; মরম অহুনা শজিবু থাদগী চহী হৌহুনা কুম শাবদা অকায়বা লৈতে হায়বগী অচেংপা রাফম টি, বোকুলনা পীরম্মী[৪৬]

---

৪৩। মণি নহাকপগী রাফম

৪৪। মণি নহাপগী মথক্তা পনথ্রিবা লাইরিকসিমক্তগী, লা: ৬৪

৪৫। য়ুম্নবা তম্ফাজাউ, 'খেনচণ্ডলোন', ইম্ফাল, ১৯৭৫, লা. ২১-২২

৪৬। টি, বোকুল, মথক্তা পনথ্রবা লাইরিক, লা: ২২

থা অমম্নুং অরাং মায়কৈ তুংইন্নবা শাম্নফমগী মম্নুংনা লৈবা কাঙ-ফমগা মরী লৈননা শাম্নম্নিবা ফমেন হায়বদি মথা মায়কৈদা ফম্নিবা শাম্নরোইশিংনা পল ওনবা (মায়কৈ ওনথোক্লবা) মতমদা মাঙসোক-লোমদা হায়বদি অরাং মায়কৈম্নোনদা অমুক ফম্মী; মাঙসোকফম্নিবশিংনা ফমেন্দা অমুক ফমহুনা কাং শাম্নবা হৌই। মসিনা মতমনা (সুমিংনা) মথা থোঙগুম্না মতমবু তাকপনি।[47] কাংখুৎ অমনা থা তরুক পুবা লেমহৌবা কাংখুৎ অমনা থা তরুক অমগা পুহনা চহী অমগী মশক লেম্নি; লোয়ননা কাং অমুক শাম্নবনা চহী অমগী য়াওল তাকলিবনি হায়বা অকনবা রাফন মণি নহাকপনা ফোংদোকই।[48]

কাংগী মমায়দা হাপ্লীবা অকোয়বা লৈরোং মানবা শক্তম অসি সুমিংকী মশক তাকপনি হায়বগী অকনবা থাজনবীসু লৈ। মতৌ অসুম্না মৈতৈশিংনা 'কাং শাম্নবা' হায়বা মশাম্নসিবু থোইদোক্না চেক-শিম্না থল্লম্মী হায়বগী খুদম তাকই। মশাম্নসিবু চুম্না হকচাং ফন নবা মপানথোংগী ওইবা মশাম্না অমা ওইনতা লৌদে সুংগী রাথম্নোন কয়াম্ভ কোনশিন্দুনা থম্মী হায়বদা অরানবা রাফমনি লৌনিংঙাই ওইদে। তশেংনমক নৈনম্নিবা দাফম কয়াসিনা ময়েকশেংনা উংলি মহৃদি কাং শাম্নবা মৈতৈগী লিরবা মশাম্নশিংগী মরক্তা তোমথিন ওইনা লৈজরকপা মালেমপুম্বগী মশাম্না অমত্তগা মাম্নবা লৈত্রবা মশাম্না অমনি।

কাঙলোন্দা শেমদোকপা য়াবা:

তৌইওম্বম্নুং মশাম্না অসিগী চংন-পথাপ থম্না মতমগা চা'ন চুননা শেমদোকপদি অফবা ওইগনি হায়না লৌবা চুমই। মরমদি, শাম্না হায়বা তারবদা পাম্নল লৌরিমখৈ কাংখুৎ অমগী শাম্নরোইশিংনা কাং

৪৭। য়ুম্নাবা তম্ফাজাউ, "খেনচঙলোন", লাঃ ২৩-২৪

৪৮। মনি নহাকপা, "য়া-কাঙলোন", ইম্ফাল, ১৯৮৮, লাঃ ৪৯ ৬০

কাপহুনা লৈবা মতমগী চুনবা বাংপা মশাক্না ওইনা উহনজি। হৈবা হেনগৎনরকপা মরমনা কাংখুৎ অমনা পাঙ্গল লৌহুনত্তা লৈবা ওইরক-লোই হায়নিংঙাই লৈরে। হৌজিক হৌজিকী ওইনা কাঙকম নীংথিনা শেমহনা য়ারিবমখৈ পাঙ্গল লৌবা ঙমদনবা হোৎনবগী মওং উরবস্থ অচম্বা কাংকম হায়বদি চম্না শেম্ব কাংকমদদি কাংখুৎ অমনা পাঙ্গল লৌহনা লৈগনি। অতোপ্পা মীওই কাঙলুপ অমদা শান্নবা তম্বীবদা কাংকম শেম্বা তম্বীবগী তঙ্গাইফদবস্থ লৈরকফম থোকই। কাংখুৎ অমনা কাং কাপ্পাইকং কংহোদবা মশানা তাবনি। য়ামত্রবা অকক্কবা মতম পীহুনা পাঙ্গল লৌবা ঙম্নবস্থ ঙমদ্রবস্থ কাং কাপ্পগী খুদোংচাবা কাংখুৎ অনীমক্তা পীফম থোকই। খুদম ওইনা, কাংখুৎ অমনা অহানবা কাং কাপ্পগী মতম পুংখাই অমা পীহুনা পুংখায় অসিগী মচুংদা পাঙ্গল কয়া লৌবা ঙম্গে হায়বা খঙনবা চৎন-পথাপ থক্ষম থোকই। পুং অনী শান্নগদবা মতম ওইরবস্থ কাংখুৎ অমনা পুংখায় অমা কাং কাপহল্লগা, মসিগী মতুং পুংখায় অমদা অতোপ্পা কাংখুৎ অমহুমুক কাপ্পা য়াবগী খুদোংচাবা পীহুনা পুং অনী লোইথিকাওবা চৎথবা য়াবগী খুদোংচাবা পীবনা অহুম্বা অমসুং অকবা ওইগনি। অসুমনা হৌরবদি মশামসি মণিপুর অমদি ভারতকী বাংমদা মালেম শীনবা থুংনা শান্নবা য়াবা চুং-কিরাল চাবা মশাম্না অমা ওইগনি।

## তরেৎশুবা তাঙ্কক
## শগোল কাঙজৈ ( পোলো )

মালেম শীনবা থুংনা শকখঙনরবা অমদি মমিং চংলবা মশাগী মশাগী মরক্তা মৈতৈগী "শগোল কাঙজৈ" থোইদোক্তা হোপ তোপ্পা মশাগী শক্তম শকওং অমা লেপতুনা লৈজে। মশামসি 'পোলো' হায়না ঙসিদি মালেম শীনবা থুংনা খঙনরে। মৈতৈগী শগোল কাংজৈ হায়বা মশামসিবু পোলো হায়না খঙনখিবসি য়াম্নমক লাইবক নীবনি। পোলো হায়বা ৱাহৈ অসি বালতিক ৱাদনি বাহনথোক্তা 'বল' হায়বনি।[1] থরগী ৱাকমদা 'পুলু' হায়বা তিব্বেৎতান ৱাদ অগী পোলো হায়খিবনী হায়না লৌই। ৱাহৈ অসি শগোল কাংজৈবু মালেম শীনবা থুংনা শকখঙহল্লিবা ইংলিসমেনশিংনা খঙলমদে। মরম অদুনা মশামসিবু পোলো হায়না মথোয়না কৌরমদে। অমরোমদা ইংলিসনা ভারত্তা পনবা মতমদা ভারতকী মফম অমত্তদদ্ধ শাম্নবা থেংনখিদে। অয়েংবা পুম্বগী পুক্লিং চিংশিনিনংভাই ওইরবা মশামসিবু ভারতা চহি চানিরোম হেন্না শাম্নরমদবগী ৱাফম ফংই। মরম কয়া অসিনা ইংলিস মচাশিংনা অহানবদা মশামসিবু 'হোকি ওন হোরসব্রক' হায়না খঙনরম্মী।

"Sport was easy in peacetime Imphal. First of all came Manipur 'hockey on horseback", other—wise known as Polo."[2]

---

১। ইনসাইক্লোপিদিয়ে ব্রিতানিকা, ১৪ শুবা, ১৫ শুবা ইদিসন, চিকাগা ইউনিভরসিতি, ১৯৮০, লাঃ ৭৬০

২। Geoffrey Evans Anthony Brett James, A., 'Imphal,' p. 10 and see also for the term Encyclopaedia Britainica, p. 760

বাক্কমশিং অসিগী মথক্তা মৈতৈশিংনা পোলো হায়বা বাহৈ অসি শুকখঙ খঙলমদে। মশান্নসি অতোপ্পা লমদগী লাকপা নত্রগা অতোপ্পা মীওই কাঙলুপ অমগী মীনা হৌদাক্লম্বগী বাকম য়াম্না থাপ্পা লৈম্রে। ভগেংনমক তৌজিককী পোলো ইংলিস মচাশিংনা মৈতৈ মচাদগী তমখি অমস্তুং মালেম শীনবা থুংনা খঙনরকখি হায়বসি মশানা তাজরবা বাকমনি।

মৈতৈগী শগোল কাঙজৈ মীচঙ খাযনদুন' শগোল তোংদুনা কাঙজৈ পায়দুনা কাঙজ্রুম খোমদুনা শান্নবা মশান্না অমনি। শুমাঙ মাঙগোম্দগী থাপ্পা লমহাংদা শান্নরম্বা মশান্ননি; আউৎদোর গেম অমনি।) মশান্নসিবু পোলো হায়বা মিং অসিমক্তা কৌশিন্দুনা শীজিন্নবা অচুম্বা মশান্নসিগী বাহনথোক চাবা ওইদে। মতাং অসিদা মৈতৈলোনগী বাহৈশিং অসি শাদোকপা য়াবা মওংদা শাদোকদুনা নৈনরবদি শগোল কাঙজৈ হায়বা মিং অসিমক মশান্নসিগী খ্বাইদগী চানবা মমিংনী হায়বা উবা ফংই।

শগোল শাগী মমিং অমনি, ইংরাজিগী 'হোরস' অমস্তুং 'পোনি' হায়বা বাহৈনা খঙহনবা শাশিংগী কাংলুপতা লৈবশিংবু খঙনৈ। শা অসি শামতোন অয়াংবা, লাংগোয় অমস্তুং শগোল হায়না খঙনরকপগী মতাংদা লাইরোম্দা। মরু ওইনা ঔগ্রি হংকেল চোংবা হৌরকপগী মতাংগা মরী লৈনবা বারীদা ফংই —

> "লাইবঙথও লাইনুরানা লাঙ্গোই চন্দুনা কায় হায়বগী শামতোন অয়াঙববু লাংগোয়, সনামহীন শাগোম্নন ফাবগী শগোল কৌনখি।" বাকম অসি লৈশেম্মলোনগী মরমদা ইবা পুয়া অয়াম্বদা য়াওরি। লাইনি খন্নবা মাজীংনা শীজিন্নবা শগোল মচুদি অঙৌবনি হৈঙাং

৩। "সাহিত্য", ২১ শুবা মশীং ভোল্যুম ৫, ১৯৭৪, লাঃ ৪

পাংতা চাকতাবা শা অমনি হায়নত্ম অতোপ্পা মফম অমদা থেংনৈ—

থাংমৈ মান্নহনবা নোংপোক বাইরং অতোনবা শরেন তাংগম মাদা চিকপা লাংগোই মোইশা. অয়াংববু লাংগোই খুনেংনবা কোয়ৌ নোং শগোল অপাইবা লাংগোই ঙৌবা হেনবা শা-মরি পানবা. শুমাং বাইমুং মথক্তা নোংলেননা মরাং হৌবদা লাঙ্গোই খুরুপ হৌববু খুরুপ মাপল হৌবদা লাংগোই খোংখুল তাদবা শরা মারজিং লাঙ্গোই শগোলদি হৈঙাংপাংতা চাকতাবা চিংঙ, মাগা শাগোন্নরকই হায়বসি শগোল কৌই হায়দবরা।[৪] (শগোল হায়বা বাহৈ অসি লাইরিক অয়াম্বদা য়ায়া ঙল্লিডৈ মতমদগী শীজিন্নরকই হায়বা থংবা ঙম্মী। তৌইশুম্বমুং 'চৈথারোল কুম্বাব'গী মতুংইথা বাহৈসি ১৫৮০ দা শীজিন্নরম্বগী বাকম য়াওই)[৫].

পুন্নমকসিগী মথক্তা মৈতৈ শগোলগী কয়াং অয়াম্বা লাইশিংগা মরী লৈনৈ। খুদম ওইনা—১) য়েংথংবা খুমাঙ অনিবু লমাবা-তুমাবা অনিনা. ২) খুজুং অনীনা লমশেম্বা তুশেম্বা অনীনা. ৩) মচীন্দা থম্নাংবনা, ৪) মানা অনীনা বাংব্রেলনা. ৫) মখিং অনি অভিয়া শুরুনা, ৬) ময়াংলেন্দা য়াংবিরেন পাথংবা তাওরোইনাই অমসুং ৭) মমৈনা থাংজিং লাইনা পুই. অচম্বা জীব নত্তে হায়না লৌনৈ।[৬] লায়না কোনথোক কোনশিন তৌবা ঙম্বা শানি ইশাগা কোম্নবদা কাম্নবা শানি হায়ছনা শাকোন হায়না কৌনৈ হায়নবসু য়াওই।

---

৪। খুলেম চন্দ্রশেখর. ( সম্পা ). 'উমংলাই খুন্দা'', ২/৩শুবা মশাং ১৯৮০, লা: ৫

৫। চৈথারোল কুম্বাবা. লা: ১৮

৬। থোকচোম কমল সিংহ. "মৈত্রবাকী মুক্লা কাঙজৈ অমসুং শগোল কাঙজৈগী হৌরকফম'', ময়াংইম্ফাল. ১৯৮৫, লা: ৩৬

মথা তাবা ওইনা, 'কাঙজৈ' হায়বসি অমুক নৈনবা য়ারি। বাহৈ অসি 'কাঙ' অমসুং 'চৈ' হায়বা অনী অসি পুল্লগা শেম্বা অপুনবা বাহৈ অমনি। মরুওইবা বাহনথোক খরদং লৌখৎতুনা নৈনবদা মতাং চাদবা ওইরোই। 'কাঙ' হায়বদি ভার্ব ওইনা শীজিন্নবদা লেঙবা খঙনবগী বাহনথোক্লা অরুম্বা খোনথোকতা মফম হোংবা খঙহনবদা শীজিন্নবনি; অয়াংবা বাহনথোকতা করিসু লৈতবা নঙ্গা লৈরম্বদগী অমতা লৈতবা খঙনবা বাহৈগী মরুনি। নাউন ওইনা শীজিন্নরগা, অরুম্বদা থরাই পানবা হকচাং অমা অমসুং অয়াংবদা—১) লেংবা য়াবা ইন্দুনা চংহনবা য়াবা শান্নবদা শীজিন্নবা পোৎ, ২) পোৎ হোনবদা শীজিন্নবা থুংলাই খঙনবা বাহৈ শেম্বদা শীজিন্নবা (কাংকোৎ), ৩) হিগ্নবা পোংকী বাহৈ খঙনবা শীজিন্নবা (কাংথোন', ৪) ধর্ম্মগী থৌরমদা লাইগী শরুম হাপতুনা চিংনরিবা চাকা পানবা পোৎ 'কাং'বু শঙনৈ। অরুম্বদা ক'ঙ চঙদনবা শীজিন্নবা পোৎ কাঙ-খল হায়বদসু শীজিন্নরি। অরুম্বদা শীজিন্নবা 'কাঙ'দা মতুম হাপচিল্লগা 'কাঙ-ড্রুম' হায়বদি 'বোল' খঙনবা বাহৈ শেম্মী। 'চৈ' হায়বদি করিগুম্বা মখল অমগী থুংলাই ওইনা শীজিন্নবা য়াবা অশাংবা পোৎ অমনি। মরম অতুনা কাঙনবা চৈ 'কাঙচৈ'দগী কাঙজৈ ওইরকপনি। মরম অতুনা করিবু কাঙগদৌরিবনো হায়রবদি কাঙ-ড্রুমবু কাঙগদৌরিবনি; মফম হোংহনবদা থোমতুনা য়েতুনা শীজিন্নরিবা পোৎপু কাঙজৈ কৌই। মরম অতুনা নৈনরিবা মশান্নসিগী মমিং শগোল কাঙজৈ হায়বসি লোনগী কাঙলোন য়াম্না চুম্না পীরবা মমিংনি। পোলো হায়বা মিং অসিনা হৌজিকী 'শগোল কাঙজৈ'গী মহৎশিনবা ওইনা খঙনরকপসি অঙৌবা সাহেবশিংনা অমসুং ভারতলোমদা শন্দোকপা হৌরকপদগী শীজিন্নবা হৌখিবনি লৌকম থোকই।

৭। 'কাং' বাহন,থোক পীবা মতাংদা নৈনগ্রে।

শগোল কাঙজৈ শাম্নবদা শীজিন্নরিবা কাঙচৈবু কাঙহু হায়না খঙনৈ। মসিবু শরুক অনী ওই—১) খুৎনা পায়রকম ওইরিবা অশাংবা চৈ অমসুং ২) কাঙদ্রুম য়েনবা উ। "কাঙজৈগী মতোন্দা পান্নিবা উ অহু উপাল কৌই। চৈ অমসুং উ অনী অহু পুম্নগা কাঙহু কৌই। মসুং হনজিনবা রাহনথোক নৈনরকপদা অতোপ্পা রাঙ্গ্রোলগী ওইবা রাহনথোক অমসু থেংনরকখিগনি। পরশিয়ানশিংনদি চৌগান হায়না শঙনৈ।"

মৈতৈগী মাইচৌশিংনা শগোল কাংজৈ লাই হাক্কত্তগী শাম্নরকই হায়না অকনবা রাকম ফোংদোকই। পণ্ডিত নাওরেমথোংদা লৈবা দামুনা মহৌশাদগী হৌনা চৎনরক্লবা তাইবঙপানবা শেম্নকপগী রান্নী অমা অহুমনা পী, মহুদি—তেংবানববু শেমলিবা মচাম্নুপী তরেৎ লৈবা অতিংকোক শিদবগা মালেম অঙানবা (মুমিৎ) গা থৎনবদগী মালেম ঙানবনা অতিংকোকপু নেৎখায়খি। মচাম্নুপীশিং অহুনা অঙানববু তান্নবা মতমদা অঙানবনা কাঙদ্রুম ওন্দুনা লৈমায়থক্তা থরো থরো ওন্দুনা চেনখি। মচাম্নুপীশিং অহুনা মাবু তান্নবা মতমদা মাররজিংনা শগোল তরেৎ অমসুং কাংহুশিং পীখি। মশাম্না অমা ওইনা মখোয়না শান্নিঙবদগী মখোয়গী শকুম পুথোকপগা লোয়ননা শগোল অমদি কাংহু পুথোকখি।[৮] মশামসি হুয়িচকী মতমদা শানরবা মশান্ননি হান্নবসি পুয়াশিংনা খুদমনি হায়বসি হন্দক্তা লাইগী খুয়া তানগ্রবা পণ্ডিত ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহনা মাগী "নিংথৌরোল শৈরেংদা ফোংদোকলম্মী"।

---

৮। টি. বোকুল, "মণিপুরী মুসলিম কৌবা লাইরিকী মরমদা", মৈতৈ মরুপ, ইম্ফাল, ১৯৭৪, লা: ৩৮

৯। ফার্স্ট ফেস্টিভেল তুরিজম ফিআর এণ্ড ফেস্টিবেল, ১৯৮৪, দাইরেক্টোরেৎ ওফ তুরিজম, গোভর্নমেণ্ট ওফ মণিপুর লা: ৫

"হয়িচককী মতমদা নোংপোক নিংথৌ পানথোইবা, চীংউগীদি মদাইরেম ভমপা রাঙম পানথোইবী, খোইয়ুম খোইযোম মতমদা খোইয়ুম পুথা তিন্দুনা, লাংগোই শগোল তোংলগা শগোল কাংজৈ শানবা"[10]

হিস্তরি :

কাংজৈরোন কৌবা পুয়াদা মশান্নসি নিংথৌ কাংবা হাক্তক্তা শান্নরে হায়বা বাকম অখণ্ড-অহৈ অয়াম্বনা হায়নহুনা লাকলি। চৎনবা অমগী মথাদা লাই হাক্তক্তগী শান্নরকহুনা হান্নরিবা নিংথৌ অসিগী মতমদা শান্নরে হায়বা বাকম কোওদোক্না পুয়া ওইনমক কাংজৈ শান্নবগী মরমদা ইহুনা থমথসিমক্তা মৈতৈশিংনা মশান্নসি লমদমসিদা চৌরক-চাউরকহুনা মীয়োল কয়া লৈরক্লবনি হায়বনি মহৌশাদগী হৌনা থাক্ত-রকই হায়বা বাকম চেৎশিলহলই।' কাংজৈ-রোনদগী বাফম খরা লৌখৎহুনা মশান্নসিগী হৌরককম নৈনবদা তোয়না মৈতৈ অইবা কয়ানা পল্লে। নিংথৌ কাংবনা হুয়েং ইমুং শোইরবগা ইদাইরেম পাথৌ পুন্নমা য়াঙ্গোই শয়াওথক্তা কমা লৌচৈ তোরান হাইনা মুন্না থেঙ্গ মতুম তানা নাইথু পাঙ্গল তানসে হায়রবদা — নিংথৌ কাংবা কোল্লোয় মমিংথোনগী মৈনা বাইনা চৈবু কাওচৈও থোন্নেএ। হুন্না মকুম্বু কাওত্রুমও কৌনা থোন্নরে।[11] পানা মরিগী ম ত্রাশিংনা হান্ত্রে হুন্দুনা নিংথৌসিগী হাক্তক্তা শান্নথি হায়না থোকচোম কমল সিংহনা অকনবা বাক্ম পী।

নিংথৌনা কম্বাল তোংবদা কাওহুজমনা কাওজৈ কাওক্তুগা কাওত্রুমগা শাগনি হায়না পুয়ানা পীরম্বা অশিনম্ভু কাংবা নিংথৌনা হৌদোকলম্বনি

১০। ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ, "নিংথৌরোল শৈরেং", ইম্ফাল, ১৯৬৭, লা: ১৭০

১১। চৈথারোল কুম্বাবা, ১৯৬৭, ফুৎনোৎ, লা: ২২

হায়বা থঙহনবনি ।[12] য়ামত্রবদা নিংথৌ কাংবনা পানবা মতমসি খ্রীষ্ট-দা খৃষ্ট মাং চহি ৫০০০ অমসুং পেংলবদা খৃঃ মাং চহি ৩১০০ নি হায়না লৌনরি । পরশিয়াগী ফিরদৌসিনা মঙাবকী লাইরিক 'শহানামাহ' দা খৃঃ মাং চহি ৫০০ রোমগী মমাংদা মশামসি শাল্লরম্মী হায়না পল্লম্বগী রাকম পনবা থেংনৈ ।[13]

অথঙ-অহৈ অয়াম্বনা অমত্তা ওইনা হিস্তরীগী মীওইনি হায়না য়ানরবা নিংথৌ নোংদা লাইরেল পাখঙবা (৩৩-১৫৪ এ.ডি) গী মতমদা মশমসি শাল্লখিবগী ইশিন্দুনা থমহৌবা রাকম মকম অয় হৃদা থেংনৈ । নিংথৌ কাংবগী মতুংদা শগোল কাংজৈ শাল্লবগী মরীকচুম্বা মওংদা ফংবা ওম্বা রাকমদি নিংথৌ অসিগী হাক্লক্লনি । "নিংথৌরোল শৈরেং" দা পণ্ডিত ভোগেশ্বর সিংহনা নোংদাগী কুম নিঙ্গুনিথাই শুবদা অমত্তা থাগী অহানবা থাংজদা শাল্লখি হায়না মমাংলৈদগী লৈরক্লবা রাকম পুথোকপীরম্মী মরম অহূনা ৪৮ এ.ডি.দা শগোল কাংজৈ শাল্লখিবগী মরীক-চুম্ব রাকম ময়েক লানা ফংলে । হায়রিবা রাকম অসি 'চৈথারোল কুম্বাবা' অমসুং মৈতৈগী অরিবা লাইরিকশিংনসু ময়েক শেংনা উংলি ।

হায়রিবা সুমিৎ অসিদা শাল্লখিবা মশামসিদা য়াওখিবা মীওইশিংদি থারোমদা য়েবনা ম্যাজিং, থমলাংবা, ইরোং নিংথৌ, ইকোপ নিংথৌ, ইকুম নিংথৌ, নোংসাবা অমসুং পুরৈলোমবনি ; অদুগা ময়ৈকোয়রামদা য়েবনা থাংজিং, খোরিফাবা, য়াঙৌ নিংথৌ মায়োকপা ওক্লরেল

১২। কোঙ্গেংবম ধন সিংহ; 'মৈতৈ পুল্লা বারীমচা', ইম্ফাল, ১৯৭৪, লাঃ ৪৪

১৩। চারলেস হারভে, "ইনসাইক্লোপিদিয়া অফ স্পোর্টস, ১৯৫৯, লাঃ২৩২, পাকিস্তান তুদে, ভোঃ III, নম্বর ১০, সেপ্টেম্বর ১৬, ১৯৫৫

অমসুং লোয়ালাকপনী ।[14] লৈখিদ্রবা পণ্ডিত ওইনাম ভোগেশ্বর মতভা শান্নবদা য়াওরিবা শান্নরোইশিং অতু মারজিং, খমলাংবা, ইরুম নিংথৌ, ইরোং নিংথৌ, নোংশাবা, পানথোইবা নাকল অমা ওইরগা নাকল অমরোমদা থাংজিং, ৱাংবরেল, য়াংবী নিংথৌ, নঙ্‌ঙ্‌ল লাকপা ওরুরেল, লোয়ালাকপনি । করিগুম্বা মকম অমদা কৌব্রুগা লোয়ালাকপগা লাম্বা পাখি হায়বা ৱাকম থেংনৈ ।

শান্নবা অতুদা মারজিংনা শগোল কাব্রং, থমলাংবনা মঙ্গ, ইরোং নিংথৌনা লৈফোল, ইকোপ নিংথৌনা তুমনৌ, ইরুম নিংথৌনা থোঙদৈ, নোংসাবনা নাঅং, কৌব্রুনা কোনা, থাংজিংনা কাক, খোরিফাবনা মোরা, ৱাংবরেননা কোরি, য়াঙ্গোই নিংথৌনা সনাবী, নঙ্‌ঙ্‌ল লাকপনা খোঙদাং, ওরুরেলনা তিনশিং, লোয়ালাকপনা মঙ্গ অরাংবা তোংদুনা শান্নখি ।[15]

নোংদা লাইরেন পাখংবগী মতুংদা লৈচিংঙ্গ, ইরেংবনা পানবা মতম খৃঃ ৯৮৪-১০৭৪ দা পানা মরিগী য়ত্র মরিনা কাংলক চেন্দুনা শগোল শান্নবা কনখংখি ।[16] মাগী মতমদিদা খোঙ কাংজৈগী শান্নবা লৈবাককী কুম্মৈ ওইনা অহুম চাওথংলকপনা নিংথৌ ক্যাম্বা ( ১৪৬৭-১৫০৮ ) অমসুং খাগেম্বা (১৫৯৭-১৬৫২) গী মতমদদি শগোল কাঙজৈ হায়নিঙাই লৈতনা চাউথংলকখি । ১৬০৬ তা মশান্নসিবু হৌজিককী মীয়াম্না 'মপান কাঙজৈবুং' হায়না খঙনরিবা খুাইরম্বন্দ কৈথেলগী

---

১৪। রিজনেল ইন্তিগ্রেসন, মণিপুর কলচরেল ইনতিগ্রেসন কনফরেন্‌স, ভোঃ viii, নম্বর ১৫, সেপটেম্বর, ১৯৮৫

১৫। খোকচোম কমল সিংহ, "মৈত্রবাককী মুক্না কাঙজৈ অমসুং শগোল কাঙজৈগী হৌরকফম", ময়াং ইম্ফাল, ১৯৮৫, লাঃ ৩৭ ৩৮

১৬। মথক্কী লাইরিক অসিমক্কদগী, লাঃ ২৯

পোলোগ্রাউণ্ড অসিদা শান্নখিরম্বী।[17] খ্বাগেম্বা নিংথৌ থোইদোক্না মশাম্নবু পামজনা য়োকখৎপা অন্তনবা মতমগী নিংথৌশিংগী মরক্তা অমনি। মহাকপু মহাক্তা মতমদা পাঙথোক্লম্বা মশাম্নশিংগী ওইবা থৌরমবু শীংথাহুনা মতমহুগী মৈতৈ মায়চৌশিংনা চৈথারোল কুম্বাবদা চনশিল্লম্মী। নৈনবা বাৎপা কাঙবুনা মাগী মতমদগী শগোল কাঙজৈ হায়বা মশাম্নসি হৌদোকপনি হায়বা কাউবা থন্নে।

হায়ন্নিবা নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা শীংনহুনা শান্নবা অমদি পানা মন্নিদগী অহৈ অহৈবা থম্মুনা মীচং থাইনরগা শান্নবগী কুম্মৈ তৌখি। শান্নরোই অমনা কাংদ্রুম য়ৈনবা কাংহু হায়গৎকিহৈদা অতোপ্পা অমনা ওইরোম্মদা হুইরৌ তৌহুনা শোইহন্নগা মাহু মানা অমুক হন্না য়েহৌবা অমুম্না লৌশিংনচিংবা পুথোক্তুনা শান্নে।[18] খাগেম্বগী মতমদা মশাম্নসি হায়নঙাই লৈতনা চাওখৎলকপসি ক্যাম্বা নিংথৌগী মতমদা পানা খায়দোকহুনা শান্নবদগী ওইবা য়াই। অথেংবা মতমগী নিংথৌশিংগী মরক্তা মহারাজ চুরাচান্দ থোইদোক্না মশাম্নশিংবু য়োকখৎলম্মী।

১৯শুবা চহিচা :

১৮০১ দা রবিনচন্দ্রনা পানবা মতমদা মহাক্না নোংমদি শগোল কাঙজৈ শান্নরুবা হন্নকপা মতমদা মাবু হাৎনবা থাঙশাঙনা হায়থরক-

১৭। ফার্স্ট স্পোর্ট ফেসতিভেল ফোর নোর্থ ইসর্তন রিজন, ১৯৮৭ (সোভেনির), নেতাজি সুভাষ নেশনেল ইনসতিত্যু টু অফ স্পোর্ট পতিয়ালা অমসুং গোভর্নমেন্ট অফ মণিপুরনা শীন্দুনা পাংথোকপা থৌরমগী চেকোং, লাঃ ২৯

১৮। মুতুম ঝ্যুলোন, "সাহিত্য ইতিহাস", ইম্ফাল, ১৯৫০, লাঃ ৫৯, শরৎকী ঈচেল, আগরতালা, ১৯৮৪, লাঃ ৩

লম্বী।[19] মতম অসিদা নিংথৌ কমমং নিংথৌমচাশিংনা তাং নাইনা কাংজৈ শাম্নরম্বী হায়দগী খুদমনি। মতম অসিদা নিংথৌমচাশিংগী মরক্তা ময়ংশিনবদা যায়বা চেনগংলম্বগী মমি অমু উবা ফংই। চহি তরেৎ খুনতাকপগী মতম (১৮১৯ দগী ১৮২৬) অসিদা মৈতৈ নিংথৌমচাশিং কছাড়দা মীচেন ওইনা লৈরকখি। মৈতৈ নিংথৌমচা-শিং অমসুং লানজেনবদা যাওবা মৈতৈশিংনা মখোয়গী লুতোংদা চচদুনা লিশাংশিংনা কৈপাক অমা ওইবগী মশাম্না অমা ওইনা শগোল্ল-রকপা মশান্নসি থাদোকখিদে। চহি তরেৎ খুনতাকপগী মতুংদা কাছাড়গী হমীংদবা মৈতৈ মচাশিংনা মযুম লমদমদ, হন্দনা খুন্দাদুনা লৈবা হৌরকখি কছাড়গী হায়বা লৈরম্বা কয়াসু মশান্নসি শান্নবা য়াওখি। ইংলিসমেনশিংনা মৈতৈশিগা শন্নরকপনসু মশাকসিবু মগোয়ম মথৎ ইনা তাবা মশান্না অমা ওইরকখি লোয়ননা মখোয়না মৈতৈশিংদগী মশান্নসি শান্নবা তমখিরম্বী।

> "It will be remembered that Manipuries
> in considerable numbers had emigrated
> to Cachar during the Burmese invasions.
> There they introduced Po'o and the
> English tea planters of the districts,
> learnt the game from the Manipuries."[20]

শিলচর মৈদানদা মাকেমগী হৌহান্ হানবা পোলো মেচ ১৯৫৩-৫৪গী নিংথৌ-থাদা শান্নখি। অদুমনা ইহান হানবা ইউরোপকী মশান্নসিগী

---

১৯। আর বি পেম্বরতন, "রিপোর্ট অন নোর্থ ইষ্ট ফ্রোনতিয়র অফ ব্রিতিস ইন্ডিয়া", গাউহাতি, ১৯৬৬, লাঃ ৪৫

২০। M. Bhattachary op. cit., Evans G A, B. James, op. cit., p. 10

শামরোইশিংদি ইংলিসমচাশিংনা ওইরকখি। ১৮৫৭ কাহ্নজরঃ শগোল কাঙজৈ শান্নবা মৈতৈশিং থাখি। "রাকচিং ১৪ নি লৈপাকপʼকপা ময়াংদা শগোল কাঙজৈ শাফরুবা থুংলেঐ। .. ফ ইরেল ১২ নিং-থৌকাবদা ভিক্তোরিয়াগী তুলিনাহাংগা কাঙজৈ শানৈঐ। নেপ্রমচা জোমদার মকোক শোকঐ।"[21]

"... the first Europeans known to play the game were some British tea pl inters in Assam, who had learned the game in nearby Manipur and formed the first Europe n Polo Club in 1859 at Silchar The Calcutta Polo was formed in the early 1860s" [22]

সরমা ভেলে মেগাজিনগী ইদিটরনা অসুমনা কোঙদোকই —

These two (Lieutenant Joe Sherere and Captain Rober Stewart) with the local planters decided to play conjugation with the Manipuries. Accordingly in March of the same year (1859) a meeting was held at Stewart's bunglow and there was formed the Silchar polo club which has been running ever since. At this meeting the following were present and were elected as the first members of the club. The following were the members of the club. [23]

---

২১। "চৈথারোল কুম্বাবা", লাঃ ৩২৫

২২। Encyclopadia of Britanica, 24th vol., 15th edn, Chicago University, 1980, p 760

২৩। ইরুংবম চন্দ্র সিংহ (সম্পা.), "নোংপোক মৈরা", ২৫ শুবা মশীং শিলচর, ১৯৭৯, লাঃ ৯

1. Captain Robert Stewart, D. C. Silchar
2. Lieutenant Gow Sherer, A. D. C., Silchar
3. Gulius Sandeman of Chutle Bheel
4. Games Davidson of Soobung
5. Games Clermetty of Hailakandi
6. Arthur Brownlow of Hailakandi
7. Earnest Echardt of Silkuri
8. W. Walkar, Bograhat
9. C Stewart, Uru Urruna Bund

শিলচর পোলো ক্লবশেম্বগা লোয়ননা ইহান হানবা শগোল কাঙজৈগী নিয়ম শেমখি। মসিদা শাম্নরোইশিংনা ময়ায় কাবা মহি শীজিন্নবা য়াহল্লমদে।

[অসুমনা মশাম্নসি ১৮৬১ দদি কেপ্তেন ইউসতেম হিলনা ধাকাদা পুখি।"[24] ইস্ত জোন বাস্কেৎবল চম্পিয়নশিপ, ১৯৮১ দা পাঙ-থোকখিবা থৌরমবু মরী লৈননা ফোংবা চোফোংদদি ১৮৬১ দা পুখিবনি হায়না ই। অসিগী তুংদা কলিকাতাদগী লমকোইবা মীওই কয়া লাক্লনা মশাম্না অসিদা পুক্নিং লুপশিনলকখি। কেপতেন রোবোর্ট সেতরাত'কী মতেং পাংবা লেফটনেন্ট জোন শেরর, আর. না মৈতৈমচা শাম্নরোই কলিকাতাদা পুখিরম্মী। ১৮৬২ দা কলিকাতা পোলো ক্লব শেমখি হৌজিক ফাওবদা লৈরি। শেররনা মেজর জেনরেল ওইনা ফমদগী তোক্লবদা মহাকপু ইংলিস পোলোগী মপা "ফাদর ওফ ইংলিস পোলো" হায়না থঙনখি।] চহি অসিদা সেতবার্টনা লুচিংহুনা বালেগাঙ্গে পেরেড গ্রাউণ্ডদা অহানবা ওইনা পোলো শাম্নবগী লোয়ননা পালো ক্লব লিংখৎখিবনি চহি অসিদা কানপুর, লাহোর অমসুং অম্বালানচিংবা মফমদা শক্নোকখি।

২৪। এম, ভটাচার্য্য, 'মণিপুর, কোঙগ্রবা

১৮৬৩ দা লেফটনেণ্ট জো শেররনা কলিকতা চংলুবা মতমদা কলিকাতাগী পোলো ক্লব শাম্নরোইশিং অহু মশান্নসি ঙম্নীরম্মী। মহাক্না মফমদুগী শাম্নরোইশিং অদুগা মৈতৈশিংগা শাম্নহনগনি হাশক্লব- গী ১৮৬৪ দা বার্হেনগা তৌরকখি। শিলচর পোলো ক্লবনা শীন- লাংদুনা মণিপুর সরকারদা হায়জবদগী মণিপুর সরকারনা কলিকাতাদা শগোল কাঙজৈ শাম্নবগীদমক শাম্নরোইশিং থাখি। শান্নরোই কাঙবু অসিবু সাহেবশিংনা "দ বেণ্ড এক ব্রদরস' হায়না খংনখি। মসিদা য়াওখিবা মরুওইবাগী শাম্নরোয়শিংদি—১) তুলসিংসিং, ২) চাওবা সিংহ, ৩) আমুসিং, ৪) উবা সিংহ, ৫) তুবকসিং, ৬) আউমাবা অংসুং মঙ্গেপা, মখোয় ৭ নি। কলিকাতা পোলো ক্লবপু ইরাই শায়না মায়খিবা গীখি[২৫] মতৌ অসুম তৌদুনা ইণ্ডিয়ান আরমিনা শিলচর পোলো ক্লব লেমবগা লোয়ননা মশাম্নসি শাম্নবদা মৈতৈশিংনা শাম্নরিবা মওং মতৌ লৌখি।

১৮৬৩ দা মণিপুরদা লৈবা বৃটিশকী মিলিতরী ওফিসারশিংনদি মণিপুরগী মপান্দা পুখিরম্মী। চহিসিদা বরমাগী তুংওদা শাম্নবা হৌখি।[২৬] সাহেবশিংগা কাঙজৈ শাম্নবদা মৈতৈ নিংথৌশু য়াওবা ১৮৬৮ দা ইশিনহৌবা রাকম চৈথারোল কুম্নাবা- লামায় ৩৬১ দা গীরি। কুম্নাবনা লমতা থাগী ২৭ নি ইরাইদা নিংথেমগা লেঃ সাহেবকা কাংজৈ শাম্নে হায়রি; চহি অনিংক্দা কলিকাতাংসু শাম্নখি।

"In 1849, a Manipuri team from Cachar was invited to Calcutta. With their small

২৫। ইঃ চন্দ্র সিংহ, "নোংপোক মৈরা", শিলচর, ১৯৭৯, লাঃ ১০

২৬। আর, কনসতেন্তাইন, "মণিপুর, মেদ ওফ দ মাউনটেনস", নিউ দিল্লী, ১৯৮১, লাঃ ১২; চায়লে হারভে, মথক্কা পনবা

**hardy movements and scientific play they easily defeated the calcutta team inspite of the larger and faster ponies of the latter."[27]**

১৮৬৯ নবেম্বর থা অসিরাইদা সাহেবশিংগা মৈতৈগা ময়াং লৈবাক্কা কাংজৈ শান্নখি। "পোইন্নু ৩ নি শগোলশেন্দা ময়াংদা সাহেপকা কাংজৈ শান্নবা চংলে। ১১ নি লৈপাকপোকপদা চৎপা মীদি লংমাইথেম্বা চন্দ্রকান্তি, অহৈবম মধুসিং, কোংখা কেশো, খোকচাও নাবাং, বামোন কুরাইলাংপম মনিক, য়েনখোম চাওবা অঙাংমচা, শোরোইশমপা তোনজ্রব মচাহল, য়েলাংবা চৈতন্য হাজারী, য়ারেম্বা লোম সিংহ, বামোন শানুবাইলাংপম কাম ১১ অসিনা শগোন ৩৩ পুহনা ছুরা তুলিদা সাহেপকা মৈতৈ খুংকা পাঙ্গল ১৩ শান্নবনু সাহেবকী খুংতি পাঙ্গন ১৩ম য়াম্লবদা মী ৩ হাপতুনা শান্নবদা পাঙ্গন ১ য়াম্লে। নোংমা অমুক সাহেবকা পাঙ্গল ২৭ শান্নবদা পাঙ্গন অমত্তম্ম য়াম্লবদা মী ৩ হাপতুনা শান্নবদা সাহেবনা পাঙ্গল ২ য়াম্লে। ২রকমক মৈতৈ কাংজৈরোইনা ঙমলকএ। অসি মতুংদা সাহেপনা নখোই মৈতৈদগী লাকপা মশেন শাম্নরো ঐখোয় কুম্মৈ য়েংগে হায়হনা শান্নহল্লে কপতরাজ সাহেপনা নখোয় মৈতৈদি য়াম্না হৈ, মুংঙাইরে হায়হনা লুপা ১২০ পিএ। শ্রীযুং মহার জনা কাংজৈ শান্নবা য়াওবা মীদা য়েনবীরে। নিখেমনা লু: ১০০ গা মোরমোন কোয়েৎ অমমমগা য়েনবিএ।"[28]

অস্থমনা ১৮৬৯ গী মেরা ১৬ নি নিংথৌকাবদা পুরুন সাহেব (কেপতেন ব্রাউন) খোমক্লনা ১৯ নি শগোলশেন্দা সাহেব কাংজৈ

২৭। M. Bhattacharya, op. cit.

২৮। চৈথারোল কুম্বাবা, ১৯৬৭, লা: ৩৮৫-৮৬

শাষ্টে।[২৮] অদুমনা হায়রিবা চহি অসিদা ১০ শুবা চুসারনা ইংলেণ্ডদা মশাগ্নসিবু শাগ্নবা তাখল হৌখি। ইহান হানবা ওইবা ভারতকী মপান্দা, মসিগী মতুংনা, ১৮৭১ দা হাউনস্লোও, ইংলেণ্ডদা শগোল কাঙজৈ শাগ্নখি। মসিদা খুং অমদা শায়রোই ৮/৮ না শাতুনা ৯শুবা লানশরগা পুং $1\frac{1}{2}$ মরক্তা মিনিত ১০ গী পোংখা-মতম থমতুনা শাগ্নখি ১০ শুবনা ৩/২ দা থোইখি। থৌনবা তৌদনা রেজিমেন্ট অনিমক ভারতগীদমক ইংলণ্ড থাদোক্লম্মী। ১৮৭২ দা মোনমা উথশিরদা ব্রোদর, এক অমসুং আর হরকর্তনা অহানবা কনত্রি ক্লব লিংখৎখি। আয়র-লেণ্ডদা ১৮৭২ অসিদাইদা মশাগ্নসি শাগ্নবা হৌখি। খুং অমদা শায়রোই ৫ ওইতুনা হাউহোলদ বেভলরি অমসুং লাইত কেভেলরি অনিনা লিলি ব্রিজজ (হৌজিক্তা আর্লস কোর্তকী য়ুমশিংনা কন-শিন্দুনা লৈরবা মফম) দা ১৮৭৩ দা শাগ্নখি।

১৮৭৩ দা ইংলণ্ডদা মোনমাউথশির ক্লবনা অহানবা শগোল কাঙ-জৈগী চৎনপথাপ শেমখি। ১৮৭৪ দদি হরলিংহমতা মশাগ্নসি শাগ্নবা হৌরম্মী। ইকুই কুইদনা মশাগ্নসিগী হেদক্বাটর ওইবগা লোয়ননা ১৮৭৫ দা আফিসিয়েল রুলশিং পুথোকখি। চহিসিদা পোলিতিকেল এজেন্ট সাহেবনা মাগী তুপী পুতুনা মণিপুরদগী কলিকতাদা কাঙজৈ শাগ্নবা চৎলি।[৩১]

১৮৭৬ কী লোইশিল্লকপদা নিউয়োর্কতা শগোল কাঙজৈ হায়বা মশাগ্নসি থুংখি। মসি শন্দোকপগী মতাংদা ইনসাইক্লোপিডিয়া ব্রিতা-নিকানা হায় -

২৯। মথককী লাইরিক অসিমক্তদগী, লাঃ ৩৯২

৩০। চার্লেস হারভে, মথক্তা পনগ্রবা, লাঃ ২৩২

৩১। চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ৪৩১

"By late in that year 1976, Informal games were being played In New York, first at Dicken's Riding Academy in Manhattan and then by 1877 at Jerome Park race track in West chester country. In the summer of 1877, the first North American Polo Club, the West chester Polo Club, was formed."[৩২]

ইউ, এস, এ, দা শান্নবা মতমসিদগী খুং অমদা মী ৮ না শাই। অদুবু শান্নরোই ৫ দা হন্‌থহল্লম্মী। ইংলেণ্ডদগী শান্নরোই ৫ দা অদুমক মতমসিদ চংনরে। ১৮৮১ দা হায়রিবা লৈবাক অনি অসিদা হৌজিক হৌজিক খুং অমদা শান্নরোই ৪ লৈরিবা অসিদা হন্‌নথহল্লম্মী।[৩৪] ১৮৯১ দা ইণ্ডিয়ান পোলো এসোসিয়েসন শেম্বগা লোয়ননা মতমগী চা-নবা চংন-পথাপ পুথোক্লদুনা ভারতকী তুরনামেণ্ট খুদিংমক য়েংশিল্লি।

অদুগা তোনা মশান্নসি মথং মথং শন্দোখিদুনা আর্জেন্টিনা, নিউজিলেণ্ড, চিনা, ফ্রান্স, স্পেন, রাশিয়া, জর্মনচিংবা মফমশিংদা য়ৌখিদুনা হৌজিক্কি মালেমগী মরুওইবা লৈবাক অমত্তদগী মশান্নসি শান্নদবা লৈত্রে, মালেম পুম্বগী মশান্না অমা ওইরে।

১৯০১ দা মশান্নসি প্রিন্স অফ ৱেলস অমুকহন্না ভারতকী কোয়রকপদা দিল্লিদা তিল্লিবা অচৌবা অশাংবী মমাংদা শান্নবগীদমক মণিপুরগী

৩২। Encyclopaedia Britanica, op. cit., pp· 760-761

৩৩। চারলেস হারভে, মথক্তা পনগ্রবা, লাঃ ২৩২

শগোল কাঙজৈ থুংপু অমা চংলম্মী ।[34] হায়রিবা মতম অসি চুরাচান্দ মহারাজনা পানবা মতমনি। মাগী মতম অসিদা পোলিতিকেল এজেন্ট অমসুং স্তেং দরবারগী সুপরীনতেনদেন্তনা মণিপুর বক্লেংতা 'পোলো ইস্তাব্লিসমেন্ট' হায়বা মিংগী মথাদা বক্লেং তোঙাল্লা মশাল্লসিংদমক হাপলম্মী। শাল্লরোইশিংদগী অকবা থবগংতুনা পোকোগী থুং অমা শেমখি। অদুম তৌনা পোলো শাল্লরোইশিংজু সরকারগী চাদিংদা শগোল অমদি মশাল্লসিদা চঙবা মচাক কয়াস্থ পীরম্মী।[35] অকবা শগোল কাংজৈরোই অমদা থাদা লুঃ ১০। ১০ গী অমসুং মসিগী মথক্তা শগোল ২/২ পীহুনা স্তেংনা শীজিন্নহল্লি। নহা ওইবা শাল্লরোই ১০ অমস্থ মখোয় থুদিংগী শগোল ২/২ সরকারদগী ফংতুনা লৈরম্মী। মখোয়বু "হাপতা মচা" হায়না মাথক্কী শাল্লরোইশিংদগী খেন্নবা থঙনরকখি মখোয়না কোস্থং মমাংগী মপান কাঙজৈবুঙদগী হেন্না চাউবা মস্থং কাঙজৈবুং হায়না থঙনবা লমপাক্তা শাল্লরম্মী। ব্রিতিস ওফিসারসিংনা হাকতা অচৌবগী শাটৈ। চৈরাপ কোর্ট অমসুং সদার পনচায়েংকী মেম্বরশিংনা হাপতা মচা অমসুং অচৌবা অনিংককী শাল্লরোইশিংগা লোয়নননা শাল্লরম্মী।[36]

হাপ্তা অনিমক্তা গোলপোস্ত শীজিন্নহুনা আই, পি. এ. গী চৎনপথাপ শীজিন্নবা হৌরম্মী। শাল্লরোই অমনা অতোপ্পা থুংকী শাল্লরোই অমনা কাঙত্রুম থোম্বা ঙমদনবগীদমক্ত শগোল থৌজিন্দুনা মহৌশাদগী তৌরল্লবা "তুম্না" হায়না থঙনবা 'লৌ' অস্থ চুরাচান্দ মহারাজন মপঙ-

---

৩৪। মথক্তা পনখিবা ফাসর্ট স্পোর্ট ফেস্তিভেল, ১৯৮৭, লাঃ ১২-২৩ অমসুং তি, সি, হডসনগী 'দ মৈতৈজ', দিল্লী, ১৯৮৪, লাঃ ৪২

৩৫। মথককী, স্পোর্ট ফেস্তিবেল, ১৯৮৭, লাঃ ২৩

৩৬। রিজনেল ইস্তিগ্রেসন, ইম্ফাল, ১৯৮৩, কোঃ VIII, মশিং ১৫, লাঃ ৫

ফংনা তোকহল্লমী।[৩৭] অদুম্না মহারাজ অসিগী মতমদা মশামসিবু লৈবাক্কী ওইবা মশামা অমা ওইবগুম মপাঙ্গল কনখৎহনখি। চয়োল অমা মুখিং মমনি নিংথৌকাবা, শগোলশল অমত্তুং ইরাইদা মপান কাংজৈবুংদা শগোল কাংজৈবু পামজরবা মীয়ামগী লোয়ননা পুম্না পুম্না তিল্লম্মী। খ্রাইরমনম্দ কৈথেলদা লৈবা কাংজৈবুং অসিবু হৌজিক ফাওবদা ইম্ফাল পোলোগ্রাউণ্ড অমদি মৈতৈশিংনা তেম্না পামজনা "মপাল কাংজৈবুং" হায়না খঙনরি। মশামসিবু কাংজৈবুংদা শান্নবা য়েংলিবা মীওইশিংবু মতীক চাবা ক্রিটিকনী হায়না শীথানৈ।

> 'Everyman in the huge gathering which sits in an orderly mass on the banks lining the polo-ground is a competent critic, and while the excellences of individuals meet with approving cheers of Yamphai or very good. Humeric laughter is the portion of ambitious, but unskilful player who essays in vain some difficult stroke.'[৩৮]

মতম অসিদা শান্নরগা অফাওবা মীয়াম্না শকখাংনরবা শামরোই খরদি মরুওইনা শ্যামজাই শর্মা, রাজকুমার কাহাই, আর. কে. থম্বালসনা এলাংবম ইবোয়াইমা, মাইবম ইবোতোন অমসুং থাংজম চাউবনি। চূরাচান্দ মহারাজ মশামকসু মশামসি য়োকখৎনবা হোৎনবদা নত্তনা শান্নবু পামজবা মীওই ওইবগা লোয়ননা অফবা শামরোই অমা ওইনসু খঙনরম্মী। অউবা মীওই অমগী পাউদম[৩৯] মখাগী সি পনবা য়াই।

৩৭। মথক্কী লাইরিকসিমক্তদগী

৩৮। T. C. Hudson, "The Meitheis", Delhi, 1984, p. 50

৩৯। টি. বোকুল, "মণিপুর মুসলিম কোবা লাইরিক্কী মরমদা, মীতৈ মরুপ, ইম্ফাল, ১৯৭৪, লাঃ ৩৬

"শগোল মক্রাংদা কাংডক্তুম পাস তৌবা, মাঙদা চেনবা কাংডক্তুম তাম্ররগা শগোল মমায় ওন্দনা তুংদা য়েবদা কাংডক্তুম বাংনা শাল্লা চংপদা, মাংদা চেনশিল্লকপা কাংডক্তুম ওল্লনা য়েবদা বাংনা শাল্লা পাইবদা চুরাচান্দ নিংথৌবু থাগৎলৈ।"

১৯২০ দা লমদমসিদা নিংথৌ অমত্তুং লৈমা য়াওনা মশাল্লসিবু শাল্লখি। "১৯ নি য়ুমকৈকশদ নিংথৌনাইদা শ্রীযুৎনা চিংএ। লৈম-নাইদা মহারাণীনচিংহনা শগোল কাংজৈ শাল্লে। নিংথৌ নাইনা পাঞ্জল ১৬ থেংকই।"[40] অদুম্না ১৯১১ দগী নিংথৌ অমত্তুং সাহেবকা লুঃ ১০০০ পিবা তেংক্লফং (কপ) থা-নহুনা কাংজৈ শাল্লখি। মসিদা নিংথৌনা মায়পাকখি।[41] ১৯৪২ দা অনিশুবা লানজাওদা জপানগী লানমীশিংনা নোংথকী লান তৌরকলবস্থ মশাল্লসিবু শাল্লবা লেপহনবদি ডমখিদে। লানগী মতমদা ভারতকী অকাওবা জয়পুরগী মহারাজ জয়সিংহনা মণিপুরদা চঙশিল্লকলিবা লানজাও য়েংলবা মতমদা মহাক্না পামজরবা মশাল্লসিবু পোকফম লমদমসমত্তদা উখি।

> "During the war time, the famous polo player of India, Maharaja Jai Singh of Jaipur visited the war front in Manipur and saw the game of his love at its own birth place.[42]

চুরাচান্দ মহারাজ শগোল কাংজৈদা থবাই য়াওবতা নত্তনা মশাল্লা কয়াস্ব পুক্লিং থোগৎনা য়োকথংলস্না নিংথৌনি মহাককী মতম অসিদা নিংথৌ মনাই অমত্তুং লৈমনাই শগোল কাংজৈ শাল্লখ-

৪০। চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ৫৮৪

৪১। মথকী লাইরিক অসিমক্রদগী, লাঃ ৫৫৪

৪২। পনথ্রবা ফার্স স্পোর্ট ফেস্তিবেল, ১৯৮৭, লাঃ ২৩

বনি। ১৯২৩ লমতাগী ইরাইদা বাংথৈ কোম্বং সনথোং মমাঙগী কাঙজৈবুং হোংদুনা মহারাজনা অচম্বা লাইকম অমম্বং ময়াম্বুংহন শোম্ব সেনাপতিনা নাহারুপ খাঙমদা য়াওদুনা শান্নখি; মহারাজগী কাঙলুপনা থোইখি।[43] ১৯২৭ তা নিংথৌ মশামক কোহিমাদা কাঙজৈ শান্নবা লেংই। ১৯২৮ দা সাহেবশিংগা মহারাজগা ক্রিকেট অনিরক শান্নবদু মহারাজনা পাঞ্জল ২০০ অমম্বং ৪০ মথংশিংনা থোইবগী বাফম কুপ্পাবগী লামায় ৬০১ দ পল্লি। মাগী মতম অসিদা সাইকল কাঙজৈ শান্নখি। ১৯৩১ কালেন ২ নি শাংজদা মচাইবুংঙো অহনবচিংবা এক্কাগাড়ি তোংদুনা কাঙজৈ শান্নি।[44] অদুমনা নিংথৌ অসিগী হাকচংদি শগোল কাঙজৈ অসি কা চেন্না মকা ফোঙনা সাহেবশিংগমু শান্নে চায়বগী খুদম য়াম্না ফাই। মরম অদুনা মহাককী মতম অসি মশান্নশিংগী সনাগী ওইবা মতমনি হৌফম থোকই। পনবা য়াবা অমদি পোলিতিকেল এজেন্ট ওইরম্বা মিস্টর হিগিনস সাহেবনা হাপ্পা কাঙজৈ শান্নবদা থরাই য়াওরম্বনা শান্নরোইশিংনা ওলব খর খর ফংলম্মী।

১৯৪৮ দা মহারাজ বোধচন্দ্রনা মশামক য়াওনা মণিপুর স্টেট পোলো কমিতি শেমখি [45] কমিতি অসিনা মশান্নসি চাউখৎনবগীদমক কুপ্পা য়েংশিল্লম্মী। অদুবু ১৯৫৪ দা মহারাজনা, কংগ্রেসনা পান্নবদা মতম, খরা খুগাইদুনা কেপ্পুরবম্ব, মাঙ্জিদা পুজা কৎদুনা পোইম্বু খাদা অমুক সনাকোম্বু কাঙজৈবুংদা শাংবা হৌখি।[46] ১৯৫৫ দা পি. সি মেথি-

৪৩। চৈ: কু: লা: ৫৮৯

৪৪। মথককী লাইরিক অসিমক্রমদগী, লা: ৬০৮

৪৫। মথক্তা পনখ্রবা, রিজনেল ইন্টিগ্রেসন, ১৯৮৩, লা: ৮

৪৬। চৈ: কু: লা:৬৭৮

উ আই. সি, এস, মণিপুরগী চিফকমিসনারনা চিফ গেএস ওইনা মণিপুর পোলো ক্লব হৌদোকখি।

১৯৪৯ দা মণিপুরনা ভারততা তিনখিবগা লোয়ননা শগোল কাঙজৈজেগী ফত্তুবা মরায়বক অমা লাকপা তাখি। অনৌবা সরকারনা শান্নরোইশিংগী থবক লৌথোকখিবদগী শান্নরোইশিংনা মখোয়গী শগোলশিং শিন্নবা তারম্মী। অছুমকপু পোলো কমিটিদি মুৎপা ভমদনা লৈবদগী ১৯৫০ দা ইহান হানবা নোক-আউৎ তুরনামেন্ট পাংখোকখি।[47]

অসুমনা মশান্নসি হৌজিক ফাওবা লেপ্তনা শান্নরকলি। হৌজিক হৌজিক অনৌবা শগোল কাঙজৈ শান্নরোইশিংগী লুপ কয়া মকম মকম খুদিংদা শেমদুনা মখোয়গী খুৎ থাদোক্লুনা অথোই অহেন তান্নবা মশান্নগী ওইবা থৌশিন্দা শরুক য়াননারি। মৈতৈগী ওইনা লৈজবা লৈবাককী ওইবা মশান্নশিংগী মরক্তা য়াম্নমক মরুওইবা মশান্না অমা ওইনা লৈরি।

মৈতৈশিংগী ওইবা মশান্না অমা ওইনা :

মৈতৈশিংনা মশান্নসি কনাদগীসু তম্লুদে; মপা মপুশিংনা লাই হাক্তুগী শান্নরুবনি হায়না থাজনৈ। মসিমক্তা য়েলহৌঙদগী লৈরক্লবা মশান্ননি হায়বশি অমুক হন্না হায়রুবগী কান্নবা লৈত্রবনি। মরম অসিমরুসু মালেমগী মকম অমত্তদসু শান্নবা উবা কঙত্রবসু মৈতৈশিংনা শান্নবদি শুমিৎ তাবা লৈতে হায়না হায়নরব সাহেবশিংনা উখিবনি। তশেংনমক মৈতৈগী থাজনবীদি পাক থাদোকপা ভমবসু ওইদবা মরমনা মহৌশাদগী লৈরক্লবা মশান্নসিবু অতৎ-ভথম লৈতনা চংহিচা কয়া শাদুনা লাক্লিবনি।

---

47। ফার্স্ট স্পোর্ট ফেষ্টিবেল, ১৯৮৭, লা: ২৩

শা লাক্পা মশিং ওইরকপা কাংলুপ অমা ওইরকপগা লোয়ননা মিংতম্না কৌনবা তোংনহুনা লাকপা মীওই কাংলুপ অমনি। মথোয়গী ময়ক্তা অমনা অমবু লৈচাক মপু ওইনব তোংনরকই হায়না মমি তারবা কাংলুপনি। শগোল কাংজৈ মশান্নশিং চাউরবা থৌদাং অমা ওইনা মৈতৈ খুন্নাই শেম্বদা শরুক য়ারকই। মৈতৈ শগোল লানমীনা অরাম্বাই শীক্কিম্নবগী রাকম থাংচংবাগী মতাংদা পনাংগ্র। য়ুমলোম্নবা লৈবাকশি-ন মৈতৈগী শগোল লানমীবু কী-তুককনা শন্থিবনি। অসিগুম্না মৈতৈগী শগোল লানমীবু শগোল কাংজৈনা মতিক-মঙম কৈছল্লি ; মখোয়গী শা-লানগী শাক্তম তৌকনা ওইবা মশাকনি। অইবা অমনা মশাগী অহুমনা কোংদোকপা থেংচৈ —

"The natioual game of Hockey, which is played by every male of the conntry capable of sitting a horse, renders them all expert equestrains; and it was by men and horses so trained, that the princes of Muneepoor were able for many years not only to repel the agression of the Burmahs, but to scour the whole country east of the Ningthee river, and plant their banners on the banks of the Irrawattee in the heart of the capital of Awa." [৪৮]

তখেংনমক গম্ভীরসিংহনা লানজেনবা মতমদা অমহুং মানা পানবা মতম ( ১৮২৫-১৮৩৪ ) দা শগোল লানমীগী মথৌ হায়নভাই লৈতনা

৪৮। Capt. R.B. Pemherton, "Report on the eastern Frontier of British India", Gauhati, 1966, p.33

শীজিনখি। মশান্নক য়াওনা মৈতৈশিংগী লৈবাকপু অরানা খুত্তুম চনগ্রবদা অমুক হন্না অরাশিংবু তানশারহুনা তকথায়খিবা চিঙরীনা খুদম পীরি। মৈতৈ শগোল লানমীনা মুক্কা, কাংজৈ লোয়নন থাংতানচিংবা মহৈগা শাগোন্দুনা শগোলবু নীংথিনা শীজিন্নবা ঙম্মকা মৈতৈগী শগোল লানমীবু অরানা কল্লকখিবা, কয়া কিনা থনখিবা লৌখৎকম থোকপা য়াকমনি।

শগোল কাংজৈ মশান্নসিগী শাদোং ওইনা শীজিন্নরিবা শা অসি ওন্থোনমক মৈতৈশিংগীদি থরাইমকনি। শীজিনরি শগোলবু মাঞ্জিংগা য়াম্না নক্লবা থাদোক্লবা য়ংদ্রবা মরী অমা ঙসি কাওবদা থম্না উরি। শগোলবু শীজিন্নরমদাইদা মাঞ্জিং লাইবু থুরম্বা হৌজিকসু তৌনরি। লাই হরাউবদা কাংজৈ শান্নবগী মরমদা মথাংদা মরী লৈনবা তাঙকক্লগ্নু পনলকখিগনি। লাইদা শগোল কংপগী মতাং অমা চৈথারোল কুম্বাদা পল্লী। "১৯২৩ দা………১১নি ইরাইদা শ্রীযুৎনা মাঞ্জিংগী হৈঙাং হরাওবদা শগোল মোরা ১ কৎলে।"[49] অমুমনা ১৯৫১ দন্থ মাঞ্জিংদা শগোল কংপগী য়াফম কুম্বাবদা পল্লি। মসিনা মাঞ্জিংবু শা অসিগী ওইরা লাইনি লৌনৈ হায়বগী থুদমনি অত্তুমকপু উমংলাইগী মন্নুংচনবা লাই অসিদা নত্তনা সনামহীদস্থ শগোল কংপগা লোয়ননা থুরমই। সনামহীদা শগোল কৎনৈ।[50]

মশান্নসি লাইশিংনা শান্নরম্বগী মতৌ তমহুনা শান্নবনি। লাইনা হৌদোক্লম্বনি। য়াফম অসিবু কাংজৈ কাংছ উমংলাইদা কংপগী চৎনবীসিনা শৌগৎলি। লাইনা পেল্লগা মীনা সুংতাই-য়াইফবা ওই হায়না খুংগী য়াথজোনবুস্থ মনি লাকই। কাংজৈ কাংছ কংপনা

৪৯। চৈ: কু:, লা: ৫৯০
৫০। চৈ: কু: লা: ৩০৭, ৬৬৪

লাইশিংবঃ পেনবীহুনা শা-শল লাইচৎ চৎতুনা শিংনচিংবা থোকহনদে হৈফে হায়না থাজনৈ।[৫১] মাইবীগী লাইরোলদা লাই হরাওবা মতমদা লাইগী থৌরমগা মরী লৈনবা মতাং পাঙথোক্লকপদা থেংনরিঃ লাই হাক্তক্লগী শামরকপনি হায়রি।

অমারোমদা মুমিংপ কোরৌহনবা কৌহুনা কোরৌহনবনা নোং-পোকতগী থোরক্লগা নোংচুপ তা তাখিবা অসিবু কোরৌহনবনা শগোল থৌহুনা চংপনি হায়বগী থাজনবীহু ভাকপা রাকম ওইনহু লৌনৈ। পুম্নমকসিনা মরম ওইহুনা মৈতৈনা শগোল কাঙজৈবু মশাম্না ওইনত্তা লৌদে মুংগী অমদি রাথালোনগী ওইবা মওংদম্ম লৌনৈ হায়বগী থুদমনি। অ র্কাংভেল সোরচনা পীবা রাকম ওইনত্তা ত্তোদে, থবক ওইনা পাঙ-ক্লনা লাইগী ওইবা থৌরমগা মরী লৈনবা মনাংত্তা য়াওরিবসিমক মৈতৈ মশামসি অত্তোম্বা মীওই কাংলুপ অমদগী লৌক্লদে, তম্নদে হায়বা ময়েক য়াম্না শেংনা উংলিবনি। শগোলগী থোঙচৎ থোঙজেল অমস্থং মচু মমেন কুপনা থঙনা শীজিন্নরম্বা মওংনস্থু রাকম অসিবু শৌগংলি। ফীবুল হাবীদা মশাম্নসিগী মনি তাই পনখ্রে।

অপীকপা মৈতৈ শগোলগী শান্নবদা খুদোং চাবা লৈবহু মথাগী অস্নুমনা কোক্লদোক্লৈ —

'Manipuri ponies are small, most of them
under 12.5 hand. Because they are small
the sticks have to be shorter. Small ponies
have fast turnings and short sticks make
for fast stick work. Becuause the ponies are

---

৫১। হৌজিক হৌজিকমক থাজনরিবা রাকমনি।

small it is easy for tall riders to bend
and pick the ball up" [৫২]

লৈবাককী ওইবা মশায়া অমা ওইনা :

- মৈতৈ শগোল কাঙজৈ নিংথৌ অমসুং অঙম অথৌশিংগীতা ওইবা মশায়া অমা ওইরকতে। নিংথৌদগী হৌরগা মীচম ফাওবনা মশায়সি শায়ে। মীচমদগী থোইদোক হেন্দোক হেন্দোকপা অফবা শায়রোইশিং য়াওরকই। নিংথৌনা মথোয়বু পক্রিং চিংশল্লি। হৌজিক ফাওবদা খুল খুলশিংদা শায়বা পুঙলেপ লেপ্পা নত্তে। সাহেবশিংনা মণিপুরদা লাকপা মতম কয়াদসু মশায়া অসি মীপুম খুদিংমককী ওইবা অমা ওইনা উখি।

"It would be wrong to assume that in
Manipur the game was reserved for professionals and potentates. On the contrary, the villages enjoyed many a rough but excellent game, played mostly on the villager's own grazing ground- and on communal ponies which had little to eat except paddy and what they could graze." [৫৩]

মশায়সি নিংথৌ য়াওনা শায়বদা নত্রগা অঙম অথৌ য়াওবা মতাংদা লৈতেং-শাবল, শীজিন্নহনা অকে অমৌগী ওইবা মওংদা লৈবাককী কুম্মৈ ওইনা পাঙথোকলবসু মশায়সি ইচম চম্বা শেল তিংদবা মশায়নি।

---

৫২। মহারাজ কুমার পি, বি, গী বাকম "রিজনেল ইন্টিগ্রেসন", ভোঃ ১৯৮৩, লাঃ ৫

৫৩। Evens, G. & Brett James, op. cit., p. 11

"For Manipuris Polo is not a luxury game; but it is played ordinary villagers mounted on their own ponies and a visitor to Manipur can withness for himself at the polo ground in Imphal, the dexterity of the ponies and players and the enthusiasm of the ordinary villagers for the game." [54]

ইম্ফাল জেলদা ফাজিল্লুনা থম্বা মীওইশিংবু হাপত্তা কাঙজৈ শান্নবগী মতম ইরাই থুনিংদা মহাক্না শগোল কাঙজৈগী শান্নরবাই ওইরবদি জেলগী মপান্দা পুখোক্লুনা হাপত্তা কাঙজৈ শান্নবা য়াওহল্লি। অইবনা হায়রবা রাফনদা মথাগী সিনি।

"At one time the chief Manipuri profeesional was serving a long term imprisonment for rape, but every Friday he was let out of Imphal Jail to play polo returning after the game to his cell." [55]

ফিজেং :

শান্নরোইশিংনা কৈজোম কুম্বা হুংলোমদা তাথংলগা থুকউ মথক্তা শেংলি। অতোপ্পা লমগী মীওইশিংনা ফিজেং অসি য়াম্না তাঙনা শেংপা কিজেংনি হায়না লৌই।

---

৫৪। R.K. Sanahal Singh (ed.), "Peeps into Manipur", Imphal, pp. 160.161

৫৫। Evans, G & Breett James, A, "Imphal", London, 1962, p. 10

"The Manipur riding costume for the game is a scanty dhoti, well tucked up, and a pair of thick wollen gaiters reaching from the ankle to the knee; whip is carried in the left hand suspended from the wrist, to allow free motion of the hand." [৫৬]

কোক্কা কোকয়েং অচৌবা য়েংলি অমসুং তুংখিদনবা চায়চুনা কোকয়ক অহু থদাংগা পা-ননা মরী অমনা পুনসিন্নি। মসি শগোলদগী তাবদা অমদি কাঙকৈনা শোক্কনবনী। থংনাইদ্রু শোক্কনবা চায়চুনা খোংডাক অমা ফিনা য়েংশিল্লগা হাপকৈ। খোংউপ কোংদনা মরমনা খুমিংপু ডাকথোক্কবা শাউন নত্রগা অথাবা ফীশিংনা থানা শেল্লগা 'খুমিংখাঙ' কৌবা পোংশক অমসু শীজিনৈ। সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎ ফিজেংকী মরমদা মথাগী অহুম্না থারম্না থোংনৈ।

"He wore a very picturesque dress for polo—a green velvet zouave jacket edged with gold buttons, and salmon-pink silk Dhotee, with white leather leggings and a pink silk turban."[৫৭]

অতোপ্পা মকম অমদা শাগ্নরোই অমগী ফিজেংসি অহুম্নু থোংনৈ—

'Dressed in plush jacket, colured turban, dhoti (a cloth, usually white, worn round the waist passing between the legs and fastened behind) and bright red leggings, a Manipuri player

---

৫৬। ই, ডবলিউ দন, 'গেজেতিয়ার অফ মণিপুর' দিল্লী, ১৯৭৫, লা: ২১

৫৭। Ethel Grimwood, "My three years in Manipur", Delhi, 1975, pp. 39-40

**would ride barefoot, grasping the stirrup Iron between his big and second toes."**[৫৪]

পানা পানাগী ওইনা ফিরজৎসু চংনবী অমা ওইনা শীজিন্নরম্মী —১) অহলপ পানানা ফুরিং অংজৌবা, ২) নহাক্রপনা ফুরিং নাপু, ৩) খাবম পানানা ফুরিং অশংবা অমসুং ৪) লাইকমনা অঙাংবা মচু লৌংনরম্মী। খাগেম্বা নিংথৌ (১৫৯৭-১৬৫২) গী মতমদগী হৌনা চংনরকপনি। পানা থুমৈ—১) হিদাকফানবা পানানা অমুবা অমসুং ২) পোংসঙবা পানানা হীগোক মচু লিংকনি। পানা ২/২ তিন্নরগা শান্নববু চেরে কারে কৌই। মেরা হাউজোংবা মতমদা শান্নে।

পানা কাংজৈ শান্নবদা শগোল কাঙজৈ হৈবা নিপা অমনা কাঙজৈ চেরে হায়রুনা হেক্কা য়াওহন্নবসি তৌনরমদে। পানা কাঙজে য়াওবা তারবদি মহাক্কী পানাগী ময়াম্বা অমদি অহল লমনশিংনা নিংথৌদা হন্থংপীরগা য়াবিরবদি পান্না হন্নগা য়াওগদবনি। পানা হন্দুনা কাঙজৈরোয় ওইশ্রবা মী অমদা মতুংদা পান্না অমসুং পান্না কাঙজৈরোইদা য়েনবা পোং পুন্নমক শান্নবদা য়াওদ্রবসু মহাক্কী শরুক থুংই।[৫৫]

পানা হুন্নবগী থৌরমদি পানাগী অহল-লমনশিং অমসুং মথক-থোংবশিংদা অথুম অহাঙ অমদি ফিশাং কংতুনা রাশকপগী মওংনি। মসিগী তুংদা অতোপ্পা লেমহৌরিবা পানাগী অহল-লমনশিংগী মরক্তা খুাইদগী অহল ওইবা মীওইদা অথুম-অহাঙ অমদি ফিশাং অমা খুদোন-পোং ওইনা পীগনি। মসিগী তুংদদি কনাগুম্বা মীওইনা পানা কাঙ-জৈরোই ওইবা য়ারে থৌরম অসি থকসি খাসি থম্নবা, অহল-লমন মশক খংনা লোয়নন্না অমদি চংনবী অমা থম্বগী মওং তাকপনি।

---

৫৪। **Evans, G & R. Brett James, A., "Imphal", London, 1962, p. 10**

৫৫। "সাহিত্য", ২১ শুবা, ১৯৭৪, লা: ৯

মশাম্না অসিগীদমক হৈশিংবা শগোল শীজিন্নৈ। শাম্নবদা মুংঙাইবা খন্দুনা শগোল তোংনৈ। মুংঙাইবা শগোল হায়বসি 'লিচং শুরবা' শগোলবু থঙনৈ; শাম্নবদা মুংঙাইরবা শীজিন্ননীংবা মওংদা শীজিন্নবা য়ারবা শগোলবু লিচং শুরবা শগোলনি লৌনৈ। অসিগুম্বা শগোল অসি শগোল থোৌবগী মওং থোঙখাং, থোংঙক্লেল মরীন (মথোনা) য়েংলগা শগোলবু মশক লেপ্পগী মওংনি। শগোলগী থোঙক্লেল, থোঙখাং অমসুং শগোল থোৌবগী মওং অসি মখাগী মরুওইবা মখলশিং অসি পনবদা মতাংচাদবা থোকলোই।

১) শগোল য়াম্না য়াঙনা থোৌববু 'খুরুপ থাবা' নত্রগা "খুরুপ থোৌবা" কৌই।

২) খর খর থোৌববু "খুরুপ মচা" কৌই।

৩) কুপ্পা নামনা থাংহ্না চেনবগী মওংবু 'কোরী লেংহাই' কৌই।

৪) কুপনা থাঙহ্না তপনা চেনবগী মওং অমুবু 'অরা য়ুমক্লেল' হায়না খঙনৈ। মথককী অহুমশুবগী মওং অসিগা ইথেন থেন্নদবগুম তৌই। নীংথিনা চাং পুনা চেনবা শগোলবু অফবা শগোলনি হায়না লৌনৈ; চাইশেলদা হাপ্পা ঈসিং নীকথোক্তে হায়নৈ।

৫) মখোঙ অনি ফৈনা চোংববু "ক্লাক মাঙজোং" হায়না খঙনৈ।

৬) খুজি য়েখৎলগা তুংলোমদা হনববু 'চুমখাম' কৌই।

৭) য়াম্না খাঙনা শগোল অমনা মশাগী অঙম্বা পাঙ্গল শীজিন্নহ্না চেনববু 'খুরুপ থানা চেনবা' হায়না হায়নৈ।

হায়রিবশিং অসি শগোলতোংবা নিপা অমনা শগোল তোংবা মতমদা মহাক্না হৈজহ্না শগোল অমবু শীজিন্নবা য়াবা মওংনা শীজিন্নবা

য়ারবদি লীচং শুরবা শগোলনি কৌনৈ। অসিগী মথক্তা শগোল কাঙজৈগীদমক্তদি কাঙজৈ চাবা 'শগোল ওইদবশু য়াদে। তেপ চোংবা য়ারবা, থুপ থোৌবা য়ারবা কাঙজৈ চাবা শগোলনি হায়নদে। অসিগুম্বা মরমশিং অসিনা মৈতৈনা শগোলবু হায়নভাই কৈ তনা বুপনা শীজিন্নরকই হায়বা তাকই। কঙফালগী মফম খুদিং শীনবা থুংনা শগোল শীজিন্নরম্মী। চীংঙম অনিমক্তা শীজিন্নবা য়াবা শানি। মহাক্না চঙবা ঙমদবা মফম লৈতে। মৈতৈগী পাউরোদা 'শগোল তোংবা থীনেংপা ইরোই তোংবা লুরাউবা' হায়না পাউরোনবা থেংনৈ। শগোল থরায়মক্কি থম্ন লুনা তৌনরম্বা অনদি তৌনরিবা মৈতৈমচাগী মশীং রাংপা নত্তে। চন্দ্রকীর্তি নিংথৌ শগোলবু লনা নীংজবা নিংথৌনি। মহাককী মতমদা চাউরাক্না ১৯৫২-৫৩ দা শগোল ময়াং কংহনবগীদমক শারংব, পুম্নমক শংলেন্দা থাই।[৬০]

মৈতৈ শগোলবু মীরৈবাক্না পোনি হায়নরু থৎনৈ। শগোল কাঙজৈবু 'হোকি ওন পোনি' হায়না শীজিন্নরগী হায়বগী থুদম ফংই। মৈতৈগী শগোল, অচৌবা শগোলশিংগী মমুং চনদে। তোঙান তোঙানবা মচু কয়ামুক্কী মমিং লৌদুনা মৈতৈ শগোলবু মশক তাকনৈ। মৈতৈনা শগোলগী মচু য়েংলগা শগেলবু মশক তাক্লম্বসি অচম্বা মওংদা অমুবনি অঙাংবনি অরাংবনি হায়দুনা হেক্তা হায়রম্বা ওইনা তৌদে।

মরুওইনা থরা পনবা তারবদা ১) মশাপুম্বা মুবা শগোলবু 'কাক,' ২) মশা মুবা মমৈ ঙৌববু 'সম্নাবী, ৩) কারুদা লাংববু 'কারু অরাংবা.' ৪) য়াইঙঙ মচুবু 'নাক্রং,' ৫) নাক্রংদা মকুপ মকুপ লাংববু 'নাক্রং সেনম্রাং মরুম.' ৬) নাক্রংদা মমৈ অমমুং মসোঙ অঙৌববু 'নাক্রং সোঙঙৌ,' ৭) মঙ্গে মচুবু 'মঙ্গে.' ৮) মংগেদা মুশিনববু

---

৬০। চৈথারোল কুম্বাবা, লা : ৩২৩

'মঙাগে মপ্রাম,' ৯ ) মাঙ্গদা লাংনবু 'মাঙ্গ অন্নাংবা,' ১০ ) কৌরি মচু মানববু 'কোরি,' ১১ ) কোরিদা ঐ শেম্বাং মহুম মানববু 'কোরি শেম্বাং মহুম,' ১২ ) কোরিদা মরাম্নবক্না হৈ সি অনি থোন্নবু 'কোরি অফাংবা.' ১৩ ) মমায়দা অহোরক্ত থুংবা হৈগোই কোইববু 'সম্নাবী' 'হেগোক্ত,' ১৪) সম্নাবীদা মখোঙ মুববু 'খোঙদৈ', ১৫) সনাবীদা লাংববু কাকলৈ', ১৬) লশিংদোনা ভৌববু 'লৈফোন, ১৭) লশিংদগী ভাঙশিনববু 'মোরা', ১৮) লশিং অঙাংবগুম্নবু 'মোরা মৈচাক', ১৯) কাব্রং মচুদা মমৈ মশোং মুববু 'কাব্রং অঙৌংবা', ২০) থোৗবোম মপানগী মচু মানববু "থোৗবোম', ২১) নাব্রং সেনব্রাং মরুমদগী কুপশিন্না মকুপ মকুপ লাংববু 'তুমনৌ' অমম্বুং ২২) নাব্রংদা লাংববু 'থাঙ্গাং অরাংবা' হায়না খঙনৈ। ১৮১৯ গী মমাংদা ইমুং অমদা শগোল ২/৩দগী তাদনা লোইনরম্মী।

শগোলশিং অসিগী মমুংদা সন্নাবী হৈগোইদি মী5ম্না শীজিন্নবা য়াদে অমম্বুং কোরীদা থুতুং নাম্না তাংলবদি লোইহৈদে হায়না অহেল-লমনশিংনা লোইনদে। করম্না মতাংদগী করিগীদমক কমদোনা কোয়ন-রকতবনো মখাতানা থৌজিনবগী তঙাইফদবা লৈ। মোঙ্গোলশিংনা শগোল শিজিন্নরম্বগী ঢাকম শগোলগী মরমদা ইবা মপানগী লাইরিক কয়াদা ফংই অদুবু মৈতৈনা শগোল শীজিন্নরম্বগী মতাংদদি ইফং ফংদে। অদুমকপু শগোলগী মরমদা মৈতৈনা কুপনা খঙলম্বা অমম্বুং শগোলবু মশামক্কী থরায়গা মান্নবা লুনা থনবসিমক্না মৈতৈনা শগোল শীজিন্নবা হৈবদা মোঙ্গোলশিংদগী তাবা নত্তে। মরম অদুনা মৈতৈ শগোলগী মফম থম্মীফম থোকপনি। শগোল অদুবু কুপনা অমম্বুং খঙনা শীজিন্নরম্বসি য়েংলুরবদি মৈতৈ ফুরুপ মাংলেমগী লিরবা ফুরুপশিংগী মমুংদা অমনি হায়বা ঙম্মী। নিংথৌ পাল্লিহৈদা নিংথৌনা শগোল হঞ্জবা ফম হাপতুনা

শগোলগী মকন চাউনা থম্মী। শগোলশঙস্থ মরাঙ কায়না শাহনা থম্লম্মী।

হুমলোয়না লৈবাক বরমাগী মীওইশিংবু মৈতৈ শগোলনা পুক্নিং চিংশিনশা ওমখি। বরমাগী লানমীদা মৈতৈশিংনা শাবা শগোল লানমী কাঙলুপ অমা কসে ফোরম হংয়না থম্লনখি। বরমীজশিংনা মৈতৈ শগোল লানমীবু ওরায়না লৌবা ওমখিদে। অঙৌবা সাহেপ অমনা ফোংদোকলম্বা ঋৈকৈ থরা পনবা য়াই—

"So deeply are the Burmese impressed with the superiority of the Muneepooree horse that upto the present moment (1st quarter of 19th century), the elite of their cavalry consists of this description of tropper, whom they rarely ventured to meet in the open field."[61]

মৈতৈ শগোল পীওচরবস্থ মরীল লৈবা শানি। শগোল কাঙজৈ-গীদমক্তদি য়াম্লনক চুপ্নবা শানি হায়বসি অইবা রাফম কয়ানা তাকই। সাহেপশিংনা শীজিন্নবা রাংবংচাউবা হেনবা, লমজেল য়াংবস্থ হেনবা শগোলশিংগা লাম্বা তৌনবুম ঙশানসি মহৌশা শাম্নবদা সাহেবশিংনা থোইখিনগী রেকর্ড ফংদ্রি। কাঙজৈ শাদনা মরিল কুদেক্কা শরুক য়াবগী থুদম ফংই। শাম্নদা শিবা ফাওবা য়াওই। ১৯৫৪ নিংথৌ-খোংজা মেজোরগী শগোলস্থ কাংজৈ নাবদা শিখি।[62] চিংনদনা অইবনা হায়বা ওমই মচুদি মৈতৈ শগোল নিংথৌ পাল্লিইদদি খুাইদগী অথোইবা থংলাইনি।

61. Capt. R.B. Pemberton, "Report on the Eastern Frontier of British India", Gauhati, 1966, p.33

৬২। চৈঃ কুঃ, লাঃ ৩২৪

মমিং চৎপা অকাওবা শগোল কয়ামুক য়াওথি মথোয়শিংগী মরক্তা অথেংবা মতমগী ওইনা ফংবদি—১) মোইরাং মেজর তোঞ্জাউগী শগোল কারু, ২) থাবম লাকপগী সনাবী, ৩) ময়াঙ্গ ইং অহল রাজা ড্রমবা সিংগী সনাবী, ৪) মাইবম শমদেন মেম্বরগী মঙ্গে খোঙদাং, ৫) লোং-মাইথেম নেনে মেম্বরগী নাত্রং সকফবী নাদৈরাকপা, ৬) পুলিস মেম্বরগী খোঙজৈ, ৭) য়াইসা সময়াম কারু, ৮) খুৎনেৎ শাজেন নাত্রং অমসুং ৯) সোগাইজম গোপালমচাগী কোরী খুংগোই পনবা য়াই। ২০০ হুবা চহি চাবোন তংথায় চন্নকপদা শগোল নাদুনা শিংগী লাইওং সরকারনা পাইথৎলে। লায়নাগী মশক খঙনবা হোৎনবগী মওং লৈরে।

> "One pony died of disease as against during previous year. This disease ( contagious disease ) was microscopically diagnosed." ৬৩

শগোলবু মতৌ অসুমনা মৈতৈ ভশিংনা চেকশিন্না লুনা তৌরম্মী হায়বসি শগোলগী মরমদা নৈনরকপা মতমদা শঙবা হেক্তা ওম্মী। মসিগী মতুংদা কাঙজ্রুমগী মরমদা নৈনবা মতাংচাদবা থোকলোই।

কাঙজ্রুম অমসুং কাঙহু :

শান্নবগীদমক কাঙজ্রুম অমসুং কাঙজৈ তঙাইফদনা চঙবা পোৎ-চঙনি। মশান্নসি করম্বা মশাক্ননো হায়বসি য়াহৈ মচেৎ মচেৎ থোক্তা পুথো-কুনা নৈনবা মতাংদা কাঙজ্রুম করিনো চাউরাক্লা নৈনগে। চাউরাক্লা শগোল কাঙজৈগীদমক শৌজিন্নরি কাঙজ্রুম অসি অকোয়বনা ইনচি ১৪ মুক, অদুগা ময়াম চবুককী অশাংবসি ইনচি 3½ রোমনি। কয়িগুম্বদা

৬৩। Administrative report of Manipur State for the year 1946 47, p. 21

ময়াম চবুককী অশাংবসি ইনচি ৪ ফাওবা শাংই । মসি মণিপুরগী মফম অয়াম্বদা কচবা 'শনৈবা' কৌবা অ মখল অমগী অরুনা মরু ওইনা শানৈ । কাংজেইগীদমক খাথোকপদগী শেলুংবা মখি লোই থাবগী ইশিন্নুনা থমহৌবা মাকম চৈথারোল কুম্বাবদা চংশিল্লী । ১৮৫৪ জানুবরি থাগী ২০ নি নিংথৌকাবদা "কাংজেইমগী বা থোক্তুনা শেলুং ইমা লোই থাই ।"[৬৪]

কাংজেইম থোম্বা শীজিন্নরিবা কাঙজ হায়বসি মরুওইবা 'শতি কুহি' কৌবা উ অমদগী শাদোক্লুনা শেম্বা মতুম তারপ তৌবা উ মথক অমদা লীনা মথোক ওইনা উচল চানা চপ্লুনা শেম্মী । নানথোক্লবা ওয়াংগী চাউ থাই । উকক অদুগী মথোককী তায়নন্নবা চাউরাক্কী কাচিন্দা দিগ্রী ১৩০ মুক ওই । উকক অদুগী মচিম অনিমক হুইথরপ তৌই । অশাংবনা ইনচি ৬ । ৭ ( সেমি: ১৫.২৪/১৭.৭৮ ) রোমনি । মতুম তারিবগুগী ময়াইগী ওইবা অশাংবা (দাইভ এরেন্তর) ইনচি ১½ ( সেমি: ৩.৮৯ ) রোমনি । খুংপাংফম মথোকপকী অশাংবা চাউরাক্কা ফুট ৫½ ( মি: ১.৬৭৬ ) রোমনি । খুংপাংফম কাঙজেইগী মথোক অসি মফম অয়াম্বদা হৌবা লীনা ওইনা ওইরমদে । মরুওইনা ইম্ফাল মপান, লমফেল মনাককা চৌং অসিদগীসু যানথোক্ন শীজিন্নরম্মী । করিগুম্বা মখম অমদা য়াম্না উজিনবা মতমদা উত্রিপোক হায়রিবা মফম অসিদগীসু লি যানথুনা শীজিন্নরম্মী হায়বা থেংনে । লোক্তাক মপানগী লি শীজিন্নরম্বগী ঝাকনদি সাহেব মগা অমনসু পল্লম্মী ।[৬৫]

**শাম্নফম লমপাক :**

শাম্নফম লমপাক চাউরাক্কা গজ ৩০০ ( মি: ২১৪.৩২ ) মুক শাংবা ২০০

---

৬৪ । চৈথারোল কুম্বাবা, লা: ৩২৪

৬৫ । ইভান্স, জে. অমসুং ব্রেড জেম্স এ, মথক্তা পনম্নবা, লা: ১৩

( মিঃ ১৮১.৮৮ ) মুক পাকপা লৈতেম মান্নবা মকম অমনি। লম ৫০ (মিঃ ৯৯ ৪৪) দগী ৬০ ( মিঃ ১০৯.৭২৮ ) ফাওবনা মমুং ওইরগা মরান্না লম ৪০ ( মিঃ ৭৩.১৭২ ) দগী ৫০ ( মিঃ ৯১.৪৪ ) ফাওবা লমপাকতন্থ শান্নৈ। তৌইঙুন্থসুং অকক্নবা কাঙজৈবুংগী মরাক মথুং অইবা ওইনা তৌজিক ফাওবা। মমাংঙৈদা চৎনরম্থচু ফংদ্রি। খুদংগী অহাংবা নাপী হৌবা লমপাক্তা শান্নবদা অকক্নবা শাহবুংগী পাকচাউবা মুন্না থম্নরমদে। চাউরাক্লা লেপনরম্মী। খুদংগী মনাক্তা লৈরম্বা লাইগী লমপাক নত্তবা অহাংবা লমপাকশিংদি শগোল কাঙজৈ শাফম লমপাক ওাক্তা ওইনা তৌই।

অয়াম্বা মতমদা শান্নকম লম্পাক অসি মথুংগী অশাংবনা খা-ব্রাং শমজিন্নবনি, মরাককী অশাংবনা মনিং-মমাঙ শমজিন্নবনি। মপান কাঙজৈবুংগী ফিবমম্থ মসিনি। মথুংগী অশাংবনা খাদগী অব্রাংলোমদা লৈবনা খা অমস্তং অব্রাং যৈথুনা শাফম ওই। পানজনকম লেতে হান্নবদি গোলপোষ্ট লৈতে হায়না অয়াম্বা মপানগী মীনা লৌনৈ। তংশংবদি ব্রাকমসি শান্নবুংগী মরাক-পরীংদা ফুটবোলগুম্বা অমদি তোকিগুম্বা মশান্নশিংদা, মরাক পরীংগী ময়ায়দা পানজংফম চৈ থুংহুনা থম্নদবদগীনি অস্তমনা মরাক পরীংগী লৈই ময়াইদা পানজনকম থম্বসি মৈতৈশিংনা আই, পি, এ, গী চৎন পথাপ শীজিন্নরবা মতম মরুওইনা চুরাচান্দ মহার জগী মতমদনি। মশান্নসি মৈতৈগী হান্না শান্নরম্বা মওংদা শান্নবদু পাকৈয় শান্নবা হায়না খঙনরকই। পাকৈয় শান্নবসিদা পানজনকম থমদনা শান্নবগুম উবমকত্তি অচুম্বা ব্রাকম নত্তে। মরাক পরীংগী অশাংবনা পানজনকম ওইরকপগী মওং ওইনা চৎনরম্বগী ব্রাকমওনি। মরাক পরিংগী অরোইবা মকমশিংদা চৈ অমমম থুংহুনা পানজনকমগী ওমথৈ খঙহল্লি। শম্না হান্নরবদা শান্নবুংগী মরাককী অশাংবা ওমথৈ পানজনকমনি; মরাককী অশাংবা ওমথৈ পরীং লৈইসি কাঙজমনা

লাল্লবা মতমদা পানজন ওই। কঙজ্রম অদু কাঙজেনা শোকপগী তঙাইফদবা লৈ।

শাম্নরোইশিংগী লৈফম অমসুং মথৌ :

শাম্নবা হৌরবা মতুংদা খুৎ অমগী শাম্নরোইশিংনা লৈনিংবা মফমদা শাম্নবুংদা লৈবা য়াই। অদুমকপু তোঙানবা মমিং লৈ। পানজনফম লৈইদগী হৌরগা শাম্নবুংগী ময়ায় কাওবদা মথংশিংনা ১) পনঙাকপা, ২) পঙাকচং, ৩) পল্লক, ৪) লাংজৈ অমুমনা থায়দোকই। শাম্নবুংগী অতোপ্পা তংখায় তাম্না লাংজৈগী মফমদগী অমুক ৫) পল্লক, ৬) পনজোং অমসুং ৭) পনজেনবা হায়তুনা মথং মথং লৈ। অয়াম্বা মতমদা, পল্লক, পনজোং পনজেনবা অদুম্না অতোপ্পা মায়কৈরোমগী পানজনফম তাম্না কাঙজ্রম পুশিন্নবা হোংনৈ। পনঙাকপনা অয়াম্বা মতমদা পনঙাকফম অমসুং মাগী কাঙবুগী পল্লকা লৈরিবা মফম কাওবা চংথোক চংশিন তৌদুনা অতোপ্পা খুৎকী শাম্নরোইনা পুরকপা কাঙজ্রম ওক্তুনা থোমগানবা হোংনৈ। কাঙজৈ খুইদগী হেন্না হৈবা পোমিংথঙবা মীনা পনঙাকপা ওইনৈ। মাবু পনঙাকচঙনা মতেং পাঙই। লাংজৈ অমসুং মাগী মাঙ অমসুং তুংদা লৈবা পল্লক, অনিনা কাঙজ্রমবু মথোয়গী মায়গৈরোমদা ময়াইদগী হেনথহন্দনবা হোংনৈ। মথোয় অদুম চঙদুনা পনজেনবা অমসুং পনজেনচঙগী মনাক য়ৌনবা পুথংলি। পজেনবা অমসুং পনজেনচঙগী মথৌদি পানজন চত্বা হোংনবনি। অদুমকপু অয়াম্বা শাম্নরোইশিংনা মথক মথা অদুমকপু পুম্না শাম্নবদি য়াই। অহৌবা মতমদা শাম্নরোই অয়াম্বা কাঙজ্রম হুনফম ময়াইদা লৈ।

মশাম্নসিগী কাঙলোন ;

মশাম্নসি মতম লৈবা খিবিক্তা কাঙজৈবুঙগী ময়ায়দা হৌই। শাম্নরোইশিংগী মরক্তা রায়েনবা অহল অমনা নত্রগা যত্রা অমনা হনত্রে হায়রগা কাঙজ্রম হুনগৎতুনা হৌই। খুৎ অমনা হাম্না থোমগনি হায়বা

লৈতে। অয়াম্বা মতমদা লৈবাক্তা তাদ্রিডৈদা শাম্নরোইশিংনা থোমনৈ।

"The games are always started from the centre of the ground by the ball being thrown into the middle of the players ; it is frequently struck before reaching the ground." ৬৬

ঋায়েনবা অহননা শাম্নরোইশিংনা কা- হনবা থবক তৌদা য়েংশিল্লি। অদুবু য়েংশিনবগী চাং অসি হৌজিক মতমদা মালেমগী মফম অতৈদা শান্নবা মতমদা র্জনা য়েংশিনবদগী য়াম্না ঋাংলি। মৈতৈগী মশামদা অথিংবা য়াম্না লৈতে। শান্নবা মতমদা শাম্নরোই অমনা মানা পায়রিবা কাংজৈ অদুনা মায়কৈ মরিমক্তা হাইবা য়াই, মরম অদুনা মাগী কাংজৈনা কাংদ্রুম, থোমলমদাইদা অতোপ্পা শাম্নরোই অমনা হুইরৌ তৌবা য়াই। হুইরৌ তৌবগী মওংসি কাংজৈ কোৎপগী মওংনি। কাংদ্রুম নিংতম্না শাদোক্তুনা য়ৈহনদনবনি। শগোল থৌজিন্দুনা কাংদ্রুম থোমহন্দনবা হোৎনবা লৌ-তুপ্পা হায়না থঙনবা অমা চূরাচান্দ মহারাজগী মতমদা ঋিংখিবগী রাকম আই. পি. এ. গী কাংলোন হৌদোকপা মতাংদা পনল্রে। অদুমকপু কাংজৈ কোৎপা মতমদদি কাংদ্রুম থোমগদৌরিবা কাংজৈ অদুতমক কোৎনৈ। কাংজৈ কোৎপগী মতাংদা অউবা পাউদম অমা সাহেব অমনা অদুমনা পীরম্মী—

"An opponent's stick may be crooked in any position and the rule about crossing is not existence among them. Yet serious accidents are rare party as a result of the fact that Manipuri is light in bone, and active, and the ponies up to

---

৬৬। ঐ, ডবলিউ দন, 'গেজেতিঅর ওফ মণিপুর,' দিল্লী, ১৯৭৫ লা: ২১

**the weight they have to carry."**[৬৭]

থৌনিংবা মক্কমদা শগোল খৌবা য়াবনা ওবস.ইদ ক্লব লৈতে। মসিমক অতোপ্পা লমদা শাম্নবা মওংগা খেন্নবনী। শাম্নরোই অয়াম্বনা নিংথৌ পাম্লিবৈ মতমদদি য়ৈনিংবা মওংদা কাঙজ্রূম য়ৈবা ওম্বগী শক্তি লৈরম্মী। মৈতৈগী শাম্নরোইশিংনা হুং হম্না কাঙজ্রূম য়ৈবা ওম্বগী মতিক লৈবা উরগা মৈতৈ মচা নম্ভবা অতোপ্পা শাম্নরোইশিংনা ওক্করম্মী। অতোপ্পা মীওই কাংজ্রূপ্পা ওক্ক' য়েংনরবা মওং অসি জোন রাংসননা ভারতগী হনগ্রগা ব্রিতিশকী শাম্নরোই অমা ওইনা ইউ, এস, এ, দা রেস্তচেস্তর কপকীদমক ইউ, এস এগা ১৮৮৬ তা শাম্নবা মতমদা শীজিন্নরম্মী। মহাককী হুংহম্না য়ৈবা মওং অসিনা অতোপ্পা শাম্নমিন্নরিবা শাম্নরোইশিংদগী তোপ তোপ্পা মওং অমা ওইনা উহনখি।[৬৮]

য়ৈনিংবা মওংদা য়ৈবা ওম্বা মৈতৈগী শাম্নরোইশিংদদি ব ৎসনগী হুংহম্না য়ৈবসি মওংসি কখিস্থ নত্তে। মরম্মদি মসিদিং তোপ তোপ্পা মওং অমা ওইনা লৌনদে। মৈতৈ শাম্নরোই অয়াম্বনা কাঙহাই অহুম হাইহ্নুনা কাঙজ্রূম থোম্বা ওম্নরম্মী। কাঙহাই অহুম হায়বদি কাঙজ্রূম থোম্নবা হোৎনবা মতমদা কাঙহুম অহুমলক য়াম্না থুনা হায়বগী মওংনি। অহুমলক হায়বগী মওং অসি শাম্নরোই অমনা অহানবদা শগোলথক্তা ফম্না ফম্না মশাবু মাঙলোম্নদা কোনথরগা কাঙহাই অমা হাই মসি কাঙজ্রূম পানবা ওমজ্রগা অনিরকশুবা ওইনা হকচাং তিংথৎলগা হাই অমস্তুং অহুমশুবা মায়দদি হকচাং তুংলোমদা লোঙথোক্লগা কাঙজৈ হাই। অহুমশুবা কাঙহাই অসি হাইবা মতমদা শগোলগী শাবলদা অয়াম্বা মতমদা ভানরম্মী। টিকেন্দ্রজিৎকী কাঙহু ময়ৈ পনবা য়াই—

"It was a fine sight to see the senapati play

৬৭। T.C. Hudson, 'The Meitheis', Delhi, 1984,p.50

৬৮। মথক্তা পনগ্রবা, "ইনসাইক্লোপিদিয়া ওফ স্পোর্টস, লা: ২৩২

polo He could do strokes that few Manipuris knew, which is saying a great deal, for an average player at Manipur can beat most Englishmen."[৩৯]

সাইন্টিফিক ওইবা মীংগ্রানা মৈতৈগী মশামশি কাঙলোন নাইবন-শুম উহুনা অতোপ্পা মীওইশিংনা অনৌবা কাংলোন শেমদোক্নবা মালেম পুম্বগী ওইবা মশাম অমা ওইগ্রে। মৈতৈশিংনা শাম্রিবা মওং অসি য়েংবদা লুদবা য়াম্না খুদোংথিবা থোকনিঙাইনি হায়না লৌনরম্মী। শগোল মমাঙ থৌজিন্দুনা কাঙজ্রুম থোমহন্দনবা শৌজিন্নরিব লৌ অসি আই. পি. এ. কাঙলোন্দা য়াদে। অতুমকপু মৈতৈগী মওং অসি থোইদোক্না কাযবদি নত্তে। খুংনা কাঙজ্রুম খুন্দুনা পুরপা পানজনবম য়োরমদাইদা কাঙজেনা থোমবা মৈতৈগী পাকয়ে শাম্নবদা য়াই। শগোল থৌনা থৌনা কাঙজ্রুম খুনগংপা ঙম্বা শাম্নরোই মশীং থঙদনা মতম অমদা লৈরম্মী। হৌজিক হৌজিকস্থু বাংনা লাকপা কাঙজ্রুম খুংনা ওক্লগা পুবা চংনরি।

মশামশিদা থকসি-খাসি মরাং কায়না থম্মী। শামরোই অমনা মনিং তম্না অতোপ্পা খুং অমগী শাম্নরোই অমবু মশা শোকহনবা শৌনবা য়াদে। থকশি খাসিনা পুনবা মৈতৈগী কাঙলোন্নি। থকসি খাসি হায়বসি চংন পথাপকী মস্থং চন্দুনা লৈ। শামরোই অমনা শগোল থৌজিন্দুনা কাঙজ্রুম থোমদনবা হোৎনবদা য়েংজিবশিংনা 'মাঙনরো' হায়না লাউনবা চংনবীনা য়াদা কাঙলোনগী মস্থং ইনবনি। প্রোপর এতিকেৎ অমস্থং ডিসিপ্লিননা মস্থংচন্না লৈরিবা থকসি-খাসিনা মশামশিবু চুঙ-ফিরাল চানা থম্মনি। মীয়াম মমাঙদা মীয়াম্না পামলোইদোবা

৩৯। Ethel St. Clair Grimwood, "My three years in Manipur Delhi, 1975, p. 39

মচৎ উৎপা থুম্লাই অমিদা য়াদে। শায়রোই অমনা শাজিনিংবা উৎতুনা অতোপগী বাঙহ খোমবা য়্যেবা তৌনদে; তৌরবদি মম্লাকপু ঙৈবাকমচা তাদবা লমচৎ য়াওদবনি লৌনৈ। অতোপ্পা শায়রোইশিংনস্থ মাবু অকবা শায়রোই অমনি লৌবিদে। থকপি থাদি অসিমক্কা শায়রোই অমবু অবাংবা থাক্তা পুখৎলি। মবুকচেল শেংদবা শায়রোইদি মশামক শোকচগদবনি হায়না হায়নরকই।

মৈতৈশিংনা মশাম্নসিগীদমক অকরবা শায়বগী মতম থম্লদে, পানজল মশাংনা শায়গদবা মতম লেপ্পী। শায়ত্ত্রিভৈদা শায়গদবা পানজল মশাং কেপথোকনৈ। কয়িগুম্বা পা-জল মশিং হাপকৎতুনা শায়বস্থ য়াওদবা নত্তে। অকরবা পানজল মশাং তংখাই চনবদা মায়কৈ শনথোকনৈ। মায়কৈ ওনবা মতমদা ভাইহাক পোৎথানৈ। পানালেন থোকচুনা অকনবা কাঙজৈ শায়রবদি শায়রোই হোংনদে; শগোলদি মরক মরক্তা শিনবা য়ানরম্মী। মহারাজ চুরাচান্দগী মতমদা শগোলকাঙজৈ য়াম্না হৈবা ওঝাশিংগা নহাগা শায়বদা পাঙক ৮৭ তেম্দুনা থোইখি; চুমিং য়ুংবগী আসাম রাইফল্স নোংমৈ কাপলকপগী হৌবনা চুমিং য়ুংবা মতুংগী পুং ৪ দা লোইরম্মী। মসিদা কাঙজ্রুম থুম্মোক অনি শীজিন্নরম্মী।[৭০]

মৈতৈশিংনা শায়বা শগোল কাঙজৈগী মশাম্নশিবু ভি, সি, হডসননা থাগ্তুনা ইবদা বানা থোকনি হায়বগী বাকম কাওবা পল্লম্মী। মহাকনা মশাম্নসিগী মরমদা অসুমনা হায়রম্মী—

"To describe the game is beyond the powers of any but, an imaginative and practical pen. for, in respect of brilliance of play constant excitement, rashneess, courage, skill,

৭০। রাজকুমার রনজন ( সম্পা. ) "রিজনেল ইন্টিগ্রেসন", ইম্ফাল, ১৯৮৩, ভোঃ VIII নং ১৫, লাঃ ৬

and popular enthusiasm, there is no game equal to it." ৭১

মমিং চংপা শামরোই থরা :

পন্নমজিবা রাকম অসিনা মৈতৈশিংসি মশামসিদা য়াম্না হৈথোই-শীংথোইরম্মী হায়রবা খঙহল্লি। মৈতৈমচাশিংগী মরক্তা তোমখিন ঙানখিবা ইশিলহৌবা রাকমদগী কংবা, শামরোই থরদি— ১) নৈ.প্রমচা জোমদার (১৯ওবা চহিচা তংথাই চন্নকপা মতমগী), ১৮৬৩ সিরাইদা কাওরম্বা, ২) তুলসি সিংহ ৩) চাওবসিং ৪) আমুসিং ৫) উমা সিং, ৬) তবুলসিং ৭) আউমাবা, ৮) মংগেপা, অমস্থং ১৮৬৮ সিরাইদা কাওখিবা ৯) লংমাইথেম্বা চন্দ্রকান্তি, ১০) অহৈবম মধুসিং, ১১) কোংখা কেশো, ১২) খোকচাও নরাং, ১৩) বামোন ফুরাই-লাৎপম মনিক, ১৪) য়েনখোম চাউবা, ১৫) হিজবা অঙাংমচা, ১৬) য়েলাংবা চৈতন্য হাজারী, ১৭) য়ামবেম্বা পেদামসিংহ নি। মখোয় অসিগী মথক্তা চুরাচান্দ মহারাজগী মতমগী অকাওবা শামরোই-শিং থোইদোক্না পনবা য়াবদি রাজকুমার থম্বালসনা, রাজকুমার কন্থাই, শ্যামজাই শর্মা, য়েলাংবম চাউয়াইমা, মাইবম ইবোতোন, থাঙজম চাউবা—হায়রিবা শামরোইশিং অসিনী। নিংথৌমচা খুদিংমক শামবা লোইনা হৈরম্মী। চহি তরাতরেংকী জিলাসিংহগী শা.বুংদা উবা শক্তম পনবদা মতাংচাদবা থোকলোই—

"There was one called Zilla Singh, a boy of about seventeen, whom we use to call the poem. He was a slight, graceful looking lad, and he used to ride a tiny mite of a pony, and never troubled himself with

৭১। T.C. Hudson, "The Meitheis", Delhi, 1984. p 50

to many garments. His turban was always common off, and his long black hair stretched in the wind as he flew about all over the ground.[72]

অশেংনমক মৈতৈগী শাম্নরোইশিং মতম অমদা মতিক-মঙম য়াম্না লৈরম্মী। সাহেবশিংগা শাম্নবদা সাহেবশিংনা খোইখিবগী থূদম ফংদে। মণিপুরদা লাকপা মিলতরী অফিসার খুদিংমক মৈতৈশিংগা লোয়ননা শাম্নবা হক্কোইবদগী শাম্নখিদবা কয়ামুক য়াওখি। ময়ায় অইরপ তৌবা মৈতৈ শাম্নরোই অমনম্মু ইংলিসমেন অয়াম্বা মায়থোংবা পীবা ঙমই।

মৈতৈ শগোল-শাবল :

মৈতৈ শগোলগী শাবল শগোলগা য়েংনবদা মতিক মপা চাদবঙুম তৌই। মপুঙ ওইনা উনা শাই। মমাংথঙবা শরুক্তা অথাবা উগী শরুক অমা তোঙখৎনা হাংখৎহুনা লৈ। চুংথবদম্মু ওাথফম কোন্নপ তৌবা শরুক অমা হাংখৎলপ তৌই। ফমফম্মা মাঙ-তুংগী হাঙখৎপা শরুক্কী কুংথনা লৈ। শগোলগী য়াঙকেন্দা শন্দোক্তুনা মপুংওইনা শাবলনা লৈ। নাকল অনিমক্তা অপাকপা ইরোই মউনগী শউম্না য়ানথৈ ; মপান অহূ খোঙ ভাকথোক্লবা থর থর কোল্লি। নিংথৌনা তোংবা শগোল শাবলদি লৈতেং হাপই। অসিগুম্বা কৈতেং শাবল অসিনা অয়েংবশিংগী পুক্কিং চিংশিন্নী। কুলচন্দ্র মহারাজনা শীজিন্নরম্বা শাবলগী মওং মতৌ মথাগী অম্নমনা ইরম্বা থেংনৈ।

"The Maharajah rode a beautiful pony on a gold saddle, with large flaps on each

---

৭২। Ethel, Grimwood, "My three years in Manipur", Delhi, 1975, p. 39

side to protect his legd, also of gold. The pony's briddle was made of gold cord, and his head and back covered with balls of soft white cotton. These saddles are really curioussities, and are peculiar to Manipur. The balls of cotton are arranged to protect the pony's sides from being hit at polo, and the whole turn-out is very well made, though rathar heavy for small steeds, "[৭৩]

মৈতৈগী শগোল শাবল অসি শাম্নবা মতমদা থুংদাংচাবা য়াম্না লৈ। শগোল য়াঙনা থোরগা থঙলেপ লেপ্পা মতমদা হকচাংনা শগোলমাঙদা তাখিগদবঙ্ মমাঙগী য়াংথৎপা শরুক্কা থরমথৈদা ওইরবস্থ ঙাকই তুংথংবদা থরা য়াংথংলিবা অচুনা মাঙদা থঙচিন চেনবদা তুংলোমদা হকচাং নানথখীদনা থম্বদা মতেং পী। মসিনা কাঙহাই অচুম শীজিন্নরকপদা চাউরবা মতেং অমা পী। থোইদোকপা অতোপ্পা শগোল শাবলগা থেম্নবা মওং অমনা মৈতৈ শাবলদা শগোলগী মৈরুংদা হায়বদি শগোলগী মনিংগা হেক তাইনবা মমৈ মথোঙদা মরী অমা শাবলনা মাঙলোমদা শিংকৎতনবা হাপ্পীবশিনি।

লৈতেং শগোল শাবলগী মরুওইবা মচাক কয়ামুক লৈ। ১) সরুম উকং-উয়ুম (নম্রগা উয়ুং) হায়বা উ মথল অমনা মরুওইনা শানৈ। ২) সনিং উকং নাকয়েং, ৩) সাউনন্দা কোনবা নাকথং অনী, ৪) সাবল চেন্দনা লেংদনা লৈননবা মৈরি, ৫) মৈরিগী মতোন চুম্বন, ৬) শগোল থৌনবা থুর্জি, ৭) শাউন সাজৈ-চাবুক, ৮) উকংগী মথক্তা হাপ্পবা লাইফোন, ৯) শগোলগী মথক্তা কুপ্পবা সাবনগা—

৭৩। মথককী লাইব্রিক অসিমক্কদগী, লা: ৩৮-৩৯

ঙাইনবা—সনমথাঙ অমসুং ১০) সাবলগী নাকয়েংতা অয়াম্বাই তেন্দোং অনি য়ানগনি। মশিগী মথক্তা শগোল সমায় নচিংবদা হাপ্পবা মতুম মতুম তাবা 'চবুন' হায়না কৌনবা পোৎশকসু হাপনৈ। সাবনগা থুনগা তাইনবা শরুক অহূবু 'লাইওন' হায়নসু খঙনৈ।

শাম্নবদা খুমাইগী শক্তম :

মেরা থাদা শগোল কাঙজৈ শাম্নবা হৌই হায়হুনা 'মেরা কাঙজৈ' হায়না খঙনৈ। লৈবাককী কুম্মে ওইনা লৌবসু য়াই। কাঙজৈ শাম্নগদবা নোংমা ব্রাংলিডৈদগী হৌনা কাঙজৈ য়াওগদবা মীওইশিংগী য়ুমদা শেম শাবা হৌনৈ। ইমুংগী তুপীনা মরা-মপুরোইবা কাঙজৈ য়াওবদা মুংঙাইজৈ, মসিগীসু মথক্তা মপুরোইবনা পানজল মশীং য়াম্না চনবা লৈবাক মীমাংদা লেমজনকমনি। শাম্নবা মুমিৎতা চঙগদবা কা, হৈ-লৈনচিংবা কৈথেন্দগী লৈগদবা ওইরবদি নোংমা ব্রাংলিডৈদগী লৈনরম্মী।

শাম্নগদবা মুমিংকী অয়ুক অঙনবদা য়ুমগী তুপীনা লৈ থিহুনা পুরক্লগা লৈকায়গী লৈশাবীশিংদা লৈ ফংহনবা, কা তপহনবনচিংবা তৌহল্মী। চানা তোক্লগা শাম্নবা য়াওগদবনা পুংফম ঙাইহুনা মাঙোন্দা ফক মথক্তা ফমহুনা শঙ্গ য়েংহুনা লৈ। ফিডৌ শেংলি, কোকয়েং ষৈয়েং য়েংলি। মমাঙদা ধূপ থাউমৈ অমসুং মীশিং থম্না হাম্না খুজাই অমা তাঙ্গা মথক্তা থম্মী। শাম্নবুংদা চৎপা মতমদা য়োরবদা শাম্নবুং তাম্না শগোল পুহুনা চৎলি। মাগী মতেং পাঙবা মচা মগুশিংনা অমদি ময়াম্বা, মনাওনা মাগী মতুং ইল্লি। করিগুম্বদা মখোয়না শগোল পুই। মুপীশিংগী মরক্তা অহল-ওইরবী অমসুং লুপ্রাবীশিংনা পূঙৌ ফনেক, লেমহৌবা অতৈনা মপান নাইবা ফনেক শেংতুনা শাম্নবুংদা চৎলি। শাম্নবুংগী মতাই ফমফম লমপাকতা লৈকায়গী মীশিং তোঙান তোঙান ফম্মরম্মী। অহূবু অমগা অমগা পানা (কা) লান্দুনা চামিম্নে।

কাংলৈ হৌরবদা অয়েংবশিংনা লাউনবা থাগৎনবা শীথনবা শায়বুংগী নিন খোংবগী মশকনি। পাঞ্জল চল্লবদা মপুরোইববু হুপীনা মীয়াম মমাং থোক্ত্না লৈ হকপা অমস্তুং মপুরোইবনস্থ অমুক হন্না মাগী হুপীদা হন্না হুকপা, কা ইন্নবনচিংবা তৌরম্মী। শগোলথক্লগী পাকথতুনা লৈ হুকপা, ফংনবা নোনথবদা হুপানা হুপীদা খুরুমজ হায়বনচিংবা মীয়ান্না ফাগী ফরাং তৌতুনা লাউবা কুম্মৈগী কুম্মৈ ভাক্তা ওইরম্মী। পাঞ্জল থোইতুনা শাননরোইনা য়াচংবা মতমদা য়ুমদা মায়থোঙ মকালায়া লাকপা অউবশিংগী কল্লক্লফমনি। অস্থমনা মেল্লা কাংলৈ অমুক হল্লকখিগত্রা খননিংঙাই ওইরি। চহি ৫০/৬০ মুক্কী মমাংফাওবদা পাঙথোক্লরম্বা হরাউ কুম্মৈগী মওং লৌবা মশায়সি মৈতৈ খুন্নাইগী ওইবা মশক অমস্থ পুথোক্ত্না থল্লম্বনী।[৭৪]

বাঙ্রোল ( ফিলোসোফি ):

মশায়শিংবু মশায়া অমা ওইনতা লৌরমদে হায়বগী খুদম পীরিবা শগোল কাংলৈ অসি মৈতৈগী অখণ্ড-অহৈশিংনা হুংগী বাখল্লোন হায়বদি বাঙ্রোল অমদা শাগৎতুনা থম্লবা মশায়নি হায়না লৌই। মশায়সিগী কাংজ্রম থোমবদা শীজিন্নরিবা কাংছ করিগী কৌই, মেরা কাংলৈ করম্মা খঙনরিবনো অমস্তুং শায়রোই তরেৎ লৈরিবসি করিগীনো— হায়বগী মতাংদা বাঙ্রোল অসি পকশিন্দুনা লৈ। কাঙত্র্মবু হুম্ভিৎমকনি লৌশিন্দুনা থম্মী।

(কাঙছগী মখোক লীনা ওইবা চৈনা 'পা' ( হুপা ) গী শক্তমনি, মশকনি; খোয়বা কাঙলৈ মখোক থিংজিল্লবা 'উ'গী শক্ক—'উপল' হায়না খঙনরিবা অসিনা 'পী' (হুপী) গী মশকনি। পুম্না কাঙছনা

৭৪। ঋতু, ৫ঙুবা ১৯৭৫, লাঃ ৫৬–৬০ ফাওবদা য়াওবা বাকম মচঙ লৌথংতুনা পীজবনি।

পা, পী লাইনিংথৌ লাইরেম্মা মথংশিংনা খঙনে। অনিনা পুন্নগা অমসুং তিন্নরগা তেংবানবগী থৌরায় য়াইবী চোংথোকখি) মীংনা উল্লিবা তেংবানবসি ফিনোমেনেল বাল'ড বাংমদা চৎথোক্তবা কোম্নুংদা লাইনিংথৌ লাইরেম্মনা কাঙবা (লেংবা) ছৌরকই ; মসিবু লৌহুনা কাঙ্‌হৌ হায়বদগী কাঙহ হায়রকখি। ... লাইনিংথৌ লাইরেম্বী তিমহুনা তেংবানবা ওইনবা ময়াই অমা চোংথোরকইবা অত্তুবু কাঙহ অমসুং কাঙক্রুমনা তাকইবনি। অসুমনা মৈতৈশিংনা তেংবানবা অমসুং ভাইবঙপানবগী মরু লেমফু থিবগী কাঙলোন থিওলোজিদগী থোরকপা মশান্না শগোল কাঙজৈনি।"[৭৫]

শগোল কাঙজৈ, শজিবুদা কাং শান্নবগুম মেরাদগী শান্নবা হৌই ; শজিবু থাদা কাং শান্নববু শজিবু কাং কৌবগুম মেরা থাদা শান্নবা শগোল কাংজৈবু মেরা কাংজৈ হায়না মৈতৈশিংনা পান্নবা কৌই। টি, গোকুলগী মস্তা মশান্নদি মৈতৈগী সন, থোংলোন (এস্ট্রোনোমি) তাকইবা মশান্নদি হায়না লৌহুনা মশান্নদি কালেন, কুম্বী হায়না থায়দোকপবু খংহনবনি হায়না কোংদোক্লমই। 'কালেন লোয়রবা কুম্বী চঙলকপা মতমদা শান্নবা হৌহুনা কুম্বী চৈ হায়ববু নিংশিংই। মরম অত্তুনা শগোল কাংজৈবু মেরা কাংজৈ হায়না খংনৈ।"[৭৬] থুং অমগী শান্নরোই তরেৎনা সনাই অমনি ; অতোপ্পা থুং অমগী শান্নরোই মশীংনা য়েকনি। থুং অমগী শগোল তরেৎনা নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, লৈবাকপোকপা, যুমশকৈশ, শগোলশেল, ইরাই অমসুং থাংজ হায়বা মমিং তরেৎপুনি। অতোপ্পা থুংকী শগোল তরেৎ অমনা চৈঙন

---

৭৫। টি, বোকুল, 'মণিপুর মুসলিম কৌবা লাইরিকী মরমদা', ইম্ফাল, ১৯৭৪, লা: ৩৮—৩৯

৭৬। টি, বোকুল, "সন,থোংলোন", ইম্ফাল, ১৯৬৪, লা: ৩৩

( হায়বদি স্নুমিং অমা—নোংমা ) তরেংকী মশকনি, মশিস্নু স্নুমিংনি। মাহে অমরোমদা হায়রগা চয়োল তরেংকী মুংশাগী মচুংশিনবা শগোল তরেং অমস্নুং স্নুমিংকী মঙাল মুংশাগী মচু তরেংকী মচুংশিনবা শগোল তরেং খায়দোক্লনা শাম্নবগী কাংলোন শেম্নি।"[77]

কাংলোন নাইবা নৈনরোলগী মতুংদা কাংজ্রমনা মালেমনি, কাংজৈগী উপলনা মালেমগী পুংজৈ ( এক্সিস ) অমস্নুং কাংজৈখোক অম্না স্নুমিংনা মালেমবু চিংশিনবগী লম্বীনি। হায়না যুম্নাবা তম্ফাজাউনা অকনবা মাকম কোংদোকই। মাগী মাখল্লোন্দা মালেম্না স্নুমিংপু চগো অমদা কোয়না চৎপবু মশামসিনা উহনবনি লৌই। মতম অম্না কাংজ্রমনা শাম্নবুংগী ময়ায়দগী হুন্দুনা শাম্নবা হৌরগা পাঙল অমা চনববু মালেমনা স্নুমিংকী অকোয়বদা কোয়করগা চাম্নগী খোঙশানকম ( কাংজ্রম হুনকম শাম্নবুংগী ময়াই ) য়োম্নকই হায়বা তাকতুনা চহি অমগী মশক উৎপনি হায়বা মাকম পীরকই।[78] স্নুমিংকী অকোয়বদা মালেম্না কোয়, নত্রগা মালেমবু স্নুমিংনা কোয় হায়বসি মমুং তানা পুম্নাগী মতেং লৌহ্নুনা নৈননিংঙাইনি।

অতোপ্পা মাকম অমদা, কাঙজ্রমবু স্নুমিংকী মচুং ওইনা, শগোলনা মুংশাগী মচুং ওইনা লৌহুনা মুংশানা স্নুমিং ( মতমবুনি হায়না অইবনা লৌরে) পু তাম্নবা খঙহনবনি, মরম অম্না অম্নুক মুংথিল শাংলম্নদগী মেরা থাদগী তেনশিনবা হৌরবনি হায়বা নীংশিংবনী হায়ধনস্নু লোনৈ।[79]

---

৭৭। য়ুম্নাবা তম্ফাজাউ, "খেনচপ্তলোন" ইম্ফাল, ১৯৭৫, লাঃ ১৮ অমস্নুং কুৎনোং ৭৬ তা পনখ্রিবমক্তদগী লৌজবা মাকম

৭৮। মথকক্তী ৭৭ক্তী অহানবসিমককী লা : ১৯

৭৯। টি, বোকুল, "মণিপুর মুস্লিম কোবা লাইরিকক্তী ময়ম" ইম্ফাল, ১৯৭৪, লা : ৩৮

ঌুমিংকী মঙানদি মশাগা কোয়ৈ। শাকোক্লবা মঙাল অঙুদি য়াম্না য়াঙনা চৎলি। শগোলদু য়াঙনা চেন্নী। মরম অদুনা মৈতৈ মাইচৌশিংনা ঌুমিংকী মঙালবু শগোলগা প্রমান তৌনৈ। ঌুমিংনা তাখিবা অতমদা মঙাম্না কোয়্না নৈহৌরগা মমথক্কপবু মঙাম্না ঌুমিংগী তান্নবগী ভাব লৌহনা ঌুমিংকী মশক কাঙজ্রবু মঙালগী মশক ওইরবা শগোল্না তামহনা শানবগী ভাব লৌহনা মৈতৈনা লাই মতৌ তমহনা শগোল কাঙজৈ শান্নৈ। [৮০]

বাকমশিং অসিনা, অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, শগোল কাঙজৈ মশান্নসি চম্না শান্নবগীতাক লৌদে, লাই অমসুং মীওইবগী বাখলোনগা তৎনবা মরী লৈনবা মশান্ননি হায়না মৈতৈশিংনা লৌই হায়বসিমদি ময়েক শেংলবা বাকমনি। খুৎ অমদা লৈব্রিবা শান্নরোই মশিং তরেৎ মৈতৈগী ওইবা মনাৎকা য়াম্নমক নক্কবা মরীনি। নৈনবদা য়াওব্রবা নিংথৌ কাংবগী মতমদগী হৌনা ঙসি কাওবদা খুৎ অমদা শাননরোই তরেৎ লৈবসি ঙাক্লনা মৈতৈশিংনা থম্লি; থমক্ন্সু থোকপনি। অমরোমদা মসিনা মৈতৈশিং অসি অহোংবা পামলবসু মহৌশাগী চৎনরকপা মচৎ পুমথা থাদোকপা ঙমজদে হায়বা মনাৎকী মতাং নৈনবদা ফংবা ঙমই। মরম অসিমক্তা তোপ তোম্না শকতম অতোম্না ফুক্কপকা মাননবা থম্নথে ফংলবসু অমা ওইনা সনাই তরেৎ হেন্নোই তরেৎ, হৈরম তরেৎ, লৈরম তরেৎ, লাইরম তরেৎ, লাইখুরা তরেৎ, চয়োল তরেৎ অসিনচিংবা কয়া মৈতৈশিংগী মনাৎতা অমদি পুক্লিং বাখল্দা তিন্দুনা লৈব্রি, পকলি।

বায়োইশিন :

শুপচিন্না হায়বা তান্নবদা মশাননসি ১) লাইনিং লাইশোন, ২) লৈবাক লৈঙাকলোন, ৩) হকচাংগী ফিতম শাগৎপা অমসুং

---

৮০। খোকচোম কমল সিংহ, "মৈত্রবাকী মুক্না কাঙজৈ অমসুং শগোল কাংজৈগী হৌরকফম, অয়াং ইম্ফাল, ১৯৮৫, দাং ৩৮–৩৯

৪) থকসি-খাসি লৈবা খুননাই অমা ওইরকপা—পুহমক মরী লৈনমা কাননবা ওই। থাংজিং অমসুং মনামহিদা শগোল কংশা লাইনিং লাইশোনগা মরী লৈনবনি। লাই হরাওবদা কাংহ পায়হুনা ম্যাইবীনা জগোই শাবনা লাইগা মরী লৈনবা চেংশিননা লৈ খওহল্লি। শগোল অমসুং শগোল লানমীনা মৈতৈবু মৈতৈ ওইনা থহকপদা চাউরবা থৌদাং লৌরকখি। মশাননসিনা শগোল লানমীগী শাজেল তৌকমনি। শগোল থৌজিন থৌজিন্দুনা শাননবা মতমদা কাঙ-হনা কাংহাই কয়া থোক্লা মায়কৈ খুদিং হায়হুনা শাহবা লানগী শাজেল নি। মশাননসিগী মপাহ্না মৈতৈ শগোল লানমীনা খঙনবা লৈবাকশিংগী লানমীদগী থোইদোক হেন্না মতিক মঙম লৈবা ওমখিবনি। অরাগী অহানবা লান্দা মৈতৈ শগোল তোংবা লানমী মমিং চংলম্মী। মথোয়বু কাসে শগোল হায়না খঙনরম্মী। [৮১]

মশাহসিনা মীচমশিংবু কম্বাইবা অঙম অথৌগী মরক তীলহল্লি। হায়নবা লৈ—"লাইমচা শগোল তোংবা তম্ব ইনাকখুনবা মচা কৌওবা তম্ব।" মরাইবক লৈরবদি কম্বাইবশিংগী মহুংচনবা মী কাওবা ওইরকপা হন্দী হায়বগী খুদমনি।

থাও হাইবা তা লংবা অমসুং অরাম্বাই লংবদা চোকথবা লৈতনা পান্দমকম চুমহল্লিবন্থ মশাহসিনি। শাহয়োইশিংগী অথোই-অহেন তারকমগী চাংয়েং তৌকমনি। কৈওমশংদা মপান থোকহন্দনা থম্বা মীওইবু মহাক্লা অকাওবা মশাহ্না ওইরবদি মশাহসিনা কৈওমশংগী চেকপাল রাংমদা তাইহাক্লা ওইরবন্থ পুথোকপীরম্মী। শাহবগী কাওলোন হাযববু থকসি-খাসিনী হায়বা উংপা মশাহনি। মশা মশাহসি মশাহ-শিংগী, মিংনা য়েংবদা পেনবা নাইত্রবা অথোইবা নিংথৌরেননি।

---

৮১। ডব্লিউ, য়ুমজাও সিংহ, "রিপোর্ট ওন আর্কিওলোজিকেল ষ্টডিজ ইন মণিপুর" ইম্ফাল, ১৯৩৫, লা : ২৪

মৈতৈশিংবু মশক তাকপদা থৌদাং লৌরিবা মশামনি। তসিং মসি অংগোই-পনবদা মণিপুরবু খঙবা (হুনশিংদা হায়বা ভারতদি মৈতৈশিং-বু) অসিগুম মৈতৈ অগোইনা মালেম কাউদ্রিবৈ মশামসিদি হায়বা মৈতৈ-শিংবু মশক তাকহুনবা মণিপুরবু খঙনহনবনি।) ১৮৯১, জুনগী তাং ২২ দা ব্রিটিশ পার্লিয়ামেন্টকী হাউস অফ লোর্ডসতা মণিপুরগী মতাং খংহনপদা মারকুইস অফ রিপোননা মথাগী অসুমনা হায়রি—

"It is a small state probably until these events took place very little is known to your Lordship, unless, indeed, some of you may have heard of it as the birth place of the game of polo."[৮২]

অসুমনা মণিপুরনা শগোল কাংজৈগী হৌরকফমনি হায়না লৌনবে উৎলি। এনথোনি ব্রিটিশ জেমসনা মাগী 'ইম্ফাল' হায়বা লাইরিক্তা হায়রি—ভারতা লৈবা সাহেবশিংগী সিকাইনা, মৈতৈশিংদগী তমহুনা হৈবা কছাড়দা লৈবা সাহেবশিংগী চা-থাবা কাংবুশিংহুগী অমুক মতৌ তমখি। মহাককী বাহৈদা অসুমা কোংদোকই -

"When British tea-planters first took up the game in Cachar during the nineteen century it was from Manipuris that they learnt to play, and their polo club at Silchar was first of its kind in the world. Soon the Indian Army followed their example."[৮৩]

---

৮২। Proceedings of the British Parliament (House of Lords), 1891, p.986

৮৩। Evans G. and Brett James, A., Imphal, London, 1962, p. 10

মরম অহুনা লৈনখ্রিবশিং অসিনা (হৌজিককী মতমগী শগোল কাওবে (পোলো) অসি মৈতৈশিংগী শেংলবা খুদোল অমনি লৌকম থোকই। অসিগুম্বা লৈপাককী ওইবা মশাময় অসি হৌজিকশু চাওখৎহল্লবা হোৎনবগী তঙাইফদবা হৌজিককী মীয়োলসিদা লৈ। শগোল হায়বা শা অসি মশীং ফেনগৎনবা তঙাইফদনা পুকচেল শেংনা হোৎনকম থোকই। শগোল ময়াও কায়না কঙলবদি মশাময়সি চাওখৎহনবা য়াগনি।

## নিপাল ওবা তাঙ্কক

### মশায়শিংবু য়োকলিবা লাইহরাওবা অমসুং মৈবাক্কী হয়াও-কুম্মৈশিং

মৈতৈগী মশাম্নশিং অসি পীক্লিবা অঙাংশিংবা হুঙাইহনবা শাম্নজবা চাউরবা মীশিংনা মহুংগী ওইনা শাম্নবা অমসুং ইমুং মপাল থোক্তুনা শাম্নবা অসুমনা মথল কয়া থোকই। পীক্লিবা চহি মঙা তরককী অঙাং-শিং অমসুং পুংকক চাউরবা কাওবুনা শাম্নবা থরা মথক্কী তাঙ্কক থরদা নৈনখিবহ্ন তঙ তানা সংস্থান শেমহনা য়োকখৎপা নত্তে। মথোঙগী নরুবা মশায়া থয়া মালেমগী মকম কয়াদা পোকখিবসি মীওইবগী হৌনশানি।

পাউখোঙ চন্দুনা শাম্নবসি লৌশিং চাংয়েং তৌনবা অমসুং অঙাং-শিংনা হুঙাইখোরুবগী মরম অমনি। অপোবনা চাংনবা পোৎ কোংবা, অখোইবা মীহুগী থবক নোশা অমসুং মনাই ওইবা হায়নহু শাম্নরকই। মখোয়না পামজবা অমসুং মতম লেনখোরুবগী শাম্নবা মথলনি। মথক্তগী ওইনা পাখোঙ চানবা অমসুং ফোঙবনা অঙাংশিংগী মশায়া থরা শিখহন্দবা প্রমান ওই।

পাখোঙ য়াওদবীদা শাম্নজবা উয়াউবী তাম্নবা, মকম কোনবী ওলী গুন্দা ( চৈতেক কোংগী ) থোমহনা শাম্নবা, কাউ করুবা করিগুম্বা মকম থরদা ( পোয়েপ করুবা ), থবী ফুকগী মাইরেল ফুকপী, পাস কাল্জীনচিংবা শাম্নবা মথল কয়া তৌরম্বসি খুম্নাই অমা শেমগৎনবা চংথরকপা পায়েং ( সোসিয়েলাইজেসন প্রোসেস ) মথল তাকনি।[১]

---

১। ডাক্তর এম কীর্তিসিংহগী আর্টিকল "মণিপুরী লাইফ ইন মণিপুরী রিভলস", খৃঃ ১৯৮৯ গী পুম্না সেসন্দা তৌখিবা ইণ্ডিয়ান সাইন্স কংগ্রেসকী এনথ্রোপোলোজিকেল এণ্ড আরকিয়োলোজিকেল সেকসন্দা প্রজেনত তৌখিবা।

ক ) 'লাই হরাওবা'

থোৌরম অসিদা মৈতৈগী মশামশিংবু ওসি কাওহদা মুংতনা হিং-হন্দুনা থম্বা মরেক শেংনা উদ্রি। 'লাই হরাওবা' হায়বসি লাইশিংবু পেল-হন্দুনা মীওইবশিংবু অফবা লম্বীদা পুক্রক্‌না মথোয়না হুণ্ডাই য়াইফবা পুনসি হুংশাংবা ফঙনবা অমসুং মীওইবগী পুনসিদা পাঙথোক্লিবা অমদি ঙন্ডায়কদনা ভৌদবা য়াত্রবা শিনকম অমসুং চৎনরোল উৎপা থোৌরম অমনি। মীওইবগী পুনসিগা শাগোলয়রিবা মশামশিং মসিদা নীংথিনা য়াওহনা লৈরি। মৈতৈ তাবা মকম খুদিং শীনবা থুংনা লৈকায় খুংগংশিংদা মক ওইনা পাঙথোকৈ। উমং লাইগী লাইবুং অমসুং হরাও-বুং হায়বসি মশাগী উৎনবগী মকমনি। হৌরকফম অমসুং চাওখৎলক-ফমনি।

কুপশিন্না য়েংবদা থেম্বা থর থর কৈরবস্ত 'লাই হরাওবা' মথল মরি-কংকৈ, চকপা; ( আন্দ্রো, ফয়েং ), ককচিং, অমসুং মোইরাং-অসিম-ক্তদা মপুঙ ওইনা মশাময়শিংনা শাগোলয়হুনা লৈবনা মশাময়শিং অসি য়াওনা উৎত্রবদি নত্রগা পাঙথোকত্রবদি মপুঙ কাদবগুম উগনি। হরাওবা খুদিংমক্তা মরু ওইনা লাইরোই হুমিতা মশাগী কয়া পাঙথো-কইঃ শমী মোইরাং হরাওবদদি হরাওরিভৈ মমুংদা মুক্না, লমজেল তৌই।"

মশাময়শিং অসি লাই হাক্তক্তগী পাঙথোকয়ক্রবনি লৌনৈ। লাইগী মচা মতনি, লাইনা তৌরম্বনি হায়না থমবসিমক্তনা হরাওবদা মশাময়শিংবু পাঙথোক্লিবনি। লাইগী থৌরমগা পূনশিনহনা তৈ রম্বসিমক্তা মশামশিং য়োকখৎতুনা থয়কপগী মরম অমস্তুনি।

লাই হরাওবা অসি করম্বা মতমদগী হৌদোকখিবনো হায়বসি তত্তানা থঙবা ওমত্রবনু অস্থমনা লৌনৈ—"লাই হরাওবা অসি ইহান

২। এলাংবম নীলকান্ত সিংহ (সম্পা), "মণিপুরী জগোই সেমিনারগী নৈনখিবা মশক", ১৯৭১, মণিপুর স্টেট কলা একাদমী, ইম্ফাল, ১৯৭৫, লাঃ ২৫

হান্নবদা লাই মরামনা নোংপোকপু লাইনিং নিংথৌ খোয়ারেল কাম্পা মতমদা খুবটিয়াও শতাব্দী মরিগী অহুবাইদ থাব লৈরেল থৈনা চৌ-দোক্লদগী ( পানথোইবী খোক্লল ) মথং মথং লাকপনা তসিগী অসি ওইরবনি।"[৩] লাক্লকানবা, থাঙ-জা মুক্ক মৈতৈশিংনা হৌরকচিংগী শীজিন্নরকপনা লাই হরাওবদা খোরমশিং অসি হাপচিন্দুনা লাকপনি। -মপা মপুশিংবু লাই ওইনা থনবা, লাইমক্কি লৌশিনবা, বাকম জৈবনা 'উমংলাই হরাওবদা' মরু ওইনা মী ওইবনা তৌরবা খোরম কয়া য়াও-রিবনি। 'লাই'না মী শেম্মী মীনা শেম্নগ 'ল হ' ওই প'উরেীনৈ।

মুং অমমুং পান অনিমক্তা য়েংদা মপান'থ'ঙ ক'য়বদি ল'ই-য়ে'ল লাইশোল লোইরগা প'ঙথোকপ থৌর'বু পানাগী পনথৈমুংদা থয়খা (খুদম ওইনা, কংলৈ হরাওবদা করাংবা নোংডাঙ্গগা প'ঙথোকপা থৌরম), অহুম্মা মমুং ডজিন্না লাইরোল লাইশোন তৌরিবৈ মমুং-ঙন্দা তৌববু মুংগী পনথৈমুংদা চনশিনগা দৈনকম থোকই। মুংগী ওইনা হরাওবগী থৌরমমুংদা 'চমচেল' অসিনক লাইপুবশিং অমমুং লাইপুবীশিংনা লাই কানথোঙ তাম্না চেম্পুনা পংথোক্লরি। লাই-রেম্বীগী কাংলুপনা থোইহম্নিংনা মওংমু উংলি ; মুপীবু থুম্লাইসিদা হন্থবা থাক্লা থমদনা মওংলি। লৈখম্বা তখেল্লম্বম বোকুলনা বাখল অমমুং লৌশিং অনিনা থিরিবা তাপনবু বাখলনা যংদনদা লৌশিংনা কংবা ওমহুনা নপু মাগী মকনদ। তিম্রি হায়বা টংনবা ল হ হরাওবদা লমজেল তামবা হায়দুনা লাইরোন ওইন য়াওরশিংনা হয়না কোঙদোক্লমমু খেংনৈ।[৪]

অম্ম্না মাইবীনা শাদা লাইপাউ জগোইদা "শগোল কাংজৈ" শামবা য়াওরি। শগোল কাংজৈ শামবা অসি চুম্না শামবা উৎপত্তা নত্তে, য়াম্না হংনবা বাক্নরোন অমনি হায়না তখেল্লম্বম বোকুলনা

---

৩। মথককী পনগ্রিবা অবিমক্কনদগী, লাঃ ২৫

৪। তখেল্লম্বা বোকুল, "মীতৈ ইনাৎ", ইম্ফাল, ১৯৮০, লাঃ ২৫

অকনবা মত পীরম্মী। শগোল কাঙজৈগী মতাংদা থাকম অসি লৈনম্রে।[5]

'লাইনা পেম্নগা হয়াওই, মীনা মথৈ ফজলগা শাউই' মৈতৈ খুমাইদা হায়নররকই। মশাম্নশিংনা হয়াওবদা মকম লৌরিবসিমকসু লাইবু পেমননি। কাঙজৈ কাঙহ কৎপা ঙসি ফাউবদা তৌরি। লাইবৌ চোংথ্রিবৈগী মমাঙদা 'হোই' লাউবদা অশুমনা হায়—

"নোংথৌরেনগী শগোলনে, মমৈদা গেগে লাউবনে। অঙৌবা আঃ শগোলনবরা"

থাহনথোকই, শোরারেম্না শগোল তোঙচুনা চৎপা মতমদা মহাক্কী ফুংইবা কাঙবুশিংবু লোয়নররকপরা হায়না হায়রি।[6]

কংলৈ হয়াওবদা মরু ওইবা থৌরম অমা ওইনা য়াওরিবা কংলৈ থোকপা ( নম্রগা লাই চুপী থিবা ) দা মাইবীনা লাই তোংলবা মফুংদা খোঙ্রিফাবগা লোয়ালাকপা অনীগী মুকনা, কাঙজৈ শাজবা মওং অমু উংলি। অমসুং লাই চুপী থিবগী থৌরম পরেং ওইনা লাকই।[7]

মোইরাং কংলৈরেনদা য়াওরিবা থম্বা নোংবান অনিগী চৈথাংগী থৌরম অমা য়াওরিবসি উমংলাই হয়াওবা অতৈদগী তোঙান তাবা মওং অমা ওইনা লৌবা য়াই। মোইরাং থাংজিং হয়াওবদা থম্বা নোংবান অনিনা লাংডিবা লৈশিং ঙসিদি শাৎকম নায়রি, লৈয়াং লৈশক নাইরি মসু মোইরাং কংলৈ'বান' হায়রি - থম্বা, নোংবান লৈহেককম শিম্নবা য়াদে। থম্বগী লৈহেককমনা থাংজিং চীংগী পুরেনবা লোকচীনি, নোংবানগীনা উজউ'র'কী অহেম্ব তাওথারাকী চীংমায়দনি ; নোংবানগী লৈহেককমদগী লোকচপ তরুক লাক্লগা লৈ। কবাং হয়াওবদসু

---

৫। তরেৎতবা তাঙককগী য়েংবীয়ু।

৬। যুতুরা বহাদুর "মণিপুরী আর্টকী থারী শীংবুন, ইম্ফাল, ১৯৭৭ লাঃ ৪৬

৭। সাহিত্য, মশাং ৪৫-৪৬, লাঃ ১৯, লাই চুপী থিবা হৌজিক্কি তোপ্পরে।

হৰাউবা নোংমা বাৎলিউদা লৈরাংবনা (লৈরোই হৱবা ফিদং) লৈ থিবা চংলি। করুচিং হরাওবগী লেহেকরুমদি চান্দেরোমদা লৈবা পুরুম লোরুনি। লৈ থিবা চৎপদা হৱবা অহুনা লৈ কংত্রিমথৈ বা ৰাংবা য়াদে, কৌরক্সবস্ত খুম্বা য়াদে হায়বগী চংনবী লৈ ৮ লৈ লাংবসি চীংদা-মানদা চংতুনা লৈ থিবা অমস্তং রুক্সবা নিয়ম চুম্বা লৈ থিবা অসি খোনারুনী মশাম্মা অমা ওইনা লৌবা য়াই। 'এনস্তেনচরস পেপ টনি-' হায়না লৌরুম থোকই।[৮] অসুমা লাই হরাওবনা মশায়শিংগী হৌবরুক্রম থিবদস্থ চাওরবা মত্তেং অমা পীরি।

থাঙ-তাগী বারুম নৈনবদা লাই হরাওবগী মরুম কন্দুনা লৈ। লাই হরাওবদা থাঙগী মরুম য়াম্মা চাউনা লৈ। লাই ইকৌবদা লাইথাঙ পায়বা মুপা অমিনা লেংবান্দা থাঙ থাঙৎতুনা মাঙথানা পুহনা চংলি। চরুপা হরাওবদস্থ পাখঙশিংন থাঙ পুহনা চংলি। থাঙ পায়হনা কংলৈ হরাওবদা মাইবীনা মরুওইনা লাইলোই মুমিংতা লাইমাঙদ থাঙ ওনি পাইদুনা অগোই শাই লাইথাঙ পায়হনা লাইগী থোরম প ঙথোকপদি মুমিং খুদিংগী হরাওবীটৈ মমুংদস্থ তৌই। চরুপা কয়েং হরাওবগী লাই লৌকুম্বা হায়বা মতাংদা মাইবনা (তা) থোশাই অমস্তং লাই থেলম্মাও কাবা হায়বা মতাংদস্থ লাইসেবা তৌরিবা অনিনস্থ তা থোশাই।[১০] অসুমা অতৈ মরুমদা পাঙথোকত্রবা কাওবদা লাই হরাওবদদি পাঙথোক্লরি।

---

৮। থুলেম চন্দ্র শর্থর, পাণ্ডিত, ফেলো, 'উমং লাই থুন্দা", মণীং ২৫/২৬ লাঃ ৪৩

৯। কে, আইচ, মুলেশ্বর, এসিস্তেন্ট স্পোর্ট ডাইরেক্টর, এম, ইউগা বারী শায়বদগী রুওবা বারুম

১০। ঋতু ৭৬/৭৭ ওবা মণীং, দি কলচরেল ফোরম, মণিপুর, ইম্ফাল, ১৯৮৭, লাঃ ৩১ অমস্তং ৩৬

লৈমরাম হরাওবদা লাইরোই হুমিংও হুংখিলগী থৌরমদা হুপাগী লমজেল লোইরগা হুপাগী লমজেল চেন্নি। লমজেল লোইরগা কমনাইবশিংনা মনা মথুম য়েন্নি। মথংদা পানাগী মুক্না শায়ে, মথংদা শঙলেনগী মুক্না শায়ে, পানা মকোকশিংনা মাঙজোং চোংই, হুং হুইরে, শক লংলে। মথংদা হুপী হুপা পুন্না বা চিংলে।[11] চকপা কয়েং হরাওবদদি লাইরোই হুমিংকী হুংখিলদা হুপীশিংনা হান্না চেনৱি। মৌনা থোইরগা মপা ইবুংঙোগী পানানা, লৈশাবীনা থোইরগা মচা ইবুংঙোগী পানানা থোই খঙলে। হুপাশিংনা তান্নরদদদি তরেৎকী বাকম মরু ওই। মাংশোকী হুপা তরেৎনা মচাগী পানা শাই, কমেনগী হুপা তরেৎনা মপাগী পানা শাই। অসুমা মাশোক, কমেনগী হুপা তরেৎনা লমজেল তায়ে। মুক্না মাংজোং থুবৈ চোংবনচিংবা মশাক্নশিংমু পাংথোকই।[12] মুক্না শান্নবদা থ্বাইদগী থোইবা মী থল্লি, মানা শুক হান্না হুন্দুনা শানবা তান্নবগী থৌরমসু পাঙথোকই।

পানা নাইনা হরাওবদা মশাক্নশিংবু পাঙথোকপিরিবসি করম্ব মতম-দগীনো হায়বা লেপ্পা য়ান্না লুরি, কুপ্পা থিজিনবগী মথৌ তারি। অঙ্গমকপু পানাগী চৎনবী অসি লৈবাক লায়েনগী মতাংদা নোংদা লাইরেন পাখঙবগী মতমদগীদি লৈরে লৌনৈ।[13] লোয়ুম্বা শিংথোনা পানবা মতমদদি শারেপ কায়ে। পানা, চম্না হায়বা তারবদি, লৈবাক লায়েনগী মতাংদা নিংথৌ পাখিঙেদা মৈতৈ খুনাইদা লৈরিবা মীওইশিং-লৈকমগী মতুংইন্না লাইকম, খাবন, অহল্লুপ অমসুং নহারুপ হায়না কয়াং মক্তি থোক্না থারদোক্লম্মী। অহানবগী অনি পুন্নগা পুক্না অমসুং অকোন-বগী অনিবুনা নাইক্না কৌই।

---

১১। রাজকুমার অচৌবা সিংহ, "চকপা হরাওবা," কলচরেল কোরমা ২৫শুবা সিলভর জিবিলিগা মরী লৈননা পাংথোকপা সেমিনার পেপর, ইম্ফাল, ১৯৮৫, লাঃ ১৩

১২। মথক্কী পরিবা অসিমক্তগী, লাঃ ২৫

১৩। 'সাহিত্য', ৫৬-৫৭ শুবা মশিং, লাঃ ১০

খুল্লা অয়াম্বদগী চাংদম্নবসি পানা শাম্নরগা চৎথনৈ। পানা মরিমক শুত্রবনু নহাকপা অমসুং তহজপ অনিসিদি খায়বা থেংনৈ। ময়াম মমাংদা মুক্কা, কাংলৈ লমজেল থোক্কবা মশা মউ কবা মী অমু ওজা নাইনা তমনৈ। করিস্বগুম্বদা লহেল লৈথোম থোকবদি লমজেল তম্নবা চেলহল্লমদে। লাই হয়াওগদবা নকশিনলক্লবদি শরক্কা চেনবা য়াহল্লি।

অচৌবা শুমাংদা উচান-থানলগা থোককদবা আইটেম কয়া ওৎবাগী মখাদা ঊবাইনরম্মী। লাইবা শাম্নবা অমসুং সুরগী পুংকম নৈনবদা কম্না চৎনরম্মী।

মতম লেপ্পবী পুংজা অসি ইংরেজীগী মতমদা লেপ্পরমদে স্না কো-মুংগী ওইনা খরী অসি নরসিংহ হাজক্কা য়োরকবনু খাইগী ওইনদি কৎলমদে। মুক্কা থোকপা মতমসি অয়ুক্কী চাক চাবা মতম, চাককী মতমদা পোৎথারগা মমিদাং অমুক চৎথবা উই। চংলিবা তকুপ্পা মতমনু ভিকি মচিন্দা মৈ চুরগা, অমা লোঙ্গরগা অমা শিনবা অচাকপা ভিকি মশিংদা লেপ্পা কংখি।[14]

মুক্কা যাত্রা কংবা হায়বসি য়াম্না লেম্নবা লৈবাককী অচৌবা কম-থোন কংনবা অমসুং মশক মতৌ ফজবী মুপী কংনবগী লম্বীনি। চহি কুইনা মনম লৈবাক তাত্রগা মী ৪০/৫০ লেগুনা মুক্কা থারগা যাত্রা কংলকই থকসি থাসি ডাক্কা জজ´ ২/৩ না লেপ্পগা লৈবাক নিংথৌনা শকথওবিববদি অথাবনু থাদবনু নিংথৌদা খুরমই। অনীমক্কা মনা পী। মসি লমসিগী মীওইদদা কংবা চৎনলোননি লৌনৈ।

লৈবাককী বায়েন চুমী পাম্নরিবা নিংথৌ অমসুং অওবশিংনা মশাম্নশিংগা শাগোম্নরিবা পানাগী চৎনবী মমুৎতানা মশক শংলম্মী হায়বগী মখি লাই হরাউবদা তায়। পানা থোক্লুনা মশাম্নশিংবু শাম্নবা অসিদা চৈশিংলবা মীওইশিংবু লৈবাককী কম্নাইবা ওইহল্লুনা কম পীবা তোম্নবা থেংনৈ। মশাম্নশিংদা থোইদোক হেন্দোক্লা চৈথোই

14। ডাক্তর এম. কীর্তি সিংহনা পীবা বাকম

শিংথোক্লরবশিংবু 'লালুপ' কাবদগী কোকপী। 'লালুপ কাবা' হায়বসি মপানগী মীওইশিংনা, অমসুং মখোয়না হায়রক্লগী মতু ইন্না, মৈতৈগী অথঙ অহৈ খরনসু তোয়না 'নমথুনা তৌহনবা থবক' 'ফোর্স লেবর' ওইনা লৌরম্লনসু ওশেংনমক অচুম্বা বাকম নত্তে ; নমথুনা তৌহনবা হায়বসি মৈতৈ মচৎ নত্তে। 'লৈবাক্লা নাম্বা নিংথৌনা মাম্বা' হায়বা বাকম চৎনরম্মী। করিগুম্বা মতাংদা বায়েনবদা নিংথৌনা লেপ্পা বারেপ ইনখিদবদগী চৈরাপতা শীক্লখিবা কাওবা লৈ। পিবা মুক্লবগী মতাং অমদা "চোংথামচা অমনা ইপুকনদি য়াদে হায়রবদা শ্রীযুৎ সনায়াথং ঐনা তৌবা বিচারবু য়াদে হায়রবদি চৈরাপতা ১ রুক পিথৌও" হায়না ইবা থেংনৈ।[15] লালুপ নিংথৌনা লৈবাকনি, লৈবাক্লা নিংথৌনি হায়বা বাখলনা পুক্লকপনি, লৈবাককী মীপুম খুদিংমক্লা নিংথৌগী অমসুং অপুনবা মৈতৈ খুন্নাইগী পাওগল, মত্তিক-মঙম হেনগৎনবা মতেঙ পীনবনি হায়বা বাখল্লোন্দা ওইরকখিবনি। চহি ১৭ শুক্লবা মুপাশিংগী ওইবা, লৈবাককী ওইনা পাঙথোকপা, মশিননী। ১৯শুবা শতাব্দীগী ময়াই চনবা মতাংদা কাওবা লালুপ অসি ফোর্স লেবর নত্তে হায়বসি আর ব্রাউনগী বাকমনসু শোগৎলি—

> **A payment of twelve anas will, it is said exempt a man for forty days."**[16]

মেজর জেনরেল সার জেম জোনষ্টোনগী বাহৈদদি অর্থমনা কোঙদোক-লম্বা থেংনৈ—

১৫। এল: ইবুংতোহল অমসুং এল: খেলচন্দ্র সিংহ, (সম্পা) 'চৈথারোল কুম্বাবা", মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, ১৯৬৭, লা; ৪১৬

১৬। **R. Brown, Statistical Account of the Native State Manipur and the Hill Territories under its rule, Calcutta, 1873, p. 83**

**"The system was a good one ...I never heard of it being complained of as a hardship ... has been abolished in Manipur since we took the state in charge. We may live to regret it;.... we have still to learn that the native system has much good in it, much to recommend it, and that it is in many cases the natural outgrowth of the requirements of the people."[17]**

থাঙ-তাগী বাকম নৈনরকপদা ' লাই হরাওবা ' দা অমুকন্থ বাখল থাঙজিনকম থোকই। লাই হরাওবদা শাগ্নিবা লাইপৌ জগোইনা থাঙ হাইবগী মওং অমা উৎতুনা থমলি। লাইবৌ জগোই হায়বসি লাই হরাওবদা অহানবা লৈশেম্বগী মওং হকচাং শাগৎপগী মওং, মীওইবনা লৈনবা য়ুম, শেংনবা কি অসিনচিংবা শাবা শুবগী শেমবা শাবা) থুথেক-শাথেরুচিংববু উৎপা জগোয়নি।[18] লাই হারওবগী জগোই তাংকক অমগী লোইশিল্লকপা মতাংদা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা খুরুম্বদা খুজেং লৈবী তোম্বনা জগোয় থোকলিবা মী অহুনা খুরুমলগা মানা শাগ্নিবা জগোই অহু লোইশিল্লি। হরাওবদা শীজিন্নরিবা খুজেং লৈবী অসিগা রাসদা শীজিন্নরিবা খুজেং লৈবীগা মওং খুজেং মরৈ মরাক চপ মান্নে। থাঙ হাইবদগী খুজেং লৈবী শীজিনৈ। খুজেং লৈবা হায়বসিদি থাঙ তৌবশিংনা তমদবা য়াদবা অমা ওইনা তমনৈ। অহুনা খুজেং লৈবী হায়বসি থাঙ হাইবদা লাই হরাওবগী জগোইদা অমদি রাসগী জগোইদা ইশিং শীজিন্নরে। থেম্বদি জগোয়দদি খুংলান অমত্তা শীজিনৈ

১৭। Sir James Johnstone, "Manipur and Naga Hills," Delhi, 1971, pp. 114–115

১৮। থ. মঙ্গম্বম য়াইমা সিং, "মৈতৈ জগোই" (অমোইরোস), অহানবা শরুক ইম্ফাল, ১৯৭৩, লাঃ ৪

অহূপা থাঙ হায়বদদি খুৎলোন অনী শীজিনৈ, থাঙদা শীজিন্নব্লিবা 'খুজেং লৈবী অহনবী' অসিদি জগোইদা শীজিন্নদে। [১৯]

লাই হরাওবনা খুজেংগী খুৎলোন থরদি ঙাক্তুনা থম্নে হায়বনি লেংত্রবা বাকমনি। 'তানা থবাম্ননি, থাঙনা হুকচাংনি' হায়বা থাঙ-তাগী অথঙ অহৈশিংনা হায়নবা বাকমসিমক লাই হুরাওবদা মখোয়না লৌরিবা খোদাং অসিমক্লা চুম্মী উৎলি। চীংথংখে ম্বা নিংথৌ (১৭৬৩-১৭৯৫) গী মতমদা পুঁথোকখিবা রাস তম্বগী মতাং (১৭৭৫-৭৮) দা থাঙ-তাগা অমত্তা ওইরিবা খেঙ্গৌরোলদগী কৃষ্ণগী জগোইবু অথাম রসানন্দ দাস অমদি খুম্বোং চন্দ্রসিধান্ত অনিদা জগোইগী ঈশৈ তানগা রসকা কোন্ননা শেমনবা য়াথং পীহুনা অমস্তুং ঙাঙবম রুপচন্দ্রদা জগোই খুংখেক তম্বীনবা শিন্নহুনা ওঝা অহুমনা পুন্না তান্নরগা মৈতৈদা লৈবা খেঙ্গৌ-রোলদগী লৌখোক্লগা কৃষ্ণগী জগোই শেমখি। [২০] বাকম অসি মৈতৈগী রাসনা মালেমগী মফম অতৈদা তোঙান তাবা মশক অমা লৌহুনা অচৌবা মফম অমা জগোয়গী লমদা কল্লিবা অসিমক্লা চুম্মী হায়বসি মরেকশেংনা কোঙদোকই। জগোইনা মৈতৈবু মশক তাক্লবদি মশাম্ন-শিংনস্তু, গুণচিন্না য়েংবদা, মশক তাককম থোকই. মশানা তাকৈ। লাইলম থোকপা মতমদা পতোল জগোই হায়না থাঙ অমস্তুং মৈগী জগোই উৎনৈ। [২১]

লাই হরাওবদা পাঙখোকলিবা জগোই মতাং পল্লকপদা মশাম্নশিং শাগোম্নব্লি হায়বসি মমিং চৎলবা ডা. কালিদাস নাগনা মথাগী অ কোংদোকই—

"These simple representational dances are followed by populer games and athletics

১৯। এলাংবম নীলকান্ত সিংহ (সম্পা.) পনত্রবা লাইথ্রিক, লা: ২২-২৪

২০। কুরাইলাৎপম ইবোতোন শর্ম্মা, 'মৈতৈ কিজেৎ লৈতেং', ইম্ফাল, ১৯৭৪, লা: ৬৬

২১। কংলৈ হরাউবা, সঙ্গীত কলা সঙ্গম ইম্ফাল, ১৯৮৫, লা: ১৫

**like indigenous Hockey (Khong Kangjei), Ju-Jutsu (Muktna). But these popular games and their dance conterpart have not yet been thouroughly explored from the point of view of primitive art and anthropology."**[২২]

ফিবুল হাবী (ফিবুল অহাবী) শী মখক লাই হরাওবদা মাইপীনা চোঙখোঙ লিংলগা পাচুনরিবনা তাকই। শরণা অমস্তুং শন্না শৈরোললগা কোয়না মরী লৈনবা তাঙকী মশামশি নৈনবা মতাংদা লৈনখ্রে। লাই হরাওবদা পৌ চিংনবগী থৌরম অমস্তুং য়াওহনা লৈগি।

পৌ চিংনবা থৌরম অহনা তাক্লিবদি পুক্লিং অমস্তুং বাখল অনি চাং য়েংনবনি। পৌ পায়রিবা হুপীশিংনা পুক্লিংনি হুপাশিংনা বাখনি। হুপীগা হুপাগা পৌ চিংনবদি বাখল্লা শোয়দনা ওম্মী। ময়ম অহনা হুপী হুপা চিংনবদা হুপানা নমহনা ওয়রিবা অহনি। মসিনা তাকলিবদি পুক্লিংনা কনা য়াম্না লমহেনবী ওইরবসু বাখল্লা ইয়ায় লায়না থুহম চানবা ওম্মী হায়বা তাকলি।[২৩]

লাই হরাওবদা মরুওইনা লাইরোই হুমিত্তা হি হোনবগী মওং উৎপা থৌরম অমসু পাঙথোকই। কংলৈ হরাওবদদি মকা য়াম্না লাম্বা উই। থৌরম অসিদা মাইবনা ঊয়ানলোন শকই; মাইবনা হি হেন্নো হায়না লাইরক্লবদা ময়াম্না হি হোনবগী মওং উৎলি। মাইবনা শক্লিবা ঊয়ানলোন অসি 'হিজিং হিরাউ' হায়বগা মরু ওইনা খৎনৈ। লাইরোই হুমিংকী থৌরমদা পাঙথোকলিবা হিজিং হিরাউ অসি ককচিং হরাওবদদি (খম্নাংবা মত্তবা) লাই ঈকৌহনা লাইশঙ তাম্না পুরকপদা শকই;

২২। R.K Sanahal, Peeps in to Manipur, Imphal,— 985, p. 15

২৩। য়ুম্নাবা ওক্লাজাউ, 'মীতৈ লাই হরাওবগী বাঙউলোন', ইম্ফাল, ১৯৭৮, লা: ২২

অহৌবা হিজিং হিরাউ হায়বগী মহৎতা লিরাউবগী ঈশৈ "হিরাউ ঈশৈ" হায়না খঙনৈ। [24] ঙসিদা সনখোং লাই হরাওবদগী 'হি ওনবা' হায়বা মশামা অমা লাওবি। চম্না হায়বা তারবদা লাই হরাওবদা মৈতৈনা হি অমসুং হি হোমবদা পুরিং লুমগী মঙ' ফোংদোকই মসিনা 'হিয়াং তান্নবা' অমসুং হৈকরু হিদোংবা অমিমগী হৌরককপা নৈনবদা খাদোকপা য়াবা মচল অমা ওইহল্লি। অদুগুম্বা মশাক্তশিংবু লাই হরাওবদা হুরদা চেংনা কোনশিন্দুনা থম্বা য়োকখৎলকই। অদুগুম্বা কয়া থমবসু হরাওবদদি মশাক্তশিং অসি মনীং তম্মা লৈজবা ফংই।

পুরেলকপসিগী মথক্তা পানাগী ওইনা হরাওবা লোইরগা নোংতানবদা মশাক্তা কয়া পাঙথোকনৈ। মসিনা পানাগী ওইবা মওংনি। হৌজিক হৌজিকসু পুরংশিংদদি মুক্তা, মুক্তা-খাওরৈ, থাঙ-তা, লমজেল শক জনবা অমা-অমাই লংবা, তা হনবা পাঙথোক্লি। ককচিং হরাওবা লোইবগী "মথং নোংতানবদা লমজেল মুক্তা শাট্লে। অদুগুম্বা য়েন্দমলগা মুংথিলদা মনাদি ফংলবা পানা অনিগী মুক্তায়োইশিং থেংনৈ। অহানবদা মাইবা মাইবী লমজেল চেল্লি। মথংদা পানা পানাগী তোঙান তোঙান চেল্লি অদুগা পান' অনিমক পুন্না চেল্লি। হৌজিক্কি অমুক্তদা পুন্না চেন্নে। মথংদা শমজি মুকনা শাগৎপা লোইশিল্লি।" [25]

লাই হরাওবদা য়াম্না পাকলম্না মশাক্তশিংবু হাপথসিনা লৈবাক অসি শেল-পুমগী কিবমদা থোইদোক্না অরাংপা লৈরমদে হায়বা তাকপনি। "লাই হরাওবদা য়াম্না চাউবা মওংদা হরাউ কুপৈ হাপচিল্লসি লৈবাক অসিনা পুংকম পাকসবা মতম অমসুং শেনথুমগী মতাংদা রাজপাদবা

---

24। কংলৈ হরাওবা, সঙ্গীত কলা সদন, ইম্ফাল, ১৯৮৫, লা: ১৭
অমসুং ককচিং হরাওবা, সঙ্গীত কলা সদন, ইম্ফাল, ১৯৮৬; লা: ২০৩

25। মথককী অনিওবা লাইরিক, লা: ২৪

ওইরিডেদা তৌমি। খুনৈ অসিনা মৈতৈগী খুনুংলৈশৈ, অগোই অমসুং শাকখোৎনবগী মওং মোকথৎলি। লৌউবা শগোল কাংজৈ শাজবা, পাম য়ানবা, হিয়াং তাবা অমসুং লোংখোমদুনা ঙা ফাবা পুম্বা লাই হরাওবগা মরী থমদৈ।[26] শাজবা খোৎনবা মখল কয়ামুক মৈতৈ চৈংমী তাংখুলশিংগী হরাও খুনৈশিংদগী তাইবং মপুগী মখিংদা খুংঙাইনবগা লোয়ননা য়াইক পৌজাল অমসুং চাকপী শেখীবগীদমক্তা উৎলি।[27]

মশামক্তা ওইনা য়েংবা তারগনি অহুক য়াম্না হায়নবার কৈতনা খোমদাং লৌরিবা 'লাই হরাওবা' হায়বসি য়োকথৎনবা অমদি চাওখৎহনবা থবক শাগৎনবগীদমক লৈনাকী লুচিংবশিংগী অমসুং অথঙ-অহৈশিংগী কোকত. থম্বা মতম ওইরে। ডাঃ এম, কীর্তিনা লাই হরাওবগী মথাক্তা অস্মা কোংদোকই—

> "The Laiharaoba which has been
> the bugbear of so many hostile
> observations is the bed rock on
> which its entire civilization
> rests"[28]

লাই হরাওবগী য়াম্না চাউখৎনবা হোৎনরম্বা নিংথৌশিংদি লোংদা লাইরেল পাখঙবা, নাউথিখোং, খাগেম্বা অমসুং ভাগ্যচন্দ্রনা মক ওইবনি; শাথিনা শাঙ তাকবা তৌরবদি গরিবনিবাজ মহারাজনি হায়রবা অথঙ-অহৈ অয়াম্বনা লৌনৈ। মাগী মতমদগী হৌরহনা লাই হরাওবা অমসুং মৈতৈগী কুমৈ কয়াদা সংস্কৃত অমসুং হিন্দু সংস্কৃতীগী ঈথিন চংশিনকনা থানশিনবা ঈচেন ওইনা চেৎনকপা হৌজিক ফাওবা

26। সাহিত্য, মশীং ৩০শুবা, ভোঃ ৯, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল, ১৯৭৭, লাঃ ৮

27। মতমগী খোঙথাং, ১৫শুবা মশীং, ইম্ফাল, ১৯৭৩, লাঃ ৪৫

28। Dr. M. Kirti Singh, Religion and Culture of Manipur" Delhi, 1988, p. 17

মৈতৈশিংগী মরোলশাকশী শক্তোরকপা চৈথেংকপা থাকশিং লোইহল্লি। মসিগুম্না মৈতৈগী ইনাৎ পুনাৎ মাঙখদি নত্তে।

শা লান কয়া থোক্লবদ অমসুং ইরোল্লংদা পুম্নমক অমাগী খোয়াও মতুংইন্না লাই হয়াওবা অমসুং মশাগী অয়াবা য়োকখৎলক্লি। নিংথৌ য়াথংনা লাই হরাওবা তোক্লবদি মীশি মীনা থোকপা, শা·থক মরাই তাবা য়াই খন্দুনা পুনশী নিংথৌ অমসুং অভম অথৌ তারহনা কত্তবা লাই তারবা ন·মুংবা খুমিত্তা মপানগী মী য়াওদনা লাই হরাওনবা নিংথৌগী অয়াবা লৌখিরগী। পুনশী কাম্রবদা নত্তনা লৈবাক খুইগী চাকহোং-তাহোংগানি হায়রবদা নিংথৌনা য়াইনা নামুংবা চংখহনখি। হরাওবদা পুনশী মী মপান থোকপা য়াদে অমসুং মপানগী মী চংবা য়াদে হায়রগনা আথংবা কয়া লৈরমলিবসি মরামদা অরোনবা কয়া তাকথোক-খিনি অমসুং অথুপ্পা অহু মাঙলকপা য়াই হায়রগী ওইরমগ্নি য়াই।

(খ) মশানাশিংগা মরী লৈনবা লৈবাকী থৌরমশিং :

মৈতৈ খুন্নাইদা পাঙথোকপা থৌরমশিংবু অয়াম্বা মতমদা কুম্মৈ ওইনা লৌনৈ। মমাঙথৈগী মতমদা লমদমসিদা নিংথৌ পাল্লিত্তৈদা চংনরম্ব। থৌরম অমসুং হৌজিকসু চংনরিবা থৌরম খরদা মশামশিংবু য়োকখৎপগী মমি নিংথনা উবা ফংই। মরুওইবা থৌরম খরা লৌখৎ-তুনা হিরমসিদা নৈনকম থোকই। মথাদা মশামশিংবু য়োকখৎতুনা থমলিবা অমসুং য়োকলমলিবা থৌরম খরা নৈনরক্লি।

'কাক তানবা' মীয়াম্না কুম্মৈ ওইনা লৌনবা মৈতৈগী 'কাক তানবা' হায়বসি চহিগী ওইনা তোদবা য়াম্নবা থৌরম অমা ওইনা পাঙথোক্লম্বা লোয়ননা নিংথৌ অমসুং অথঙ অহৈ কয়াগী মতেংগা লোয়ননা পাঙথোক্লম্না চংলিবা চহিগী থোক্লবা অফবা ফত্তবা চাংদম য়েংনবা মৈতৈগী ওইনা লৈরবা মদাংশিংগী মরক্তা অমনি। কাক হাংপগী মহুত্তা কাক তানথোক্লম্না কাকা পাইখিবা মায়কৈ য়েংহনা অফবা ফত্তবা য়েংই। পরিবর্তন রাজগী মতমদগী কাক তানববু রাজন কাজা নংজগা কাক যাত্রা হান্দা লৈবাকী কুম্মৈ ওইহনখি।

কাক তানবা লৈবাক নিংথৌগী থৌরম অমা ওইনা য়েরাগী নোংমা পানবদা চাউবেন হৌরগা মতমগী লৌগদবা থবক হোঈ। চাউরেন হৌবা হায়বসিসু কুম অমগী ওইনা লৈবাককী মীওইশিংনা নিংথৌদা পোৎ কৎপা হৌবা মুমিংনী। পোৎ কৎপা হৌবা মুমিংসি হিন্দুগী 'দেবী পূজা'গী থৌরমদা যাওদবনা কাক তানবা হায়বা নাৎকী ওইবা থৌরম অসি হিন্দু দেবী পূজাগী ওইনা শনবা কাল্লি হায়বসি লৈখিদ্রবা পণ্ডিত য়োইরাংথেম চন্দ্রনা অকনবা মত পীরম্মী।[29] তংনগদৌরিবা কাক অসি লাক্লবা হায়তুনা 'কাক থেমগৎপা' হায়বা বাকম অমা শাজিন্নতুনা চাউরেন হৌবা মুমিংতগী কুমগী পল্লবা য়েংহনা চৈংডা, নোংমৈবুঙ তম্মুং ললামবুং মফম অতৌনসিগী অমদা ডাখা, ডাচিং, কবোক অকাবনচিংবা চাই। মতুম তৌনা থেমগৎপা অতুনা তরানি পানবা মুমিংতা লৈবাক মীয়াম তিনবা য়াবা মফমদা চংতুনা উকায় কাপতুনা খুং চুম্বা তাম্নজি, থাঙ তাগী কুম্মৈ তৌই।[30]

মীয়াম তিনবা যাবা মফমদা 'কাকশঙ' শামৈ। মসিদা নিংথৌ সেনাপতি অমসুং কয়াইবা কয়া মণ্ড মনাও ফমৈ। অথুম-অহাও থদোক্লুনা কাক মযামদা পীজরগা তেন নম্রগা নোংমৈ কাপতুনা তানথোকই; হাংপদি হাংতে। তেন শীজিন্নবদি অডাং ইপান থাবা মুমিংতমু শীজিমৈ। মৈতৈনা কৌরাংতেন শীজিন্নবগী মরম্মদা নৈনবদা পানব য়াই।

কাক তানবদা লম অচৌবা নম্রগা তুংরেন মপান্দা চফু তরা লেংহনা রাবন মকোক শেমই। মণিপুর রাইকলসকী সিকাইশিংনা রাবন কাপ্পগী থৌরম পাঙথোকই। হায়রিবা লৈবাক নিংথৌগী কুম্মৈ অসি য়েরাগী

২৯। সাহিত্য, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ২১শুবা মশীং, তোঃ থাদে, ইম্ফাল, লাঃ ৬

৩০। মথককী পল্লিবা চেকোড়সিমক্কদগী লঃ ৬

তরানি পানবদা কাক থ'ত্র হায়না থইনৈ। ডাঃ এম কীর্ত্তিগী রাখল্লোপা লাইনিং অসি এলহৌ মৈতৈগী থাজনখসা মচল অমসুং শক্তি প্রভাবকী দুর্গা পূজাগা তোংশিন্নখয়ে হায়না লৌই।[31] কাক তানবা থৌরমবু রাবন কাপ্পদা শেনথোকলকখিবগী মতাংদা লৈখিব্রবা পণ্ডিত মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহনা অহুমনা কোংদোকলমই—"মৈতেৎচ গরিবনিৱাজ মহারাজনা রামায়েত ধর্ম চৎলবদা মীতৈগী কাক তানবা অমসুং উকায় কাপ্পা অসি মুৎথৎলগা দেবী পুজা তৌহুনা বিজয়া দশমী মুমিত্তা রাবণ হাৎপগী মতৌ তমহুনা রাবন কাপ্পদা শেনথোকলমই।"[32] গরিবনিৱাজনা পানবা মতমদা খৃঃ ১৭৫৪ মেরা ১০ নি প'নবা ইরাইদা ইহান হানবা ওইনা চৈথারোন কুম্বাবদা কাক তানবা চৎপগী রাকম পল্লী।[33] থারোন হায়বা লাইরিবকী মতুংইন্নদি ফাইরেন থাদনি।

মসিগী মমাঙ ডলিইদা নিংথৌ নহ্রগা যুবরাজনা উকায় কাপ্পা অমসুং পানা পাম্বোমনা তেন শুনবা কুম্মৈ মহৌশাগী মোইরাংদা চৎনরমী। লৈমাম অমসুং ফয়েংদদি লাই হর'ওবা লোইরকপদা উকায় কাপই।[34] অঙম অথৌশিংনা কাক কাপখিদৈদা কাকশঙদা পাঙথোকলিবদি অকন অথৌগী থাঙ, তা, গদাগী কুম্মৈ তৌই। থেঙৌরোল ঙমনা থেঙৌরোন চোংডি।"— লৈবাক নিংথৌ তিল্লগা থাংগী ..—তাগী অকন অথৌ, ল ক ফানবা শাজেনগী কুম্মৈ উংপনা চৎনবী ওয়রিবা অসিনা তাকপদি মীখ' পোল্লকবা, মরৈবাক ঙাকচবা

31। সাহিত্য, ৩১শুবা মশাং, ভোঃ ৮, ১৯৬৭, লাঃ ৩৩

32। সাহিত্য, ২১ শুবা মশাং, ১৯৭৪, লাঃ ৬

33। চৈথারোল কুম্বাবা, ১৯৬৭, লাঃ ৯৭

34। মুহুবা বহাদুর, মণিপুরী আর্টকী রারী শীংবুল, ইম্ফাল, ১৯৭৩ লাঃ ৩৬-৩৭

ওম্বা ; মতুঙ্গীদমক্তং শেম শাহুনা লৈবা ঈরুপ ( জাতি ) অমনি হায়বছ ময়েক শেংনা খঙবা ওম্মী।"[35]

অহুম', খোঁরম অসিদা পেনা শকপা, মাইবী জগোই, য়ুবী লাকপী, মুক্না অমম্বং মিত্রংগী কুশ্মৈ কয়া হাপচিল্লী। লৈবাক্তা থুংকন পাজলনা পাল্লিবৈঙ, শেন-থুম য়াংতব্রিবৈঙ কুশ্মৈ তোয়না পাঙথোকলিবৈঙদা লাইনিং লম্বীদা মশা মরেং কন্দোক্না মশাম্মা কয়াবু য়োক্লুনা থম্মী।

চৈরাউবা ঃ

চহি অমগী মতুংদা "কাং শান্নবা" হায়বা মশান্নসি "চৈরাউবা" হায়বা চহিগী ওইবা খোঁরম অসিগা য়াম্নমক মরী লৈননা চংলি ; চৈরাউদ্রিবৈঙদা কাং শান্নরমদে। লাইগা মরী লৈননা শজিফু থাদা পাঙথোক্কে "লোইদাম শাজিফু থা কৌবদি চৌংঙু মপুরেন খোইয়ুম নোংদমলিবা লাই মরু শিদবা, মালেম লৈওইবা কোরৌ খোইয়ুম নোংদমলিবা কোরৌ নোং ওইবা য়াওবী শিদবগী চীরেন লাংয়েন মাপনমকপু ফোয়দোকলে হায়বগী লোইদাম শচীফোয় থা কৌই। ( থারোল ) শচীফোয়গা হায়রম্বদগী মমৈথংদা শজিবু থা হায়না কৌনখি।"[36]

কিয়াম্বা ( ১৪৬৭-১৫০৮ ) নিংথৌনা পাম্লিবৈঙদা লৈবাক অসিদা মমাঙবৈঙদগী হৌনা চহি লোইবা নুমিত্তা নিপা অমনা থোক য়াশাং অমগী মতোনদা শরীক থাংলগা চৈ অহুদা কৌরান মচা অমম্ব পুল্লগা ওসি চহি লোইরে হায়হুনা মফম থুদিং শীনবা থুংনা কোয়না চৎতুনা লাউবদগী চৈরাউবা হায়না কৌনখি। শকোক কংলৈরোম্দা য়াওবা বারীগী মতুং-ইন্না মতম অমদা লাইগা হাওগা লম, মুম্নবগী বাথোক্তা চৌংঙু লাই

---

৩৫। তখেলম্বা বোকুল, 'মৈতৈ ঈনাৎ', ইম্ফাল, ১৯৮৩, লাঃ ৯৮

৩৬। ঋতু ৬৭-৬৮ শুবা মশীং, ইম্ফাল, ১৯৮০, লাঃ ১

পাঙ্গলনবনা থায়েন তৌখি ; মতুদা লাইস্নু হাওস্নু অনিমকত্তা, নখোয় অমত্তা লৌরম্নু নখোয়গী নতিক নওম শক শোক্লিবা মীয়ামদা পীরসি হায়বদগী লাইনস্নু, হাওনস্নু পেন্চনা ওসিদগী হাওগা লাইগা লম অসিগী মরম কীগে শেংনরে হায়রুনা চৈ পাইদুনা লাওখি মহুবু চৈরাওবা কৌই ।[৩৭]

মৈদিংঙু লাইরেন্স নাউকোংবগী (৪২৮-৫১৮) হাক্তক্তা চৈরাউবা হৌদোকখি । মতম অদুগী নিংথৌনা মনাই খরবু চৈ অমদা শরিক য়ানশিল্লগা খিওহনা থুঙ্গং থুদিং চৎতুনা ওসিমখৈ হৌখিবা চহীগী অরোইবা মুমিংনি হয়েংদগী অনৌবা চহী হৌরগনি হায়দুনা লৈবাক মীয়ামদা খওহল্লি ।[৩৮]

কিয়াম্বগী মতম ১৪৮৪ দা হিয়াংলোই কৌবা নিপা অমনা চৈথাবা হৌদুনা চৈরাউবগী মহুৎত্তা চৈথাবনা মহুৎ শিনখি । "চৈ পায়দুনা চহী লোইরে হায়দুনা লাউরম্বদুগী মহুত্তা নিপা অমনা মহুৎ শিন্দুনা চৈ থাখ্রে হায়দুনা নিপা অদুবু চৈথাবা কৌখি । মহাকপু লাল্লুপ কাবনচিংবা মথৌদগী কোকখি । লোয়ঙমগী মীস্নু চৈ থারবদি পানা থোকপা য়ানসি হায়দুনা য়ানখি । চৈ পায়দুনা লাউবদি পানা ৪ কী লৈকায়রাকপা মরিনা মাগী মাগী পানাগী ফী শেৎতুনা শগোল তোংলগা লাউই হায়নস্নু কংই ।[৩৯]

চৈরাউবা মুমিং অসিদা য়ুম-কৈ অমস্নুং ফিরোল লুহল নানহন্দুনা লাইদা অথেনপোং কৎপা, অথোংবা চাক য়েনশাং কোনথোংদা থাদোক্লগা মতুংদা য়ুমগী মীশিং চাক চাদুনা চৈরাউবগী থৌরম পাঙথোকনৈ ।

---

৩৭। তংখল্লম্বম বোকুল, মৈতৈ ইনাৎ, ইম্ফাল, ১৯৮৩, লা : ৫৫-৫৬

৩৮। সাহিত্য, ৫৬-৫৭ শুবা, লাঃ ১১

৩৯। মৈতৈগী হরাউ কুম্মৈগী সেমিনার পেপর, ইউনিভর্সেল লিটরেরি এসোসিয়েসন, ইম্ফাল: ১৯৮০, লাঃ ৫৯

চাক চাবা তোকপগী মুংখিলদগী হৌনা কাং শান্নবা হৌই। চৈরাউবগী মতুং মুমিং মঙানি থবক ওদনা হরাউ-কুমৈ তৌদুনা পুক্নিং মুংঙাইনা লেপ্লি, মসিবু শিলহনবা কৌই।

চৈরাউবা মুমিংতগী হৌরগা মুমিং মঙানি চুপা কাং শান্নরম্মী। চৈরাউবদা কাং শান্নবা অমিনা চৈরাউবা হৌরকপদগী কাং শান্নবা হৌরক্লে হায়বসি মৈতৈ অথৌ-অহৈ থরবা অকনবা মত মনী। কাং শান্নবা হৌখিবা অসি খুৎটগী ননাও চহী, ১৩২৮ দনি হায়বা মতম্ভু লৈ।[40] কাং শান্নবসি মাপেন লৈশেংবা অমম্ভুং অইং অশা নাকপগা মরী লৈনৈ হায়বসি লাইফম কৌবা লাইরিক্কি উংলি। মোইরাং থোংবীগী খ্বারী অমম্ভুং মোইরাং কংলৈরোন কয়াদা কাং শান্নরম্বা ফংই। নীংঙোললাকপনা লৈমরোলশিংগী কাং শান্নবা কাইদনা শিনলি। লোইতোংবা হাকতক্লা কাং শান্নবা হৌদোকপসি তোক্লখ্রনগী অমুক নৌহৌননা হিংখৎহনবা ওইনা লৌকম থোকই। চৈরাউবগা 'কাং শান্নবা' মশান্নসিগা য়াম্নমক মরী লৈননা থম্নথসিনা শান্ননীংবা মতমদা মশান্নসি হেক্ত শান্নবা য়াদে হায়বা উংলি। "নাতৈনা ...... শজিবু কাং শান্নবদা, সনামহী, পাখংবা য়েক শলাই পুম্নমকপু নিংখংনৈ।"[41] ময়াম হরাউনবা লৌনম্বম্ভু হুংগী ভাবওদি কাং শান্নবসি কায়দনা অচৌ-অপিকপা নাইদনা মুঙাইনা শান্নবনি হায়নম্ভু থমরকই। চৈরাউবগী কাং শান্নরকপত্থু ঈঙেলদা কাং চিংবা মতমদগী লেপনৈ। খোংজোমমুবী মুংকারোল কৌবা লাইরিক্কী মতুংও ইম্না লাইবক থীরবী হাউসি নামোইমুনা হারি নোংনাং ওনখি অমম্ভুং মুমলক্ত কোইনা পাইত্থুনা খোংবা মতম ওইরক্লবদা তোক্লৈ। হারি

---

৪০। মুম্নাবা ওঙ্কাজাউ, খেনচঙলোন, ইম্ফাল, ১৯৭৫, লাঃ ২০

৪১। ওখেলম্বা বোকুল, "মীতৈ জৈনাং", ইম্ফাল, ১৯৮৩, লাঃ ৫০

লোনাং খোংবা মতম ওইরবা মতুংদা কাং শায়বসি নামুংই হায়না চৎনবী কংলকই।

কাং শায়বা অসি খুলকী অমম্বং লৈবাকনিংথৌগী ওইনা শাং-রকপসি মহারাজ চন্দ্রকীর্তি অমসুং থোংজোম লালগী মতম ফাউনা চৎথরকই।[42]

মেরা হাওচোংবাঃ

মৈতৈ চৌংমৌশিংগী ওইনা অশংবা নিংথৌ পাল্লিতৈ মতমদা লৈবাক নিংথৌগী কুম্মৈ ওইনা পাঙথোক্লম্বা থোরম 'মেরা হাওচোংবা' হায়-বসিদমু মশাগা কয়ামুক পাঙথোক্রবী। তংশংমক মেরা হাওচোংবা হায়বা থোরম অসি মশামবু য়োক্কনা থমলম্বা কুম্মৈ অমনি। মেরা (ওক্টোবর) থাদা মৈতৈ নিংথৌনা চৌংমৌ খুদিংমকপু তমনা কুমহল্লক্কনা চৌং-তমগী মরী খুদিংমকপু তমদা কুমহল্লক্কনা চৌং-তমগী মরী ফগৎনবা হোৎনরকপা থৌশিল অমনি। মরু ওইনা ১৮৯১ গী মমাঙদদি হাও-চোংবা অসি হৌজিক মরিগুবা আসাম রাইফল লৈরিবা কেংথং অমনবগী কংলা উত্রা মমাঙদা লৈরম্বা কংলা শাগী নোংচুপ নাকথোংগী অরাংনোংচুপ ওইরপ, মুংলাইবীগীনা থাংমোইরাং লাইহ্রি পাংলপ তৌবা লম্পাক অসিদা মেরা হাওচোংবগী কুম্মৈ অসি তৌরম্মী।

মুখিং অসিদা মৈতৈ চৌংমৌশিংগী নিংথৌ খুল্লাকপা য়াইতোং থমদোংবশিংনা মৈতৈগী অচম-অথৌ, কম্লাইবশিংগা চান্নং চিন্ননা পুকচেল থোয়জেল তিন্ননা লৈবাক অসিদা লৈমিন্নবগী হুডাইবা কোঙদোক্লবনী। কেপ্টেন ই, ডব্লিউ ডন্না "গেজেটিয়ার অফ মণিপুর" দা অস্কুম্না ইরম্মী—

"The festival in october last for one day ;
it is a gathering of the hill tribes under

> the Manipur Government and is curlous sight on account of the great number of different tribes assemble, with their curious dress and weapons, differing from each other in feature and language, but all unanimous in one particular, to get drunk as speedity and remain so as long. as possible,"[43]

কুইম্ব অসিদা চীংমীশিংনা মথোয় মথোয়গী কাংলুপ্পা মপাঙ্গল কনবা, ফজবা হৈশিংবা ফেরিখ হায়বা উৎসবদা মৈতৈ নিংথৌগী মমাঙদা কুইম্ব থৌই। কুইম্ব অসিদা মথোয় মশেন মুংনচিংবা অকম্বা পোৎ থাগৎপদা কনবা উ'দৈ; চোঙ অমসুং ভানচিংবা অমগা অমগা কনবা, চাউবা শাং'বা অমসুং থৌবনচিংবা থাদৈ। রাফম'স ই. ডবলিউ ডনগী ব'হৈন্স শোগৎলি।

> ' The hillmen indulge in feats of strength before the Raja, as carrying heavy weights, etc, They also indulge in war dances and Sham—fights."[44]

অসিগুম্ব', লৈবাক অমনা পাংথোকপা য়াবা মশামশিংবু শোগৎলম্ব থৌরম অসি ... চৎনদনা লৈবাককী ইতিহাসতা ... অমসুং থৌবদা ... চ উৎনা ... থোকপা অমনি। ... মসিগুম্বা থৌরম অমা 'মৈতৈ-চীংমীশিংগী ... পাংথোকপা ... শাগৎপদা ... চাউথংহনবগী লৈবাক অসিগী অপুনবা ... শাগৎপদা মহেক ... হোৎনকম থোকই। মৈতৈ নিংথৌশিংনা থৌরম অসিবু লৈবাককী মরুওইবা

---

43. E.W. Dun, Gazetteer of Manipur" Delhi, 1975 pp 24.25

৪৪। মথক্কীসিমকী লমায়, ২৫ অমসুং আর, ব্রাউন, "স্ট্যাটিস্টিকেল একাউন্ট অফ দ নেটিভ ষ্টেট অফ মণিপুর, কলকত্তা, ১৮৭৩ ৮৩

মশায়মশিংগা মরী লৈনবা থৌরমশিংগী মরক্তা অমা ওইনা থম্নম্লিমক য়াম্মমক খন্থনিংঙাই অমস্তুং লৈননিঙাইহনি।

'মেরা কাঙজৈ'—

শগোল কাঙজৈবু মেরা থাদা মরুওইনা শাম্মনা 'মেরা কাংজৈ' হায়না লৈবাকতা ওইবা মশান্না অমা ওইনা লৌনৈ। মেরা থা চুপনা শাদৈ শামফম লম্পাক অচু থাসিদা কংই। শামবদস্ত ইংথবকপা ওইবতুনা খুদোং চায়। মসিগীদমক্তা শামগদবা নোংমা য়াংলৈডদা অমস্তুং শামবা মুমিংতা তৌরিবা মীয়ামগী অমস্তুং শায়রোইশিংগী মপুং মতৌ হরাও-তয়াম্বা উরগা লৈবাককী কুম্মৈ ওইনস্ত লৌনরম্মী।

কাঙজৈ শামবদি পুল খুল নত্রগা লৈকায় লৈকায় শীংনচুনা লৈবাক মীয়মগী মমাঙদা শামরম্মী। ইচম চম্মা পঙশান হেক্তা শামবদি নত্তে। ঙসিদগী চহি ৬০/৭০গী মমাঙদদি মেরা থাদা শাক্লনা মশামসি লৈবাককী ওইবা কুম্মৈ ওইনা মফম মতম খুদিংদা পাকশম্না শামনরম্মী।

শগোল কাঙজৈ অসি লৈমুংলোন, নায়ংলোন অমস্তুং নিংথৌ কাংনা পুয়াদা লাইয়াম্না কাংজৈ শামরকপা অমসুং মৈতৈনা মীংেয়াপকমদগী ঙমদবা ওইনা লৈরে। মার্জিংবু পোলোগী লাই ওইনা খুবম্না শকাংশন্না-বা মৈতৈতদা ফংগনি। শগোল ঙাওরবস্থ মার্জিংনা লৌ তৌবনী শগোল ফাবা লাইহুং লোন শোম্বগা কৈ অমসুং শাগোলগী লায়না লাকপদা কাংজৈ কাংহু কংলগা কৈ থন্নে। চৈথারোল কুম্বাবদা থাগেম্বা হাঙতা শগোল কাঙজৈ শামবা হৌদোকই হায়বসি হাম্নগী মশামা অচু অমুক ফজহনবগী মওং তাকপদনি হায়বা ঐখোয়গী পন্দিতশিংনা মত পী হায়বা মথক্তা পনরে।

মৈতৈনা শগোলগীদা হৈ শিংলম্মী হায়বসি অরাম্বাই হনবা; শগোল লানমীগী মতেংনা লৈবাকসিবু অরাগী মথক্তুগী কনখিবা অমসুং শগোল মথল মশিং কয়া লৈরম্বনা প্রমান তৌরে।০ মহারাজ চন্দ্রকীর্তিগী

মতং-দা শগোল কাঙজৈ অসি কয়ামুক য়োকখংলম্বগে হায়বদু খ্বাইনা খঙনয়ে। মজাইবুংঙোশিং টিকেন্দ্রজিৎ অমম্বুং পাকাসনা শগোল কাঙজৈদা হৈ শিংলম্মী। পাঙল পোবদগী মচিন মনাউ মশেন হুংঙাইনদবদু ক্বান্তবা ওইখি। মৈতৈ নিংথৌ লাবন্যচন্দ্র শগোল কাংজৈ শামরিজৈদা শরৌ তৌহনা কোক্তা থাহনা হাৎখিবনি।

ব্রিটিশ সিপাইশিং মৈতৈগী উম্বুং অমম্বুং লাঙ্গোলগী কীদগী শেম্বা কাংজৈ কংনহনা হোকিনা শিন্দুনা শান্নখি। কাংজ্রুম অহু শানবা শনৈবী য়াক্ক ষংদহনা বোলনা শিনখি। টিবস্তা লৈবা ব্রিটিশ সিকাইশিং পুগু কৌবা উগী মরুনা মৈতৈ কাংজ্রুম মতৌ তমহনা শান্নবদগী পোলো হায়বসি থোকখি। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা মশামা অসি সাহেবনা কন্না পামলে হায়বসি অকংবা য়েকে উনা খঙহনলে। ব্রিটিশনা পাউ থারক্কনা কাহাড়দা শগোল কাঙজৈ শান্নসি হায়হনা নিংথৌনা অহৈবা মী কয়া শগোল অকবা ৩৫ গা থাখি। হ্যপাটলিদা মৈতৈগা সাহেবকা পাঙল ১৩ শান্নবদা অমা ফাউবা য়ানদে। সাহেবকী দা মী ৩ হাপ্পগা শান্নবদা পাঙল ২/৫ থক য়ানলে। মতুং হুমিংতা পাঙল ১৭ শান্নবদা সাহেব মাইথিখি। অথোইবা মৈতৈশিংদা মনামথুম কয়া পীখি। মমৈদা মৈতৈ কাংজৈরোই মশেল শান্নহনগা মথোয়না কোটৌ নখি। মামপাকনা মৈতৈ কাংজৈ’রাই লাক্কনা নিংথৌদা পাউতমশি।

সাহেবনা মণিপুরদা পান্নবদা হাণ্ডা বাংলাদা কাংজৈরোই কাহন্দুনা পৈশা পীহনা য়োকখি।

কাঙজৈ শান্নগদবা নোংমা য়াৎকিজৈদ: শান্নবা য়াওগদবা মীওই-শিংগী ইমুংদা অমদি লৈকায়দা মশামসিগীদমক্তা শেম শাবা থোইদোকপা মতৌনি। মরা মপুরোইবা মথুঙ অমম্বুং মৌপাশিংনা কাঙজৈ শান্নবা য়াওগনি হায়বদা হায়উনৈ। শান্নবুংদা মথোয়না পাঙল মশিং য়াম্না

চনবা তমবদা লেমনৈ। শায়বদা য়াওগদবশিংনা লৈকায় অমম্তুং ইফুং মফুংগী মীওইশিংগী মথায় ওইজনবা কয়া থবায় খুবাক্তা হাপচুনা হোৎননরম্মী।

হয়েং কাওজৈ শায়পদবা চুমিংনি হায়রবগী ওসি হায়বা মুমিংতা কৈখেল কাচুনা মুমগী মথা, মবেন নক্লগা মাগী চুগীনা কৈ-লৈ কানচিংবা লৈনরম্মী। অমরোমদা শায়বগী নোংমা তাংখিদৈদা শগোল শঙদা শগোলবু নীংখিনা পীক-পীথক তৌই। মনাক নকপা মকমদগী থিজোই হায়বা নাপী কাপ্লরগা নত্রগা কোয়কপ্রগা পুরকনৈ। বাকনা শাবা নত্রগা থাওতুপ মরানা শাগা শচুনা শগোলবু তকথোকই। করিগুম্বদা ফি শীজিনৈ। অকবা ঈশিংনা মশা পুম্বা ইকজবীচুনা মথোঙ মরিমক থাঙং থাংদ তৌনৈ।"[৪৫]

শায়বা চুমিংকী অয়ুক্তা লৈকায়গী লৈশাবীশিং য়াওনা লৈ লেংই, পানা তম্মী। মথোয় সখেন অমগা বারী শাচুনা মাঙোন্দা নত্রগা শঙোইদা বাংবা লাউনা হরাউরৈ। চাক চাবা তোক্লবদা মাঙোন্দা কক থাচুনা শায়বা য়াংগদবশিংনা মাগী মাগী য়ুমগী মাঙোন্দা কক থাচুনা কোয়েং কৈয়েং য়েংতুনা কীঙৌ শেংলগা কমচুনা কাংজৈবুংদা চংনবগী থর য়েংচুনা লৈ। তাঙশিংদা কা অমম্তুং ঈশিং থম্মা হাপ্পা খুজাই অমা তোঙান তোঙান মাংদা থম্মী; খুপ থায়, থাংনৈ থাপ্পী।

মতম চারবদা শাবল হাপ্পা শগোল অমগা হাপতবা অমা শায়বা য়াওগদবা অমম্তুং মাগী মতেং পাংবনা মথংশিংনা শগোলশিংচু চিংচুনা পুনৈ নত্রগা তোংচুনা চংনৈ। চুপী ওইবীশিংনা মপান নাইবা ফনেক শেংতুনা ইমকি ইন্দুনা, মৌ ওইরগা কোক খুমপ তৌচুনা, অচা-অথক, হৈ-লৈনচিংবা পূচুনা চংলী।

৪৫। ঋতু ৫৬ শুবা চেকোঙ, লাঃ ২৬-৩৪

খুমিং খুংবা মতুং ভাইহাক চোনখন্নগা চাউন্নাক্লা পুং তমরোম ত্তাবদা কাঙজৈ শান্নবা হৌবদগী পুম্নিন নিঙ্গী। অয়েংবশিংনা অক ফত নৈনহুনা লাউনৈ; ফজনা শান্নবু থাগৎনৈ; হৈতবা অশোনবশিংবু শান্নবা য়াওহন্দনবা লাউনৈ। হাইরৌ ত্তৌহুনা কাঙজৈ কাবা উবদা পেন্নৈ; খন্ননা হাইরৌ ত্তৌব্রিবা শান্নরোইহু মথুং তেক্কনা ত্তোকচগদবনি হৈতদন' ত্তৌব্রিবনী হায়না ভাঙই। অম্নুগী শগোল থুংথৌ লাকথৌ কাঙথ্রম থুংথোম-লাকথোম কুপ্না য়েংহুনা অয়েংবশিংনা লাউনৈ। শান্নবা য়াওব্রিবা শান্নরোইগী ইমুং-মচুংগী মীওইশিং থৌইদোক্লা পুক্লিং লাংতকনৈ।

পাঙল হেক চনবগা শান্নরোই অমবু মাগী খুপীনা লৈ হকপা, কা ইনবা লৈবাক মীয়াম মমাঙদা ত্তৌনৈ। খুপীনা হান্না খুপানা কোন্না পাঙথোকনৈ। অসিগুম্বা [46] মত্তৌ য়েংলিবশিংনা কাগী ত্তৌহুনা লাউনৈ; হুরাউ তয়াম্মী। মীমাঙ থোক্কনা অমুমনা ত্তৌবসি লেমজবী অমা ওইনা লৌনৈ। খুপা-খুপীগী মরী মীমাঙ থোকপদা ইকায়খুংশি য়ান্নবা মত্তৌ য়েংবদা কুম্মৈ ওইনৈ।

অসিগীমু মথক্তা, কাংজৈ শান্নবা য়াওব্রিবশিংগী মরুপ-মপাং মরীমতা, থোইদোকনা, য়ুমপান্নবশিং ওইরগনা খুপী মপামগী মীশিংনা পোং লাম্লি হৈ-লৈ, কবোক, পানা মাগী মাগী মমাঙদা অথেনপোং ওইনা থেন্দুনা থন্নৈ। পুব্রিবা পোং য়ুমদা হন্নদে, য়েনথোক্কনা চামিন্নৈ।

কাঙজৈরোইনা পাঙল থোইহুনা মকা লান্না য়ুমদা হন্নকপা অমমুং লৈ লেংথিবী, পানা তপথিবী লৈশাবী, মৌশিংনা ইরাং লাঙনবা হুরাউনবা থাবা ঙম্বগী রাংমদনি। তশেংনমক মেন্না কাঙজৈদা শগোল

---

৪৬। মথক্তা পন্নিবা অসিমক্তদগী,

কাওজৈবু য়োক্তুনা নিংখিবা খল্লগী। মল্লা শান্নোইবু অকব থোরক্নবগী মরম মরেককশেংনা য়াওবা হরাউ-কুম্মেমক ওইনা লোনবা থোরমঅমা ওইনা "মেল্লা কাওজৈ" সি মশান্নশিংদা তাবা খুনাই অনগী শক্তমতাকপা থোরমনি।

লৈবাক নিংথৌগী মশাল্লা ওইনা হিয়াং তান্নবা[47]

লাই হরাউবদা হিয়াং উৎপগী শকতম নৈনখরে। লোক্লাকমপান্দা তাবা মোইরাংনা হিনী হৈশিংবা উংলবনু পাং অচৌবা অমসুংতুরেল অচৌবা মপান্দা লৈবা মীনা হিদা হৈশিংবা উংলকই। কংলৈগীওইনা য়েংবদা হিগী লান কয়া তৌনখিবা, হিগী লানমী শেমগৎপা, য়েকুবা অবাগী মথুক্তগী হিগী লগী কনথংহন্দুনা লমদমসি ডাকথোকনিহান্নবা বাকম কয়া থেংনরকই। নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনা হিগী লগীশেমগৎলম্মা অমসুং গঙ্গা তান্না চংখিবদা হিগী লগীদা য়োখিবসিবাকমসি লৈবননি।

মৈতৈ নিংথৌশিংনা হি তোংচুনা পান্তা থন্না থমজেং চাবাচৎপা অমসুং হিয়াং তোংবা চৎনবা অমসুং মসিগা লোইনবা চৎনালানকয়ামুক শেমচুনা য়োকথংলকপা উই। হিয়াং হিরেন শান্নবা উ থনবা,হিয়াংদা লৈতেং কয়া থেংপা, কোন্নুংদা হি য়েংশন্নবা লোইশঙ থম্মা,হিয়াংদা চৎনগদবা কিজেং লৈতেং কয়া থেংনরকই। খাগেম্মা হাক্কুলৈপাককী হিয়াং তান্নবসি হি কান্নবা থোকখিচুনা হি মপু শানাংবনাশিলেটকী ময়াং অমসুং পাঙল লান নেক্তুনা লাল লাকপগী বাকমইতিহাসতা লৈরি। শানোংবা হিগান্ন হান্নবসি নৈনবদা হিয়াংগাঐখোয়গী ইতিহাসকা কয়াম মরীচৎনবা খঙবা ওমই।

---

৪৭। ডাঃ এম, কীর্ত্তি সিংহগী আর্টিকল লো কলেজ, গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়, ১৯৬২ দা কোঙখিবা

মতমগী য়াওন্না কোয়ুংগী হিয়াং মাওথুবগু আনতপাইনা লাংবন্ ১১ নি পানবদা হৈক্রু কংপগী থুমিত্তা হিয়াং তাম্নবদি হৌজিক কাওবা মাওত্রি। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা পানা অনিগী ওইনা হিয়াং কুমৈ তৌহনলম্মী। পাংপানগী কাংবুগা তুরেল মপানগী কাংবুগা হিরোয় ওইহল্লি। হি তোংবা য়াহল্লবা মীহু লৈপাক্তঃ শকথওলবা অঙবা নত্রবদি তৌনদে। থাঙ্গাল মেজরগা নিংথৌ হি তাম্নখিবা কুম্বাবদা পনলি। লাংথবালগী থাঙ্গপাক্তা হি তাম্নহল্লি। মহারাজ ঈশ্বরনা জিলা দরবারগী জহাজ নেংপদা হিয়াং কিজেত্তা লেংথোকখিবা প্রজানা মিং পেন্না য়েংনখি। মহারাজ চূড়াচান্দনা পানক্লবদা থাংখৈ থাঙ্গপাং শেমত্রিঙৈদা ইম্ফাল তুরেন্দা তৌরমই। থংনা চৈনবা থোকহনবকা তাক শেম্নবা নিংথৌনা অচৌবা থৌদাং লৌই।

(গ) মশাম্নশিংগা মরী লৈনবা লৌবাকী কুমৈ থম্নাঃ

হিন্দু ধর্ম্মনা মপুঙওইনা হায়জিল্লক্লবা মতমদা ধর্ম্মগা মরী লৈননা পাওথোকপা থৌরমশিং অসিগা মরী লৈনম্না শাগোম্ননা চংলিবা মশাম্নদি পাথং অমত্তুং লৈশাবীশিংতনা শাম্নবা 'লীকোন শাম্নবা' শম্না 'লীকোল' হায়না কৌনবা মশাম্না অসিনী। হিন্দু ধর্ম্ম লাক্লবা মতমদা শাম্নবা মশাম্ননী হায়না লৌরবগু মশাম্নসি মৈতৈগী মশাম্ননি। মশাম্নসি চাউরাক্লা খঃ তুং ১৮শুবা শতাব্দীদদি শাম্নরে হায়বগী থাজবা লৈনৈ।

লীকোন অতৈ মতমদা শাম্নদে, মরম অতুনা মশাম্নসি পনত্রিবা ধর্ম্মগী ওইবা থৌরমশিং অসিদতা শাম্নবনা থৌরমশিং অসিনা মশাম্নবু অকক্লবা থুমিং অমদা শাম্নহল্লি; মশাম্নবু য়োক্তুনা থম্নম্মী। শাম্নবা মতমদা লাইয়ুম অমা থাহনা মতুদা লীকোন মরু হুম্বুনা শাম্নৈ। শাম্নরিবশিংনা ইকোয় কোয়না ফমই। অম্নাম্বা শাম্নবা মতমদা শাম্নবা লাকপা মীওইশিং অহু মুপা হুপী থাক্তনা তংথাম্ন থাম্নদোক্লগা কাংবু

শেম্বী। শাময়কমতু মক ওইনা মাঙোলঃ শঙোয় নত্তগা মান্নবত্তা ওইনৈ। ময়ম অদুনা লীকোন শাময়বা, ইমুংদা শাময়বা মশাম্না ওইনা লৌবা য়াই ; ইমুং-মশাময়নি। মপান্দা লমহাংদা শাময়বা মশাম্না নত্তে।

লম লমগী মতুংইন্না খেময়বত্তু লীকোন শাময়কম য়াম্না নীংথিনা লৈজেংই ; চাউখৎপা কাংলুপ অমা ওইনা লুব-নানবগী মমি ফজনা তাই। মৈতৈনা তাবা লম অয়াম্বদা শাময়ম্বী। অথক-অহে থয়গী মত্তা মশাময়সি কৃষ্ণ পোকপা নোংয়াইগী মতম ভায়দুনা অহিং তুমদনা মিংশেন থাওদুনা লৈনবা শাময়বা মশাময়নি অমম্বুং চৎনবী অমা ওইনা য়াধা জন্মী, পঞ্চমী, অমম্বুং বামন জন্মদম্বু শাময়নৈ। অইবু মশাময়শিগা মাময়বা অতৈ মীওই কাংলুপকীদা লৈতে। হৌজিকী মতমদা লাইয়ুমদা পো চৎদুনা শাময়রিবা লুদো, কৈয়াক কাবীনচিংবা চাংলম্নবা য়াদে ; লীকোন শাময়বদি মৈতৈগী মতমগী মতুংইন্না হোং-লকইবা মনাংকী শক্তম তাকপা মশাময়নি। মশাম্নসি চৎনবী অমগী মথাদা মৈতৈগী ওইনা মতোমতা চাওখৎলকখিবনি।

লীকোন শাময়বগী লীকোন মক তক্লক্লি। শাম্নবা মতমদা মক্ক তক্লকসি হুন্দুনা চৎনবী কাংলোন অমগী মথাদা মখোয়গী উম্না অমম্বুং লোংবগী মতুংইন্না লাইয়ুমদা 'পো' চৎলি। 'পো' হায়বসি পনথুংকম য়োনবা লীকোন মক্কগী উম্না লোংবগী মতুংইন্না লাইয়ুমগী চৎকম কাশিংদা কাংলুপ অমগী শাময়রোইশিংনা মখোয়না শীজিবা কাশিং কয়া তুয়বগে হায়বত্তুগী অকক্লবা থুদম থম্নবা শীজিম্নবা পোংনি। পন্থুংকম য়োনবা লৈবা কাশিং অদু পন্থুংকমগীম্বু কা অমগী মশাং কৌদুনা, লোইনা পো চংপা হানবা ভম্বা কাংলুপ্না পন্থুংকম য়োবদা অথোইবা শকই।

মশাময়শিগী পো চংপগী চৎনবা মওং অমা লৈ ; নিয়ম অমা থম্মী। লিকোন শাময়বদা হল্লিবা লিকোন তক্লকমক পুম্নলোং লোংলগা

'লংহৌ থোকপা' নত্রগা 'লোংখৌ ত্রিশা থোকপা' কৌই. পো তরুক চংলি ; লিকোন অমথক লোংলগা অতৈ মঙা অহু উপ্নবদি 'তস্থ' থোকপা কৌই. পো তরামাখোই চংলি ; লিকোন মঙা লোংলগা অমা উপ্নবদি পঞ্জা থোকপা কৌই. পো কুনমঙা চংলি ; লিকোন তরুক-নক পুমউপ উপলবদি 'হত' নত্রগা 'পরোবী' থোকপা' কৌই. পো তরামঙা চংলি ; অসি নত্তবদদি লিকোনশিং অহু হনবদা লোংইবা মশাং অহু মখৈদা পো চংলি ।[৬৪]

লিকোন শায়বা মশায়শিনা পাখঙ অমস্থং লৈশাবী বারী বাতাই শায়বগী থুদোংচাবা কা হেয়া পী. শকথঙনদবা পাখঙ লৈশাবী শক-থঙনবা য়াই : কোঙঙমত্রবা অপাম-স্থংশিগী বাকম বাহৈনা থুদম পীনৈ । অচম্বা পুন্সিগীদমক্তদি কায়বা পীবা মশায়নি । য়ায়া চয়েংনবা বাখল পোক্লবা মতমসিদদি পাখঙ অমস্থং লৈশাবীশিংতমক হুমিদাং অহিং অথেংবদা থাদোক্ত্না শায়হনবসি ভৌনয়ক্রে. মপা, মমা অমস্থং মবুঙ মৌপবা ওইবশিংনা লৈশাবীশিংবু মমায়সিগীদমক শৌগৎপীত্রে । মসিনা মশায়সি তোক্লয়কপগী ময়মনি । পাখঙ অমস্থং লৈশাবীশিং পুন্না লৈমিয়বদা থোয়কপা য়াবা কত্তবা. থুঙং অমস্থং লৈকাইগী ওইনা ফত্তবা পোক্লকপা য়াব। উনয়কপদগী মশায়সিবু শৌগৎতবনি ।

অহুমকপু মশায়সি অয়ুক হুংখিলদা শায়নবা শীনবদি থোইদোক্লা কায়রোই ; অহল-অঙাং থাক্তনা শায়বা য়াবা মশায়া অমা ওইয়কপদ ঙম্না থোকনিংঙাই লৈয়োই । শেংনা হায়বা তারবদি মশায়সি কল্লক-পা মীংহীবনা থুহুম চনবা ঙমহন্দনবা ময়ম শীন্দুনা শায়বা য়াগনি ।

লৈবাককী ওইবা থৌরমশিংগা লোয়ননা মশায়শিংনা চংখিয়রক-পনা ঙসি কাওবদা মহৌশাগী মৈতৈশিংগী হৈনবী অহু থাদোক্তনা লৈয়কলি ; য়াওশংগী মতমদা হুমিং মঙানি চুপা অয়ুক হুংখিলদা

মথল কয়াগী মশামশিং পাঙথোক্লরি। মহৌশা শামরম্বা মশামা মুক্না, মুবী লাকপী, পৌ চিংনবগী মওংদা 'খৌরি চিংনবী', খুবৈ চোংবনচিংবা পাঙথোক্লরক্লি; অনৌবা মশামা কয়া অমম্ হাপ্তুনা শামরক্লি। মতৌ অম্মা মৈতৈশিংনা মখোয়না শেমজবা খুমাই অমিদা মশামশিংবু হয়াউ কুম্মৈশিংগা তোংশিন্নহুনা শম্বগী মচং অহু ময়েক শেংনা উরি।

মশামশিংগী মরক্তা সুমিদাংদা শামবা খাঙজিং শামবা হায়বা মুপী মুপা তোঙান তোঙান অশাংবা বা অমগী মতোন পায়নহনা শামবা মশামা অমম্ তোপনা তাহনা লৈ। খাঙহনা চিংনহনা শামবা মশামনি। মসি খৌরী চিংনবীগুম্বা মশামনি। ডি, সি, হডসন্না মশামশিবু অম্মা মওং তাক্লখী—

"In the cronicles in a passage of the date 1746 ( Garib Niwaz) occurs the following mention of a game which is still played on occasion : 'The Raja had the pleasure to witness a performance of Khangjing Sanaba in the moonlight night- Khangjing Sanaba is a kind of play, generally used to play in the night time when the moon is clear, by males and females of the country. A long piece of bamboo green suitable for the purpose, placed

---

৪৮। নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ "মণিপুরী টু মণিপুরী এণ্ড ইংলিস ডিক্সনারী", ইম্ফাল, ১৯৬৪, লাঃ ৫০৯ পাথং অতাউবশিংনা লিকোন থুগাইবী হায়হনা মরাম্না লিকোন শামদ্রিবৈদা কণ্ড-হৌদি লাংশনবগী মৈতৈ লবাকদা কংলমই। অক-কণ্ড অনীমক লিকোন্দা চেটে।

in the middle part, when a party of males, say a doz:n or more number, will catch the same by the one end, and a party of the female sex of the same number will hold the bamboo by the other end, and then both party will pull that bamboo with all their might until one of the party is defeated.' It is likely enough that this past time, to which the same thouri chingnaba or rope pulling is applied, is modelled on the ceremonical right common among certain of the hill tribes."[49]

হৃডসনগী বাক্মসিনা চৌংগী চৌংমী থরগী মরক্তা পাংথোকপা থৌরমদগী মওং লৌই হায়বসি য়ুমফম য়াওনা হায়রম্বা উ:দ; মহাক্না লাই হরাউবদা পৌ চিংনবা য়াওরিবা থঙলমদে। থঙলমলবদি হায়-রমদবা য়াই। রাহৈগী রাপুনা পুরিবদি থাঙজিং শান্নবম্ব পৌ চিংনব-গুম্বনি; হৌজিক্কা মতমদা পাংথোক্লিবা থৌরি চিংনবীম্থ পৌ চিংনবীদগী মতমগী মচুংইন্না ওইরকপা মওংনি। চৌংগী লমদা মৈতৈ-গুম্বা মৈতৈ-চৌংমীশিংস্থ পৌ চিংনবগী মওং অসি লৈ হায়বফাওবদি অচুম্বা বাক্কম ওইগনি।

কবুইশিংদম্থ থোঙ কাঙৈজ শানবা, চৌংগী মফম থরদা কাঙলুপ থরনা কাংখিল শাননবা, মুং থাজপা, মুং লংবা অসিনচিংবা ফংই। মথোয়গী হরাও কুম্মৈদা অতুক হাক্না মশাননা য়োকথংলম্ব্রা অমম্থং অকুপ্পা নিয়ম শেমলম্ব্রা হায়বদি লুনা থোকই। চৌংমীশিংনা লৈবাককী কুম্মৈদা শরুক য়াবদি মথক্তা পনথরে।

49. T. C. Hodson, The Meitheis, Delhi, 1975, pp. 56-57

মশাননশিং অসি কয়া চাওখংলকপা, কয়া শেমখিবা. চাওখংলকপা, কয়া শীংথানিংঙাই ওইবা মওং ( লেন্দমাক' ) অমসুং মরী লৈনবা ব ব্রী বাথোক্ত থোকখিবা হায়বদু নৈনবনা প্রজাগী খম্মোয়দা কাউনরোইদবা পোকহল্লি। লোয়ননা লৈবাক অসিনা মীথা পোনক্রিকৈদা মশাননা চাওখংনবা করি করি উপাই তৌরম্বা হায়বদুসু নৈনবনা মথৌদাং ওইরক্লবা মতমসিদা নৌহৌনা খিজনগদবনি।

# মাপলঙবা তাক্কক

## ঋারোইশিন

মালেম শীনবা থুংনা লৈরিবা মীওই ফুরুপশিংগী-তোঙান তোঙানবা মশাননা কয়া লৈখ্রগুম মৈতৈশীস্থ লৈজরিবশিং অসি তোপ তোপ্পা তাবা মওং অমগুম উবা ফংই হায়বসি মথক্তা লৈরখিবা তাঙক্কশিংদগী খঙবা ঙমলে। অহানবা তাক্ককক্তা, খুদম ওইনা, অঙাংগী ওইবা মশাম্না থরা লোথংতুনা লৈনবদা হকচাংগী ওইবা মশাননা শাওং-ফিভম শাগংপদা মশাননশিংনা ইচম চম্না মতেং পাংবত নওনা মুংগী ওইবা রাকম কয়ামস্থ উচন চানা য়াওহ্নুনা লৈরি হায়বা খঙবা ঙমই। শান্নবা হায়বসি চুম্নতগী অহাঙবা মতম লেনননবা নত্তে। কাঙলুপ অমা শেমগংপন্দা থোদাং য়ারকই অমস্থং মসিদা থুম্নাই অমগী লীশাং শীংনা চংথরকপা মওং কয়াগী মমি তাদনা তোকত্তে। হৌজিকী মতমদা মহৈ তম্বমশঙশিংদা শান্ন-থোংনবগী লমদা খুং থান্নিবসিগুম হায়বদি থবক পায়থংলিবসিগুম মহৌশা। মৈতৈ খুম্নাইদা তৌরমগ্রগস্থ মশা মশাগী ওইবা মওং অমদা মকম শীনবা থুংনা হকচাংগী ওইবা ফিভম ফগংনবা তৌরম্মী। শীক্ত শীক্লিবা অঙাংশিংদগী হৌনা পুম,কক চাউবা অঙাংশিং ফাওবদা মশাম্না কয়া তথীবদা শামরোল-ঈশৈ কয়াস্থ পুসিন্দুনা লৈকায় লৈকায়গী নত্রগা লম লমগী ওইনা তৌনরক্লম্মী। লম লমগী মতুংইন্না অমস্থং কাঙলুপকী মতুংইম্না শৈরোল থরা খেন্নরবস্থ মপুংদা ইমান মাস্নে। মুপীমচাশিংবু থোইদোক্না হকচাং ফনবা শাজেলগী ওইবা মশামশিংদগী থাপতোক্না লৈহৌবা উদে, থাপতোক্না থম্নদে। মুপামচা অমস্থং মুপীমচা পুম্না শামবা মশাম্না কয়া অমস্থ উবা ফংই। মৈতৈ খুম্নাইদা থোইদোক্না তিমতোংনবগী লমদা অপনবা লৈরমদে। মসিনা লমচং শেমগংপদা

মতেং পাংলকই। অমনা অমগী মতেং পাঙনবা অমনা রারগা মীয়াম্না মতেং পাঙনবগী রাথল পোকহল্লকই।

অহমশুবা তাঙককী লমজেল অমসুং হিয়াঙগী মতাং নৈনবদা থঙবা ঙমই মহুদি অনি অসিদসু অতোপ্পগা মান্নদবা মওং লৈ। খুদম ওইনা লমশাং চেনবা লমজেলদা অঙম অঙম্বনা মুক্লাগী মহৈনা লাক্তুনা লংথরম্ববা য়াই হায়না রাম্নী শীংবুম্না পীহুনা উংলি। নিংথৌ পাল্লিদা পানা পানাগী ওইনা থোক্তুনা শাম্নবদা খুমাই অসিগী ফিজেৎ শেৎহুনা ময়াম মমাঙ থোক্লা মুক্লা শান্নরম্মী। লমজেল চেম্নরম্মী। হৌজিককী মতমদা মসি, পানাগী ওইনা হায়বা তারবদি, তৌনদ্রে।

হিগী লমজেল পাঙথোকলিবা 'হিয়াঙ' নিংথৌ পাল্লিদা মতমহুগা মান্ননদি ঙসিদি পাঙথোক্লবা উদ্রে, অহবু হি লমজেল য়াওরিবা হৈক্রুং-হিদোংবদি চহি চহিগী ওইনা ঙসি ফাওবা শগোলবন্দগী বিজয় গোবিন্দ থাঙ্গপাংতা পাঙথোকলি। মতৌশাদগী চৎনরকপা মওং অমা অহুমক উংলি। মতৌ অসুমনা 'হিয়াঙ'সু পাঙথোকহুনা লৈবাকী ওইবা মনাং ঙাক্লবা হোংনফম থোকই। হি য়াঙবা তান্নবদি মৈতৈগী ওইবা মওংদা কুম্মে অমগুম লৌ-নবা উই; মরম অহুনা 'হিয়াং কুম্মেমুক মী য়াম্মী, হায়না ঙসি ফাওবদা করিগুম্বা থৌদোক অমা থোকপদা মী য়াম্না ভিন্নবদি হায়নরি। তাম-হিগী মওং চিনাগীগা মান্নবগুম উরবসু মৈতৈগী হিয়াঙগী হিদা য়াওরিবা মী মকোক চিনাগীদা য়াওদে।

হি য়াঙবা তান্নবদা থৌনাকবগী মওং (হিরোইজম) উবা ফংই। মথৌনা উৎপগী মওং অসিদা মমাঙদৈ মতমদা থোঙবান চেন্নবা মীশিংবু খোম্নহুনা থম্বা চৎনরম্মী। মরম অহুনা হিরোইশিংত নত্তনা হি হোনবা অমসুং তোংবা য়াওদবা মীওই পুম্নমকপু হি য়াঙবা তান্নবদা শরুক য়ান্নম্মী। মসিসু মৈতৈগী ওইবা তোপ তোপ্পা মওং অমনি। পনবা

য়াবা অমনা হি য়াওবা তাম্নবদা তেংমাই লেপ্পবু কাহ্লনা করিগুম্বা মতমদা অতোপ্পা হি অমদগী অমদা পু-নবা হোৎনবা য়াওরম্মী। মসিমক্তা খোঙবান চেনবা মী নেকুমক্কী ময়ম অমম্ম ওইরম্বা য়াই। অহুপা মসিমগী পনবদা মভাঙ চাদবা খোকলোই মহুদি৹ হিয়াঙ চুম্নগী হি য়াওবা তাম্নবা নত্তে, হিগী লানগীদমক খুাইদগী করবা চাংয়েং তৌকম অমা ওইবা মশাম্না অমত্তুনি। খুমন অমম্মং মোইরাং অনিগী লান লোক্রবদা হিগী লান মক্ক ওইরম্মী। মহারাজ চন্দ্রকান্তিনা জিলা দরবার হিদা চৎপসিমকত্তু হিদা চৎলবদি খুদোংথিবা খোকলোই থনবা বাংথম্পগীনি হায়নবত্তু য়াওই।

মরিগুবা তাঙককীদা নৈনম্নিবা মশাম্নশিংদা হৃকচাংগী ওইনা কায়রবা শরিং-শরাক, খুবী লাকপী অমম্মং থাঙ-তা খোইদোক্তা মৈতৈ-গীদা ওইবা মওং অমদা হৌগৎ-চাউথৎলকই, হায়বা খঙবা ঙমই। নীংশিংবা খোক্তুবা মতমদগী হৌনা খুরাই অমা শেমগৎপদা শরিং-শরাক খোইদোক্না অচৌবা থৌদাং লৌরকই। মীওইবা হায়বসিনা কাঙবু কাঙবু নাইনহুনা লুচিংবা অমমমগী মথাদা লৈরক্তুনা মখোয় মখোয়গী কাঙলুপশিং মাঙজিন থাবা কাঙলুপ ওইনবা হোৎন্নরকই। নিপা খোক্তা লাম্বা তৌনবা অঙম্বা মীনা লুচিংবা শকপা খুমাই শেমগৎ-লোনগী চঙদবা য়াত্রবা মচাকনি। পুম্না পুম্না লৈমিমহুনা খুমাই শেম্বগী অহানবা মচাকনি। পুম্না পুম্না লৈমিমহুনা খুমাই শেম্বগী অহানবা থাকতগী হৌনা মতুং তারকপা কয়াদত্তু শরিং শরাক খোইদোক্তা চাউরবা থৌদাং লৌরকক্কম খোকই হায়বত্তু মৈতৈগী শরিং-শরাক অমম্মং থাঙ-তা নৈনবদগীত্তু খঙবা ঙমই। মী অমনা অতোপ্পা অমবু খুংজাচ য়াওজ্রবদা নত্রগা য়াওরগম্ন৹ লাম্নাবা এতেকটি তৌবা তথী৹ অমরোমদা অতোপ্পনা লাম্বারম্নবত্তু মশা লিংনবা তঙাইফদনা মহৌশাদগী হৌনা হোৎনরকই। মৈতৈ খুমাইদা৹ খুবী লাকপী হায়বসিত্তু অনিগুম্বা মচাক-শিং অদি য়াওবা ময়ম্না মশাম্নদি হৌরকপগী ময়ম অমা অহুনক ওই।

মতৌ অম্না থাঙ অমস্তুং তাগী অকুম্না খোঙজোন, থুংলোন কীজম অমস্তুং শাথেক-শাওং কয়ানা মরম ওইদুনা থুম্নাই অশিগী মহৌশাদগী লৌশাং শীংনা লাক্লবা নাং অমনি থঙবা ঙমই। খুদক্তা শেমজিন্দুনা থুম্নাই অমা হেক্তা ওইবা য়াদে হায়রবসি মশানা তাক্লরবা ৱাকমনি। থাঙ অমস্তুং তাগী মরম নৈনবদা তোয়না থেংনরিবা 'থেঙৌ' থোইদোক্না চহি চারোন অমা অনিদা হেক্তা ওইরকপা নত্তে, মরমদি থেঙৌ শাবা মতমদা তোঙান তোঙানবা মওংদা অমস্তুং মকন মতমগী মতুংইন্না শাগদবনি হায়না লৈ। মতাঙ অসিদা পনবা য়াবদি থুম্নাই অমা শেগৎপদা য়ায়া ঙম্লিতৈ মতমদদি হকথেঙননা ফঙবা থোদোকশিংনা লেপনরম্মী হায়বসি মশাক্লশিংবু নৈনরকপদা ফংলিবা ৱাকমশিংনা চুমই হায়বা উৎলি। কাঙলোন চুম্না ফোঙদোকপা ঙমজগন্থ চৎলমদাইদা নত্রগা চৎথোক্‌ত্র-ভৈদা শাগী লানগী মরী নৈনবদা লৈচিনলোন। মুমিৎ, থাগী খোঙচৎকী মতুংইন্না অফবা শায়দোক্না অফবা মায়পাকপা ফংনবতা হোৎনবগী মওং কয়াসি, থঙদবদা থাজবা (সুপরতিসম) গী মওংনি হায়না হেক্তা লৌশিনফম থোকতে। চাউখৎলবা মতম অসি ফাঙবদা মুমিৎ থাগী খোঙচৎকী মতুংইন্না চৎথোক চৎশিন তৌবদা অফবা অমস্তুং ফস্তবা য়েংনরী।

অমরোমদা, ৱাকয় অশিমক্থ থঙবা ঙম্মী মহুদি মৈতৈশিংনা হক-থেংননা নত্তগা নাকোয়ননা ফঙলকপা লৌশিংনা মহৌশাদগী হৌনা চৎনরকপা মনাংগী খুদক্তা অহোংবা ইথিল ইপী পীদনা তাক্না থম্মী। মশিগী মহে ওইনা ঙসি ফাঙবদা মৈতৈগীন্থ মৈতৈগী ওইবা মওংদা কুন-কাঙলোন অমস্তুং থুংলাই শীজিন্নবগী মওং মতিকচানা লৈ। মৈতৈগী থাঙ অমস্তুং তাগী থুংলোন খোঙলোন শাথেকফা কোম্রবা কম্বাক্তা (স্ত্রৈজদা) উংলকপদা অতোপ্পা কাঙলুপকী মীশিংনা য়েংবদা পুক্লিং চিংশিন্নবগী ৱাকম মরাঙ কায়না শেংনৈ। থাঙ তাব 'মাসিয়েল

আর্টস' হাররুরা ওসি মালেমগী মকম অয়াল্লদা থঙনরকদি। [২] অদুবু নীংথিনা য়োক্খৎপগী তঙাইফদ্রবদি নৈরে।

মঙাওবা তাঙককী নৈন-থিবা মুক্না অমসুং মুক্না কাঙজেনা হৌজিককী মতমগী য়েনশিং অমসুং হোকিনচিংবগা থেন্নবা নৈবসু উংহুনা মৈতৈ খুমাই মপক তাকপদা মচল অমসু ওইরি। মুক্নাগী 'লৌ' শিংনা লীশাং শিংনা লাক্লবা মশামা অমগী শক্তম উংলি। লৌচঙবা অমসুং লৌ ওকপগী মওংশিং কুম্মা নৈনবা তারবদি চাউরবা লাইরিক অমা ওইগনি হায়বা মথক্তা নৈনথিবা বাফম থম্না অদুমক তাকই। তোঙান তোঙানবা মীওইশিংগী মতিক মঙমগী মচুংইমা মুক্না-লৌ শীজিন্নরকপদা মশা মশাগীতা ওইবা মথং কয়াসু লৈতবা নত্তে। তম্না হায়বসি মীওইবগী লিচৎনি। মুক্নাগী লৌ তম্মকপদা মান্নবা অমসুং মান্নদবা কয়া লাকপদগী মুক্নাগী লৌ মথল মথল থোক্লকবগী মচাকনি। অদুবু মৈতৈ পুম্নমক্কী ওইনা থেন্নবা থন্না থোক্লগসু মশামসিগী তোপ তোপ্পা মশাগী ওইবা অমসুং লমদমসিদগী ওইবা শক্তম অদুদি মাঙদনা অদুম চৎথরক্লি। নিংথৌগী মমাঙদা মুক্না যাত্রা শাম্নবদা, মায়পাক্লবা মুক্নারোইনা থোক্লাউ লাউবদা মাগী মমিং হায়দুনা লাউদুনা মথুন য়েববু 'কংলা ডাঙবা' কৌই হায়বসু নৈ। [৩]

থজনবা মমাঙগী তাঙককী লাই হরাওবদা মশামসি পাঙথোক্লবা হৌজিক কাওবা য়াওরি হায়না পনস্রে। মুক্নাগী লৌশিংদা লৌচঙবা

২। নেসনেল অমসুং ইন্টরনেসনেলগী থৌরম কয়াদা মশামশিং অসি দিমোনস্ট্রেসন অমসুং সাইনতিফিক ওইবা পেপর পাহুনা থঙহনবদা মপানগী মীওইশিংনা অঙকপা কোঙদোকপসি হৌজিকমক তোয়না তারে। চীনা জাপান অমসুং চাউথংলবা লমশিংগী অথঙ অহৈশিংনা মৈতৈগী তোপ তোপ্পা মশামশিং অসিবু অঙকপা কোঙলোক্লরক্লি।

৩। য়ুম্নামচা বুধীচন্দ্র, "থালোয়-নোংখায়লোন, ইম্ফাল, ১৯৮৬, লাঃ৩২

অমম্বুং লৌ ওকপা হায়না এভেক্ট অমম্বুং দিকেন্স অনিমককী ওইনা শীজিন্নরবা অসিমক্তদা দিফেন্সনস্থু এভেকট তৌরিবা মীবু মায়থীবা পীবা ওহলিমক্তা মশাময়সি তোপ তোপনা লৈজবা মশামনি খণ্ডবা ওম্মী।*

অমুয়া মুক্তা কাওকৈদস্থু থোইদোক্লা তোপ তোয়া মশামা অমা ওইরকপা অওকপা নত্তে। মুক্তা শামহুনা শামরোই অমনা অতোম্পা অমম্বু লংথরক্ল-পা থুংনা কাওত্রম পুহুনা চেনবা অতোম্পা মীওই কাওম্নুপকী মশামশিংদা য়াওরমগনি খনবা লুনা থোকই।

তরুক-তবা তাওককী কাংগী মতাও নৈনবা কাওলোনগী অমুম্মা মরোল ছুংগী ওইবা বাকয় কয়াগা পুনশিন্নুনা নৈনখিবদা 'কাওলোনমুক কুপ্পী' হায়না মীয়াম্না থুদম ওইনা পীনরিবা বাকম থোইদোকনা মরু ওই। মহৌশা লাই হাক্তক্তগী শামররবনি লোয়ননা মতম মতমগী মতুংইননা মথল কয়াগী কাং মথল কয়াগী মওংদা শাননরম্মী হায়বসি নৈনম্রিবা বাকমশিংনা ময়েক শেংনা তাকচরবনি। কাং হায়বা মশাময়সিগী কাও-লোন অসি চম্না য়েংবদা, অতোম্পা মীওইশিংনা খওবদা বানা থোকই; হকথেংননা শাম্নবা মতমদা মসিগী কাওলোন অসি খওবা ঙম্মকই। কাংগী ময়মদা অশম্বা বাকয় মপুওকানা পীবা তরাইনা থোকতে হায়বস্থু নৈনম্রিবশিংনা থুদম ওইনা পী। মৈতৈগী ওইনদি মশাময়সি য়াম্না চাংলেম্বা মশাম্না অমনি; অহুবু মালেম শীনবা থংনা শাম্নবা য়াবা চাংলেম্বা মশাম্না অমা ওইহনবা হোৎনবদা মতম চওগদবা মওং উবা ফংই। শম্না মশাময়সি থুদক্তা হেক্তা ওসি উরিবা মওংসিদা ওইরকপা নত্তে হায়বসি মশাননা তাজরবা বাকমনি।

৪। লৌ ওকপা নীংথিনা হৈরবা মীনা মতোম্পা হৌরকপবু থীনা মায়থীবা পীবা ঙম্বা মশামনি হায়বসি অখণ্ড-অকৈ অয়াম্বনা য়ানৈ। অহৈবা মশেন শাম্নবদা মতম কুইনা চওবগী ময়ম অমম্বু লৌনা থোকহনবনি।

শীংনহুনা শান্নবা কাংদদি কাংথুং মশীং কয়া থরে ; হয়াউহুনা লৈকায়গী চাকচা হৈজানবা মুংভাইবা কোভলোক্তনা শান্নবদি মশীং কল্লে। হুলা, মুগী, অহল থাক্লনা নাকল অমদা য়াওশিন্দুনা শাননরক-পম্ন চৎনরকই। থুংপু মশীং য়ান্না থোক্লনা মৈতৈশিংনা শাননবা মশানন-শিংগী মরক্তা য়ান্না 'কাং' না অথোইবনি। মরমদি হৌজিককী মতমদা ফুটবোল অমস্নুং হোকিনচিংবা মীয়ামা মাজোম শীনবা থৎনা পান্নরে লোবা য়ানবা মশাজনশিং অসিদা শরুক য়াত্নিবা থুং ( তিম ) মীশীংদগী 'কাং' দা শরুক য়াত্নিবা থুং মশীংনা য়ান্না হেল্লি। কাংথুং য়াঙথৈ হেন্না শরুক য়াবা থেংনৈ। মীয়ামগী ওইনা মকম থুদিংদা শান্নবগী চাং হৌজিক হৌজিকমক কাংনা মাঙজিন থান্নি। থুন অয়াম্বদা কাংথুং লৈ। অহুনা কাংগী মশাননি লম্লাই লম্লাইগী ওইনা মীয়ামগী অপাম্বা মতুংইন্না পান্নবা হেনগৎলকলি। মশান্নসি মুংলয়োইদবা মশান্ননি।

কাংখিল পান্নরগা হন্দুনা শান্নবসিদি মণিপুরগী চীংমীশিং থোং-জাই, মাও, তাংখুল অমসুং নগাল্যান্দগী নাগা কাংলুপ কয়ানস্থ শান্নরম্বা থেংনবনা চীং অমস্থুং তম অনীগী নকশিননরম্বগী থুদম থিন্দুনা তাকই। চিক্তাগোং হিল ত্রেকট ৫ কী রিপোর্ট পীরম্বা বোধ ধর্ম চৎপা চকমা-শিংস্থ ঊরী—কাং শাননবা পল্লিবসি মৈতৈগী কাং থল্লো ওন্দুনা শাননবগা হাইকেৎ মান্নৈ। বর্মা দেশতা অমস্নুং থাইলেণ্ডনচিংবদস্থ কাং শাননবা চৎনৈ হায়বসি মকমহুদগী লাকপা মীনা মৈতৈ কাং শাননবা য়েংলগা মত পীরম্মী। অহুম ওইনমক মশাননসিগী থাখলগা মরী লৈননা উৎপা অমস্নুং য়ান্না বাংবা মওংদা কাঙলোন শেমহুনা শাননবসিদি হৈশিংলবা

৫। Lt., Levind, "Chittagong Hilltracts", Section on the Chakmas; Capt. Dunn, "Gazetteer of Manipur", in connection with the Scott's remark on the game of kang.

মৈতৈগী মশানন্দতা ফংই।

ভয়েংতবা ভাক্তকী 'শগোল কাঙজৈ' মৈতৈগী মশাননা অমা ওইনা লৈনবদা অউবা খুদিংনা মিং পেননা য়েংনরম্বা মশাননা অমা ওইরম্মী হায়বা খঙবা ঙম্মী। মালেমগী মফম অমত্তদা শাননবা উবা ফংদ্রিবা ইংলিশমেনশিংনা শান্নবা উবদগী অপাম্বা অমদি শাগনিংবা পোক্তুনা মৈতৈশিংদগী তমখি অমসুং ভারতকী মফম অতৈদা শন্দোকখিরুনা মালেম শীনখুংখি। ঙসিদি মালেম শীনবা থুংনা মশাগসি মৈতৈগীতা ওইরম্বা মশাগা অমা ওইরম্মী হায়বা খঙনরে। তশেংনমক ঙসিগী "পোলো" মৈতৈগী কাঙজৈদগী ওইরকখিবনি। ইংলিশমেনশিংনা মৈতৈগী শগোল কাঙজৈবু পুরক্লীং চঙলমত্রবদি অতোপ্পা মালেমগী মীওই কুরুপশিংনা ঙসিগী শগোল কাঙজৈ অসি শকখঙলমদবস্থ য়াই।

খোংজোম লানগী মমাঙ কাওবদা মৈতৈগী য়ুমথোং খুদিংদা শগোল লৈনরম্বগী খুদম ফংই। শগোল অসি মশীং য়াম্না কাছাড়দা পুশিল্লম্মী। সার. জেমস জোনস্টোননা মৈতৈগী শগোল মশীং য়াম-জিকাওবা লমসিদগী শগোল পুথোকখিবা য়াদে হায়না থিংলম্বগী খুদম মহাকী লাইরিক্তা পল্লি।"

মশাগসিগী শাদোং ওইরিবা শগোল হায়বা শা অসিবু মৈতৈ-শিংনা কুপ্পা য়ুম্না শীজিন্নরম্বসিমক, খন,খনিঙাইনি। শগোলগী মচু-

---

৬। চাংদম্নবা: বর্মা অমসুং থাইলেণ্ডনচিংবদা শামরিবা অসিদি উবাক্লা শাবা কাংনি। মৈতৈগী কাং শারিবা মঙং অমসুং মচাকশিং অসি মখোয়গী অশোমদা খঙনদে।

৭। ইরোইশেম্বা চীংগী মনাক্তা চেনবা তুরেলগী লোক অমদা শগোল লপ্লোনবা কাঙবুশিংনা কছাড়দা শগোল পুশিনবা মতমদা শগোল ইরুজবীরগা মশোং করুম্বা মফম অহৌজিক ফাওবা লেংদনা লৈরি।

মমেন য়েংলগা মমিং খোল্লমবশিংসিমক্তা শগোলগী খোঙজেল অমস্থং থুংখো লাকখৌনচিংবগী মওংশিংনা শা অশিবু কুম্না মুং হুজিন্না মশক খঙলম্মী হায়বগী লেঙ্গ্রবা থুদমনি। অমরোমদা, মৈতৈ-শগোল মশাম্নসিগীদমক্তদি তোংলিবা শাম্নরোইনা মথাদা কুমথদনা কাঙজৈ থুনগৎপা থুদোং য়াম্না চাবা শানি। অন্থুগা লৈখোক লৈশিন তৌবদস্থ মশা খীংনা অমদি কোম্না লৈখোক লৈশিন ঙম্বা শানি।

মালেম অসিদা শগোলগীদমক্তা মমিং চৎলিবা কাঙলুপশিং অসি আরব, পরসিয়া, তুর্কীশিং অমস্থং মোঙ্গোলশিংনি। মখোয়শিং অসি শগোলগী কলচরদা হায়বদি শগোল লানমী ওইনা অমস্থং শগোল কাঙজৈ কম্না শাননরম্বা বা-চৎপা লাইরিক কয়াদগী খেংনৈ।[৮] কাঙলুপশিং অসি মণিপুরদা করম্বা মতমদা চঙশিল্লকখিবা অমস্থং মখোয়গী কলচর অস্থু মৈতৈদা কয়ামুক শাম্মু পীশিল্লম্বা হায়বস্থ তোঙান তোঙানবা য়াকম কয়াস্থু ফোঙদোক্লম্মি। অওইবমক্তি কাঙলুপশিং অসি মৈতৈশিংগা মরী শম্নরকপসি নৈনয়কপদা লৌবা য়াবা থুদম মতিক চানা ফঙবা ঙমদে। মপানগী অথঙ-অহৈ মায়চৌশিংনা চীংনা কোয়শিনবা লম অসিদা লৈবা মৈতৈ ফুরুপ অশিবু চীংমীনি অমস্থং শগোল কাঙজৈ শাননবসি মোঙ্গোলশিংদগী তমখিবনি হায়বা মতিকচাবা থুদম পীদনা বাথলনা পঙশা শাজিম্মুনা হায়জিননৈ।

অতোপ্পা বাকম অমা ওইনা হায়বা তাম্নগস্থ মৈতৈ লৈপাকমুক মশাননসিবু য়োকখৎলকপা চাংদম্নবা য়াবা মালেমগী অতৈ অতোপ্পা মক্কমশিংদা কংদে। শাননবগী কাঙলোন, কিজেং-লৈতেং অমস্থং

৮। শগোলগী মরমদা ইবা লাইরিক অয়াম্বদা কংই, অদুবু মৈতৈ শগোলগী মরমদদি লাইরিক অয়াম্বদা য়াওদে, মসি লাইবক থীনিংঙাইনি।

শগোলগী শাওং-শাদা মথক্তী কাওলুপশিং অলিগা হায়রক্তাই লৈতনা খৈননবা ফংই। মৈতৈ শগোলদি য়াম্না পীকপা তৌইজরুং লিংজেল য়াম্না লৈবা, শাননবুঙ অমত্রুং লানফমদা কিগনন্নবা থেংলৈ।

হুমলোইবা বর্মাগী মীওইশিংনা মৈতৈশিংবু কী ফুকচনা থরকহু শা অসিগী মপান অমদি মতেং য়াওদবা নত্তে। তশেংনমক অন্নাশিংনা মৈতৈশিংবু লাকচখিবদি চাওথংলবা মতমগী খুংজু-খুংলাই, মরুওইনা পশু, মীজশিংগী নোংমৈনচিংবা হায়া ফংবা মতাং থরদতনি। অন্নাশিংনা মৈতৈশিংবু চহি তরেং খুত্তাকহল্লবগী মতুংদা মখোয়বু য়াম্নথীবা পীনুনা মৈত্রবাক্তগী হলহনখিবা থোদোক্তা মৈতৈ শগোল লানমীশিংনা শগোল তৌংদুনা লান শোক্লবগী হৈশিংবগী অচৌবা থোদাং লৈখি হায়বদি মীওই অয়াম্বনা খঙনরবা য়াকমনি।

অময়োমদা মৈতৈগী শগোল কাওজেনা মৈতৈশিংবু শগোল থৌবগী হীরমদা থোইদোক্লা হৈশিংহল্লী। মশামসিনা পাম্বোমগী পাজল হেনগংহল্লবতা নত্তনা পান্দমকম খুংলাই থাবদা মশা শোয়হন্দবগী শাজেল তৌকম ওইহল্লি। মৈতৈ শগোল লানমীগী অয়াম্বাই থোইদোক্লা শীংথানিংঙাইনী। শগোল কাওজে য়াম্না হৈবা মীহু শগোল লানমী ওইরক্লবগী লঘৌনি। মৈতৈনা শমদোল অয়াংবা কোৱদি ইনচি ৪৪ দগী ৫২ ফাওবদা মরাংই, মখোঙ তেক্লবমু কল্লী, শরু য়াম্না য়াওই; মাবু তোংলিবা মৈতৈগী শাবানগা হাইফেৎ মান্নৈ। বর্মাগী নিংথি তুরেলদগী আসামগী ব্রহ্মপুত্র তুরেল মপান ফাওবা মৈতৈনা লানঙম ফিরাল থেংনখ্রু° মৈতৈ শগোল অমত্রুং হৈশিংলবা শগোল লানমীশিংগী মপামনি। নিংথৌ পালদিচৈ মতমদা লীশাং শিংনা লাক্লবা মশামসি

৭. বাক্যসিগী মতাংদা Alexander Mackenzin গী the Norrh east Frontier of Bengal লমায় ১০১-১০২ লোয়ননা A.F.M. Afdul Ali গী Notes on Farly History of Manipur

ছায়নজাই নৈতনা চাওখৎলম্মী। শগোল ভোংবা হৈতবা অমসুং কাঙবৈ হৈতবা মী ইবৈ লৈরমদনা উই। নহা-অহল খাক্তনা শগোলদু ভোংবা ওব্রবদি কাংবৈ শাম্নম্মী।

অতৈ অতোপ্পা মপানগী লমদা অচৌ-অশাং অমদি অঙম-অথৌগীতা ওইবা মশামা অমগুম ভোরবস্ন মৈতৈশিংগী ওইনদি মশাম্নসি মীপুম খুদিংগীনি। মুপী কাওবা শগোল কাঙবৈ শাম্নম্মী হায়বগী ইশিন্দুনা থমহৌবা খাঙ্গম মথক্তা পনাথ্র। মৈতৈ মুপীশিংগীদি শগোল থৌবা অনৌবা খাঙ্গম নত্তে। তশেংনমক, মখাতানা খিজিমনিংঙাই লৈরবস্ন শগোল কাঙবৈ খৃঃ মাঙ ৪ শুবদা চহি চাদা মৈতৈশিংনা শাম্নত্রে হায়বদি মৈতৈগী অথঙ-অহৈ অয়াম্বনা য়ানরবা খাঙ্গমনি।

নিপাললুবা তাঙ্কক নৈনরকপদা মখাক্পী খাঙ্গম খরসি অইখনা ফঙই—

মৈতৈগী মশাম্নশিং অসি নোংচুপলোমগী শাম্নরিবা হোকি ফুটবোল, তেবল টেনিসনচিংবগা থেঙ্গে। হায়রিবা নোংচুপলোমগী মশাম্নশিং অসিদি মণিপুরদদি ইংরেজশিংনা পাল্লবা মতুংদা লমসিদা হৌদোকললকপনি। হায়রিবা মশাম্নশিং অসিগীদি শাম্নবুং থম্বা, শাম্ন-ল্লোইশিংদা শেনগী মতেং পীবা, মনা পীবা অমসুং সরকারগী মায়কৈদগী য়েংশিনবীবা ফংই তোইগুম্বসুং মৈতৈগী মশাম্নশিং চাউথৎলকপলি মথক্কী মশাম্নশিং অসি চাওখৎলকপগা থেঙ্গে। লৈবাক নিংথৌগী ওইবা থৌরমদা পানাগী ওইনা থোকপদা মনা-মথিল পীবা থেংনরবস্ন পুন পুননী ওইনা হরাওবুংদা পুনজাশিংনা লাইনিঙ লখীগা মরী লৈননা য়োকখৎলকখিবনি।

লাই হরাওবগী থৌরমদা উংলিবা শাম্নবগী শরুকশিং অসি জগোই-কত্রবা লাইনিঙ লখীগী মথৌনি; তোকপা য়াম্নবা মৈতৈগী মনাইনি। অরান-অহই য়াওব্রবস্ন লাইদা ওাকপীনবা লাইয়োন-তীনলোন কয়া

পাঙথোক্লবা য়াদে। লৈবাক, নিংথৌগী ওইবা কুম্মৈ খ্বাইনদি উনাওৈ-য়বা 'উকায় কাপ্পা' অমসুং কাক বাজাকি থাঙ-তা উংপা পানগী ওইনা খোঙ্গারবা অমসুং থেক্কৌ চোংবদা শোয়হৈদে হায়বনা য়াম্না কম্না কিনরম্মী। থাঙ-তাগী থবক অসি মৈতৈদদি সংকীর্ত্তন অমগুম্না লৌরম্মী হায়বসি মরেক শেংনা ফংই। লান্দা থবাই মাঙ্গবগীদমক্তা থোক্‌না কৌনরমদে, তৌইঙুমসুং থেক্কৌ চোংবা অমসুং খোঙ্গারোল কায়রবদি মথোঙ মথুং শোয়ুবা অমসুং মচা-মগুদা শৈনাইবা ফংই হায়না য়াম্না চেকশীনরম্মী। লৈবাক মমাঙদা থাঙ-তা অমসুং মুক্না কাঙজেই উংপা মতমদা তম্বীরিবা ওবাবু চংনা খুরুম্বা অমসুং থাঙ-তাগী লাইং লোয়-ননা উংলিবা মকমদুগী লাইবুং খুরুমনৈ। শোয়গ্রগা ভাকপীনবা লাইবা তিনবা অমসুং ইনাং থৌনিগী চংনবীসু য়াম্না কম্না ফংলম্মী। মরম অসিনা মৈতৈগী মশাম্না চাওথংলকপসিগা নোংচুপকী মশামশিং চাও-থংলকপগা মীংয়েং য়াম্দে।

লৈকোন, কাঙ শায়বনচিংবা মপুংগী ওইবা মশামশিংসু অকক্লবা মতমদা হায়রবদি অহৈং-অশা ওনবা, কুম্বী কালেন থায়বা অমসুং লাই-নিংগী কুম্মৈ ওইনা পাঙথোক্লমই। চংনবী থুগাইবদু লৈবাক নিংথৌ অমসুং মরী লৈনবা লোয়শঙনা বাধেন তৌদুনা চৈরাক পীরকই। তৌজিকী মতমদা অনৌবগী ইথিম্না হায়গী চংনরোল কয়াবু হন্দোক-পিদুনা অকাউবগী ইরোনসুংদা লুপশিনখিবনি। মকম মতমগী মতুং-ইন্না শেমদোক-শেমজিন তৌদুনা মশামশিং অসিগী ঈচেল অমসুং কাম্বদু য়োকথংপা থৌদাং ওইকম থোকই।

অঙ্গম্না মশামশিং অসি নৈনবদগী থঙবা ওম্বদি অসিমী, মচুদি, মশা মউ কনা থম্বা হোংনবদা মশামশিংনা মমাঙঙৈগী মতমদা লৌ-কান্নিবা থৌরাঙনা ওদি চাউথোকনা মতম অসিদা অতোপ্পা মীওই মুক্কপ্রকী ওইবা মশায়া কম্বনা লৌরিবা থৌদাংদগীদি হেন্দুম চাউনা লৌরম্মী।

মৈতৈগী মশায়শিংগী কন্নায়কদর অমসুং দেমোক্রেতিক হৈরবা মওং ঃ

মশায়শিংনা খী অমগা অমগগী মরক্তা লৈবা খেন্নবা হাথক চুং-শিন্নহনবদা মতেঙ পাংহন্দুনা চাওখৎপা থুনাই অমা ওইরকপদা শক্তক ফাই। মতম অমদা মশায়শিং অশি চঙদবা য়াদবা পোৎশক অমা ওইরম্মী। মীপুম থুদিংমক মশামা অমা নত্রগা অমা হেক্তা হৈনরম্মী। নিংথৌ পাল্লিতৈ ম॰মদা মুক্তা॰ থাঙ-তা অমসুং কাংলেচিংবা মশায়শিং নিপা থুদিংনা হৈনরম্মী। কাংগী মশায়দি মুপ্পীশিংনর থবাই য়াওনা শান্নরম্মী। নিংথৌরোলগী মচাইবেম্মশিংনা থাঙ-তাগী মহৈ খরদা ওই-রবসু তম্মরম্মী। নিংথৌ অমসুং অঙম-অথৌগী মচাশিংদা থাঙ-তা॰ শরিৎ-শরাক অমসুং নিংশা-কাঙলোন তম্নবগী বাকম অহল-লমন্না পরৈ।

পূম্নমকশিগী মথক্তা॰ মীচমদগী কপৎলকপা খোইদোক হেন্দোক্লকপা মীওইশিংবু কম পীবা চংনরম্মী। নিংথৌগী মচা ভাকনা কম থুদিংমক পায়রমজে। লৈকায় লৈকায়দা অমসুং খুন্নং খুঙ্গংদা লৈবা খোইদোকপা মীওইশিংদা চা-ন চু-নবা মহৈশিং তম্মরম্মী। মুক্তা শাজবদা হৈশিংবা মমিং চৎলবা অথঙ-অহৈশিংগী মুমদা চৎতুনা মীচম অমনম্নু হেক্তা তম্বা য়ারম্মী।

অতোপ্পা বাকম হায়রবা তারবদি হৌজিকী মতমদা ক্রিজিকেল ইহুকেসন[10] হায়না মহৈ তম্ফমশিংদা তম্বাইকদনা তৌম্নিবসি ওম মহৌ-শাদী অথঙবা মীওইশিংগী মুমদা চৎতুনা তম্মরম্মী। মরম অরুনা, মশামশিং মৈনবদা খঙবা ওমই মত্তুদি নাইংশিংবা খোক্ক বা মতমমরগী,

১০। ক্রিজিকেল ইহুকেসন হায়বসিগী মতাংদা নৈনত্রে, মরী লৈনবা ন্যাচেরিক মায়াম্পদা বাহমনশিগী মরমম্না খেংনৈ ; শম্না॰ ক্রিজিকেল ইহুকেসন হায়বসিদা হকচাং কনবত্ নকন্না বাখল অমসুং লমচৎসু কপ্পনবা হোৎনগদবনি হায়বনিনি।

জৌষা মৈতৈনা কিজিকেল ইহুকেষন হায়বসি থা-নবা য়াদনা তম্লমই। হৌজিক কাওবদা থাঙ-তাগী ওবাশিংগী মথাদা তক্কনা লৈরি।

হকচাং কনা লৈগদবনি হায়বা বাকম মৈতৈশিংনা হুম্মা থওলকই। মিরশা কাংলোন চুম্না শীজিন্নবা হকচাং কনা থমবা হোৎনবা অয়ুক ওম্না হৌনৎপা, হুমিং খুদিংগী ইন্নবা অমস্তুং মতম চানা চাবা-তুম্বা তঙাই-ফদনা শাররোইশিংনা তৌনরম্মী।

অঙাং ওইনা লুহোংবা লৈতবা মৈতৈ খুমাইদা চহি ১০/১৪ ওরবা হুপামচা অমস্তুং হুপীমচাশিংনা মনীংতম্না মশাম্না কম্না শাম্নরম্মী; শাম্নরি। মমী লৈনবা তাঙকম্ বাকম অসি লৈনৱে। মরম অহুনা মৈতৈ খুমাইদা মশাময়শিং অসিনা মীপুম খুদিংবু মশা কনা থম্বা ঙমহন্নি। হুপীশিংবু মরুওইনা হুপীমচাশিংবু ইমুংদা ঙাক্তা কাজিন্দুনা থমদে। কাং শাম্নবদদি লৈশাবীশিংনা লৈকায় নত্রগা খুঙং লাম্না শাম্নবা চৎলৈ। কিজিকেলগী ওইবা য়েনিং হায়বসি লৈকাই অমস্তুং খুঙংশিংদা শাম্নরম্বা মশাম্না কম্নানা পীরম্মী।

মহৈ তম্বগী শঙ হায়বসি নিংথৌ অমস্তুং অঙম অথৌশিংনা কনট্রোল তৌদুনা ঙাক থম্মী হায়বা ঙমদে। মীপুম খুদিংনা মানা মানা হৈজবগী মচুংইমা অরাওবা থাক অমস্তুং তাগী মহৈ তম্বা য়ারম্মী অমরোমদা মীকোক থোঙলকপশিংবু নিংথৌনা কম হাপচুনা লৈবাক বারেন্দা হাপতুনা লৈবাক বারেনদা শকক য়াহন্নি। লোইরুম্বা শিন-রেন্নচিংবা লাইরিক্তা শাগৈ পীথিবগী বাকম লৈনবদা মৈতৈশিংগী মরক্তা উরিবা জাং নত্রগা ধর্ম থাম্নবগী মওং থোইদোক্তা লৈতে লৌকম থোকই। নিং-পানা থোক্ত্না শাম্নবদা মীপুম খুদিংমক লথা তৌনবা য়াই। নিং-থৌমচাশিং অমস্তুং অঙম অথৌশিংগা মীচম্না পুম্না শগোল কাওৈ শাম্নমিন্নবগী বাকম মরাং কাম্ননা থেংলৈ। লমচৎ থাঙলকপবা থবক তৌবা মীওইশিংবু য়াম্নকপা ওইনা তোঙান তাহনবা চৎনরকাওবদা

মখোয় মখোয়না লৈজরিবা লমদা থাঙ-তাশী মহৈ, মুক্না অমস্থং অতৈ মশামশিংবু হৈনবা হোৎনজবা নিংথৌনা থিংলমদে। শোক্নবা য়াদবা হায়বা ৱাকমসি মৈতৈশিংনা খঙলক্রবস্থ মখোয় অমগা অমগগী মরক্তা অমগা অমগা হকচাংগী ওইনা হক্কথেংননা শীজিন্নবা য়াবা মহৈ কয়া তম্মরস্মী। 'নঙদি অহূগী মচানি ঐঙোম্না মহৈ তম্বা য়ারোই' হায়বা ৱাকম থেংনম্রি।

মশামশিং নৈনম্নকপদা সুপীশিংবু হন্থনা উদে। লমজেল হিয়াং শগোল কাঙজৈনচিংবা কাওবদা মুপীনা শরুক য়ারম্বগী থুদম মতিক-চানা কংই। মৈতৈ মুপীশিংনা মনীংতম্বগী মঙং অমা হৌজিক কাওবা উনা কংলিবসি মহৌশাদগী হৌনা চৎনম্নকপা থুম্নাই অদিগী চৎনলোন-নি, নাৎনি।

অস্থমনা মৈতৈ থুম্নাইদা নিংথৌ পাম্নবস্থ অৱাংবা থাক্তী মীয়ামগী ওইবা থুম্নাই অমগী লৈঙাকলোন নীংথিনা চৎলম্বা মওং কয়া কঙলকই। মৈতৈশিংনা হায়নবা 'লৈপাক্না নাম্মা, নিংথৌনা নাম্মা' হায়বা ৱাকম মশামশিংদা মমি তংরকই। অস্থম্না মাংলমগী ফুরুপ অতৈদগী মৈতৈনা হকচাং শাজল, শাম্ন-থোৎনবা অমস্থং শাংলানগী থৌরম কয়াদা মাঙজিন থানা চঙশিনবসি অইবনা পনজম্রে। হৌজিক হৌজিককী মতমগা চান-চুনবা হায়বসি মৈতৈগী মশামশিং অসি নৈন্দবদা মম্নীক চুম্না কংই।

অনৌবা মশামশিং ফুটবোল, হোকিনচিংবগী শামম্নোইশিংদজি নেশা চাবগী থোইনা অথিংবা উদে। মৈতৈগী মশামশিংদি ওম্বা-শুক্ন খনবা, লাইনিংবা, মশা শেংনা লৈবদি চৎনম্নকপনা অনৌবা সমস্যা অসিগী অৱাবা থেংনদে হায়বদি ডাঃ কীর্ত্তি সিংহনা অকনবা মত পী।

## ফুংদা ওইররকদবা মৈতৈগী মশালশিংগী শক্তম :

খৃঃ চহিচা ১৯ শুবগী মতমদা মহারাজ চন্দ্রকীর্তি সিংহনা মণিপুরগী লৈবাক লৈঙাকপা মতমদা লৈপাক অসিগী শক্তম অয়েৌবা থাহুনা ভানখিবা থেংনৈ মুক্না-কাঙজৈ, শগোল-কাংজৈ, কাং অসিনচিংবা মশাল্লা কয়াদা মালেমগী মকম পুম্নমক্তগী লমদম অসিনা থোইদোক হেন্লোকলম্মী হায়বসি মথক্তা নৈনবদগী সু থরমথৈ থঙবা ঙমদ্রে। মতীক লৈরবা লৈবাককী মপু অসিনা সনাপুক্লিং চঙবীহনা মালেমদা মৈতৈ খুন্নাইবু মশক তাকশীরম্বনি। মমাঙদ ফাওখিবা নিংথৌ-পাখঙবা খাগেম্বা গম্ভীরনিংহ, ভগ্যাচন্দ্রনচিংবা নিংথৌরোন কয়াদগী চহন-রক্লবা শাম্নবগী মরী লৈনবা কাঙলোন কয়াবু মপুং ফাহনবীরমই। মুৎলমদাই থাংমৈনা ভানবঙম খোংজোম লানগী মমাঙ ফাওবদি মৈতৈগী শক্তম ভানলম্মী।

১৮৯১ দা খোংজোম লান্দা মৈতৈনা মায়থীবদগী মীনাই য়োংহিং চনশিনখিহ্না ইংরেজ সাহেবশিংনা মকোক থোংনা লৈবাক বায়েনগী থবক্তা থুং খিংজিনখিবনা ভারতনা মনীং তমদ্রিফাওবদি মৈত্রবাকসি লোইলম বায়েনগী মখাদা লৈরুরে। অহুনা হায়গী মশান্নশি শিথরকপা অহুগা অনৌবা মথলশিং পান্নরকপগী মঙং হৌজিক ফাওবদা চৎথরক্লি। সাহেবশিংনা গদগা অমস্তুং থাং-তা তম্বা য়াহক্লমদবা অমস্তুং মখোয়গী য়াথং য়াওদনা মৈতৈ শান্নরোইশিংবু লনাই লুপশিং (ক্লব অমস্তুং সংস্থানশিং) লিংখৎতুনা ভারতকী ওইবা মীয়াম ফাংনহ্না শাহবা মশান্নগী থৌরম (তুরনামেন্ট) কয়াদা থোকহলমদে। থৌরি চীংনবদা মৈতৈগী তিম অমনা আসামগী অসিঙম্বা শান্নবগী থৌরম অমদা থোক-দৌরবা মতমদা শীল্লিবা সাহেবশিংনা শান্নরোইশিংগী অরাম্বা (রোং) ওনগদবনী হায়নরকপদগী মহারাজ চুরাচান্দনা মৈতৈ মশান্ন ময়ামদা উহনবদা থোইদোকপা কান্নবা লৈতে হায়হুনা থোকহনখিদেম্ন, হায়নৈ।

মহারাজ চুরাচান্দনা অহং ওইরিঙৈ মতম তমস্থং লৈবাক বায়েন মপুং ফানা লৌখিঙৈ মতমদা সাহেবশিংনা হংপ্তা বাঙ্গলা শগোল-কাংজৈ শান্নগদবা মীওইশিং থন্নগংলগা শান্নহল্লম্মী। শান্ন-রোইশিং অহু কান্নকপগীদমক পৈশা পীরম্মী। নিংথৌ চুরাচান্দনা শান্নরোই থরমুক থন্নগংতুনা শগোল কাংজৈ শান্নহল্লম্মী। অহুম ওইনমক ভারতকী বরলাতনা মৈত্রবাক থোরকপা মতম অমস্থং বিলাতকী নিংথৌ মচাশিংনা কলিকতা অমস্থং দিল্লিদা লেংলকপা মতমদা মৈতৈ শগোল কাংজৈবু থৌরমগী কয়াং ( আইতেম ) অমা ওইনা উৎপা য়াহনখিবা মৈতৈগী মশান্ননি।

মহারাজ বোধচন্দ্র অমস্থং মৈত্রবাকনা ভারত্তা তিনবা মতমদা লৈবাক অসিগী মীওইনফাও মশাগী মশান্নশিং কাউথোক্লকবগুম তৌক্লরে। মহারাজ বোধচন্দ্রনা মবুথৌ মাঙ্কিংদা শগোলগী মুর্তি লুপানা য়ৈহুনা শারগা কংলম্বা থেংনৈ। চিফ কমিসনারনা সাসন তৌবা মতমদা মশান্নশিং চাওথৎনবা পুক্কিং থিংজিল্লমদে।

কংলা মস্থংদা লৈবা কাংজৈবুং সাহেবশিংগী রিজার্ভ এরিয়া ওই-শিবদগী হৌজিকফাও হন্নজিনবা ঙমদহুনা লৈরি। মণিপুরনা লোইলম শাসন ওইরিঙৈদা মৈতৈ শগোল মরাই তাক্লরে। চেদা য়েকপগা চপ মান্নক্লরে। চেদা অয়েকপা ওইনা লৈবা শগোল অসি অহিংবদা থন্-থোকপা ওইনা শগোল মাঙদনবা হোৎনবসিদি প্রজা মীয়ামগী থোল্লাও ওইরকলি। কোম্নুং লমপাক্তা পোলো ক্লবনা শীল লাংতুনা নোংমাইজিং খুদিংগী শগোল লমজেং তান্নহল্লম্বা মতম থরা ফংলম্মী। কাংজৈবুং পোলোগ্রাউন হায়বসিমক ঙসিগী মণিপুর সরকারনা পোলো শান্নবা হুকুম থোকখিবা থৈংনজি। বোম্বেগী মমিং চৎলবী মৈতৈগী জগোই ঈশৈদা পুক্কিং লুপচরবী কুমারী সোবিতা এন মেহতানা লুপা থন্না

কংচহুনা পোলো অসি হিংহল্লবা থৌরম অমা পাঙথোকখি। অহুমনা মশান্নশিং অসিনা মৈতৈ নাংতা কল্লিবা মকম অসি অখণ্ড-অহৈ, মায়চৌ অমসুং নাংক্‌নী মরমদা থিজিনবা পাম্বশিংগী থম্মোয়দা পুমমাতমক মাঙ-হনবদি ঙমলকত্রি। ১৯৫০-৬০ স্বাইদা লমদমসিদা কাং এসোসিয়েসন অমসুং থুন থুনগী ওইনা মশান্নশিং অসি য়াম্না হনথবা মওংদা য়োকলমই।

১৯৭২ জনুয়ারী তাং ২১ দা কুইনা তাল্লবা স্টেতহুত কংবগা লোয়ননা পাঙল লৈরবা মীয়ামগী লৈবাক বায়েন পথাপ লাকপা মতমদা লৈবাকসিগী মাঙখিগদৌরবা নাংকী শকলোন নৌহৈনা য়োকথংলকপা থেংনৈ। মীয়ামগী মহুৎশিন্দুনা লৈবাক বায়েন তৌরিবশিং অমসুং ফম্মাইবশিংনা মৈতৈগী মশান্নশিং য়োকথংনবা মশাগী অমসুং লৈঙাক-লোনগী মায়কৈদগী থৌরাং কয়া পায়খৎলকই। পনবা তাল্লবদা মহৈ লোয়শঙগী মপুং চন্দুনা লৈরব ফিজিকেল ইডুকেসন অসি ভোঙানহন্দুনা য়ুথ এফিয়ার্স অমসুং স্পোর্ত দাইরেকতোরেৎ অসিবু য়েংশিল্লিবা মীয়া-মগী মহুৎ শিল্লিবা ফম্মাইবশিংগী থুৎপুনা মতিক চাবা শেনথংগী ফিভম শেম্বীদুনা মশান্নশিংবু চাওখৎনবা থৌরাং কয়া পায়খৎলি। পায়খৎ-লিবশিংগী মনুংদা মৈতৈগী মুক্না, মুক্না কাঙজৈ, কাং অমসুং শগোল কাংজৈনচিংববু ময়াম মমাংদা শকখঙলবা মশান্নশিং ওইনা য়াহনবসিমক পুন্নমককী ওইনা লাইবক ফবনি। মতাং চানা য়োকথংপীরবা অমসুং মতমগা চান্নবা কাঙলোননচিংবা চৎন-পথাপ শেম্নবদি নোংচুপলোমগী মশান্নশিং-হোকি, ফুটবোল, ক্রিকেৎ, বাসকেৎবোলনচিংবদগী মৈতৈগী মশান্না হনথগদবা নত্তে। মারসিয়েল আর্টকী মতাঙদম্ব মপানদগী চঙশিন্নকলিবা মশান্নশিং-জুদো, কেরেৎ, করাতে তাইকুনদোনচিংবদগী শরিৎ-শাবক, মুক্না, থাঙ-তা অমসুং ‘তা থাদব’নচিংবনা হনথকম থোক্তে। থৌরম অমগী উৎপা য়াবা কয়াৎ অমা ওইনা উৎলুবদা ফুরুপ অসিগী মশক্ত তোপ তোপ্পা তাল্লগদবনি। নেসনেল স্কুল ওফ আর্টস এন্দ

ফলচরনা মৈতৈ মার্সেল আর্টসপ, শকথঙহনা ওঝা থমহনা সবজেক্ট অমা ওইনা হাংহনা তমহল্লি। মালেমগী ওইবা খোরম কয়াদা মী থাহনা শরুক য়াহল্লি।

মৈতৈ অসি মপানগী মীওইশিংনা শকথঙবদা হকচাং শাখৌল অমস্থুং শান্নবদা হুমদে হায়বসি মিষ্টর মায়পাক (মিষ্টর ইণ্ডিয়া) তাখিবা, নীলকমল, খোইবা, তিকেননা ভারতপু মহুংশিন্দুনা মালেম পুম্বগী শান্নবদা শরুক য়াখিবনা খুদমনি। নুপীশিংগী মন্নুংদা মথিং চংলবী শান্নরোই পদমাবতী, মোমোন দেবী, কীরনমালা অমস্থুং ফুটবোল প্লেয়ার কয়ানা লমদমসিগী মিংচং ভাক্লি।

লোইশিন্নকপা ওইনা, মশান্নশিং অসিদি অনৌবা মথলগী ওইরবস্থু লমসিগী ওইবা শরুকলোমদস্থু মৈতৈমচাশিংনা হেন্না ফবা শরুম য়াহনা মালেমদা কেন্না ঙকহন্নকনি হায়বসি অইবগী চেংনা থাজবনি। শান্নবদা লৈবাক্তা নে-না তাবা মঙং থম্বা, নহারোলগী ফত্তবা লমচং-শাজং ঙাকখোকপদা মতেং পাংবা অমস্থুং মরৈবাক নীংবা হেনগৎহনবা থেংনৈ। শান্নরোইশিংনা মশামস্ত ফরবা অমস্থুং লমদম অসিবু মুং-শিন্নবদি লৈবাক অসিগী অপুনবা শক্তম শাগৎপদা অচৌবা মচল অমা ওইগনি।

হৌজিক হৌজিক ক্লাস অ ইত তগী তেন ফাওবদা তম্নবা ফিজি-কেল ইজুকেশনগী লাইরিকশিং মৈতৈলোন্দা ওঝাশিংনা ইংথান্নগা তম্নহনবদা মৈতৈগী মশান্নশিং মুক্না, মুক্না-কাংজৈ অমস্থুং য়ুবী লাকপীন-চিংবা হাপচিন্নকপসি লৈবাকী ওইনা লাইবক ফবনি। অনৌবা লোংচুপকী মশান্নশিংগা মৈতৈগীগা পুন্না তেন্নবুক থন্নদা থেংনন্নকপসি অকবা ঊহৌনি। মৈতৈগী ওইবা মশান্নশিংগী মরক্তগী অমতংদ ওই-রববস্থু তঙাইফদনা হৈথন্নবা হোৎনকম থোকই; মসিগীদমক সবজেক অমা ওইনা তঙাইফদনা মশান্নবু থমহনা য়োকথংনবা হোৎনকম থোকই; মসিনা পুন্নাই অসি মশক তাকপদা মতেং য়ান্না পাংগনি।

আতোম্বা পনবা য়াবা য়াকম অমম্ব লৈরি মহুদি লৈবাকী ক্যাইবসিং অমস্তুং লোয়শঙ কয়াদা থবক তৌল্লিবশিংনা লৈঙাক্লোনগী ওইবা শেঙ্গুং লম্নাই ওইনা শেম্বা লুপশিংদা পীহুনা অমস্তুং মতিকচাবা শাল্লয়োই খম্মুনা লৈবাককী ওইবা চাদিংদা শাজেল তৌহন্মুনা মালেম পুম্বগী ওইনা পাঙথোকপা মশাল্লশিংগী থৌরমদা থোকহনবদা মীচঙ-মীথাই নাইবীত্রবদি পুম্নমককী ওইনা অফবা ওইগনি। লম্নাই ওইনা হোৎনবা ঙমত্রবম্ব লৈবাক মীয়ামগী অপুনবা মতেং অমস্তুং লৈঙাকপশিংগী মায়কৈদগীম্ব লৈবাককী ওইনা তৌকম থোকপা মতেং পীবিরগা মশাল্লশিং অসি হেম্না ফগৎপা মওংদা ওইরক্লবা থম্নীবা চুম্মী। অথঙ-অহৈ অমস্তুং লৈবাককী লৈঙাকপশিংনা হীরম অসিদা অকনবা মীৎয়েং চঙশিল্লবদি মশাল্লশিংসি পুম্বাং মাঙখিগনি হায়বগী চিংননিংঙাই লৈতে; অহোয়নহুম তুংদা হায়নঙাই লৈতনা চাওখৎলককনি।

---

# মতেঙ লৌখিবা লাইরিকশিং

## মৈতৈলোন

১। কোওক্রিবা অরিবা থুংই লাইরিকশিং :

ইরেং পুবারী

কাঙজৈরোল

কাওবলোন

থাওলো-থাওচং

খেঙ্গৌয়োল

পুদিন

লৈশেমলোন অরিবা

২। কোওলবা অরিবা থুংই লাইরিকশিং :


ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ ( সম্পা . ), নিংথৌরোল লম্বুবা, ইম্ফাল ১৯৬৭; মুমিং কাপ্পা, ইম্ফাল; লা: ১৯৭৭

খুমনথেম য়াইমা সিংহ ( সম্পা . ), মৈতৈ জগোই (অনোইরোল), ১বা শরক, ইম্ফাল, ১৯৭৩

নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা .), চায়নরোল. ইম্ফাল, ১৯৬৮

, চাদ·লাইহুই, ইম্ফাল, ১৯৬৪

, খুমনলোন, ইম্ফাল, ১৯৬৪

, থায়নগী শৈরেং, ইম্ফাল, ১৯৬৬

মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ ( সম্পা . ), পাখোইবী খোঙ্গুল, ইম্ফাল, ১৯৬৩

, সমসোক ঙম্বা, ইম্ফাল, ১৯৮০

রাজকুমার সনাহল সিংহ (সম্পা .), চিংথংখোম্বা মহারাজ গঙ্গা চৎপা, ইম্ফাল, ১৯৬৩

লাইশ্রম নিত্যাই (সম্পা.), নিংথৌ কাঙপায়োল পোংলোন পুয়া
মৈহৌপা, ইম্ফাল, ১৯৮৫
য়েংখোম ভাগ্য, লৈখক লৈখারোল, ১৯৬৫

৩। পুয়াগা মরী লৈননা কোঙলবা লাইরিকশিং :

ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ, নিংথৌরোল শৈরেং, ইম্ফাল, ১৯৬৭
থায়নগী শৈরেং লৈনবা, ইম্ফাল, ১৯৭৩
(সম্পা.), শাগৈ শলাইরোন, ইম্ফাল, ১৯৮২
খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ, লাই হরাউবা লাশোল, ইম্ফাল, ১৯৮২
ভারিয়ানবম কুলচন্দ্র সিংহ, লাই হরাওবা, ইম্ফাল, ১৯৬৩
মাইবম মধু সিংহ, থেঙৌরোল, ইম্ফাল, ১৯৭৩
লাইরেনমযুম ইবুংঙোহল সিংহ,
নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা.), চৈথারোল কুম্বাবা,
ইম্ফাল, ১৯৬৭
এস, সুন্দর, কে, আইচ, কুমার (সম্পা.), সকোক লমলেন,
ইম্ফাল, (চহি থেংনদে)

৪। অতৈ অতৈ লাইরিকশিং :

আশাংবম মীনকেতন সিংহ, পুন্সিগী শকুম (লায়োল অনী),
ইম্ফাল, ১৯৮৩
এ, রঘুমনি সিংহ, ফিজিকেল এডুকেসন, ইম্ফাল, ১৯৮৮
এন, কে, সিংহ, শরিৎ শরা, ইম্ফাল, ১৯৫২
এম, কীর্ত্তি সিংহ, মণিপুরী সমাজ হৌগৎলকপা অমসুং
চাওথৎলকপা, ইম্ফাল, ১৯৭৭
করম্না অইবা অমা ওইগনি, ইম্ফাল, ১৯৮২
কোঙেংবম ধন সিংহ, মৈতৈ পুয়া বারীমচা, ইম্ফাল, ১৯৭৪

খোংবানতাবম তোলহল, কাং শাগ্গবা, ইম্ফাল, ১৯৬২
কাংলোন, ইম্ফাল, ১৯৮৬

টি, বোকুল, মণিপুর মুস্‌লিম কৌবা লাইরিকী মরমদা, ইম্ফাল, ১৯৭৪

মৈতৈ ঈনাং, ইম্ফাল, ১৯৮৩

সঙ্কোংলোন, ইম্ফাল, ১৯৬৪

ডবলিউ, মুমজাও সিংহ, মণিপুরী ইতিহাস, ইম্ফাল, ১৯৪৫

তোম্বী এন, কলচরেল হিষ্ট্রী ওফ কংলৈপাক, ইম্ফাল, ১৯৭৫

খোকচোম কমল সিংহ, মৈত্রবাককী মুক্তা কাঙজৈ, অমসুং শগোল কাঙজৈগী হৌরকফম, ইম্ফাল, ১৯৮৫

খোকচোম বরাজাউ সিংহ, শাঙলোন-তারোল, ১৯৮৪

খোংডাম মাধব সিংহ

নিংথৌখোংবম খেলচন্দ্র সিংহ, পুণ্ং লিচৎ শাকৎ, ইম্ফাল, ১৯৭০

নন্দলাল শর্মা, মৈত্রবাক, ইম্ফাল, ১৯৬০

নাওরেম ইবোবী, মতমগী খোংলৈ শাউখোঙ, ইম্ফাল, ১৯৮৭

নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা.), অরিবা মণিপুরী লোনশৈ, ইম্ফাল, ১৯৭৮

, মণিপুরী এণ্ড ইংলিস ডিক্সনারী, ইম্ফাল ১৯৬৯

নহাকপম মণি সিংহ, মণিপুরী কাংলোন, ইম্ফাল, ১৯৬০, বাংথৈ

মণি নহাকপা, য়া-কাংলোন, ইম্ফাল, ১৯৮৮

নহাকপম মণি সিংহ

ছাওবম খুমনবীশু, মীতৈগী কাং শাগ্গবা অমসুং কাঙলোন, ইম্ফাল, ১৯৬৩

পুখ্রম্বম পরিজাৎ সিংহ, মণিপুর ইতিহাস (১৯:৮ দা কোংখিবা), ইম্ফাল, ১৯৮৩
পুখ্রম্বম কালা সিংহ, লৈহৈ-নোংহৌ, ইম্ফাল, ১৯৮৫
বোর্ড ওফ সেকেন্দরী এডুকেসন, মণিপুর, "অচম্বা ৱারেং" ইম্ফাল, ১৯৮৪
মুতুবা বহাদুর, মণিপুরী আর্টকী ৱারী শীংবুন, (১-৪ শরুক), ইম্ফাল, ১৯৭৩-৭৭
মুতুম বসন্তলোন সিংহ, সাহিত্য ইতিহাস, ইম্ফাল, ১৯৫৬
মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ, নোংপোক পানথোইবী ইম্ফাল, ১৯৮০
রাজকুমার সনাহল (ভুনেশ্বরী) সিংহ, সংজাম, ইম্ফাল, ১৯৮০
রাজকুমার সনাহল সিংহ, মণিপুরী ইতিহাস, ইম্ফাল, ১৯৪৭
রাজকুমারী তমফাসনা দেবী, মণিপুরী লোক সাহিত্য, ইম্ফাল, ১৯৭৪
লোংজম মনিমোহন সিংহ, পোইরৈ সনা লৈবাক, (১বা শরুক), ইম্ফাল, ১৯৬৮
ৱাহেংবম য়ুমজাউ সিংহ, মণিপুরী ইতিহাস, ইম্ফাল, ১৯৫০
হিরন্য সনা, হৈক্রু হিদোংবা, অকোংবা চহি থাদে
হিজম বিজয় সিংহ, মৈত্রবাকী ৱারী, ইম্ফাল, ১৯৫০
হিজম অঙাংহল সিংহ, খম্বা থোইবী শৈরেং অপুনবা ভোলুম, ইম্ফাল, ১৯৮৮
য়ুম্নাবা তম্ফাজাউ, খেনচওলোন, ইম্ফাল, ১৯৬৫
মৈতৈ লাই হরাউবগী ৱাংউলোন, ইম্ফাল, ১৯৭৪
য়ুরামচা বুধীচন্দ্র, থালোয়-নোংখায়লোন, ইম্ফাল, ১৯৬৬

৫। চেকোঙ, সোন্তিনিয় অমস্তুং সেমিনার পেপর:

ইরুংবম চন্দ্র সিংহ, (সম্পা) নোংপোক মৈরা, ২৫শুবা মশিং শিলচর ১৯৭৯

কয়াম্মুদিন পুখ্রিময়ুম (সম্পা.), মিংশেল, ভো: ৭, ইস্থ নং ১৬৭/১৭, ইম্ফাল,

এম, গম্ভীর সিংহ (সম্পা.), ঐখোয়গী শরুম ১দগী ১০শুবা মশীং, ইম্ফাল, ১৯৭৫-৭৮

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, 'সাহিত্য', ২১শুবা মশীং, ইম্ফাল, ১৯৭৪
৩০, ৩১শুবা মশীং, ১৯৭৭;
৪৫/৪৬শুবা মশীং, ১৯৮০;
৫২শুবা মশীং, ১৯৮২;
৫৬/৫৭শুবা মশীং, ১৯৮৪

ইউনিভর্সেল লিটরেরি এসোসিয়সন, মৈতৈ হয়াউ কুম্মৈগী সেমিনার পেপর, ইম্ফাল, ১৯৮০

কলচরেল ফোরম, ঋতু ইম্ফাল, মশীং, চহী ৫৬, ১৯৭৫;
৭৫, ১৯৮৫; ৭৬/৭৭, ১৯৮৬

কংলৈনাং শিন্নমশং, শরিং-শারা, (১বা চেকোং), পেপর, ইম্ফাল, ১৯৮০

কংলৈনাং শিন্নমশং, শরিং-শরা, (১বা চেকোং), ইম্ফাল, ১৯৮০

কংলৈপাক থৌশিনকোন, কংলৈথোল, ইম্ফাল, (মশিং, চহি: ১১, ১২, ১৪, ১৬শুবা ১৯৮০, ২১শুবা ১৯৮১)

খুলেম চন্দ্রশেখর (সম্পা.), উমংলাই খুন্দা, ইম্ফাল, (মশাং, চহি:
২/৩, ১৯৮৫, ২৫/২৬,
১৯৮৭ ; ১৭/১৮, ১৯৮৪)

চবুংবম ইবোতোম্বী (সম্পা.), খোঙ্গুল লীবা, ১-২শুবা চেকোং,
১৯৮৭, ১৯৮৮, শগোল-
বন্দ, ইম্ফাল

রাজকুমার কমলজিৎ সিংহ (সম্পা:), শম্বৎকী ঈচেল, আগরতলা
১৯৮৪

রাজকুমার অচৌবা সিংহ, চকপা হরাওবা (কলচরেল ফোরমনা
শীনবা ২৫শুবা শিলভর জুবিলীদা পা-
খোকপা সেমিনার পেপর)

সঙ্গীত কলা সঙ্গম, কংলৈ হরাউবা, ইম্ফাল, ১৯৮৫,
ককচিং হরাউবা, ইম্ফাল, ১৯৮৬

ওল মণিপুর কাং এসোসিয়েন; ইম্ফাল, ১৯৮০ (এসোসিয়েসন
অমগা মরী লৈননা কোংদোকপা বাকোং)।

---

# ENGLISH

## A. PUBLISHED BOOKS


Alban Wilson, Sports and Service in Assam and Elsewhere, Delhi, 1981

Angela, Sayer, Horses in Action, London, 1982

Charles Harvey, (ed.) Encyclopaedia of Sports, Sampson Low, Marston and Co. Ltd., 1959

Editorial Board, (names are not mentioned), Encycloapedia Britanica, vol 14, 15th edition, Chicago University, 1980

E.W. Dunn, Gazetteer of Manipur, New Delhi, 1975

Ethel Grimwood, My Three Years Experience in Manipur, Delhi, 1975

Kh.Tolhal Singh, Karg ( Its rule & origin ), Imphal, 1962

L. Ibungohal Singh, An Introduction to Manipur, Imphal, 1963

Lt. Gen. Geoffrey, Evans and Anthony Brett James, Imphal, London, 1962

M. Kirti Singh, Religious Development in Manipur in the 18th and 19th century, Imphal, 1980

Religion and Culture of Manipur, Delhi, 1988

N. Birachandra, Socio Religious life of the Meiteis in the 18th century A. D., Ph. D. Thesis, Manipur University, 1988 (unpublished)

N. Sanajaoba (ed.), Manipur Past and Present, vol. 1, Delhi 1988

N. Tombi Singh, Manipur and the Mainstream, Imphal, 1975

O. Kumar Singh, Pre-historic Archeology of Nongpok Keithelmanbi. Imphal, 1986

R. Brown, Statistical Account of the Native States of Manipur, Calcutta, 1974

R.B. Pemberton, Report on North-Ecstern Frontier of British India, Gauhati, 1986

R. Sathyanesan, Principles and History of Physical Education, Madurai, 1979

R.K. Jhalajit Singh, A History of Manipuri Literature, vol. 1, Imphal, 1987

R.K. Sanahal Singh (ed.), Peeps into Manipur, Imphal, 1985

S.N. Parratt, Religion of Manipur, Calcutta, 1980

Sir James Johnstone, Manipur and Naga Hills, Delhi, 1971

T.C. Hodson, The Meitheis, Delhi, 1984

Valerie Russell, Jugding Horses and London, 1978

W. McCuloch, An Account of the valley of Manipur, Delhi, 1980

Willium Giles Campbell, Form and Style in Thesis Writing, London, 1958

Y. Erabot, Manipur Games, Imphal, 1987


## B. ADMINISTRATION REPORT


Government of Manipur, Administration Report for the year, 1946,47


## C. JOURNALS AND PROCEEDINGS


Dr M. Kirti Singh, Manipur Life in Manipuri Riddles, Paper read at the Indian Sceience congress Anthropological and Archeological Section, Indian Science Congress, Pune, 1988

Noval Achievements in Ancient Manipur published in University Law College Journal, Gauhati, 1962

| | |
|---|---|
| Government of China, | China Reconstructs vol. XXXIII, No. 8., August, 1984 |
| | China Pictoral No. 4., 1981 |
| Government of Manipur, | Legis News, vol III, No.2., August 15, 1988 |
| | Manipur Today, Independence Day Special Issue, 1988 |
| Manipur Cultural Integration | Regional Integration, vol. III, No. 15, September, 1985 |
| | Proceedings of the British Parliament (House of Lords), 1891 |

D. SOUVENIRS

First Sport Festival for North Eastern Region organised by Netaji Subhas National Institute of Sport; Patiala and Government of Manipur, Imphal, 1987

First State Level Mukna Tourism Faie and Festival, Directorate of Tourism, Government of Manipur, Imphal, 1984

President V.V. Giri's Visit to Manipur, October 20-22, 1972, Publicity Department, Government of Manipur, Imphal, 1972.






ফংফম :

1. অহৈবা মশা, শীংজমৈ, খোজাম লৈকাই ছাত্রবিদ্যালয় মখিং
   ইম্ফাল-৭৯৫০০৮
2. S. P. Book Store, Singjamie Bazar
3. Sharma Book Agency, Paona Bazar, Imphal
4. PELCO Office, Pishumthong, Singjamei
5. Sindam Book House Singjamei